পুন্সি খোঙচৎকী অন্না-পোত্থাফমদি
সাহিত্যনি হায়না থিরকপশিংগী মফমদা



# EI

A Manipuri novel written by Kshetri Bira, published by Kshetri Ongbi Nalini Devi, Kakching.



| | | |
|---|---|---|
| অইবা | : | ক্ষেত্রি বীর |
| অফোঙবী | : | ক্ষেত্রি ওংবী নলিনী দেবী |
| অহানবা ফোঙবা | : | মে, ২০০৫ |
| লাইরিক মশীং | : | ১,০০০ |
| কম্প্যুটর তাইপসেত্তিং | : | য়েন্দ্রেম্বম রুসতম (অবু) |
| নম্ফম | : | আইসেক্ট কম্প্যুটর, ককচিং |
| মমল | : | লুপা ৮০ |
| ফংফম থোকপা | : | অইবা |
| মখুম য়েকপা | : | শ্রী এন. মনাও সিংহ<br>ওইল পোন্টিং ককচীং বাজার। |

# " ঐ "



ক্ষেত্রি বীরনা ইবা অনৌবা উপন্যাস অসিগী মমিং " ঐ " হায়না থোল্লি। উপন্যাস অসি তাইবং মহৈকোল কাঞ্চিপুরদা লৈরিবা শঙজাউ শঙলেন শঙয়াম অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা, ফিজেৎ লৈতেং কয়া হাপকৎলগা ইদুনা পুথোরকপা উপন্যাস অমনি। উপন্যাসকী য়ুম্ফম চেৎনা, ফজনা, নান্না থোল্লি।

উপন্যাস অসিদা মপূং ওইনা য়াওরীবা চরিত্রদি মরীখক্তনি। নুপাদনা পারী অমসুং চীংলেন। নুপীদনা মক্তবী অমসুং তরু। উপন্যাসকী লাইরিক অসিদা মখোয় মরীগী চরিত্র অসি ওম্থোক্লা ফজনা য়েকই। ফজমন্দুনা চাংদম্নীংঙাই পোৎশক অমা লৈত্রে। মখোয়গী চরিত্র য়েকপদা চঙবা পোৎচঙদি লৌশিং তান্নহনবা, মখোয় মখোয়গী মতম মতমগী শকফম ওইরিবা ফীবম চাংদম্নদুনা পীরিবা খূদম মরীক চুম্বা, খুঙ্গংগী চৎনবী ওইরিবা মওং তাকননবা খুল খরা পুশিল্লকপা অসিনচিংবা অসিনি। মহৈকোলদা য়ুম্ফম ওইরিবনিনা মরূ ওইরিবা চরিত্র ওইরিবা মখোয় মরিসু মতীক চানা মহৈ মশিং হৈ।

ৱারীদা য়াওরিবসিগী মতুং ইন্না পারীগা মক্তবীগা, চীংলেনগা তরুগা নুংশিনৈ। নুপী অনী অসিগী মমিং খুৎথোনসিসু ৱাহৈনা খেন্নহনবতনি, ৱাহয়োক্তি অমখক্তনি হায়বদু ফোঙদোক্লি। মক্তবী হায়বদি তরু তরুনা নানবী অমকপা লৈতবী হায়বনি। অদুগা তরু হায়বসু অমকপা লৈতবী লূজবী নানজবী হায়বনি। অনীসি অমতনি। তুংদা থোক্লগাদবা থবক অদু মমিংদগী হৌরদুনা নৈনবা হৌহনবনি। মসি নুংগী ওইবা ঈচেলদু লাইরিকসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা চেল্লী।

মখোয় মরি অসিগী নুংশিনবগী ঈচেলদা পশ্লীং অনী লাকখি। অমনা মমা মপা ওইবশিংদগী লাকপা পারীবু তরুগা লুহোংনবা, চীংলেনবু মক্তবীগা লুহোংনবা য়াথং লাকপা অসিনি। অসুম্না তৌনরিঙৈ অসিদা লাকখিবা পশ্লীং অমনা নুজা ওইরিবী মখোয় অনী বদনামগী কালি তৈশিনবিরকপা, অনী অসিনি। পশ্লীং অনী অসিদগী লাপ্থোকপা ঙম্নবা বুদ্ধি, লৌশিং কয়া পুথোক্তুনা, থন্না নৈনদুনা, মরৈ য়েৎনদুনা, অওক অথোংগী ৱারী ৱাতই কয়া শানদুনা হোৎনখি। অদুনা অপাবা মীশিংদা মখোয়গী পোলোইদা করি ওইরক্কদগে হায়বা খঙনীংবা অমা পোক্লকই। অদুনা লাইরিক অসি পাবা হৌরুবদগী লোইদ্রিবা ফাওবা পাদবা ঙম্মখিদে খঙনীংবনা লমজীং ওইদুনা।

নুপী অনীমক্কী চরিত্র তরু তরুই, অমকপা য়াওদে। মীনা অমুবা কালি তৈশিল্লরুবসু বদনাম তৌনবা হোৎনরক্লবসু মায়থীখিবা ঙাক্তনি, মখোয়গীদি হেন্না হেন্না লমচৎ শেংবগুম তৌরকই। মসিগুম্বগী লমচৎ উংনীংবনা অইবগী পান্দম্নি। অইবগী খ্বাইদগী চাউবা গুণদি মাগী শাংলবা উপন্যাস পাববু হৌরুরবদি লোইদ্রিবা ফাওবা মরক্তা লেপ্তুনা পানীংহনবা অসিনি।

ইম্ফাল
জুন ১, ২০০৫

খাইদেম প্রমোদিনী, খা ঙানবা

# ৱাহৈ খরা

মনিপুরী সাহিত্যদা হ্বাইদগী মশীং য়াম্না ইনরিবসি শৈরেং অমদি ৱারীমচানি, অতৎ অখম লৈত্তনা ইনরি হায়বা য়াই, মশীং হাইফেৎ য়াম্লে হায়না লৌনরি। মসি উরগা কনা কনাগুম্বনা হায়বা য়াওই —মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেং অমদি ৱারীমচাগী ঈচাও থোক্লে। লাইবক থীবদি, মখোয়গী লোন্দাদা হায়রগা, উপন্যাসকী লমদমদদি ঈকং থোক্লি। হায়রিবসি খরা হেঞ্জিনবা ওইনা থোক্লগসু অচুম্বা খরদি য়াওরি। সাহিত্যদা থবায় য়াওজরিবা অয়াম্বনা খঙনবা ৱাফম্নি, উপন্যাস ইবা শক্লাইরবা অইবা কয়াগী খোর্জে লেপ্পগুম তৌখ্রে, অনৌবা অইবগী খোর্জেসু মচীন ইতুম তুমদবগুম তৌবতা নত্তনা ইবদা পংচৎ চৎতবদৌনা তৌই। অসিগুম্বা মতাং অসিদা ক্ষেত্রি বীরনা মরক মরক্তা উপন্যাস অম-নী খুদোল তম্লকপসি অমুবা লৈচিল মরক্তা কোরৌ মশেক উবগুম্বনি।

হন্দকসু ক্ষেত্রি বীরনা উপন্যাস অমা খুদোল তম্লক্লি। হন্দক্কী অসিদি হান্নগী উপন্যাসশিং অদুম হায়না পংচাউ চাউদে, অদুবু অপিকপদি নত্তে। হন্দক্কী 'ঐ' হায়না মিংথোনবা উপন্যাস অসি অনৌবা টেক্নিক্তা ইবা চাংয়েং অমনি হায়না লৌবা য়াই। উপন্যাস অসিগী মরূওইবা চরিত্র মরিনা মানা মানা থেংনবা থৌদোক-ৱাথোক অমদি খনবা ৱাখল অদু মাগী মাগী ওইনা ফাষ্ট পার্সন্দা লীবা ৱারীনি, মী অমত্তনা লীবা নত্তে, অইবনা মখোয়গী ওইনা লীবসু নত্তে।

মথক্তসু পনগ্রে, উপন্যাস অসিগী মরূওইবা চরিত্র মরিনি - পারী, মক্তবী, চীংলেন অমদি তরু। অতৈদি চরিত্র মরিসিনা তাংকক তাংকক্তা মখোয় মখোয়গী ৱারী লীবদা পনবগী ৱানি, ফিজং মরুমদা লৈবা ঙাক্তনি হায়বা য়াই। পারীনা ককচিংগীনি, মক্তবীনা নম্বোলগী, চীংলেন্না য়াইস্কুলগী অদুগা তরুনা থৌবালগীনি। অদুনা ৱারীগী ঈচেল অসি মরূওইনা লমদম মরিসি পাংনা চেষ্লোক চেনশিন তৌই। অদুবু অয়াম্বা মতমদা ময়োলদি মণিপুর ইউনিভর্সিটিনি। পাখং-লৈশাবী মরিগী মনুংদা নুংশি-ঈচেলনা মাইকৈ অমরোমদমুক চেন অমরোমদমুক চেন চয়েৎননা শান্নবগী শক্তম অমনি উপন্যাস অসি। মরক মরক্তা থাজনীংঙাই ওইদবা থৌদোক-ৱাথোক য়াওরবসু ৱারীগী পরীংদি ঈংনা তপ্না অদুম চখে। অরোইবদা লোক্তাক ঈয়ায়থক্তা কমেডিগী মওংদা লোইশিল্লি।

উপন্যাস অসিদা ৱারীগী মপূং ওইনা শাদোং ওইরিবসি ডাইলোগনি, চরিত্র মরিনা অমগা অমগা ৱারী শান্নবনি। ডাইলোগকী চাং অসি খরা হস্থরল্লবদি ফগদবনি। মসিনা হাকমনখিদুনা উপন্যাস মান্দবা মতাং য়াওরকই। মসি অইবগী হৈনবীসু ওইরম্বা য়াই। তৌবগীদি ডাইলোগশিংদা ঙাওনরিবা ৱাঙাং-ৱাতাদা ড্রামা অমদি শূমাঙ লীলাগুম্বা অয়াম্বা মতমদা চত্থবনিনা নুংঙাইতবদি নত্তে।

উপন্যাস অসিগী থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবা অমা হায়বা তারবদি ৱারী লীবদা,

লৈশি-লৈথোন্দা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি প্রমাণ-পাছে ময়াম অসিনি। খূদম ওইনা
— ' মহাক্কী মায়থোং নুংশিৎ তারক্লিবা পাৎকী ঈমায়গুম্মি' ; ' য়েন্নাও অমা ফানবা হোৎনবদা কৈজাউ ফাগদবগুম চেকশিনবা ইথৌনি ' - অসিনচিংবা।

মহৌশাগী ফীভমগা মীওইবগী পুক্নীং ৱাখলগা য়াম্না নক্নবা মরী লৈনৈ হায়বসি অইবনা মতাং মতাংদা য়াম্না ফজনা উৎলি। মহৌশাগী শক্তম য়েকপদা য়াম্না ফজরবা ৱাহৈ - ৱাতা  লৈশি-লৈথোন শিজন্নদুনা উপন্যাস অসিগী মগুণ হাপকৎলি, পাবদা নুংঙাইহল্লি। পরেং অম-নীদং য়েংসি — ' নুমিদাংৱাইরম ওইরকপগা নোং পুবা অঈংবা নুংশিৎ তারক্লে, উপাল-ৱাপাল জগোই তান্নবদা ঈশৌ লাংবসু য়াওরে, অদুবু উতোন-ৱাতোন খরদি ঐখোয়গী ৱারী তানীংবগুম চেপথ চেপথ য়েংলক্নি' (তাংকক ৬)। অমুকসু তাংকক অসিমক্তদা অসুম্না লৈশি-লৈথোল্লি— ' লিরি লিরি শিৎপা মালংগী তাল চানা উপাল ৱাপালনা ঙংলকপা ঈশৈ তারম্বা ইম্ফাল শহর মণি-মুক্তা থিনবা ঙৌরুনবা ফৈজুপ শুপ্পগা তূমখূল তানখিবনা পূমচিক চিক্লে। মাইকৈ মরিমক্তা পাঙ্গনবা মবুং চিংজাউশিংনা মচল ইবেম্মা তম্পাকলৈমবু চেকশিন্না ঙাক্তুনা নুংঙাইনা পোখাহল্লি।'

মাইকৈ অসোমদগী য়েংলগদি ক্ষেত্রি বীর ডাক্তর কমলগী খূদুং ফজনা ইনবা অইবনি। অশেংবমকসু ডাক্তর কমলদগী চথরকপা রোমান্টিক ট্রেডিসন অদুদনি ক্ষেত্রী বীরনা চথরিবসি।

ইম্ফাল
জুলাই ১৩,২০০৫

এন কুঞ্জমোহন সিংহ
প্রসিদেন্ট
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

# ঐগী ৱাহৈ

ক্ষেত্রী বীরগী "ঐ" মহাক্কী মমাঙগী উপন্যাসশিংদগী তোপ- তোপ্পা খুৎই অমদা পুথোরকপনি। কেরেক্তর মরিখক্না ঐ হায়না মশানা ৱারী লীরগা পূনশিন্দুনা শাগৎলকপা খুৎশেম ৱারীনি। মখোয় মরিগী ৱারী তোখাই-তোখাইবা নত্তে। অমগা অমগা মরী লৈনরগা অপূনবা ৱারীগী মশক অমা শাগৎপনি। ৱারীগী প্লোট অমদি কেরেক্তর অনীমক্তা চপ মান্ননা শাফুপীবা উপন্যাসনি।

নীপা-নুপীগী মরক্তা নুংশিনবগী মরী অমদি মরূপ-মরীদা নুংশিববু কৎথোকপা ৱারীদা, লীলাদা তোয়না থেংনবা মতাংনি। 'ঐ' অসিদসু মদুনি থেংনরিবা। 'ঐ' গী থিম অনৌবা নত্তে, অদুবু অইবনা য়াম্না হৈ-শিংনা প্লোট শেমগত্তুনা অনৌবা ৱারী অমগী মহাউ অপাবশিংদা পীরি। মমাঙগী উপন্যাসশিংদা থেংনবগুম এডভেনচরস ওইবা যৌদোক-ৱাথোক য়াওদ্রগসু অইবগী ৱারীগী খুৎলাম্থোক অমদি খুৎফোঙদোক্না অপাবশিংগী পুক্নীং চিংশিনবা ঙম্বা মগুণ অমদি উপন্যাস অসিদা য়াওরি। মসিমক অইবগী মায় পাকপনি হায়না লৌগনি।

অইবগী পান্দম ফিন্দমলোমদা মমায় খরা লুরুপ তৌই। মতাং অসিদা অইবনা পুন্সি অমদি সমাজগী রিয়েলিটিবু নীংশিংবা ফৈ। অইবগী পুক্নীংগী ইহন্না উপন্যাসকী ৱারীবু হুমদুনা পুগে-পুগে তৌরিবসি মতুংগী খুৎইদদি খরা চেকশিনহন্নীংঙি।

'ঐ' পাবা য়াবা, পাবদা মরক্তা লেপ্পীংদবা উপন্যাসনি। অইবা অসিদগী অনৌবা উপন্যাস কয়া মথং-মথং আশা তৌরি।

| | |
|---|---|
| কাখিঙপুর<br>তাং ২১/৭/২০০৫ | প্রো. আই এস কাঙজম<br>হেড, হিন্দী দিপার্টমেন্ট<br>মণিপুর য়ুনিভর্সিটি |

# "ঐ" পারুবদা

ওজা ক্ষেত্রি বীরগী উপন্যাস "ঐ" পাজরে। মমাঙদা ফোঙখিবশিং 'লোৎলুবা চিঠি', 'হিংলম্বনি ঐ মাগীদমক' অমসুং 'ফিরেপ' তগী হিরম খরদা নাথৈরকপগুম উই। থোকখিবা ইতিহাসকী থৌদোক কয়াগা শাগোন্নদুনা চৎপা অইবগী খৃৎথা "ঐ" দা য়াওদে। মণিপুর, ভারত অমদি ভারতকী যুমলোন্নবা লৈবাক কয়া ফাওবা অপাবশিংবু পুদুনা চৎপা মতাং অদুগী মহুত্তা ইরমদমগী লোত্তুনা লৈরিবা মহৌশাগী ফজবনা পুক্নীং হূরবা মফমশিংদা পুশিল্লকই।

অৱাংবা ফিদম্নিঙাই ওইরবা ইমুং মরিদগী থোক্লকপা তরু, মত্তবী, পারী অমসুং চীংলেন শাবী শানৌ মরীগী নুংশি নুংঙনগী ৱারীশিং লমদম অসিগী খ্বাইদগী ৱাংলবা মহে তম্ফমশঙ ওইরিবা কাঞ্চিপুরগী তাইবং মহেকোন্দা মপুং ওইনা শাগৎলি। মসি অইবগী ৱারী অমা শাগৎপদা চঙবা তোঙান তোঙানবা মচাক কয়াবু মওং চানা পূনশিন্দুনা শাগৎপা ঙম্বগী তোপ তোপ্পা গুণ অমনি হায়দবা ঙম্লোই।

মরুওইবা মীশকশিং—তরু, মত্তবী, পারী অমসুং চীংলেন মরিমক্না "ঐ" হায়বা ৱাহে অসিদা তোংদুনা ৱারী লীবা ওইহল্লি। লোয়ননা মখোয়গী ৱারীশিং অদুনা মপুং ওইবা ৱারী অমা শাগত্তুনা তোপ তোপ্পা মহাও অমা ফংহল্লী।

পুন্নমক্কী হৌরকফম অমসুং তুংনফম ওইরিবা "ঐ" হায়বা ৱাহে অসিদগী নাহ্থোক্তুনা চেনবা ঙমদ্রবা মীওইপোক্তা পোক্লরবা মখোয় মরীমক মপুক্নীংগী অনীংবা অপাম্বা থুংলবদা অপেনবা পোকচখিবা "ঐ" তগী নুংশিবনা পুন্নমক্তগী অথোইবনি লৌদুনা থোনখিবা ওইরম্বসু য়াই উপন্যাস অসিগী মিং। অদুগা অমরোমদা অইবনা অপাবশিংদা ফোংবদা ৱারগদা পাউখোং অমা চল্লিবরা? মফমসিদা "ঐ" হায়রিবসি কনাবুনো? ওইনিংবসু ওইসনু "ঐ" হায়বদি ঐ নি।

থোৎ মেংলবা ৱাহে-ৱাতা, প্রমাণ-পাছেনা ডাইলোগকী মগুণ হাপ্পা, অহৌবদগী পাউখোং চন্দুনা পাউখোং ফোঙবা ঙাইবদা অহীং নুংথিন নাইদনা মতুং ইন্দুনা চৎনিংবা ফাওহনবা অঙকপা শক্তি অমনি। অমুক্কা হেন্না পুক্নীংদা অপেনবা ফাওখিবা অমদি মীপাইবা, লাংতক্লবা কোকহনখিবদি পাউখোং ফোংলকপা মতমদা ট্রেজেদী ওইরমদবা অসিনি। য়াম্না শম্না হায়রবদা পাবা হৌরুবদগী লোইশিন্নিংবনা অহীং তুমহন্দনা পাবগী থৌনা হাপখিবদুনি লাইরিক অসিগী মগুণ।

ককচিং
২৮ জুলাই, ২০০৫

ডা : নোং. প্রমোদিনী দেবী

# অইবগী ৱা

মালেমসিদা মীওইবনা হিংবগী খোঙচৎতা থেংনরিবা অহোংবা ফীভম ময়ামসিনা উপন্যাস ইবা হেন্না হেন্না লুহল্লি। মসিগী মথক্তা পাবীরোই খল্লুবনা অইবশিংগী হৈনিংবা মাঙখিবমক নত্তৰসু নুংনাংজবদি লৈ।

লৈত-লাইর, অৱা-অনং অমদি অকি-অখংগী খূৎইদগী থৈদোক্তুনা নুংশি নুংওনখক্তগী ওইবা ৱারী অমত্তং ইননবা মরূপ-মপাংশিংনা নীংশিংবীরকপবু তরাম্না ওকচরগা ইচম চম্বা তোয়না থেংনরবা লীলা ৱারীগুম্বা অমা শাগৎচদুনা তোপ্তক তাবা টেক্নিক অমগী চাংয়েংদা উপন্যাস অসি পুথোকচবনি। মসিবু পাবীনবা অমসুং অশোয়-অঙাম কয়া নৈনবীনবা মীয়ামগী খূৎতা শিন্নজরি।

উপন্যাস অসি ফোঙদ্রিবঁগে মাঙজৌননা পাবীনবা হায়জরুবদা অচিনবা কয়া কাইথোক্তুনা হরাও হরাও য়াবীরকখিবগা লোয়ননা মমল য়াম্লবা ৱারোল ইবীরকখিবশিং- (১) মণিপুরী অইবা অমসুং অইবীশিংগী মমা শকুবী কুমারী খাইদেম প্রমোদিনী দেবী, (২) শ্রীনোংথোনবম কুঞ্জমোহন সিংহ, (৩) প্রো: আই এস কাঙজম অমসুং (৪) ডা: নোংমাইথেম প্রোমোদিনী দেবীগী মফমদা অচৌবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

লাইরিক্কী প্রুপ লৌবদা তেঙবাংবীখিবা ইয়াম্বা শ্রীয়েংখোম ধনঞ্জোয় সিংহ, শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহ অমসুং ইনাও শ্রীক্ষেত্রি: ইবোচাউবা সিংহবু হন্না হন্না থাগৎচরি। অদুগা, তাইপ সেত্তিংদা অৱাবা কয়া খাঙবীখিবা নহা ওইরিবা ইবুংঙো য়েন্দ্রেম্বম রুসতম (অবু) সিংহ অমসুং লাইরিক অসি নম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা আইসেক্ট, ককচিং খোংনাং মরি ফাংববু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

ক্ষেত্রি বীর

# ১

নুংশিবী পলেমগী ময়ায় তাংবল, অশৈবা অমগীনা খোর্জে কাঙফম, অচীকপনদি থাগোল্লিবা, লৌশিং-মৈরাগীসু ঙাল্লকফম, কাঞ্চিপুরগী লমদমসি ঐ য়াম্না নুংওঞ্জে। মতমগী য়াওল লমজেল য়াওখ্রবা ইম্ফাল শহরগী নিল-খোংবা অমসুং ওলাং-ওনশাউবদগী নাথৈদুনা অঙ্গৈংবা পোইরৈ লমদমসিদা খোঙদারকখিবা মণিপুর য়ুনিবর্সিতি ঙসিদি চরাংনবগী চৈথেং ফংগদৌরে খল্লুবদা ৱাদবা কনাসু লৈবোই। য়াঙ্গৈংলবা য়ুনিবর্সিতি অসি অৱাবা কয়া মায়োক্লবনা মায়থোং মকই। মাগী মশা-মউ, মখোঙ মখূৎ নীংথিবা চরৈ অমসুং ফজবা লৈতেং থোনবীদবনা ইরোম লোম্মি, পাঙ্গল য়াওদ্রবগুম তুশোন মানশোন্নসু উহল্লে। অদুবু, য়োৎকী তোংশা উত্তুনা, শিংলী পাবল হৌনা মপারী মমোমশিংবু অৱাংবা কৈরাক লামহন্নবা ঙবোং নাউহোং শাদুনা শামু নম্বু য়ারিবা, চোকথবা নাইদবা, নীংহন্নদবা মাগী থৌনা উরুরগদি ঐ য়াম্না চাউথোকচৈ, কোক নোঞ্জে। অসুক য়াম্না নুংশিজরবা য়ুনিবর্সিতি অসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না তোয়না য়েৎলোম ওয়রোমদগী উদুনা লাক্লবসু কেম্পস মনুংদদি অমুক্তসু চঙদুনা কোয়রুদ্রি। হন্দক্তি খুদোং চাবা নাম্থোকহল্লরোই খন্দুনা সেমিনার লোইশিল্লকপগা ঐ মীয়াম মাঙ থানা চীংলেনগা লোয়ননা সেন্তিনারী হোলদগী পরপ পরপ থোরক্লম্মী। ফোঙ ফোঙ শারবা মখূৎপু ঐগী লেংবান্দা থল্লগা চৎলিবা মরুপ্পা হরাওবগী স্বর হোনবদু ঐসু য়াওরিবনি।

চীংলেন্না হায়রকই, " পারী, ঙসিদি ঐ উফক্লুম নপচনীংঙি, নহাকপু শুকথামক থাদোকচনীংদ্রে। "

ঐনা খুম্মি, " অচুম্বনি, মদুমক্তি ঐনা খঞ্জরিবসু। ঐখোয় অনী উনদবা কয়াদি কুইরবা। য়েংবীয়ু, মতম্না ঐখোয়গী শকফমদা খূৎ থারিবসি। টেলিফোন নম্বর হংনরগা ঈ-পাউ ফাওনবদি য়াবনি, ঐখোয় অনীমক লাল্লি, ইঙাও হেক ঙাওশিন্নে, হৌজিক্তা নীংশিংলকপসি ফত্তি ফত্রবা জাৎনিকো।"

" থবক চিনবা হাযবসি নত্তনা অশোয়বা অসিগীদমক ঙাকপীনবা করি

মরম লৈরি? অদুবু, মসিমক্না ঐখোয়গী নুংশিনবা মরী থদৎপদি মতিক ওইরিব্রা?"

ঐ চীংলেনবু চেৎনা কোল্লি, থৌজান অমসুং অচেৎপা পুকচেলগী মঙান ফাওবা সনাগুম লংলবা মহাক্কী মায়থোংদা মুন্না য়েংলম্মী, অদুগা নুংঙাইজবা ফোঙদোক্লুনা হায়, " যুগ কয়াগী মমাঙদগী নহাক্না লোয়নজরক্লবগুম খঞ্জে। "

" শক্লাইরবা পণ্ডিত, স্কোলার কয়াগী সভাদা ঙসি নহাক্কী ভাষন মশক থোকই, তাবা নুংঙাইজে, ঐ খূবাক খূখি, খূৎ হাইখিবনি। " চীংলেন শিৎ নান্না হাৎলবা মুরবা কোক্তা নান্দুনা ঐগী মীৎতা চোংশিল্লগা শমথৈ,"অদুবু নহাক্নদি উবীখিদবা মাল্লি। ভাষন্দু খ্বাইদগী পুক্লীং চঙনা তাখিবশিংগী মনুংদা ঐসু অমনি, মীয়ামগী অপেনবা উরগা য়াম্নসু চাউথোকচখিবা। "

" থাগৎচরি মরূপ। "

মহাক্কী মায়থোংদা হেঞ্জিনবা অমসুং থৈগৎপগী মমি তাদে, মদুনা ঐগী থম্মোয়নুংদা হরাওবগী ঈথক-ঈপোম অমা হৌহল্লি।

" কৈদৌঙে থোকপীরকপগে? " চীংলেন্না হংলকই।

" ঙরাং থূংজরবনি। "

" থেসিস পীশিনবীরম্লব্রা? "

" ঙমজদ্রি, য়াম্নদি শাংথখিদনবা হোৎনজরি। "

" কৈদৌঙে অমুক চঙবীগনি? মফম অদুব্রাইদা থবক তৌদুনা অদুম লৈথোকপীখিবসু কনানা খঙগনি, লৈবাকসিগী মওংসিদা, পোক্লফমগী নুংশিবা অসুম মাঙশিন্নরক্লে। "

" ঐখোয় পূম্নমক ইরমদমগীদমক খল্লি, চাউথোকচৈ, অদুবু মমৈথঙদা, চরা তানবদদি মীরমদমদা হেক তারকপসিনা মরূপ্পুসু ব্রাফমদু হায়হল্লবনি। "

" এম: বি: বি: এস: মিংজন পরীক্ষাদা মকোক তাখিবা নহাক্না তমদনা তোকথোকখিবদু ময়াম ঙক্লখি, ঐঙোন্দা ব্রাহং কয়া চোংথোরকই। হৌজিকপুদি পাউখুম অমা ফংজরে, অফাওবা প্রোফেসর সাইন্তিষ্ট ওইবীনীংবগী মঙলান অমা লৈবীরম্লে। "

" যুগসিদা মেদিকেল সাইন্তিষ্টশিংবুসু কয়ামুক ব্রাংনা থাঙ্গৎনরিবগে হায়বদু খঙনা খঙনা ঐ মরূপকীদমক য়েংলগা ডাক্তর তমখিদে খনবীখিবদু লাল্লিবনি। "

" শোঞ্জবনা ব্রেটিং লিষ্টকী মকোক্লোমদা ইন্তুবীরবা ঐঙোন্দা খুদোংচাবা পীবীনীংবনা মরূপ ডাক্তর তন্বীখিদে, আই : আই :তি : চঙবীখি, লোৎপীগনু। মদুগী ইকাইজবদা ঐসু মেদিকেল থাদোকচখিবা নত্তে হায়বসি ঙসি মরূপ্তা

শেংদোকচবা ওম্বোক্লা নুংঙাইজে। তশেংবদি মরূপ, ফিজিক্সকী অপাম্বনা ঐবু লম্বী অদোমদগী চিংথোরকখি। ”

“ মঙ্গল ওইবীয়ু। অদুগা হায়জনীংবা অমদি, চাংয়েং পরীক্ষা হায়বসি তাঞ্জাগীসু মখা পোল্লি, মদুনা কেন্দিদেৎ অদুগী হৈ-শিংবগী চাং পূম্নমক লেপ্লবনি হায়বদি লানগনি। ”

ঐগী পুক্নীংগী অপাম্বা খঙখ্রবগুম চীংলেন খোঙকাপ অমা হাইগৎলকই, অৱাংলোমদা মখূৎসু থিল্লস্মী।

“ কেন্তিন্দা করিনো অমত্তং...। ”

“ঐসু খঞ্জরম্লিবনি, অদুগা ঙাইহাক কোয়না অমুক্তং চৎচনীংলি, কেম্পস মনুংদা চঙলকপসি পুক্সিদা ঙসিনা অহানবনি। ”

“ শোত্থরিবা ময়ামসি খঙলুরগা নুংঙাইবীরোই। ”

য়েৎলোমদা নক্লা লৈবা চীংথক্কী দৃশ্য উরুবদা ঐ হায়দোকখি, “ পক্নখিদ্রেদা, শান্তি পুথোকফমসিদা খূৎলাই লোয়নবশিংনা শাইদাংবসি,করম্নদি ওলাংলোই, লাম্লকুম অকি-অখংনা থম্লবা লমদম ওইরে। অমরোমদা লালহৌ-লূপ্লা চেংগুম শৌরকপগা লোয়ননা গীচম প্রজাগী চীন মেনবগী হৈনবী থম্লকপসিনা ঐখোয়বু করম্বা লম্বীদা লমজীংবীগদৌরি,চমম্নহল্লে। ঙাইবা তারবনি, নোংমা অঙানবা লম্বী থিবা চোংথোক্নরকপদু। ”

চীংলেন ঐগী ৱাফমদা য়ানীংবগুম মঙক নোম্লবসু মখাদি নৈননীংবা কয়া উদে। করিনো অমা খনবদা মশাবু ঙাইহাক কাউরবনি। থৱান থাগী মায়কৈ নাইনা চুবা নোংনা চামথোক্লম্লবা, মনিল ক.রিবা লম্বীদা ঐখোয় অনী খোঙকাপ খরা চৎলবা তুংদা অৱাংলোমদা ওল্লক্লে।

কেন্তিনগী ময়ায়মক্তা, কন্না ঊঙলিবা পংখাগী নুংশিৎ ফংনবা, টেবল অমদা মায়োক্লনা ঐখোয় অনী ফম্লুই। মনুংদু ইহাঙ হাঙবগুম্মি, মরমদি লৈনা য়েংলুবদা য়েৎলোমদা লৈশাবী অনী, ওইরোমদা অনী, আ ফক্লাং নক্লা তরক তরক ফম্লি। চীংলেনগী খুইরুম খুইরুম্বা, চীনবান্দনা মোমোন, থম্মোয়দনা চীক্লা ৱারী শাবগী মীৎয়েংদা ঐ তিল্লুরে, ওয়রোমগী লৈশাবীশিংগী ফমফম্লোমদা। লৈথোরকপদসু মহাক্কী ইকাইরপ তৌবা শকফমগা লোয়নরকখি। অদুবু, য়েৎলোমদা, খূবাক্লা চুবা নমদুনা, খূনীংনা টেবলদা শৌরগা ফম্লিবী অতিয়া মচুগী ছুট শেৎপীদুবু মীৎচানরুবদা ঐ শ্বাই পাখৎখি, তু চুংঙি, মথকলোমদা পাইখৎখ্রবোই নীংঙি। মহাকসু ইখং হেক খংনা লৈথোকখিরস্মী। চীংলেন্না থিরকপা মতমদুদা ঐ

লৈমায়দা তারক্লি, সুন্দ্রংদা ইতাউ তাউরি।

" মরূপকা পূঞ্জবা লাইবক ফবগী পূংফম্নি। " চীংলেন ঐনা হংনীংবা অমা লৈরে খঙনা কোইজানরপ ব্রাহে খুদিং ইকাইবনা য়োম্লগা লোন্না হায়, " মতম কয়াগী মমাঙদগী অমুক্তং শকখঙনজনীংবা মীশক অমা মরূপকী আ ওয়রোমদা ফম্লি। য়েংবীয়ু, লফু লয়োন মচুগী ছুট শেৎপীসিনি। মখোয়না পান্নমগদবসি করিবু ওইরমগবা — চা, কোফি নত্ত্রগা অঙ্গৈংবা ? ঐনা কৌবা পোৎ অমা লৌবীখ্রবদি নুংঙাইজখ্রনিদা। "

য়েৎলোমদগী হুৎলগা লাকখিবা মীৎয়েং অমনা ঐঙোন্দা থৌনা খরা হাপ্লল্লে, পাখংনি হায়বসু খলহল্লি।

" ঐ হেক্তা খঙজরগে অকায়বা লৈত্রবদি। " মরূপকী অপাম্বা য়েংনা লফু লয়োন ছুট শেৎপীদুগী মীৎয়েং ফানবা হোৎনদুনা ঐ লাউতক হংঙি, " ইবেম্মা, কোফি কৌজগে ? "

" থেঙ্ক য়ু, তামো। "

" থেঙ্ক য়ু, তামো। "

য়েৎলোম ওয়রোম নাকল অনীমক্তগী অমুক্তদা পূন্না লাকখিবা পাউখুম্নি। মখোয়গীদু খোইনীংগী মেঙলবা খোঞ্জেলদা হায়রকপনি অদুবু খংহনবগী চাংদি ইঙাগী নোংখোংদগী হেনখ্রে। কেন্তিন মনুংদা লৈরিবা ঐখোয় পূম্নমক ইঙক ঙক্লা য়েংনরম্মী। লৈশাবী কাঙলূপ অনীগী মীৎয়েং নোংথাং ঐখোয়গী কোক্তোন্দা থেঙ্গাইনখি অদুগা ব্রজনা অমরাপুরগী নুংশি লৈনম চেনবা সনাগী লৈহাউ থম্মোয় থূম্না য়ৈথরকই। শোয়খ্রে হায়নবগুম মখোয় লুকথদুনা ইকাইবা অমদি নোক্লীংবা খাঙলম্মী। তিংঙক মায়ঙক্লরিবা চীংলেন্না ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরবদা ঐবুসু চনৈনবনা য়েৎশিল্লকই। মহাক ময়েক শেংদোক্লবা উপায় থিরুই, অদুগা কেন্তিন মেনেজরদা হেক ওনশিল্লকপগা ঐনা থৎলে।

" পীবীরক্কদবা কোফিদু তবক্ক শুরে। " হন্দক্তি ঐ নাকল অনীগী লৈশাবীশিং য়েংলগা হায়।

কেন্তিন মেনেজরনা মরোল ফাবাত্তবদগী নোকপদা চীংলেন য়াওরম্মী। খল্লিবা ফিজংসি হাইদোক্কে খন্দুনা ঐ য়েৎলোমদা লৈশীল্লে, মায়দি খরা কল্হোক্তবা য়াদ্রবা মতাংনি।

ঐনা হংখি, " মক্তবী, ইবেম্মা, অচাপোৎতি করি লৌসিগে? "

অতিয়া মচুগী ছুট শেৎপীদুনা খুম্লকই, " তামো, কোফিনা সুম য়াজরে।"

য়েৎলোমদা চীংলেন্নসু হংঙি, " তরু, করি চাসিগে? "

" ঐখোয়গীদমক্তদি য়াজরে, তামো। " লফু লয়োন মচুগী ছুট শেৎপীদুগী থোইনা কোইদ্রবা পাউখুম্নি।

চীংলেন অনৌবা ব্রাখল অমা থুংলখ্রবগুম হন্দক্তি লেমতক কৌই, " বর্ফি তরুকখক্তা পীবীরকপা তারে। "

ঐখোয়গী টেবলদা কোফি অমসুং বর্ফি থম্লবা মতমদা মী মরী মরী চঙলকখ্রে, লৈশাবীশিং অদুগা ব্রারী শানবা য়াবগী মতাং থোক্রে। মখোয় শাংথনা ফম্বগী হৈনবী লৈতবগুম ঐখোয়দা তাক্লম্লগা পূন্না মপান থোকখিরম্মী। ঐখোয় অনী ঙাইহাক চোম্থহৌরি।

চীংলেন্না হংলকখি, " হৌজিক্কী মক্তবী হায়বী ইবেম্মদুবু কনানো? মরূপকী মরী মতা...? "

ঐ লোৎনীংদে, শেংনা তাক্লে, "তাঞ্জা অমদা খঙনজখিবনি, মরূপ ওইজনীংদুনা। খোঙ্গুল কন্না লীজরুরবসু উনখিদবদি কুইরে। "

চীংলেন থম্মোয়নুংদগী নোকপা হৌখিবদু মপান ফাওনা হায়, " মীকুপসিগী মমল ইথন্তগী ওইরব্রা খঞ্জরুব্বু মরূপকীসু য়াওরম্লে। "

ঐ চীংলেনগী ব্রাহৈশিংদু খঙনবা হোৎনৈ। মহাক্কী পাল্লবা লাইবক্তা হরাওবগী ময়ি চোংথোরকপগা লোয়ননা মীৎ অমসুং পীশূম অনীনসু মরোল য়াম্না লোল্লি।

ঐনা হংঙি, " মীকুপসিদা কৈদৌরবগে? "

মহাক পাউখুম শাংঙি হায়বগুম নোকফেৎ তৌই অদুগা থৈরপসু খুম্মি, " মীকুপকীসু, পূংজাগীসু অর্থ হঞ্জগে; ঙসিদি নহাকপু য়ূমদা সেবা খজিক্তং ফংজবগা লোয়ননা ব্রারীসু পেন্না শাজনীংলি; ঐগীসু মরূপকীসু পূমতেং তেংনা খঙদোক্লবা। "

" নুংশিবীবা অদুগীদমক লাখ লাখ থাগৎচৈ, অদুবু হোয় হায়বদি ঙমজদ্রে। মমাঙদা পঞ্জখিবদুনি, ঐ ঙরাং লংফৈন্দগী থুংজরবনি, কোন্না কোয়থোকচরকপা তারে। "

চীংলেন পেন্দনা উই, তকশিল্লকই, " হয়েং ঙন্তা মরূপপু ঐনা য়ূম য়ৌনবা থিঞ্জগে, হৌজিক টেলিফোন্দগী ঐখোয়গীদা লৈরে হায়না পাউ পীবীখিবদা করি অকায়বা লৈগদগে? "

" নুমিৎ থা হূইনা চাখিরোই, ঐ মরূপকীদা নোংমা শোয়দনা লাকচগনি। ঙসিদি য়ূমদা ঐবু মী খরনা ঙাইরমগদৌরি, ব্রারৌবীবা য়াদ্রে। "

" অদুদি, ঐখোয়সু হৌগৎনবা...। " চীংলেন শমজীল্লকই।

ঐখোয় অনী কেন্তিন্দগী থোরক্লে। অব্রাংলোমদা লাকখিবদু চীংলেন্না ঐগী

অপাম্বা খঙনা লমজিংলকপনি। য়ুনিবর্সিতিগী তোঙান তোঙানবা ডিপার্টমেন্টকী শঙশিং অসুম য়েংদুনা লাক্লম্বদগী নোংপোক্লোমদা অমুক হাইগৎলে। অহাঙবা লৌবুক্কা তাইনবা লম্বীদা ঐখোয় অনী খূৎ চেজেৎ পায়নদুনা লেপ্লম্মী। কায়নরসি হায়ননীংলবনি, মরমদি মহাক্কী মীৎয়েং থাপ্না, নোংপোক্লোমদা হাইগৎখ্রিবা তরুখোয় কাঙবুদা থম্লি, ঐনা খা পাংনা চৎনীংলিবনি। অমুক্তং চেৎনা কোল্লম্লগা চীংলেন ঐবু থাদোক্লম্লে।

লাংতক্লবা ইতৌদা, ঐগী করি ইরাল উবগীনো, লেঙ-লেঙ হাই-হুম্লিবা অশংবা ফৌরক্তগী পাইথোরকপা চরোয়শিংনা লুতোন শম ফোয়গদবগুম লক্লরে। লম্বীদা থৈনরিবা চীং-লেম্লবী, চঙখোল্লবী নুজাশিংগী হরাও-ৱারী, মায়োক্লনা হুম্লকপা নোংলিক পুবা অঙ্গৈংবা নুংশিৎ অমদি কেম্পস মনুংদা কোয়বা ফংজবগী নুংঙাইবনা ঐবু ফনা য়াম্না তেকখৎহল্লবসু মীকুপ খরগী মমাঙদগী য়াকাইরকখ্রবা নীংশিংবা অমনা পুক্লীংবুদি অনাবগুম শোম্থহল্লে। হৌজিক্তি কেম্পস মনুং কোয়নীংবা ৱাখল্দগী মীশক অমা থিনীংবদনা হেন্না লূমথরক্লি। করিগীসু লাংতক্লরোই, চহী অমগী তুংদা ঙসি ঐনা মহাকপু মফম অসিদা ইথামক থাজদনা উবা ফংজবনি। ঐগী থম্মোয়নুংদা মহাক্কী শক্তম্না কেকু লোৎপী শান্নরকপা কুইরে, মক্তবী হায়বা মিংখৈ নাকোংদা ঙংলি, লৈয়েংনা শোল্লি। মহাক্কী আশানা ঐগী মম্লবা ৱাখল-তরংদা ধ্রুবতারাগী মওং লৌরি। মীকুপসিদা ৱাকৎ কয়া অঙকপীদুগী মথক্তা হৈথনীংবনা ঐ থিবা তাখি।

লাপ্তুক য়েংখিবদা, কেম্পস ময়ায় চবুক্কী লমলোং মরি ফাংবা আইলেগু নক্লা, মখারোমথংবা ৱেতিং শেদতা শংবান্নবা ফিজোন্দা লাইরেম্বীগী শক্তম চেনবীদু নাইতোম লেপ্লা উরে। অচৎ-অওকশিংনা মঙোন্দা লৈশিন্দুনা য়েংলমদবা য়াওদে, অদুবু মহাক্তি অশাবা মূর্তিগুম কনাবুসু থৌওইরুবা মান্দে। বসতা ৱাখল চঙদবা মহাক্কী মতৌনা ঐবু অমুকসু লেপ্তুনা মনাক্তা চঙশিন্নবা থৌনা হাপ্লে। গুলাব লৈনাদা পকপা লিক্লাগুম লংনা তঙাংলবী মায়থোংদা কারকপা হুমাং মরীক মরীক রুমালনা তৈথোক্তুনা, নুমিৎকা মায়োক্লনা, পুখ্রীগী থরো-থম্বালদা মীৎফম থম্লগা লেপ্লিবী লৈশাবীদুগী নাক্তা ঐ চঙশিল্লম্মী।

" মক্তবী ! অসিবু মঙলা ! " মহাক্লা লৈশিল্লকপগা ঐগী ৱাহৈশিংসি নিক্লা চোংথোকখি। " মফমসিদা নহাক...? অদুগা হৌজিক্লা নাইতোম নথম্তা ? "

" থৌদোক খুদীং মঙগুম থোকহনবগী হৈনবী লৈবীবা তামোনবু করিগী ঙকপীরি ? "

থোয়রবা চীনবান, নোঙ্জদবা মীৎম্না অমসুং নাপল পকপা পীশূম্না ওইনবা উৎলকপদা ঐগী লৌশিং মাঙডি, থম্মোয় তনিক তনিকই, ইশোন শোষ্থে; শক্তি চেনবা মহাক্কী অশাউবদা তোংবা রাশিগী তেঙ্জৈনা হকচাং পূম্বা লেংলবনি।

" ঙাইবীখো ! " ঐ খাঙওমদনা লাউই।

মক্তবী তপ্পা চৎথৈ," কৈ কিদুনা চেনবীখ্রগা শওম ওইনা ওক্লবীরবগী নুংঙাইবীদবদু খঙজে। "

" চেম্থোকখিবা নংবীহৌদ্রে, য়েৎচরবনা হাল্লে, ঙাকপীয়ু। অদুবু মক্তবী, মীকুপসিদা ঐগী লাংতক্লবা নহাক্লা উবীদে। "

তাঞ্জাগী মমল তাঙমনখিবনা ঐ মক্তবীগী মখোঙ নক্লা ফন্লুবা ঙমখি। ঐগী ৱাখল চুম্মি, মহাকসু ফমথরক্লে।

" পৃথিবী চাউদ্রবনি, লোৎকে খনবীরুরগা হেন্নসু পিকশিল্লক্কনি। " মক্তবী ৱারৌবগী ৱাঙাঙ থাদ্রি," তাকপীরম্বা পূম্নমক কাউথোকপীখি, ফাগিগুম ঐবু লক্লদুনা অদুক কুইনা অৱা মৈশা লাংহনবীখিবনি,এদ্রেস ফাওবা তাকপীরক্তনা।"

পেন্দবগা ইচঙ থৌনা লাম্থেংনরবসু মক্তবীগী মীৎ অনীমক পিরাংনা থূমখিবদু খরদি থুমনবনি। ঐসু মতম কুইনদগী পুরক্লবা ৱাকৎ থিংবা ঙমখিদ্রে।

ঐ কস্তক হায়," মীরায়বীবদগী অসুক থীনা ৱাহনবীবা চুমদবনি। "

" অদুম্না তাৎ হৈবীরমগনি হায়বদি ঐ খক খঞ্জরুদে। য়ৌবগা চিঠি ইবীরক্কনি, এদ্রেস তাকপীরক্কনি, টেলিফোন নম্বর পীবীরক্লে হায়বীরম্লগা ঈশিং মনুংগী লৈতূম ওনখিবদা ঐগী পঙজবা ইতৌ খঙজরকই, ৱারৌজে, কপ্পনা থৌদাং ওইজখি। "

" ঐ অরানবা ঙাঙবা পামজদে। অহুম্লক হন্না থাজখিবা চিঠিগী পাউখুম পীবীরক্তবনা চিংনবা,ইকাইবা অমদি অৱাবগী ঈপাক্তা ঐবু লংথবীখ্রবনি। ঐগী পুক্নীংগী ৱারোলবু ৱারেম-থৌরেম ওইনা হৌজিক ফাওবসু লৌবীরি হায়বা উজরে।"

" ইস ! চিঠি ! কনাদা পীবীখিবা ? মী ওন্নবীরমগনি। নীংশিংবীখিদ্রবা ঐগীদমক চিঠি ইবীনবা মতম লৈবীরম্ফম থোক্তে। "

মক্তবীগী নীংঙমদবা মীৎয়েংবু ঐগী ৱারৌবনা ওকখ্রে। শোয়খিদে, লানখিদে হায়বা হান্না খঙহন্নবা হোৎনবদা ঐ অশাউবা ফাথবা ঙমদ্রবনি।

" অস ! " ঐ যূম্বীদা খূদুম্না শুরম্মী, নীংশিংদুনা হায়," অগষ্টগী তাং কুম্থ্রাদনি ঐনা বেঙ্গলোর থুংলুবা, সেপ্তেম্বরগী তাং অনীদা ইবেম্মদা অহানবা চিঠি থাজখি, এদ্রেস তাক্লগা, স্পিডতা। অহীং তূমদনা ইজখিবগী পাউখুম পীবীরক্ত্রে। মথংদা, সেপ্তেম্বর কুন্নিপান্দা অমুক থাজে, অদুসু ইকাইবা নংলে,

করিমত্তা হায়বীরক্তবনিনা। অকোনবা অহুমশুবদু মেরা থাবল ঈপোমদা নুংশি মৈচাক খাঙবদা থম্মোয়নুংগী ঈহৌগা লোয়ননা ইজখিবা চিঠিনি। অদুক য়াম্না থৌশাবীখিদ্রিবা করিগীনো ? ঐবু কাউথোকপীখ্রে অমদি শাগৎচখিবা মরী তৎখ্রে খনবীখিবা লৈরবদি মীকুপসিদা শেংদোকপীরম্মু।" দাবী য়াওবা ৱাকৎ ওইবনা ঐগী খোঞ্জেল কনখৎলকই।

মহাক ঐঙোন্দা চাক্লা য়েংঙি, শকফম ওনখি, নীংঙমদবা চামা চামানা থূমহৎখিবগী মতৌ উই।

" কয়াদি ৱানা ঙাইজখিবা, চিঠি লাক্কনি খন্না। পোষ্ট ওফিস চত্তুনা চিঠি থিরুবদা ইকাইবা খঙখিদ্রবীনি। " মক্তবী পিরোয়নবা অৱাবা স্বরদা মখা তাই, " অদুবু, হৌজিক্তি ঙাকপীয়ু হায়জবা নত্তনা উপায় লৈজদ্রবীনি।"

"ঙাকপীবা…? করি ইতিক লৈদুনা, লাল্লিবদি ঐনি, মীগী পুকচেল খঙদনা…।"

য়াম্না নক্লা থারবা বস য়েংদুনা মক্তবী লূমতক হৌগৎলকই। মহাক্লা লুরুক্লনা য়েংলকপদু মৈচাক পুবা শক্তমদনি।

মহাক থুজিল্লকখি, " তামো, ঐ চৎচরগে। অপঙবীবু ঙাকপীয়ু, খুরৌ থাংলবীনি ঐদি, অসিমত্তং শেংদোকচরমগে। "

মক্তবী বস কাখৎপলা হানখ্রে, ঐদি হংনীংবা খরা ৱাৎহৌরবনি। ঐঙোন্দা পাউখোংসু চনবীরম্লে। নাইতোম তাহৌরবা ঐসি থাপ্লবা মীরৈবাক্তা ফমহৌরবনি, কুইনা তৌফম লাকফম খঙদনা, কয়াদা তোল্লবা। নোংপোক্রোমদগী হুন্নকপা অঈংবা নুংশিৎ, চীংয়া নক্লা পাইরিবা চেক্লা শঙ্গু শঙ্গু, ৱাওথাংনবা নোংকুপ্না শেম্বা ময়েক লারবা চূমথাঙ, পুখ্রীদা হাই-হুন্নিবা থরো থম্বাল, ঐগা ইশম শম্নদে, শীংথারুনবা ৱাখল লাক্তে, মহৌশাদগী তোপ্না খল্লি। মমৈথঙদা, লম্মাংনরুবদগী য়ূম নীংশিংলকপা মীকুপমক্তা চীংলেন তরুখোয় কাঙলূপ লৈশাবী মরিগা লাপ্তক অৱাংলোমদগী লাকপা উই। ঐ ফুক হৌগৎতুনা মখোয় তম্না চৎলম্মী, মদুগী পান্দম লৈবা নত্তে, অদুগা করিনো অর্থসু খঙদনা মরূপগী থৱায় য়াওবা খোঙথাং য়েংলগা নোকথোকখি। য়ৌফাত্তিঁৰৈদগী চীংলেন্না লাউরক্লম্মী।

" মরূপ্পু অমুক থিজরক্লিবনি, কৈনোমা ৱাৎহৌরে। নহাক্কী টেলিফোন নম্বর হংজহৌদ্রে, ঐগীসু পীজনীংঙি। অদুগা, য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমনা, ইশাগী অমসুং তরুগী মায়কৈদগী বার্তন অমত্তং পীজরি। "

ঐ ঙক্তক তৌই, মখোয়গী থৌ চিনবা মীৎয়েংদগী মরোল ফানবা হোৎনৈ।

" করি বার্তন ওইবীরবনো ? " ঐনা হংঙি।

চীংলেন্না খুম্মি, " হয়েংসি য়ুনিবর্সিতিগী এনুঝেল স্পোর্টস লোইশিনবা নুমিৎনি। ইচল তরুগী বেদমিন্টন ফাইনেল মেটচনা নীং খোমগদৌরি। শান্নখোৎনবগী অশীন অরাও থৌদা ঐনালৌজে। হয়েংগী শান্নবসি মীৎয়েং তাবীয়ু হায়জবা বার্তন্নি। নুংথিল পূং অনী মাঙওইননা লেঙবীরক্তবা য়াদ্রবনি।"

" লাইবক ফবনি বার্তন ফংজবা, হরাওনা লৌজরে, ইচলগী নুংঙাইরবা মেটচ নাম্থোকচরোই। " ঐ থোইদোকপা হায়নিঙাই লৈত্রবনা অদুক হংখি, " ইবেম্মগা কনাগা পানবীগদৌরি ? "

তরুনা খুমদ্রিঙৈদা চীংলেন্না হাল্লক্লে,"থবক খরা চিঞ্জবদগী ঐ মমাও শান্নখিবা মেটচ অয়াম্বা য়েংবা ঙমজহৌদ্রে, অদুবু হৌজিক ইবেম্মনা তাকপীবদগী খঙজবদা মহাক্কী লাম্বাসি সাইন্স স্ট্রিমদগী অমগা ওইরমাল্লে। মখোয় অনী কলেজদগী হৌনা কয়ারক থেংনখ্রবনি হায়। "

তরু নোক্তুনা তাক্লকই,"এ ! তামো, ঙসাইগীদুনি কৈনো, কেন্তিন্দা কোফি থকমিন্নবী মক্তবী হায়বীদু। "

চীংলেন ঐখোয় অনী ইঙক ঙক্লে য়েংনৈ, মখা ৱাদি লোইন্নরবগুম গেটলোমদা মায় ওল্লে। লম্বীদা ময়ামদু অমগা অমগা য়ূমগী এদ্রেস অমসুং টেলিফোন নম্বর পীনবদা থৌ চিন্নে। ঐগী এদ্রেস তরুদা পীরুবদা কয়া থৌওইবীরকখিদে।

মহাক লৈথোক্তুনা শোম্থাংনরপ হায়রকপনি," য়ারনি পীবীদ্রবসু।"

রাশি গুণ থোইদোক হেন্দোকপী ওইবগী মতিক নাপল চেল্লব্রা,অমদি বার্তন লৌজরুবগী মায় ঙাকপীদ্রে খল্লুরগা ঐ হৈনদে, অদুবু মরূপকীদি খোয়দাজবীনি, লুথনা লৌখিদ্রে।

" মরূপ,য়ূমদা কয়া কুইনা লৈবীখিগদগে ? ঐগী ৱাফম কাউবীরোই।" চীংলেনগীসি কায়নরমদাই মেল্লকপনি, লোয়ননা ঐখোয় অনীগী নকশিন্নবা মরী মরূপশিংবু খঙহন্নবা হায়রকপা মাল্লি।

ঐনা খুমখি, " মতম খরা লৈজখিগনি, শোয়জরোই। "

চীংলেন ঐখোয় অনী অহুন্নকশুবা ওইনা কোন্নরে।

চায়থরকপা নুমিৎপু তুংওইননা মখোয় গেটতা লেপহৌরি। ঐদি য়ূম য়ৌবগী বসতা কাখৎলক্লে।

ঐ বস থোঙনাউদগী মতম খরা কায়নরুবা লমদমসিগী অহোংবা কয়া য়েংদুনা লাকই। ঙাঙ্গানবা অতিয়া মচেৎ মচেৎ, অমুবা লৈচিল মপৈ মপৈ, অশংবা লৌবুকশিং, অঙৌবা কোয়েৎ থোল্লিবা চীংজাউ, নক্লা পাইরিবা উরোকশিংনা শেন্না

মুক্তা পরেং অমসুং থরো-থম্বালনা ঙাল্লবা পাংশিং উবদা কনাগী পুক্নীং হূরোইদগে?

মীৎয়েংনা খোম্লকপা ব্রাহং কয়া পুক্নীংগা ব্রাখলগনা অসুম খুম্বা হোৎনরকপনি। হন্দক্তি ব্রাখলনা মখোয়গী সঙ্গ থাদোক্লম্লগা নাইতোম তারকপদা চীংলেন্দা থুংলরে। মহাক ঐগী অচেৎপা মরূপ্নি। ঐখোয় অনী কয়াগী মতিক চান্নজরকখিবা, পিশিক পিক্লিঙৈদগী স্কুল অমত্তদা তম্মিন্নরকপনি। হোৎনবদা নীংহন্নদবা হায়বসি ঐ মঙোন্দগী তমখি, মানসু মসি ঐঙোন্দগী থংথরকপনি হায়। ওজাশিংনা ঐখোয় অনীমকপু ব্রাংনা থাংগৎপীরকই। মেত্রিক্তা ঐনা মাগীদগী নম্বর ব্রাংনা পাস তৌখি, মদুদা মহাক নুংঙাইতবা উৎখিদে। প্লস টূদা মহাক্না ঐবু অমুক ইম্বরম্বদা ঐ ঙক্লা থোক্তে। মতম কুইনা লাপথোক্লখ্রবগী তুংদা ঙসি ঐখোয় অনী উনরুই অদুবু পেন্না ব্রারী শানবা ফংলক্তে। মহাক্না ঐবু ময়ূমদা পুনীংবগুম ঐনসু মহাকপু নোংমদি ইমা পাবুংগী মাঙদা উৎকে খল্লি।

য়াচংবা মতুং ওইনা ঐ যূম য়ৌরে। ইমানা ঐবু থোঙ্গাল ফাওবা থোক্লুনা য়েংলম্বা কুইরে হায়না তম্মি। লিলোংদা বোম পোকখায়বগী পাউদা মখোয় য়াম্না মীপাইনরম্লে। লৈকাই মীয়াম সিফাইশিংবুসু শাউই, লালহৌবগী থৌওংবুসু চৈ। মখোয়গী ব্রারীদুদা ঐ থোইনা য়াওনীংলুদে। ঈরুজবা লোইবগা, চাক ঙাইবা ওইনা, ঐগী হৈনজবীদা ঙাইহাক হিপফমদা তিংথোক্লম্মী। ইখং খংনা লুখুম টেবলদা থম্বা টেলিফোন খীংলকখি। কোয়রক্কনি হায়রম্বা মরূপ্তু ওইরবোই নীংদুনা থাঙ্গৎলুবনি, অদুবু নুপীগী খোঞ্জেল অমনা ঐবু ইঙক ঙকহল্লে।

" তামো পারী ওইবীরব্রা ? " য়াম্না খঙবগুম নুপীদুনা হংলকপনি।

ঐ খোঞ্জেলদু ফানবা ঙাইহাক কন্না হোৎনরুই, ঙমখিদ্রে।

" অহোয়, কনা ওইবীরবনো? কদোমদগীনো? " ঐ অদুম ঙক্লা খুম্মি।

" অদোমগী শকখঙদবী মরূপ্না যূমদগীনি থিজরক্লিবসি। "

নৌরবী খোঞ্জেলনা ফাগিদা নোকপদু ওস্থোক্লা পকচৈ, ফনসু নুংঙাইহল্লি, ঐবুসু চিংশিল্লে।

" শকখঙদবা মরূপ্না ওকচরি, তাকপীসি। "

" ঙসিগী সেমিনারদা মরূপকী লেকচরনা অতাবশিংবু শুমখি, মীয়াম্না থাগৎনখি, নোংমদি শোয়দনা অচৌবা সাইন্তিষ্ট ওইরক্কনি হায়নৈ।"

" ময়াম্না নোক্লবীখিদবদু লাইবক ফরবনি। মীচং ওইবীবা পাউগীদমক থাগৎচরি। অদুগা চানবীদুনা মরূপকী ওইবা মত অমত্তংগা...। "

" ঐগী খ্বাইদগী পিকপা হিসাবতা মরূপ্তি অথোইবা মীশক্নি। "

" চিরোলমক ওইরবসু হরাওজে, শকখঙনবা মরূপ ওইরক্লবা মতমদা লমন অমত্তংদি শিংজগে। "

" লমন ! " ঐনা নোকপদা য়াওরকপী নুপীদুনা লাউরকপনি, মহাক ৱারীদা খোয়জংনা ছন্দ পান্দুনা হায়রক্লম্মী, " পুন্সি চূপ্পা লমন থৌনদবা মরূপকীদমক্তনি ঐনা চাউথোকচরিবা। "

" শকখঙদবা মরূপপ্পা ঐবু ৱাখল য়াম্না খলহনবীগদৌরি। "

" ঐবু অমম্বদা থম্বীবগী ৱাহোমদবা ঙমজদ্রে। "

" ঐঙোন্দা লৌশিনবগী শক্তি নোপচৈ, মরূপকী লোল লায়হনবীয়ু।"

" অপঙবীগী ৱাঙাঙবু নোক্লবীবদু লৌশিং হাপ্পীরকপনি, নুংঙাইজে। তামো...। "

" হায়বীয়ু। "

" ৱাহং খরা থমজগে ? "

" তরাম্না ওকচরি। "

" মক্তবীগা তামোগা খঙনবীব্রা ? "

ঐ ইখং হেক খংঙি, শেংনা খুমখি, " হোয়, খঙনজে। "

" করম্না মতমদগী? "

" কুইরে, চহী অনীরোমগী মমাঙদগী। "

" মহাকপু ইকোন কোন্না উনবীখিবসি করম্বা মতম অমসুং মফমদনো?"

" ঙসি, কাঞ্চিপুরগী য়ুনিবর্সিতি কেন্তিন্দা, অদুগী তুন্দা আইলেণ্ড ৱেন্তিং শেদতা।"

" নুংঙাইবা শরুক য়াজরি। হাযবীয়ু, কৈদৌঙৈ অমুক উনবীগদৌরি?"

" হয়েং আশা তৌজে। "

" তামোনা থাবিরম্বা মতল্লা? "

" নত্তে, মহাক্কী শান্নবা য়েংলুবগীদমক দক্ষিণা ওইনা উনবা পীবীরক্কদ্রা খঞ্জরুবনি। "

" অদুদি ঐনা পাজবদা, শান্নবা য়েংবীনীংবগী খৌরাংবা অমদি মহাকপু মায় পাকহন্নীংবগী ঈথিল তামোদা চাউনা লৈবীরমগদবা মাল্লি।"

" হোয়, মরূপপু থোইহন্নীংবা মহৌশানি। অদুবু ...। "

" অদুবু ...? "

" মহাক্কী লাম্বাদু হৌজিক ঙাইহাক্কী মাঙদা শকখঙনজরকই, ইবেম্মদুগীদমক্তসু খন্দবা ঙমজদ্রিবনি। "

" ও,মীংনুংশি ! নুপীদুনা তামোবু থাগৎকনি, অদুগা বরসু নিজরম্বা য়ারি।"
" ব্রাফমদুমদি হন্দোকপীয়ু, ঐ থাজবা ওমজদে। "
" মরমদি ? "
" মহাক্না ঐবু মশীং থাবীদে, ঐগী এদ্রেস ফাওবা লৌবীনীংদে। "
" তামোবু হান্না শকখঙবগী ওইরম্লবদি ব্রাখন্দু লাল্লোইদ্রা ? "
" মদু ওইথোক্লোই, মহাক্না কৈদৌঙৈদসু উনজখিদ্রি। "
" থাগৎচরি তামো, খরা য়েৎচরে, হয়েংগী শান্নবদু য়েংবীয়ু। থমজরগে।"
" ফনি, গুদ নাইট। "

শকখঙনদবী মরূপ্তুনা ওইরম্বা য়াবা মীশক ভাবনা শাগৎপদা মায় পাক্লে। খোয়থুম্লবা খোঞ্জেলগা নীংথিবা শক্তমগা নকশিন্নবা মরীদি লৈনরমগদ্রা খল্লি। থংনবা কাদা পাবুংখোয় লৈরম্বা থোক্লবদি ঐখোয়গী ব্রারীদু তারম্বা য়াই খল্লিঙৈদা ইমা চঙলক্লম্মী। কালগী চৎনবী ওইনা লৈশাবী পাখং নকশিন্না তিন্নবা, লৈরক-লমজাউদা নোক-খেদুনা লেংফাংননা চৎমিন্নবা, টেলিফোন্দনা ফাগি জোগাইগী ব্রারীদা কুইনা কুইনা চীকথনবা, হূরানবগী লোনচৎতা রেষ্টুরেন্ট চঙবনচিংবা উবদা মীৎ নাবা ময়ামসি পামজদে হায়রৈ। অদুগা, হৌজিক্তি ঐগীদমক পূমথোই থোইরবী কন্যা অমা হায়জরুরে, লৈশাবী অতৈগী সঙ্গদা চেকশিনগদবনি, মীগী মপুক নাহল্লোইদবনি হায়নসু মখা তারকপদা ঐ ইঙক ঙকই। ঐনা তিংঙক মায়ঙক্লরিঙৈদা ইমা থোকখ্রে।

# ২

থব্রান লাংবনগী লাংদাইনি। অথাবা, অমুবা মায়খুম উপ্তুনা কুইনা লোৎলুরবা অতিয়ানা পিনৌবীগী শক্তম লৌদুনা নুমিৎ শীংবূম অনী চুপ্না তেংথারকপদগী মণিপুর তম্পাক ঈচাও মায়োক্লরে। মী লাখ লাখ লৈফম চাফম লৈনদবগী অব্রাবা পাউনি রেডিওদা, পাউচেশিংদা লাউরিবা। পাক্লবা শংলেন লৌকোল কয়া ঈশিংনা মিংশেল চনশিনখ্রবগুম নমহৎতুনা থমখ্রবদা লৌমী অমসুং ঙামী কোক্তা খূৎ হাপ্লে। ঈচাওগী অব্রাবা চৈথেংসি খুঙ্গংদনা খরসু হেনবনি। অতোঙবা, অকংবা মফমদা মীয়াম চিশিন্দুনা চঙজফম লৌনরে। চেঙফুদা অমুক্তসু চেঙ মেরুক ফানা থম্বা ঙল্লক্ত্রিবা ইমুংশিংদুগী মতৌদি য়েংহৈদ্রে। অদুবু, ঈচাওগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমদি লৈ — কুমহৈগুম চোংথোরকপা। লময়ায়গী ঈরৈদা হিদান তাওরিবা ময়ূমগী থোঙ লোনশিল্লম্লগা অতোপ্পগী ফীভম য়েংবা চৎনীংহনবা লৈ। লৌনম্বাল কায়ফমদা পৈরিবা মীয়াম্না সরকার চৈ, খুঞ্জাশিংগী থৌদাংবুদি ইনীং নীংশিংনদে। অকংবা মফি লৈত্রবী, চরা হেল্লিবী নুপীশিং ঈলগা ঈলগা ইরাঙ লাঙনৈ। মরক্তুদা থৌনাইদবা নুপাশিংনা অকোম-অরাক, মীখু-মীরাও য়েংগদবগী হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈনরি খঙলবসু মখোয়না থোইনা থৌশারুদবা মতম্নি।

ইম্ফাল খুল্লক অয়াম্বা ঈশিং থূল্লকপদা ঐগী লৈফম কলেজ নুপী হোষ্টেল য়ৌশিল্লকখ্রে। নুমিৎ খরনিদি ক্লাস চৎথবা য়াররোই হায়নরকপদগী ঐ যূল্লোমদা হাইথরক্লম্মী। বসতগী য়েংবদা, কদোমদগী পাথোরকপা ঈশিংনো তাকফম খঙদে, নোংপোক, নোংচুপ, খা, ৱাং মায়কৈ ফাংনা ঈরম নাইনা চেনবা উই। তিদিম লম্বীগী নাক য়েৎ ঈলগী ঈল ঙাক্তা, ময়ামদু শেন্নরিবী মৌ-লৈশাবীশিংগী মায়থোংদা অব্রাবা পক্তে। মালোম য়ৌরকপদা ঈচাওগী ফীভম হেন্না হেন্না ফৎলমদ্রে। ঐগী পোক্লফম নম্বোলগী লৈকাইদুমক্তি ঈশিং থূমগন্দে খন্না চাউথোকচরপ লাকখিবনি, অদুবু য়ারমদ্রে, বসতগী কূমথবগা ঐ ঈশিংদা জম জম চৎপা হৌরবনি। খুল্লক লম্বীশিং লমহাংগা পূনখ্রে, খাইদোক্লবদা ৱারে।

উ-ব্রা অমসুং অব্রাংবা লৈপলগী মতেং লৌদুনা উচিন-নাচিন ঐ যূম য়ৌবদি ঙমখি। ইম্ফোল নুংগী অমাঙ-অতা, মোৎলবা শক্তম ময়ামদু খন্থরুদবদি নত্তে, অদুবু ঐ য়ৌবগা মমাঙ শঙ্গোয়দা থম্বা ঈল হঙ্গেন থিরুই।

অচৌবা সড়ক্কী নাকল অনীমক্তা ঈলনা পরেং লেংনবদা ঐসু মফম অমা কল্লুরে। ঙাগী মীহৌবা অমসুং ঈচাওগী নুংঙাইবা অনীমক ঐঙোন্দা পূল্লরবনি, নুমিৎ চায়খ্রে, চাক চাদ্রি হায়বা কাউথ্রবনি।

তূঙ্গোনগী ঙা য়েংবদা ইপেন পেন্দে, ময়ামদি অয়োকঙা কেজি অমা হেনবা, অনী হেনবা, তরা তরানা খূজীংনি ফানখ্রিবা, হরাওবনা ব্রা ব্রা। ইনাক্তা লেপ্লবী ইমান্নবীদুনা ঈনফম চাদে, মথক্লোমদা হোংখ্রসি হায়না তক্লরে। ঐসু য়ানীংখি। মাঙদা তূঙ্গোন পুদুনা চৎলিবী ইমান্নবীগী তুংইন্দুনা ঐ ঈল থাংলগা তফিং তফিং চৎলম্মী ; পুরিবা ঈলগী অরূম্বগা ইশাগী পাঙ্গলগা চানদে খঙলবসু ঙম্নবদি হোৎনরুই। মায়োক্লবা নুংশিৎকী শাফুনা ঐবু চপ চপ লেপহনবতা নত্তনা খোঙ অনীবুসু য়ুঙাওবগুম কারল তাহল্লবনি। ঐবু য়েংনা য়েংনা মায়োক্লবা মায়কৈদগী চাকানা ঈশিং ব্রা ব্রা চাইখৎতুনা, মোতোর সাইকল তপ্লপ থৌরগা অসুম নকশিল্লিকখিবা নুপাদু মতাই নপ্পা ঐঙোন্দগী লাম্থোকখিনবা কন্না হোৎনৈ। ঈলনা খনখিবনা ঐ মহাক্কী মশক শেংনা উদে। ওম্থোকপনি, ঐ ফীভম থীনা শৃৎ নান্থুরে। নুপাদু ঐগী ঈলনা পূল্লপ কুপশিনখ্রে। হুং হুং ঙংবা অহৌবা খোঞ্জেল অমগা লোয়নননা ঈল হঙ্গেন চেন্দুনা বাইক্কা পূন্না ভনন্দাদা য়ুংশিনখিবদগী মহাক ফনা কুইনা ফাওগৎলক্তনা লৈখি। কুমহৈ য়েংনরম্বশিং হোৎচিন্নখ্রে। ঈলনা য়েৎশিল্লগা মকোক মরু লৈখোম তৈনা ফাওগৎলকপা নুপাদুবু পাখং মরিনা চিংখৎলম্মী। মহাক্কী ওয় পাম্বোমদগী চেম্থরকপা ঈনা মফি-মরোল পূমঙাং ঙাংলে, অদুগা লাইবক্কী ওয়থংবা শরুক্তুসু চাউনা পোল্লে। নুপাদুগী শকফম উবদা ঐ পাখৎপনা থক থক নিক্লম্মী। তাঞ্জাদুমক্তা ইম্ফাল হাইগৎলকপা বস অমা ময়াম্না খাম্মি, অশোকপা নুপাদুবু রিমস হোস্পিতাল ফাওবা থিনবীরম্নবা হায়নৈ। ঈ থোক্লকফমদা রুমালনা নমশিল্লগা চৈনা খাঙলিবা নুপা অদুনদি কোন্না তপ্পা চৎচগে কন্না হায়জবনি, ময়াম্না য়াখিদে, গাড়ীদা ইনখৎখ্রে। মহাক্কী ফুরিৎখাউদগী লৌথোক্লগা শিন্নরম্বা চে য়েংনবদা শঙ্গাবগী বার্তন ওইরম্লে, কৈনৌদা পীরুগদবনি। অহলশিংগী থৌদাদগী লৈকাই পাখং অনী নুপাদুগা লোয়নননা বস কাখৎখিরম্মী।

অতেকপা হঙ্গেন-পৌরা, শেগায়রবা ঈল পুদুনা ঐ যূমদা চঙলক্লে। তামোনা খরা চৈরবসু বাজীদি ইঙাঙ ঙাঙদে, ইমাদি ব্রাজবনা স্বর থবেৎ থবেৎ তোল্লম্মী।

অহীংদু ঐ মীৎ কক্লা অমা তূমখিদে। নোংঙানবগা মপান থোরকপদা শুমাঙ ঈশিং তূংলমদ্রে, লৈরক লমজাওশিংসু ফনা য়াম্না শাফরে, মায়কৈ মরিমক্কী চীংদোনশিং অতিয়াগা মচু অমত্তা ওইনা তিন্নখ্রে। ঈচাওগী অৱাবা হন্থরবসু করিনো ঐগী পুক্লীংগী লাংতক্লবদি জীরী জীরী হাইগৎলকখি।

ইমুংগী মী পূম্নমক হোস্পিতালদা অশোকপগা চৎমিন্নখিবা পাখং অনীবু ৱানা ঙাইনরম্মী। পূং মাপল তারকপদা মখোয় থুংলরে। মখোয়না তল্লবদা নুপাদুগী পাম্বোমদা করিনো চৈগুম্বা অমনা থিনখিবা জাৎনি। নুংশা থীনিঙাই ওইদে, অদুবু ডাক্তরনা নুমিৎ মরি-মঙানিদি লৈতবা য়ারোই হায়হৌই। অঙকপদি, হোস্পিতাল য়ৌবগা নুপা অদুনা ময়ূমগী মীশিংদা মহাক মশা ইম্ফালগী মরূপ অমগীদা নোংমা নীনি লৈগদৌরি হায়খিবা অদুগা মরূপ্তুদা ফি-রোল, পোৎ-চৈ অমসুং পৈসা খরা পুদুনা লাক্লবা টেলিফোন্দগী খঙহনখিবা অদুনি। অহীংদা চান-থক্লবা খরচ পূম্নমক মহাক্লা পুথোকই, গাড়ী ভারা ফাওবা পীরকখি। খুদোংথীবা নংমিন্নখিবী ঐবু অশোকপা লৈৱ্রা হায়না য়াম্না তোয়না হংঙি তম্লে। বাজীনা মখা হংথবদগী নুপাদুনা লৈহৌবা ৱার্দ অমসুং বেদ নম্বর তাক্লকই, লোয়ননা মহাক্কী মমিং পারী কৌই হাযবসু খঙনবে, অদুগা লৈফম্না ককচীংনি।

পূং তরামাথোই তারকপগা বাজী হোস্পিতাল য়ৌরুনবা ইম্ফাল পাংখ্রে। ঐ বাজীগী তুং ইনগে করিগী হায়হৌদ্রিবনো খল্লুরগা য়াম্না নীংঙল্লক্তে। খুদক্তা ঐসু হোস্পিতাল য়ৌনীংবগী লৈঙমদবা হেনগৎলক্লি। অদুক য়াম্না চেকশিন্না চৎচখিবা মহাকপু চৈনা খাঙহনলিবসি ঐনি। ঐ মঙোন্দা ঙাকপীনবা হায়জফম থোকই। মমৈথঙদা কলেজ ক্লাসকী ৱাফমদা তোংলগা ঐ ইম্ফাল তল্লক্লম্মী।

ঐনা হোস্টেল চঙলুবদা থোঙ অমত্তসু হাংলমদ্রি। লম্পাক, ইখ্খোল, শুমাঙদগী হেন্দোক্লুনা বেরেন্দা অমসুং কানুংদসু লৈঙাং-লৈখোম হারে। হৈপান-লৈপান, মনা-মশীং, নাপী-শীংবী পূম্নমক লৈনাং তৈরে, হৈঙম শিংঙমদনা উই। ঐ ইশাসু তুফক-তুফাই চল্লবনি। কাগী শো হাংদোক্লগা, ফি-রোল খরা লোইশিন্দুনা হিপফমদা ফম্লগা ঐ ৱাখল তৌরম্মী। কনাগনো ঐনা হোস্পিতাল চৎমিন্নগদবসি ? নুপাদু শাউরমখিগনি। মখোয়গী মী লৈবল্লবদি ঐবু থীনা ঙাঙলকপা শোয়দ্রবনি, কিবা নত্তবা হঙ্গোয়বা অমদি পোকই।

ঐ ফুক হৌগৎলম্মী, অচোৎপা লময়ায়দা দণ্ডিগুম হঙ্গৎ হন্দা ফনা কুইনা চৎলবা তুংদা অমুক ফমখ্রে, মাঙগী মরৈদু অমুকসু হৌরে। থীনা শোক্তে হায়নবা কয়া তুংদা ফীভম ফংখিদবা য়াওদবা নত্তে। মসি নীংশিংফম থোকই। লানখ্রে খঙনা

খঙনা হায়জরুদনা তুমিন লৈথোকপা তাইবং লোনচৎ নত্তে। অদুদি ফরে, ৱাফম অসিগীদমক্তদি, বাজীনা ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা হায়জবা চৎখ্রেনা, য়াদ্রিব্রা? হুং, য়ারোই, কদায়দগী, ঙরাংসু ঐ মঙোন্দা করিমত্তা হায়হৌদে, মীয়ামদা ঐনা লানখিবনি হায়না লাউখিবা নত্তনা। থৌনাইদবা খরনা নুপাদুদা মরাল শীনবা কন্না হোৎনখিবনি, খূৎসু থাগদবা খজিক্তা ৱাৎপনি; মহাক শোয়দনা ৱারৌরমগনি। মঙোন্দা লাল্লি হায়জরুফম থোকই। অদুদি, হৌজিক ইথন্তা চৎলগদ্রা? ইকাইদ্রনে? করিনো হায়রিসিবো? হোস্পিতালদা অনাবা হংবা ইতোমতা চৎপগী অফোংবা ইকাইবগা হৌনা লোনচৎ খঙদবগী নুংদা পুহৌবা অথুপ্পা ইকাইবগা করম্বনা লূমগনি? চুম্মি, ঐ নুপীনি, লৈশাবীনি, চৎথোক চৎশিন্দা অথিংবা লৈ, মফম মতম য়েংদবা য়াদে। অদুমকপু ইথৌগীদমক্তদি ঐখোয়গীসু লম্বী খূদে, মরম অদুনা ঐ কনা লোয়নদনা ইম্ফাল নম্বোল হঙ্গৎ হন্দা চৎলিবসিনি। ঙাকপীনবা হায়জবা চৎপা ঐগী অচৌবা থৌদাংনি, ইকাইরুফম থোক্তে। চৈরকপা কয়াসু খাঙবা তারে। হৌজিক মফমসিদা হৌরুনবা ইমান্নবী কনা লৈতে। কান্নদে, কৈসু কি মথীসু কি, ঐ থবক অসিগীদমক য়ূমদগী লাকখিবনি।

মমৈথঙদা ঐ হোস্পিতাল য়ৌবদা লেপ্লে। হোস্টেলদগী থোরক্লনা রিক্সোদা খ্বাইরম্বন্দ বাজার ফাওরগা লাকখিবা লম্বীদগী, অতৈমক পুদ্রবসু, সেম কেজি অমদি লৈরকখি।

হোস্পিতালদা পারীগী লৈফম থিবদা মতম চঙখিদে। ঐ লাপ্তক থোঙদগী মহাকপু উরে। শ্বাই পাখৎলি. থক থক নিকখি, চপ লেপ্তুনা থৌনা খোমজিনবা হোৎনৈ। পারীগী ওয় পাম্বোমদা বেন্দেজ চাউনা য়েৎলি, লাইবক মচিদসু প্লাস্তর অমা নপ্পি। ঙরাং খুদোংথীবা থোকফমদা ঐনা মহাক্কী মশক মুন্না উহৌরম্লবদি মফমসিদা লাকপা ঙম্বগী থৌনা লৈরম্লোই। মহাক্কী শক-গুণ শীংথাবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈরম্লে। হৌজিত্তি ঐগী লৌশিং থৌনা অকনবা নুংশিৎনা হুমদোকখ্রবগুম্মি, পূল্লপ মাঙখ্রে। অদুবু অঙকপদি কনাননো ইনশিল্লকখ্রিবা, তপ্না থাংবা খোঙনা ঐবু পারীগী কা মনুংদা পুশিল্লক্লে, বেদকা নক্লনা লেপ্লুরবনি।

“ তামো ! ” ঐ য়াম্না ইকাইনা কৌরুই।

পারী ঙক্তক য়েংলকখি, চিংনরপসু খুম্মি, “ লাকপীরিব্রা? ”

“ ঐ লাকচরি, তামো। ঙরাংগী থৌদোক্তু মথোঙ হুক্তবী ঐগী ইরালনি।” শক্তাকচরুবগী ইকাইবা খাঙলবসু ঐ হায়জবদি পন্দে, “ ঐবু ঙাকপীয়ু। ”

“ [illegible] কৌই এক্সিদেন্ট। ” মহাক য়াম্না থনা ঐগী শক লাকশিল্লগা মীৎ

অমসুং চীনবান পূন্না নোক্তুনা তরাম তরাম হৌগৎলকই, মখূৎনা মোরাদা থিল্লগা হায়," ফম্বীয়ু। "

" য়াজরে তামো। " নাকন্দগী মোরা চিংশিল্লগা ঐ ফল্লম্মী, অর্পিকপা কা ওইবনা লাপথোক্লুবদি য়াদ্রে।

" ইবেম্মখোয় বাজীসু লেঙখিবা কুইদ্রি। বাজীনা নহাক্কী মরমদা খজিক্তং তাকপীরম্বদগী খুদক্তা শকখঙবা ঙমজখিবনি। " পারী ঐগী হঙ্গোয়বা কোকহনবদা জর জর চৎথৈ," অদুগা নহাক্কী মিংসু খঙজহৌরে, ইবেম্মা, মক্তবী। ঐ করিসু থীনা শোকপা নত্তেদা, নহাক শোক্লমগদ্রা হায়বসিনি নুংশা থীজখিবা।"

ঐ কপ্লীংলে, মহাকপু য়েংবা ঙমদে, লুরুক্লুনা ঙাঙখি, "তামো ঐবু ঙাকপীয়ু।"

" অদুম্না হন্না হন্না হায়বীদুনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহনবীদ্রে। " পারীনা ঙাইহাক লেপখিবদু ঐনা য়েংবা ঙাইবা ওইরমগনি, তপ্না হায়," মক্তবী, হোষ্টেল য়ৌবীরুরব্রা ? হৌজিক্তা ইবেম্মা য়ূমদা লৈহৌরি হায়না বাজীনা তম্বীরম্বনি। "

" য়ৌজরুরে, তামো। "

" ইতোমতরা লেঙবীরকপা? "

হেনমনবা থৌনাদা ঐ ইকাইজখি, পাক খুম্বা ঙমদে, শোম্থাংনরপ হায়রম্মী, " অদুম লাকচরে। "

" অকায়বা লৈতে, ইথন্তা লাক্লুবদি কনা হৌবীরুনি, অদুক চাউরদা। "

পারীনা ঐগী ইকাইবা কোকহন্নবা তেমশিনবা ব্রাহৈ থিরুবনি, অদুবু ঐ মায় থাঙ্গৎপা ঙমদ্রে, তশেংনা মসি লৈশাবীগী লীচৎ নত্তে খল্লকই। থৌনা ফুদোকপা ওইনা খাউদগী সেম লৌথোক্তুনা মহাক্কী লুখুমদা লৈবা উপু মচাদা হাপ্লগা ঐ চপ লেপ্লম্মী।

" অতৈ করিসু য়াওজরক্লে, সেম অনী-অহুমসি নত্তনা। "

" অদুক য়াম্না ...? পারী মখূৎ তিংথোক্তুনা মিতা চাউবা অঙাংগুম নিরকই, " অমত্তং পীবীয়ু। "

" খোকচরকখিগে, তামো। থাঙবু ...? "

ঐ থৌরাঙ মহৈ য়াল্লে খন্না হরাওজৈ।

" উপু মনুংদা ছুরি অমা য়াওরিবনি। " পারীনা তাকলকই।

" য়ানি ঐ লৌথোকচরগে। "

ঐনা হৈ খোকপা য়েংলিবা পারীনা হায়," ঐদি চামথোক্লগা মকূগা চাবনা তেন্না তৈনৌজ। "

" ঙসিগীদি অখোকপসি 'য়েংবীরো। "

ঐগী চীন য়াংমনখ্রে খন্না য়েংখৎলুবদা পারী মায়থোং শীন্না মোমোন নোক্লম্মী। মশুং মরি থোক্লা খায়দোক্লবা হৈ প্লেত্তা হাপ্তুনা পারীগী মাঙদা থন্নুরগা মকৃ খোমদুনা পেন্ত্রি দসবিন্দা হুন্দোক্লবা ঐ কাদগী থোক্লম্মী। ঐনা হঞ্জিল্লকপদা মহাক ব্রাখল অমদা লৃপখিবনা হৈ শোক্লমদ্রি।

পারী ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়, "লৌবীয়ু। "

" য়াজরে, তামো চাবীয়ু। " অফা-অপুন্দগী খজিক্তং কোমথোক্লকপগা ঐনা হংখি, " তামোবু হৌজিক কনানা... ? "

" শ্বায়দগী মরূপ অমনা য়েংশিনবীরি, মহাক হৌজিক্তা ময়ূম চৎখ্রিবনি। ইবেম্মা, ডাক্তরনা খাম্বদগী লৈবনিদা ঐসি, য়াম্নদি চৎনীংলবা।"

" পূম্ফ-ফত্রিফাওবা লৈবীখো, করিগী তহা তহা চৎপীগনি। "

" নাদ্রবা ঐনা বেদ কনশিন্দুনা লৈফম থোক্কে। "

" ডাক্তরগী পাউতাক তাবীবা ফৈ। "

" তাজখি , মরম অদুনা নহাক্কা উনজরে। "

ঐ শ্বাই লাউই, করি মখা তাগনি, তুমিন লৈরে। মহাক্কী ব্রাঙাঙনা ঐবু নুঙাইহন্দ্রে খল্লুবদগী ওইরমগনি পারীনা লম্মাংনরবা মীনা লম্বী থিবগুম য়েংলকপদু, মদুদা ঐ অমুকসু ইখং খংঙি, ইশা পূম্বা মঙোন্দা খক্লক নকশিনখিবগুম তৌই।

" অমুক য়েৎচরবগীদমক্তসু ঙাকপীয়ু। " অপঙবদি তোয়না শোয়বনি, করিগী অসুম্না হায়রুরিবা !

" ইকাইবা হন্না পীবীরে। " মহাক্কী মায়থোং শিন্তুংনা হন্দক্তি মরোল কয়া অরায়বা লোন্দা ইরক্লে, ঙাঙবসু লেপ্তে, " হৌজিক হোষ্টেল্লোমদা হনবীগদৌরিব্রা?"

ঐ ঙাইহাক খল্লগা খুম্লম্মী, " য়ূম যৌজখ্রগে, হোষ্টেল্লরশিং হল্লক্লদ্রি।"

" মক্তবী, গ্রেজুয়েটকী মথংদা করি পায়খৎপীগনি? "

মহাক্কী ব্রাহংসি ঐবু য়েংদনা উগে হোৎনরুবদগী থুংলবা মাল্লি। ঐগী মীৎফমসু কাঙখদা লৈরি।

" হোয়, এদমিসন ফংলবদি মখা তমজনীংলি। "

" করিগী ফংদনি, ইবেম্মদি অহৌবদগী ফার্ষ্ট দিবিজনর ঙাক ওইবীরকপনি।"

" ও! বাজীনা ঐবু থাগৎপসি তামো ফাওবা য়ৌশিল্লম্লে। "

" ঐনসু থাগৎচরি। "

পূং মরি তারে, অনাবা য়েংবা লাকপশিংনা কা খুদীং পীক থল্লে, ঙুং ঙুং

কৈথেলমক্লি। মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা মীশিংনা পারী ঐখোয় অনীবু মুন্না মুন্না য়েংলকপগুম তৌই। মদুনা ঐবু ইঙাও ঙাওহল্লবদা ৱাহং অমা কাঙথোক্লীংবগী অথিংবদি মাঙখ্রে।

" তামো, কৈনোমত্তা খঙজগে। " মপা চারুবনা ঐ অহানবা ওইনা পারীগী মীৎ অনীমক্তা চঙথোকখ্রে, থক থক নিকখি, নোক্লীংবনদি তুংইল্লকপনা মখা তারম্মী, " হোস্পিতালসিদা লৈবগী পাউ তামোনা য়ৃল্লোমদা তাকপীখিদ্রমাল্লে ? "

পারী চানবীহৈবা মীৎয়েংদা মোমোন নোক্কুনা খুম্মি, " অরুবা ৱাফম লৈবা নত্তেদা, অদুবু খঙহন্নীংখিদে হায়বসিমদি চুল্লে। "

" করিগী? "

" থৌদোক মচা অসিগীদমক ইমুংগী মীশিংবু ৱাখল ৱাহঞ্জনীংদবা।"

" ইমুংদা মী তাঙবগীরা? "

" ইপল-ইতোনশিংগী য়েংলুরগা খ্বায়না খূৎকন-পাঙ্গল্লি হায়নবীরবসু ইমা-ইপাগী অঙাংদি ইথন্তনি। "

" অহলশিংদা অশেংবা তাকপীখিবদি ফবনি। "

" ঙসি হুম্নি-মরিনিগী মনুংদা ঐ য়ূম য়ৌজরগনি, মখোয় ৱারী পূন্নমক খঙগদবা লৈরে। মসিদা নুংঙাইজদ্রিবদি অরূম্বা ঈল থাংখিবী, লাঞ্জদ্রবী নহাকপু মখোয়না চৈবীরগনি। "

" লাল্লে হায়জরবমক্তদা চৈহনবীখিগদ্রা ? "

" ইবেম্মগা মখোয়গদি উনদ্রিবনি। "

পুক্লীংগী ৱাহং অমা থম্মোয়না চীনবান্দা ফাদুনা থল্লবদা তুমিন লৈরিবী ইতৌ পারীনা ফাদোকখ্রে, হূরপ য়েংলকই। ঐ ইশাবু কঞ্জনবা হোৎনবদা মখা ৱাহৈ থিরম্মী।

" চুম্মি, অহলশিংদসু ঐনা হায়জফম থোকপনি। "

পারী লূমতক হায়, "করিগী, ইবেম্মনসু লান্দনা? অদুমকপু নোংমতং উনবগী তাঞ্জা থোক্লরবদি কয়াদা নুংঙাইজগনি। "

" শোয়জরোই। " অসুক য়াংবা চীনসিদি, ইকাই খাঙদা ঐ শমথৈ, "অদুগা, তামোদি নম্বোলবুদি খিবীরনি। "

পারী খোঞ্জেল ফারগা নোক্লম্মী,য়াম্না চেকশিন্নসু হায়, " খুদোংথীববু নম্বোলখক্তদা থোক্লব্রা? থৌদোক্কুনা নহাক্কা শকখঙনহন্নবা ঐবু ঙাইবীরম্লে। মসি লমদম অদুনা ঐবু থৌজানবীবগী লারবা খূদম্নি, লম্মন্দা ঐনা পুন্সি চুপ্পা কোক নোঞ্জরগনি। "

পারীগী ৱাহৈশিংসি ঐগী হকচাংগী ঈচেলদা তিনখ্রে, অদুগা থম্মোয়নুংদনা মৈরা অমা চুখৎলরে, অদুবু, ঐ মঙোন্দা হঙ্গৎনা য়েংবদি ঙমখিদে। ঙাইহাক তুমিন লৈনবদু ঐঙোন্দা ৱাইচিনবগুম মহাকসু হৈনরম্লোই। অনাবা উনবা লাকপশিংগী মীনিলখোলনা হোস্পিতাল শকফম কায়রে। ইতোমতা লাকপনি, থেঙলে, পূং মরি হেল্লে খল্লুদবগী অরানবা ঐ নীংশিংলকই।

" তামো, ঐ চৎচরগে। ইরাল পূম্নমক ঙাকপীরে খল্লগা হরাওজে। য়াম্না থুনা ফবা ওইরসনু। "

" ফনি, লেঙবীরসি, অরেম্বদা পুক্লীং ৱাহঞ্জরে, ৱারৌবীরোই। "

পারীগী মীৎয়েং চীং-লেম্মী, মহাক বেদতগী তপ্না কূমথরকখি।

মরেপ মঙান চাউবা, চীংয়া পাৎকুম তপ্লা পাখংদুনা থিন্দোরক্লি খঙলবসু ঐ লৈশিন্দুনা য়েংবা ঙম্লমদে। অদুবু, চাউথোকচরবা ঐগী খোঙথাংবুদি উই।

" তামো, লৈবীহৌরো। "

" মক্তবী, " অরুম্বা খোঞ্জেলদুনা ঐবু চপ লেপহল্লি, মখা ঙাইরি খঙনা পারীনা হায়রকই, "মঙানিগী তুংদা ঐ গাড়ী লৌবা নম্বোলদা ল্যাকচগনি, মতমদুদা নহাক মফমদুদা লৈবীরমগদবা মান্দে। "

" য়ুমদা লৈত্রবসু কলেজদগীদি চৎথোকচরোই। "

ঐগীদুবু করি পাউখুম্লো, ঙসিগী তয়াং-তশোইমনবসিনা চেকশিনবীশিংগী লোনচৎতগী ঐবু লাপথোকহল্লে।

হোস্পিতালদগী মপান থোরকপদা ঐ খংৱাং ৱাংখৎলি, চাউবা ফনবা হেল্লি, লম য়াম্না কন্না চৎলম্মী। অপেনবদগী হেনগৎনা পুক্লীংনা মকা লাম্লকপদা পঙলিবা অঙাংসু মাল্লক্লে। অনৌবা ইহুলসি থুংলগনি খঙলম্লবদি ঐ হোস্পিতালদা লাকপা ঙমলমগদ্রা? পুক্লীংনা তোয়না হংলকপা ৱাহংনি।

য়ুমদা ঐ হোস্পিতাল চৎলুবগী পাউ কনাদসু তমখিদে। বাজীনা ইমাদা ৱারী শাবদগী খঙলকখিবা খরদি লৈরে, পারীগী মপা হায়কোর্ট কী মমিং চৎপা এদভোকেটনি। মমা মপাগী অমত্তা পোকচবা পারী এম: তেক: অরোইবা পরীক্ষা পীখ্রে, ফল ঙাইবা ওইনা হন্দক্তা মণিপুর থোরকপনি। মহাক মরম ওকপা ছাত্র অমা ওইনা মশাগী, মরমদমগী অমদি মরৈবাক্কী মিংচৎ পুরক্লবা শিবা কিদনা হোৎনরিবা মীশক্লি। বাজীগী ৱারীদুনা ঐগী ঈচেল খংতপ তপহনখ্রে, স্বর হোন্দ্রবগুম ঐ খাঙবা ৱায়। ঐদি নুংঙাই য়াইফবা অৱাংবা কাঙললূপকী মীশিংসি সাধুমক্লি হায়নরবসু খক নকশিন্নজনীংদে, হঙ্গোইজে। ঐখোয়গীদি বাজীনা স্কুল

ওজানি, ইমানা নম্বোল কৈথেলদা অপীকপা দুকান অমা শেন্নজবনি। ইবুং অমগা ইপ্পা অমগা, ঐখোয় অহুমগী হোৎনবদা ইমা বাজী খোক মতোনগী ফিরালগুম ফর ফর হাইরি। মতমসিগী অকে-অমৌগী লমজেন্দগী ঐ নাথৈদুনা লাকচবীনি।

ঈশিং ঈচাওগী অৱাবা অসুম কোক্লকখিবগা লোয়ননা পারী উনরুবগী নীংশিং মমি ঐগী থম্মোয়দগী খরা খরা লাপথোকপ্রে, মদুবু ঐনা তাম্থোকখিদে হায়বদি লানগনি।

থা তরুক্কী তুংদনি। নোংমদি ঐ খংপ্রেক খংখি, মহাক মোতোর সাইকল অমদা ঙারগা ঐনা লাকখিবা লম্বী নক্লা, ঐখোয়গী কলেজ কম্পাউণ্ড মনুংদা বাস্কেৎ বোল শান্নবা য়েংদুনা লেপ্লম্মী। লাপ্তুক উনবা ওইবনা ঐখোয় অনী কৌদি কৌনদ্রে। অদুগা, অমুক ঐনা হোষ্টেল বেরেন্দাদা লেপ্লিঙৈদা মহাক অচৌবা সড়ক্তা অৱাং পাংনা গাড়ী থৌদুনা চৎখি। কুইদে হু হল্লকখিবা, উখোঙ অমদা লেপ্তুনা লৈরবনি। খঙশিন-উশিন্নদবা য়াদবা মতাং ওইরে। ঐ নোটবুক লৈবা সড়ক থোক্লম্মী। পারী তহা তহা ঐগী তুং ইল্লকখি।

" মক্তবী, " মহাক তপ্পা কৌরকই, " কোফি থকখিসি। "

ঐ য়াংনা খুম্মি, " ফনি তামো, নোটবুক অমত্তং লৈজরকখিগে। "

মখা করি থোক্কদৌরি খল্লুবদা ঐ নিকপগুম তৌই। পারী ঐবু ঙাইবদা ইরাপ লাপ্তুনা লেপ্লম্মী।

হোটেল মনুংগী টেবলদা ঐখোয় অনী মায়োক্লনা ফম্লুবদা মমাঙ হোস্পিতালদা মায় থম্ফম খঙখিদবদুমক্তি ঐঙোন্দা থোক্ত্রে। পারী কোফি কপ থাঙ্গৎপগা ঐঙোন্দা ৱাকৎকা লোয়ননা য়েংলকই।

" উনবা ফংলবদি খঞ্জদুনা কলেজসিদা লাকচবা ঙসিনা মরিরকশুবনি, হৌজিক্তি লাইবক্লা তম্বীরে, মাঙগী অৱাবা পূম্নমক ঐ কাউথোকচরে। "

থোইদোকপা হৈনিংবা নত্রগা হৈনিংদবগী ৱাফম ইরৈ লৈতে, ঐ তুমিন লৈরম্মী। মহাক মীৎয়েং চোইদে, চেকশিনবা শকফম চেল্লি।

" ঐবু থিবীরগা তামোদা করি ওইজগনি ? মথোং হুক্তবীনা হোস্পিতালদা চৈনা খাঙহঞ্জরে, মথংদা মতম মাঙহনবগী ইরাল অমুক লঙশিঞ্জবা ঙমজরোই, ইতিকসু লৈজদে। "

" অহানবা থেংনবা নুমিৎতা নহাক্লা ঐবু হোস্পিতালদা ইনশিনবীখি, অনীশুবা উনবনা আশাগী বন্দি তাহল্লি। "

" ইস ! তামোনা ঐবু ঙাকপীবা ঙম্বীদ্রমাল্লে, খঙজরে। " ঐ তপ্পা হায়নবা

হোৎনৈ, নিকপদি য়াওরি, " অপঙবীনি, নোক্লফম ওইবদগী হেন্নাঐগী চন্নফম লৈরোই। তামোদগী ঐ হন্না হন্না ঙাকপীবা নিজরি। "

" মত্তবী, ঐ করি হায়খিসিগে, নহাক্না ঐগী ব্বা তবীদ্রে, ঐসি নহাক্কী মঙলান ঈরোলনুংদা ঈরাক্লরবনি, মঙফাওনবা তাইবং তোর্বানথক্তা অমুত্তদি চিংখৎপীয়ু। "

" তামো, ঐদি পাঙ্গল শোঞ্জবীনি, ঐগী খৃৎতা থৌনা য়াওদে, অদুম্না তাকপীগনু, ইতিক-ইপা ওইদে, ঐ তশেংনা কিজে। " ঐ মীৎতগী পিরাং শিন্থখিবা খঙহৌদ্রে। " ঐ... ঐবু...। "

" ইবেম্মা, নহাক্কী পাউখুম তাজনীংবনা থৌগংলবী নোংগৌবীগুন্নবনি ঐসি।" পারী ইকাই নুংশি য়ান্নবা, মায়থোং মক্না হায়," হৌজিক ইথন্তা নাইতোম তাহৌরগনি ব্রাজরবসু শাংথনা য়েৎচররোই। ঐগী পুক্নীংগী ব্বারোল তাবীরে খঞ্জরগা হঞ্জখ্রগে। "

" হৌগৎচরে, তামো। "

পারী ফমহৌরি। হোটেলদগী থোরকপদা ঐ মফম অমসুং মতম ইকাউ কাউই।

থাখায় অমরোম হৌখ্রে। পারীনা হায়রম্বা ব্বাহেশিং ঐ মীকুপ ফানা কাউথোকপা ঙম্লমদে , মশামক ইনাক্তা অসুম লৈরে। নীংশিংলরোই খল্লুই, খক য়াদে, চহী মতাংনা ওইবরা, থম্মোয় লাকশিনবা ওম্থোক্লা ব্বায়, মপান্দা লেপ্লুবা খুদীং সড়ক্তা য়েংনীংঙি। হৈনখ্রবা ঐগী মীৎয়েংদুদগী নোংমদি, নুমিদাংব্বাইরম পূং অহুম্লোম তাবা মতমদা মহাকপু উরে, অব্বাংলোমদা মোতোর সাইকল তপ্লপ থৌরগা চৎখিবনি, ঐঙোন্দা য়েংলগা হাইফেৎসু নোক্লমখি। ঐ খোঙদগী তোন ফাওনা ফং শাগৎলি, শাউনীংবা ফাথখিবা লাংতক্লবা ব্বাখলনা ইকাইবগা শীংনরক্লে। নুমিৎতু ঐ ব্বার্দেনগী মচানুপা চহী তরামাথোইগী অঙাংদু পুরগা ব্বার সেমেত্রিরোমদা কোয়বা চৎলম্মী। ঐনা গেট য়ৌবগা, তান্নরকপগুম লাকখিবা পারী মচি মচিদা ফম্লিবা পাখং লৈশাবীশিং অমদি লোয়নরিবা অঙাংগী পল থুগাইদুনা ইনাক্তা লাকখি।

মহাক নংহৌররোই মতাগুম হায়রে," মত্তবী, ঐনা নহাকপু লান্না লমজীংনবা হোৎনরে খনবীরমগদ্রা ব্বাজৈ। ঐগী খোঙথাং থুমল্লি, লমসু হেল্লবনি, ঙাকপীয়ু। অদুগা লোয়ননা নহাক্কী ব্বাখল খঙদনা ঐ লৈবা ঙমশিল্লক্তবনি হায়বসিসু ফোঙদোকচরি। নোংমনা নোংপোক্তা, নোংমনা নোংচুপ্তা লেপচৈ, অব্বাংলোমদগীসু য়েংজৈ, মখারোমদসু ঙাইজৈ, উনবা ফংলবদি খঞ্জদুনা, ফনা কন্না লোৎপীখি।"

ঐ করিমত্তা খুল্লমদে। পারী ঐগী পাউখুম ঙাইবদা তপ্না ইল্লকই। শাৎলিবা লৈরাংশিংগা ৱাতানরিবা খোইমুশিংনা ঐবু পুকচেল কনমল্লি হায়না ড্রুং ড্রুং ঙংনরক্লে।

" অস ! তামো... ! " চৈগে খন্দুনা পুরকপা ৱাহৈশিং মশক ওন্দুনা চোংথোকখিবনি।

পারী শমজীল্লক্লে, " অরোই-অখম নাইদ্রবা পূজাগা লোয়ননা নহাক্কী শক্তম্লু থম্মোয়নুংদা লাৎচরি, যৌজানবীদুনা লেঙশিনবীনবসু নিজগদৌরি পুঙ্গি চুপ্পা। "

যৌনা খরা লাকপদগী ঐ খুমখি," করিসু লৈত্রবী ঐবু নীংশিংবীরি তাবদা স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংজখ্রবনি, মপোকসি মহৈ য়াল্লে, খজিক্তং ওইরবসু তামোবু পেলহঞ্জনবা ঐ যৌরাও তৌফম থোক্লবনি। অদুবু তামো, ঙসিদি মতিক চাদ্রবী নচলনা ৱাফমসিমত্তংদি খঙহঞ্জনীংঙি। " খাক্লরোই খন্না ঐ মখা তাই," পঙলবী, চমজরবী থৱায় অমবু ৱাহনবা তামোগুম্বা ৱাখল লৈবা মীশক অমগী থবক নত্তে লৌজে। "

" মত্তবী, নহাক্কী নফমদা ইকাইবা নংগদ্রা কিজখিবদু চুম্মা থোক্লরে, ঐসি লাল্লবনি। " পারীগী মায়থোং খংমক মকশিল্লি, লাওরবা মীৎ ইতুক তুকথৈ, খোঞ্জেলসু কংলপ হায়," অদুবু অসিমত্তংদি হায়জরমগে — ঐসি ঙাওরবনি, পোৎথাফম খঙদনা ৱারবা, লায়েংবীনবা নহাকপু লেপ্তুনা থিজরকখিগনি। "

পারী ৱারৌবগী খোঙথাংদা অমুক লৈশিল্লমদনা চৎখ্রে।

মহাক শাউরমগদ্রা ? নুংগী ৱাহং অসিমক্না মহাক্কী মফমদা ঐগী অশোনবা উৎলবনি। মরমদি, ঙসি ফাওবদা ঐগী তুংইল্লকপা পাখং কনামত্তগী মফমদা অসিগুম্বা ৱাহং থমখিদ্রি। অদুদি, ঐনা মঙোন্দা থম্মোয়গী অশেংবা পাউখুম পীবা ঙমখিদ্রিবা করিগীনো? মহাক্কী থাক ৱাংমল্লি হায়বসিখক্তং ওইরবদি য়ূল্লিংবগী অচেৎপা য়ূম্ফম থম্মোয়দা ওই য়ানরিবসি কক্লসিরা? মহাক চম্মি, নম্ফু হাফু চেন্দে, তাৎ হৈতবা মাল্লি। শক্লোনশিং অসিসু ঐনা খোয়দারুবদগী লম্নাই থাংজিল্লিব্রা? ৱাহং কয়াসিগী অচুম্বা পাউখুম চিংথোক্লবা মতম খরা চঙনা নৈনবা তাবনি। হায়দোক্তবনা অপঙবা তাদনবা মরম ওইরকপা লৈ। মীকুপ খুদীং নীংশিংলবা পারীবু ঐ কাউথোকপা শাদুনা লেনখি।

মমাঙ চহীগী নুমিৎসিদনি ঐগী ঈলদা পারী থুখিবদু। মহাকসু কাউরমলোই। ঐদি চাক্লাম খোঙচৎ য়াওরুবগা, চহী লীশীং কয়াগী তুংদা মঙ্গল গ্রহনা পৃথিবী য়েংবা নকশিল্লকপনে, পারী মানবা অমনা মোতোর সাইকলগা মমাঙ লৈরক্তা মোংবগা পুক্লীং ইরাঙ লাঙখি।

নুমিদাংগী চাবা থকপা লোইদুনা ইমুংগী মী পূম্নমক ইতিহাস পুবা গ্রহদু

য়েংবা মপান্দা ফম্লরম্মী। থাশি অহীং ওইবগী মথক্তা ইলেক্ট্রিক্লগা লাক্তবগা মন্নগী চাং খল্লে। ঐদি য়ূমথক্তা হকচীক লাংবা ওইনা ইথন্তা কাখৎলে। নোংপোক মৈরম চীংদোন্দগী খজিক্তং ব্রাংখৎনা অহাঙবা অতিয়াদা ইরং লংনা ঙানবদু ওইরম্বা তারে ময়াম্না য়েংনরিবদু। কয়াদা নুংশিপ্রবা, মীরোল লীশীং লীশীংনা মাবু শক্তম অসিদা উবা ফংখিদ্রবনি। মাসু চান্নথোইবী পৃথিবীবু য়াম্না উনীংদুনা লাকপা ওইরমগনি হেক খল্লুই। মীকুপ্তুদা ঐ ইখং খংঙি, নুঙ মচা অমনা খোঙ য়েংতা পোপ থারকপদা। করিনো, কদোমদগীনো অসুম লৈদুনা য়েংলিঙৈদা অমসু পাম্বোমদা পাল্লরে। হন্দক্কীদি তাশীল্লবা চেনি, লংলকফমসু খঙলে। ঐখোয় য়ূমগী অব্রাংদা ফুট হন্ফুরোম লাপ্না লৈবা য়েংদৌগী লৈপলগা নক্লনা, মশা মরেং ফম্না হৌরিবা নোবাপ পাম্বীগী মরুমদা নুপা অমা লেপ্লি হায়বা শোয়দ্রে, মহাক্না লংলকপনি তাক্লবা অঙৌবা রুমাল অমসু ফর ফর হাইরগা ঐবু উহন্নবা হোৎনরি। ঐ ইপা পাখৎলি, হূমাং কাংঙি, অঙাংগী নিঙাইগুম খোঙ দঙ দঙ থীনখিবা খঙহৌদে, খূৎশাসু ফ্রং ফ্রং কল্লম্মী। নিংদোল মীহুল পৌখৎলক্লে, মাঙ্গোলদা ফম্লিবশিংদুনা উখ্রবদি খল্লুবদা। ব্রাখল অমা লাকপদগী ঐ ইমুং সীঢ়ীদা চেম্বুরম্মী; চে মতূম ফাক্তোক্লুনা পারুই। চিংনখিবদুমক চুম্লে, নুপাদু পারীনি। করিগীনো শাউনীংবদা নুংঙাইবা পূল্লরিবা? ঐ লালটেন থাউমৈগা য়ূমথক্তা অমুক চেনখৎলি, রেলিং নকশিন্না লেপ্লগা দোসি চাউনা লৈখৎতুনা লেপ্লুই। খোঞ্জেল থোক্লা হায়বা য়াদবা মতাং থোকপনা চৎখিনবা খূৎ হাইরম্মী। মহাক ঐঙোন্দা য়েংলগা অদুম লেপ্তুনা লৈরে।

ঐ লৈতাদে, ঙাওহল্লবনি, রেলিংগী অকোয়বদা চৎলি। অতিথি গ্রহ অমসুং থব্রান্মিচাকশিং ঙানবা হেনগৎলক্লি। শোয়রোই ইমুংগী মীশিংনা অঙাওবদু উখিবা। ঐ মখাদা অমুক চেম্বুরে, অপাকপা চে অমদা ময়েক চাউনা ইরুই, ‘ চৎপীরো ঐ কিজৈ ’। কন্না তাশীল্লবা চেদু ঐনা য়ূমথক্তগী পারী তম্না লংলম্মী। মদুগী কান্নবদি কদায়, লমহেনবদু লেঙদনা লৈরে। উপায় লৈরক্লবদা ঐ ইপ্পাবু কৌখৎলম্মী, গ্রহগী শক্তম তাকহন্নবা। মীকুপ্তুনি পারীনা লোৎখিবা, ঐ উহৌই, নোবাপ মথক্তা কাখৎখিবদু। গ্রহগী মরমদা ইখিবা পাউচে অমদি মেগাজিনশিংগী ব্রারোল চীনফা থীরম্লগা ইপ্পাদু কূমথখ্রে, মাগী তূম্না মতম য়ৌরকখ্রবনি। পূং তরা তাখ্রে, পারী করম্না হনগদৌরি? খঙনবা কনাগীদনো লেক্লগদৌরিবা?

পারী উথক্তগী কূমথরকখ্রে, কয়াদা শাথীখ্রবনো! ঐ তৌফম খঙদে, কপ্পীংলক্লবনি। ইস! করিনো ? দং দং ! দং দং ! দং দং ! অহৌবা খোঞ্জেলগী

তুংদা ইল্লকপা তায়, দর-র! দর-র! নোংমৈ কাপ্পরে, অনকপা মফমদা, মিনিট কুনলোম লেপ্লে, কন্না খূৎথোক্করে। মরক্তুদা ঐ হৌরপ লাউখি — ‘ ঙাইবীখো।’

ঐ মখাদা হোৎথরম্মী। ইমুংগী মী পূম্নমক মীপাইনা কানুংদগী ব্রা ঙাঙনরকই। ঐ প্রোক প্রোক চাক্লে, কল্লাকসু নিক্লিবনি। নোংমৈ মখোল লেপখিবগা ঐ হূরানবগুম মনীং থোঙ হাঙলে, মৈ মম্বগী খুদোংচাবা লৌদুনা পারীগী লেপফম তানা চৎলম্মী। ঐ পাখৎপনা স্বর ফুল্লি, কৌবা ঙমদনা মনাক্তা লেপ্পুই।

“ মক্তবী ! ” পারী ঐগী পাম্বোম তাপ ফারগা লোন্না কৌরকই।

ঐ শ্বাই লাউই , লুতোন শাৎখি, থক থক নিক্লা মহাক্কুম লোন্না ঙাঙলম্মী, “ করিনো তামোনা তৌবীরিবসিবো? ”

“ নহাকপু উনজনীংবনা লৈফম খঙদ্রবনি, ঙাওরবনি। ”

“ মদু য়ারোই, তামো। ঐ চঙজগ্রগে। ”

“ ইবেম্মা, নহাক্লা ঐবু লান্না লৌবীরে। ” মহাক খাম্নীংবগুম খূৎ চেৎনা পায়, স্বর থবেৎ থবেৎ হায়। “ ফরে, চঙবীরো। ঐগী ইখৌ নেম্লে, নহাক্লা মৈচাক অসি খঙবীরবনিনা। ”

পারীনা ঐগী পাম্বোম অনী চেৎনা ফাজিল্লকপদা ঐ মথানুংদা খূবাক্লা মায় খুমদুনা চেৎনা লোৎলম্মী। মহাক ঐগী লৱাইদা খদাং থম্লগা তুমিন লৈরম্বদগী ইচাই চাইরবা শমদা তপ্পা তপ্পা নাল্লকই।

ঐনা হায়,“ ঐ চঙখ্রবসু তামোদি চৎপীখিবা য়ারোই। সিফাইশিংগা অমম্বা অহীংসিদা থেংনরবদি খুদোং চারোই। ”

“ এ! করম্না ? অসুম্না লৈবা য়ারোই, ঐ চৎচখ্রগে। ” মহাক অওই তানা হায়, অদুগা ঐগী লৱাইদা হন্না হন্না চুপ্লম্মী।

ঐ ইপঙ পঙশিনখ্রে, মফম কদায়দনো মাঙলুরিবা, মহাকপু খংইন ইন্থোক্লম্মী, খোঙফমদি হন্দোক্তে।

“ তামো, পূং মরি তাদ্রিফাওবা মফমসিদগী খোঙকাপ অমা কান্থোকপীখিবা য়ারোই, করিগুম্বা চৎপীরবদি ঐ তুংইঙ্গরক্কনি। যূমথক্তনি অহীংসিমা ঐনা সন্ত্রি তৌজগদৌরিবা। ”

“ অস!” লৈথোরকপা ঐগী খূৎ ফারগা পারীনা শোল্লি,“ব্রা অমত্তংগা...।”

“ হায়বীয়ু। ” ঐ নীংশিংলকপদগী হংঙি,“ তামোগী বাইক্তি ? ”

“ ব্রার্কশোপ্তা থমজরম্লে। ” মহাক হন্দক্তি ঐবু খরা নক্লা চিংশিল্লি,তপ্পা শমথৈ, “ ঐ মতম খরা লংফৈদা লৈজরুরে। যূম য়ৌরকপগা নহাকপু থিজখি,

নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা। খুদক্তা অমুক হনগদবনি, হয়েংনি চৎচগদবা। ”

“ কদায়দা? ” ঐ স্বর শাংনা হোল্লম্মী।

“বেঙ্গলোরদা, আই:আই: এস:তা রিছার্চকী রেজিষ্ট্রেসন য়ারক্লে। মরম অদুনা ঙসি ঐ নহাক্কা উনদবা য়াদে খঞ্জরকখি। ”

“ অদুদি অপঙবীদা চিঠি ইবীরক্লোইদ্রা? ”

“শেগায়দুনা অরেম্বা তাহনবীরোইদবা লৈরবদি নোংমদা চামা চামা ইজরক্কে হায়বা লাকচরিবনি। ”

“ হয়েং খূৎ য়াওবীরক্তুবদি ব্রাকৎ থাজরক্লুবা এড্রেস অমসুং টেলিফোন নম্বর থম্বীরম্মু। ”

অমম্বদুদা পারীগী হরাও-নুংঙাইবগী চাং হোল্লিবা স্বরনা তাকই, মহাক তপ্পা হায়,“ য়াম্না চাউবা ইনষ্টিট্যুৎনি, ঐনা লৈরুগদবা হোষ্টেল বিলদিং, রুম নম্বর, টেলিফোন নম্বর হৌজিক করিমত্তা খঙদ্রি, কোন্না থাজরক্কে। অদুগা ইবেম্মগী...? ”

“ য়ূমদা থাবীরক্কনু, হোষ্টেলগী এড্রেস খঙবীরে, রুম নম্বরদি মঙানি, চেকশিনবীয়ু। ৱার্দেনগী চেক কল্লি। ”

“ মক্তবী, ঐগী পুক্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা মীকুপ ফংজরে। অদুবু, ইবেম্মা, করিগীনো ব্রাবগী চাংদি হেনগৎলক্লি। ” পারী খোঞ্জেল নিক্কা হায়।

“ ঐগীসু মদুমক্লি খঙবীয়ু। ” থম্মোয়গী ঈহৌ থিংবা ঙন্নক্তবতা নত্তনা পুক্লীংগী ব্রাসু ফাবা ঙমদনা হায়খ্রবনি, ঐ মখাসু তাখি,“ তামো, মঙ্গল ওইবীয়ু।”

ঐ পারীদগী খূৎ তপ্পা তপ্পা শৎতোকই। মহাক নংহৌররোই মতাগুম ঐগী লব্রাইদা অমুকসু হন্না হন্না চুপ্পম্মী। ঐ পাখৎলপ য়ূমদা চঙলক্লে।
অহীং চুপ্পা ঐ য়ূমথক্তা ফমখি, পারীনা নোবাপ উশাদা। ঐনা খল্লি, রাধানা লাক্তবা শ্যাম্বু ঙাইবনি, ঐগীদি উরবা মহাকপু শঙবনি, মসিদা খেন্নরিবসি করিনো?

পূং মরি তারকপগা নোংপোক চিংখৈ ঙাম্ভোরক্লে। পারী হরাওনা মখূৎ হাইরম্লগা চৎখি, ঐ ওলাংনা লৈহৌই।

নোংমদগী চয়োল, চয়োলদগী থা অসুম অসুম হৌখিবনা,কংফান্দা তারবা লেম্লৈগুম মতম শাংনা লৌনম চিরোনগী লাকচ-চৈনা ওন-থোইনা খাঙলবা তুংদা ঙসি ইথামক থাজদনা ঐনা মহাকপু য়ুনিবর্সিতি কেন্তিন্দা থেংনরুবনি। মহাকপু উবদা ঐ অহানবদদি তুক্কৎচখি। তুংদা, পুক্লীংগী ব্রাফম ফুমদুনা থম্বা হৈনদবনা তাঞ্জা য়েংবদা মহাকপু ঙাইরুবনি। পারীগী ব্রাফমদা মীনম্বা য়াওদ্রবদি ঐনা শাউরুরিবসি লাল্লিবনি। অদুগা ঐঙোন্দসু নমথাক লৈখিদবনা অশেংবা

এ

ব্রাফম চমথোক্লবদা হঙ্গোইবা মাঙখিরম্মী। মহাক্কী চিঠি ফংখিদবগী মরম হৌজিক্তা খঙলক্লি, মথৌ নীংথিনা তৌদে হায়না পোষ্টমেন অমদা ঐনা খজিক্তুং ঙাঙলুবদু। মসিদগী থোরকপা ফলসি ঐগী লাইবক্কা করম্না শন্তাইনগদৌরি ? হে ঈশ্বর !

# ৩

অঙকপনা থল্লবা, ঙমখৈ লৈত্রবা বিজ্ঞানগী মশা-মরেং খূদিংমক খঙনীংবগী খঙনীংবা ঙাক্তা, পূম্নমক লামশিল্লুবদি ওইথোক্লরোই খল্লুবদা ঐ য়াম্না নুংনাংবমক নত্ত্রবসু খোয়রাঙদবদি নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈদগী পুক্নীংদা ফাওরকখিবা ঈথিল অমনা ঐবু বেঙ্গলোরদা লৈবা ইন্দিয়ন ইনষ্টিট্যুৎ ওফ সাইন্সেসতা খূৎ পায়দুনা চিংশিনবীরে। মফম অদুদা ঐনা চিনখিবা ইথৌসি খুংগুম ঊঙবনি। মরোল মরোল পৈরিবা শিন্থানা মিনিট অমা ফাওবা অহাঙবা মতম ফংহনখিদে। মদুমক্তি ঐনা পামজখিবসু। অদুম্নদি ওইরগা, ঐ চিল্লিঙৈদা চিনগী শম্বল লিংখি, মক্তবীবু মীকুপ কাংদনা নীংশিংলম্মী; নীংথিবী শক্তমদু ঐগী লূ-তোংদা পকখ্রবনি। লৈচিলনা তম্খায় খল্লবা পূর্নিমা থাজগুম্লবা মহাক্কী লাইবক্কী মখাদা লীরুংগী পাদম লৌবা পীশূম অনী, মরাং কায়রবা পানা শম্বল খারিবা পাৎকুম্লবী কোয়রাওনবী মীৎস্না অনীগী মরক্তা ঙমতক থোনবা লৈপলগুম রাশি চেনবা নাতোন, অমুনবা হৈরাংশিংনা কল্লক্লরবা খজাই, গুলাব লৈনাদগী হেন্না থোৎলবা চীনবান, লৈবাক্লৈগুম তনৌ তনৌরবী খদাং, চীংথ্রাউগুম তপচবী নাপ, তখৈল্লে মপোপ মানবা ঙকশম, পূম্নমকসি অমমম্তা ওইনা য়েক্লগা ঐগী থম্মোয় কাচিন্দা চেৎনা থমখ্রবনি। অদুগা অমুকসু, উকা তাম্লবা খোঙনা লেঙবদা জগোয়গী তাল নেৎপী, তরাও শঙ্গাইনা নান্না ইৎলবা ৱাচেৎকী খ্বাংনা থক্কী অৱাংবা চোংথোকহনবী, ৱাই ৱাই চোনবা অমুবা শল্লাংনা মকোয় মান্ননা ফল্লবা নীংদুবু খল্লিবী, তোঙ্গানবী মহাক্কী মূর্তিনা ঐগী মীৎমাঙদগী খক লাপথোকখিদ্রে।

মক্তবীগা মায়োক্লবা মতমদা ঐগী থৌনানা চিংথোকপা ঙমখিদ্রবা ৱাহৈ কয়া কলম্নদি লায়না ফোংদোকচদুনা ঐ চিঠি অহুমলক ইজখিবনি। পাউখুম অমত্তা ফংখিদ্রবদা ঐ পোৎথাফম খঙদনা ৱাখি, খূদক্তা উনরগা ৱাহোম্নীংখি। অদুবু, মতাং অদুদা, থম্মোয়নুংদা বিচার অমসু চৎথরকই — নুজালক্তগী অথোইবী মহাক্কী থৌজান নিবা মীগী মশীং খূরক হাঙলম্লোই, অদুগী মথক্তা উরীনা

নক্রবা উপাল লাম্বসি মহৌশা ওইরকখ্রবনি। মহাক্কুম্বী লমচৎ নাইবীশিংনা কনাদবু তাথীবা মীৎয়েং উৎপগে? মখোয়দি য়েক্লবা ফাওবদা অয়াকপা ব্রা হায়গন্দে। মহাক্কী থোৎলবা ব্রাঙাঙ, চানবীবা মীৎয়েং ঐ খক্তগীনি খল্লুবা পঙজবগী খৃদম্নি। মক্তবী ঐঙোন্দগী থৈখ্রবনি, হৌজিক ঐবু করিসু নীংশিংবীরম্লরোই হায়বদা চিংনফম লৈত্রবনি। ঐ মঙোন্দা অমুক হন্না চিঠি ইদুনা ইকাইবা লঙজররোই অমদি মহাক্কী খোঙ্গুল লীররোই খল্লকখ্রে। ব্রাখল অদুনা নীংঙমদ্রবা মীৎলু ঈহৌবু মায়োক্লখি।

ঙরাং ঐনা মক্তবীবু কেন্তিন্দা মঙগুম থেংনবা মীকুপ্তুদা তরাম্না কৌনীংখিদে, ব্রারৌমনবদগী উশিন্নদনা লৈথোক্কে খল্লুই। অদুবু ঐগী থম্মোয় কয়াদা শোল্লিবা, মহাক্কী উলেন ঈরিক পুবা শহুম্না ইরায় লায়না নুংগী মৈহৌ মুথৎলৈ, ঐ মঙোন্দা ওনশিন্দবা ঙল্লমদে। ঐনা কৌজবা কোফি মহাক্না হরাও হরাও লৌবীখিবদা থম্মোয়নুংদা নৌহৌনা মথুম মরাঙ হৌরকখি, থৌওইবীখিদবগী ব্রাকৎ লানখৎনবা অকনবা ঈথিল লাকই। মঙোন্দসু মান্নবা ব্রাখল লৈরম্বা তাই, ব্রারী শানবা য়াবা তাঞ্জা ফংবগা ঐখোয় অনীগী অশাউবগী ব্রাহং থেংগাইনৈ, অদুগা খাঙখিবা অব্রাবা অমসুং নীংঙমদবগী চাং ওন্নরম্মী। ইজখিবা চিঠি অহুম্মক মহাক্কী খৃৎ য়ৌখিদ্রবনি খঙলকপদা ঐগী ব্রারৌববু অঙকপনা থেমজিল্লকই। খল্লকখি, কয়াদা লাইবক থীবা থৌওংনো, পোষ্ট ওফিসকী অশোয়বা খরদুনা থোকহনখ্রিবা য়ৈখাইবসি। মসিনা অশেংবা ওইরবদি হৌজিক ঐনা লৌবা তারিবা ব্রারেপসি শোয়দনা উনরগদবা কাঞ্চিপুরগী শান্নফমদা মহাক্না ব্রারী মখা চৎথখিসিরা নত্রগা লেপ্পসিরা হায়বসিনি। মহাক মশা লানখিদে হায়রগা ঙাকপীনবা নোঞ্জরম্লিবনা করিগী? মসিমসু খঙদোকফম থোকই।

মক্তবীগী মরমদা নৈনরুবসিনা ঐবু খমথেংনা চোকথহল্লবা তুংসিদসু মমি শামি অনৌবা ব্রাখল অমা চোংথোরক্লে — ইমা পাবুংনা কঞ্জরুবী শকখঙদ্রিবী কন্যা। মসিনা কদোমদগী ফেঞ্জিল্লক্লিবা ? করিগী ঐগী কোক্তা মথি ফোংলরিবা? অসুক থুনা অহলশিংনা ব্রা লোইথোক্লবীরম্লিবসিবু করিগীনো? করম্না, কদাইদা থেংনরুদুনা মখোয়না মৌ ওইজগে হায়রুরিবা? মনুং মপান ফাওনা অফ-ফত্তা, অপঙ-অশিং, দোষ-গুণ, শুপ্না উবা ঙম্বা,শম্না হায়রবদা ঙানপ্না ঈশিং মনুংদা মথী ফায়রি খঙবা পাবুংগী থৌরবা মীৎয়েংনি। নুপীদু শোয়দনা পুক্লীং চিংশিন্নিঙাই ওইরম্ফম থোকপনি।

মথংদা অমুক থুংলৈ — ঙরাংতা শকখঙনরকপী, ঈরেনগুম লূনা উবী, তরু হায়বীদু, মরূপকী খোয়দাজবীদু। অঈংবা শক্তমগী মরুম ফনা থুপ্তুনসু মতমসিগী ঈচেলদা তাউথরিবী, মতৌ চেনবী, ফিজেৎ- লৈতেংনা,

ব্রাঙাং-শাঙাংনা, অনৌবা তাল নেৎপদা তথক তথক্লবী নুজাশিংগী মীৎয়েং নায়েংনা ঙাওজরিবশিংবু কয়াদা থুনা খোয়রাংহল্লিবা — মখোয়গী লোন্না থাবা মীৎচি অমসুং মোমোন মীনোক্না মরূপকী চাউরবা পল ফাওবা থুগাইহন্নবা তকশিল্লকপা ঙল্লি। ঙসি য়ুনিবর্সিতি গেট ময়াদা মরূপকী খোয়দাজবী তরু হায়বীদুনা অদুগুম্বা মীৎয়েং ঐঙোন্দা থারক্লিবনা করিগী? মতমগী নুংশিৎ শহুম ফংলবী মক্তবীগী মীৎয়েংনসু কনাগুম্বদা অদুম্না য়ৈরমগনি খল্লুবদা ঐসি কয়াদা খোয়রাংলক্লিবা। অসুম মথং মথং লাকখিবা ব্রাহং কয়াগা লোয়ননা ঐগী কোক্তা মহাক্কী ফোটোগী এলবূম ময়াম অমসু পৈররি।

ঐগী নুপী হায়জরুরে, লম্বীসিদনা কদায় ফাওবা চঙশিন্নখ্রবা ? হোয়, নীংশিংলি, ইমানা টেলিফোন্দা ঐগী লুহোংবগী মতাংদা অহুম-মরিরক হংলকখিবা লৈখ্রে, মরু ওইনা ঐগা খঙন-চান্নজবী, হায়ন-শীংনবী লৈ-লাকপ্রা হায়বসিনি। মতাংদুদা ঐ মক্তবীগী মিং পনসিরা খনখি, হন্না হন্না মহাক ঐগী মাঙদা লেপ্লে, অদুবু মমৈথংদা কনাসু লৈতে হায়না খুম্বা তাখি। হৌদোরকখিবা ব্রাফমদু ইমা-পাবুংগী খূৎতা শিন্নখিবদা পেঞ্জবনা নোকখিবা ঐ টেলিফোন্দগী তাখিবনি। পাবুং তহা তহা থবক খক পায়খৎকন্দে, হায়খ্রবদি হোংগন্দে; ইকাইবা নঙ্গদবগী শরুক শিদোক্কে হায়রক্কদৌরি, অদুগা ঐ মখোয়গী য়াথং হিক্তোকপা লুই, অচৌবা পাপ অমা লঙজবসু তাগনি। অরুবা ব্রাফম অমনা, অহলশিংনা শেমগৎলন্নিবা মরীসি ঐ শুকখঙমক খঙদে হায়রুবদা মক্তবীনা থাজবা ঙল্লোই।

চীংলেনগীসিনা করম তৌরিবা জাৎনো, অসুক য়াম্না শোল্লন্নিবসিবো? করম্বা কন্যাগীদমক মহাকপু মতিক চাবা বর-নত্তে হায়গদৌরিবা? নুংশিরুবগা ফোংদোক্না কুইনা নমশীন্দুনা থম্লুরবদি য়াহৌ থেঙবা তাগল্লি, মসিগী অশোয়বা মহাক করিগী খঙদে। ঙরাংসি মহাক ঐগা লোয়নরমদ্রবদি তরুগা শকখঙনবগী তাঞ্জা লৌবা ঙমদনা লৈরম্বসু য়ারি। হৌজিক শকখঙনখ্রে, করি হায়বা ঙল্লমগদৌরি, ঐ থাজবা ব্রাৎলি। তরুগী থম্মোয় ফিদাদা অহাঙবা লৈরমদ্রবদি মহাক শাথীনা নীংবা কায়গদৌরি।

মরূপকীসু, মক্তবীগীসু, শকখঙদবীগীসু, হায়জরুবী কন্যাগীসু, ঐগীসু হঞ্জিন হঞ্জিন খল্লে, হেন্না হেন্না চয়েৎনরকই। ঐ ব্রারোইশিন ফংবা ইঙম ঙমদে। অসুম অসুম লুশিল্লকপা ব্রাফম খরা নমথরগা ঐ মমৈথঙদা শান্নবা য়েংবা কাঞ্চিপুর চৎলগে লেপ্লম্মী।

থৌরাঙ লোইদুনা ঐনা কাদা ঙাইহাক ফল্লিঙৈদা ইমা চঙলক্লম্মী। ঐসি লুহোংগদৌরবা বর হায়বদু ওইশিল্লক্লবনিনা চীং লেম্না লৈহন্নীংবগী ব্রা ঙাক্তনি

ইমানা হায়রবদু। সঙ্গ-পঙ্গদা, কোয়মিন-শামিন্নবদা চেকশিনগদবনি হায়না কন্না মেল্লবগা লোয়ননা কন্যাদু পাবুংনা য়াম্না খোয়দানা থিরুবনি ঐ মখোয়গীদা কোয়থোক্লুবা চুমগনি হায়বরোমদা ইমা কন্না তকশিল্লক্লে। ঐনা করিমত্তা খুমদবদগী ইমাদু ইপেন পেন্দনা মপান থোকখিরম্মী।

পুং অনী মাঙওইননা ঐ কাঞ্চিপুর থুংলম্মী। থম্বালনা ইঙান ঙাল্লবা পুখ্রী মপান্দা, ইন্দোর ষ্টেদিয়মগী লাউন নক্লা, চীংলেন তরুগা লোয়ননা লেপ্পা উই। নুমিৎনা লৈচিল মরক্তগী অহাঙবা মফম থিরকপদু তরুবু য়েংগে হোৎনবা ওইরমগনি। মক্তবীদি থোঙদা ঙারগা লাংতক্লরপ লেপ্লি। মখোয় অনীমক্লা ঐবু উখ্রে খঙলবদা ঐ নাম্থোকপা ঙমখিদে। তপ্না চঙশিল্লি, কনাদা হান্না কৌরুসিগে লেপথোকপা লুখি। অম্পায়রগী হুইসল ঐগী মীচংনি, মরমদি লৈশাবী অনীমক খূৎলৈ থুনা চঙখ্রে। চীংলেন্না ঐবু কোল্লবা মতমদা ঐ স্বর চনীং তানা হোনবা ঙম্লে। মহাক্লা ঐবু ভাবক্লা চোল্লবা ষ্টেদিয়মগী অৱাংথংবা গেলেরী ময়ায় ওইরপ পুখৎলম্মী। মফমদুদা ঐখোয় অনী ফম্মিন্নরে।

" মরূপ, " চীংলেন্না হৌরকই," লেঙবীরকপা য়াম্না নুংঙাইজে, ঙরাং তরুনা মহাক্কী বার্তন্দু থৱায় য়াওনা পীজখিবনি, নহাক য়ৌরক্লিবা করিগীনো হায়না অনী অহুম্নক হংলম্বনি। "

ঐনা খুম্মি," ঙসি শান্নবসি য়েংজবগা লোয়ননা ময়াম মরক্তা তিনবা ফংজবসি ওম্থোক্লা নুংঙাইজে। "

" ইবেম্মা তরুসি থৌবালদগীনি, মরূপখোয়গী মায়কৈ অমসুং লম্বী থোকই, হান্না শকখঙনবীদব্রা ? "

" খঙনজদে, করিগুম্বা মতমদা থেংনখিরম্বদি য়াই। "

" ঙরাং মরূপ্তা তমজবা ৱাফমদু অশেংবনি, মহাক্কা শকখঙনদুনা ইহান হান্না ৱারী-ৱাতায় শানবগী তাঞ্জা মরূপ্না পীবীখি। "

" মদুদা ঐবুসু য়াওহনবীরে। "

খরা মাঙজৌননা খঙনবীরম্লবদি ফগাদবনি হায়নীংলবসু ঐ তুমিন লৈফম থোক্লে। অপাম-নুংশিদা মতম য়ৈথোক্লনা থম্বগী মাঙজবসু খল্লুই। অদুগা ঙসিগী শান্নবা য়েংবসিদা ঐখোয় অনী ফাক তানরবা ভাবক ওইগদৌরিব্রা হায়না খল্লুরগসু নুংঙাইজদে।

চীংলেন মখা তারকই," মক্তবীনা নম্বোলদগীনি হায়নৈ। মহাকপুদি করম্না...?"

" থাপ্লবা মীরৈবাক্কী মীবুসু তাঞ্জা থোক্লরবদি শক খঙনবা য়াওরি।"

" চুম্মি, তাঞ্জাদুবুনি ঐনা খঙজনীংলিবা। "

পাউখুম শাংঙি হায়গে খল্লিঙৈদা অম্পায়রনা শান্নরোয় অনী খূৎ শোক্লহনখ্রে। মক্তবীনা তোস মায় পাকখিবদা খা মায়কৈরোমদা ফম্বা ভাবকশিং খূবাক প্রোক প্রোক খূনরকই। চীংলেন্না তাক্লবসু ঐ খঙলে, মখোয় সাইন্স স্ট্রিমগী ছাত্রশিংনি।

শান্নবা হৌরে। তরুগী ব্রাংলবা সার্বিস মক্তবীনা নেট নপ্পা থাদে। তরুনা ব্রাংনা থোমগৎলকপগী খুদোংচাবা মাঙহন্দনা অকনবা শাফুদা মক্তবীনা য়ৈথে। নোংপোক্কী খারোমগী ভাবকশিং কন্না লাউ-খোংনরকই, ষ্টেদিয়ম পোকখায়গে তৌই। মক্তবীগী সার্বিসপু তরুনা ইরায় হেক লায়না হাৎখিবদু অব্রাংলোমদা ব্রা ব্রা, হুইসলগা, উবাক থীনবগা। অহৌবগী মিনিট তরারোমদু হাৎতোক হাৎচিন্দা পোইন্ট ইকা কানদে। নাকল অনীমক্কী মীয়াম হেন্না হেন্না ময়াই কানরে। ' তরু ইজ অব্রর প্রাইদ ' হায়বনা অব্রাং লোমগী খোল্লাউনি। ' ব্রেলকম মক্তবী, অব্রর জেম ' হায়নসু খাদগী লাউরকখি। খাইবোক তারবা মীচং অনীনা লাউশিন্নরকপদা রিফ্রীনা মীয়াম্বু ফাথনবা হোৎনৈ, তাবীবদি য়াওদে।

ব্রাহং খরা হংনীংবগুম লৈশিল্লকপা চীংলেনবু শান্নবনা হেক হেক খাম্মি, ঐবুসু মদুমক্লি। ঐখোয়গী য়েৎতা ফম্বা পাখং খরদি শান্নরোয় অনীগী শক-চু চাংদম্নবা আ য়ৌখ্রে। খোঙ-খূৎ,খ্বাং-লেংজুম,থীক-থা,মীৎ-না,লাইবক-নাতোন, তুং-মাঙ, মরেপ-মঙান, কুচু-কুমেন অমমমতা ওইনা য়েকথোক্লরকখি। শকহেনবী খনবদা মখোয়বু জজ ওইহনফম থোক্লবনি। অশেংবমক্তি, মখোয় খরসিগী ব্রা নত্তে, লমদমসিগী পাখংশিংগী শীংথানিঙাই ওইবা মহৈ লৈবনি। অদুবু, অব্রাবদি, মখোয়গী ফল অরোইবদা ফৈন্দু তাহনখ্রে।

চীংলেন মাঙগী ব্রা নীংশিংদুনা হায়, " মরূপ্পা মক্তবীগা খঙনবীখিবগী মতাংদু তম্বীদ্রি। "

" অহোয়, হায়জগে। " খৌদোক ব্রারীদু লৈতোন্দা তোংলরবনি, ঐ লীরম্মী, " নোংমা ঐ বার্তন পীবা কৈনৌদা চৎচরুই, মহাকপু লম্বীদা থেংনজরকপনি। ঐগী অশোনবা মহাক্কী মফমদদি য়াম্না চাউখ্রে, ইকাইবা থাদোক্লনা শক খঙননবা কন্না হোৎনজরুই, খরগী মখৈদি মায়সু পাকখি হায়বা য়াই। "

" হায়বদি থম্মোয় অনীগী ব্রারোল চূংশীন্নবীখ্রে ? "

" মদুমক য়ৌনা খূমাঙ চাওশিনবদি ঙমজখিদ্রি। "

" ও ! নুংশিদা ! পাখংগী থৌনা ব্রাৎপা হায়বা ব্রাফমসি নুংশিমনবদগী পোক্লকপা মহৌশা ব্রাখল ওইরমাল্লে। "

" ঐখোয়বু অদুক পাঙদনা লৌবীরুরিবদি করিগীনো? "

" মরূপ, ঐ তরুগা নকশিন্নজগে কন্না হোৎনজরকখি, মফম খুদিংদনি — লম্বীদা, কেস্তিন্দা, লাইব্রেরীদা, বসতা। অদুবু ইকাইবনা হেক্তা থিংঙি। ঙরাংতনি ঐনা মহাকপু কৌবা ঙমজখিবা, মদুসু নহাক্কী সঙ্গদগী। লাইবক ফবা তাঞ্জা থোক্লুবনা মহাকসু ঐবু শান্ন-খোৎনবগী মতাংদা উননীংদুনা লৈরম্বা জাৎনি। "

" অদুম থেংনরুবদগী ঙসিসু ঐখোয় মফমসিদা অমুক পূল্লরে। " ব্রারীদা কয়া হৈনিংদবা ঐগী মওংবু চীংলেন্নদি শান্নবদা লূপ্লি হায়না লৌরম্বা য়াই। মহাক ঐগী লেংবান্দা মখূৎনা নোম্লকই, মহাক্কী মখা ব্রা চেকশিন্না তাহন্নীংবা মাল্লি।

" তরুখোয় য়ূমদা মরূপকা লোয়ননা নোংমতং চৎমিন্নজনীংঙি। "

" ঐগী খুয়ৌনবা মতম মরূপপ্না খঙবীখ্রে। মদু খল্লুরগা ঐ নুংঙাইজদে।"

" অচুম্বনি, অদুবু মরূপ্তা তোংলিবা ঐগী থৌনাগীদমক্তসু য়েংবীয়ু।"

অহানবা শান্নবা লোইরে। মক্তবীনা ১৫-১৩ দা মাঙজীন থাখি। মদুদা তরু থোইনা নীংবা কায়না উদে। চীংলেনগী মায়থোংদি মমতক তৌই।

মথংদা তরুনা ১৫-১২দা থোইদুনা অনীশুবা শান্নবা লোইশিল্লি।

হন্দক্তি লাইবক লেপ্লীনি শান্নরিবা, অনীমক য়াম্নসু ব্রানরে, স্বর ফি ফি হোন্নে। ভাবক লাঙবা লেপ্তে। লাউ-খোংনবা খোঞ্জেল কয়াগী মরক্তা, দ্যুস হন্না হন্না তারবা তুংদা মক্তবীনা মায় পাকখ্রে। খা মায়কৈ হরাওবগী খোল্লাউনা পোকখায়খি। মায়থোং মক্লবা অব্রাংগী মীয়াম মরক্তগী চীংলেন ঐখোয় অনী মপান থোরক্লম্মী।

" মরূপ, " ঐনা হায়, "থোইবা-পোবা হায়বসি নোংমগী খোঙথাংনি। ইবেম্মা তরু নুংঙাইতফম থোক্তে। মহাক অফবা শান্নরোয় অমনি। ঐ থব্রায় য়াওনা য়েংজৈ অমসুং য়াম্না থাগৎচরম্মী হায়বসিমক্তং মঙোন্দা তম্বীয়ু। ঐ খরা হাঞ্জরমগে।"

" ঙাইবীখো।" চীংলেন ঐগী খূৎ পায়দুনা খাম্মি, লাংতক্লরপসু হায়, "মহাক্কা উনবীখো, থোরক্লগনি।"

চীংলেন ঐবু থাদোক্লীংদে। ঐদি ইশা পূম্বা শরুক অনীদা খৎলূম লূমথরকপগা লোয়ননা অতনবা পোক্লে। মরমদি তেঙবাংবা ঙমদবগীদমক ইরাল অমা লঙশিল্লুগদৌরিব্রা খল্লকখি। অদুগা, অসিগুম্বা লীলাগী তাক্কক্তা শক্তম লাংবসু লায়দবনি, হৈ-শিংদ্রবদি বিশ্বাসঘাতক তানৈ।

" য়াদ্রে মরূপ, ঐ কুইনা পন্থবা। ঙসিসু নুমিদাংব্রাইরমদা অচিনবা থবক অমা লৈহৌরে। ঐ শান্নবসি য়েংজনীংমনবদগী লাকচবনি, অমুক য়ৌজখ্রগে। "

" ফরে মরূপ, ঐ খামজররোই।" ঐগী খূৎ চেৎনা পায়রম্বা চীংলেন নুংঙাইতনা থাদোক্লগা হায়, "ঐনা থমজখিবা ব্রাফমদুমদি কাউবীবা য়াদে।"

" থৌদাং কোকথক্তা থোঙ্গৎচরবনি। "

চুমদ্রিং য়ুনিবর্সিতি ম্যেন গেটলোমদা ঐ পরপ পরপ লাক্লম্মী।

মিনিট তরারোম সড়ক মপান্দা লেপ্লক্লে, বস ঙাইবদি নত্তে। ঙাংলৈনবা ফিজোন্দা মক্তবী মমান্নবী ময়ামগা খোংনাং উরুমদা লেপ্পুনা লৈবদু হন্দক্তি থাপ্পা মপা চারুবদগী উরে,মহাক্লসু। মতম অদু ফাওবা চীংলেন তরুখোয় কাঙলূপকা থানদ্রি।

ঐনা ঙাইরি হায়বা খঙবদগী ওইরম্বসু য়াই মক্তবী তহ্য তহ্য গেটলোমদা লাকখিবদু। মহাক সড়ক লান্না নোংপোক্লোমদা কৈথেল শেদ তমখিবগা ঐ অদুম ইন্নরে। য়ূম্বী পায়দুনা লেপ্লিবী মহাক্কী নাক্তা ঐ চঙশিল্লি।

" কঙ্গ্রেচুলেসন !" ঐ নুংঙাইবা ফোংদোকলুই," য়াম্না ফবা প্লেয়রনি হায়বা খঙজরে। "

" থাগৎচরি।" মক্তবী য়াংতক নোক্নুনা হায়," ঐনা খামজরমদ্রবদি ব্রাহৈসি তাবা ফংজরম্লোই। "

" চরাংনবা মীরক্তগী নাইতোম ঙাইহাক তাজনীংখি হায়বা খঙবীবগীদমক হরাওজে, অদুগা হৌজিক কোয়তান তান্নদুনা ইবেম্মদা অয়েৎপা পীজবসিগীদমক্তসু ঙাকপীগনি। ঐ ইবেম্মবু উনজনীংবনা য়ুমদগী লাকচখিবনি।"

" তামো, ঐবু ঙাকপীয়ু। " খঙহৌদনা মীৎম্নাগী ফুঈনা হৌরকখিবা কুমগী নোংহৌদা মহাক্কী মায়থোং ইমম মল্লে, শোন্না হায়রকই," ঐ ঙরাং ব্রাফম অমা ফোংদোকচবা ঙমদনা চৎচরবনি। "

" করিনো তাকপীয়ু। "

লূম্লবা মহাক্কী মায়থোংনা ঐগী চিংনবা হেনগৎহল্লি। মীৎফমদি লেঙলিবা খোঙবীদা থম্লগা মক্তবীনা হায়," তামো, ঐ খুরৌ থাংলবীনি।"

" করম্বা অথিংবা লৈরবগে? ঐনা নহাকপু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রবা মাল্লি, শেংনা হায়বীয়ু। "

" অহল-মশেল য়ানথোকখ্রে। "

" এ: অদুরা? " ঐ ইখং খংঙি, ব্রারৌবনদি মখা তাহল্লি,"ফরবনি ইবেম্মা, নিঙোলদি ইমা-ইপাগী অপাম্বা মায়রৈ য়েংনা চৎনবনি। "

রুমালনা চীন খুমদুনা কপ্লীংবা খাঙলিবী মক্তবী অকনবা চৈনা পুরি। মহাক ব্রারৌনা হায়," তয়াং তয়াং ঐ হোয় হেক্তা হায়জখিদে, তামোগী চিঠি কন্না ঙাইজখি, চহী অমা চূপ্পা। ঐবু থৌওইবীখিদে করম্না হায়বীরোই?"

" চিঠি ফংলে হায়বগী এক্নোলেজমেন্ট কার্দ হল্লকখ্রিবদি করম্না? "

হন্দক্তি মক্তবীগী ঙাংলবা মীৎ অনীমক ঐগীদা পূনশিল্লরে।

" ও ! তামোদগী ৱাফমসি তাজরমদ্রবদি ঐ পুন্সি চুপ্পা ৱারৌজরমগনি।"

" ঐগী নিন্দাসু মুৎপা ঙল্লোই। "

" তামো," মক্তবীগী অশাংবা স্বরদা পিগী ঈচেলসু লোয়নবনা নাতোন ফুল্লপ হায়,"হৌজিক্তি ইথক্তা পোৎলূম অমা থোঙ্গৎখ্রে,ঐ মসি পুবদা য়াম্না ৱাজরবীনি।"

"অদুদি ইবেম্মা,লাইবক্লা তমখ্রবনি হায়দুনা ঐবু তুমিন লৈরো হায়বীরিব্রা?"

" তামোনা মদু পাম্বীরবসু ঐদি য়াজরোই। "

" মক্তবী,অহল-লমনশিংবু ইকাইবা নংহনবা চুমদে,লাঞ্জদবা মহাক অদুবুসু।"

" মদু ঐনা হায়জগদবা ৱাফম্নি, তামোগী নত্তে। "

" মখা তারকপদনা ঐবুসু থীনা ঙাংনরক্কনি। "

" মীয়াম্নদি ঐবু মীহাৎপীনি হায়নরকপা শোয়দ্রবনি। "

" অদুদি ঐখোয় ...? "

" মতাং অসিদনি তামোদগী ঐনা খঙজনীংলিবা, ঐবু তশেংনা...? "

" পাউখুমদু শরুক চামা হেন্না ইবেম্মদগী খঙজনীংবনা থম্মোয়গী ৱাফম অখাকপা থমদনা ঐ চিঠি ইজখিবনি। হৌজিকপুদি মদু পল্লুবগী করি কান্নরি? ফরে, অহলশিংনা খনখ্রবা লাইবক ফবা মহাক্তু কনানো হায়বদি তাকপীরম্মু। মহাক্কী মফমদা লোইরং-শীংখোঙ ওইরুবা ইকাইজখ্রেদা। "

" করিগীনো তামোনা অদু য়ৌনা খন্থবীরগা ঐঙোন্দা অৱাবা হাপ্পীরিবা, অমুক্তা ঙাইবীখো। নুপা অদুগীসু মরাল লৈতবনি, অহল মশেলগী ৱানি। ঐনা মহাকপু শকখঙদবগুম মহাক্লসু ঐবু খঙলল্লোই। "

" মমিং ফাওবদি তাকপীবা য়াই। "

" তশেংনা ঐ খঙজদে, কনাদসু হংজখিদ্রি। "

" করি থবক তৌরি ? "

" মদুসু খঙজদে, লাইরিক য়াম্না হৈবা অফবা মীনিদি হায়। "

" ওইরম্ফম থোকপনি, লাইবক ফবী ইবেম্মগুম্বগী বরদি। "

" লঙজখিবা কয়া লৈরবসু অৱা ঈরোলনুংদগী ঐবু চিংখৎপীবা তামোগী ধর্মনি। " মক্তবী কন্তক হায়।

" ইশাগীতা য়েংবা ধর্মদগী ঐ লাপ্তক লৈজনীংঙি। "

পোলোই ফংদ্রবসু হায়গদবা লোয়নরবগুম ঐখোয় অনী ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ।

মক্তবী মখোঙ থাংবা হৌই, অদুমকপু ঐগী ব্রারোইশিন ঙাইরগা হায়রকখি, " চৎচরগে তামো। "

" ঐসি নহাক্কী মিনি, মতম চুপ্পা ইঙ্গরিবা, কাউবীগনু। " ঐ শমজীনখ্রে।

মক্তবী সড়ক্লোমদা চৎখিরম্মী। খুদক্তা খান্নবা বস অমদা মহাক কাখৎখি। ঐদি কল্লক-মৈশাগী পোৎলূম পুরগা চপ লেপহৌরি। থাপ্না অসুম য়েংখিবদা মমান্নবী মঙা তরুক্কা লোয়নরিবী তরুগী মাঙ থানা চীংলেন গেটতগী থোরকপা উই, মহাক্লসু ঐঙোন্দা য়েংলি। থৈদোক্লবা হোৎনরুবদা মায়দি পাক্লরোই, হৈনিংদবা উৎলুবসু য়াদবা মতাংনি। মহাক ময়ামদগী ফৎ হেনগৎতুনা তহ্া তহ্া চঙশিল্লকই।

" মরূপ,চৎপীরমদ্রি ?" য়ৌরকপগা চীংলেন্না হংলৈ," বস লাক্তব্রা ?"

" হোয়, ইমান্নবা খরা উনবদগী পন্থজরে। " ঐনা খুম্মি।

" ফরে,থৌবাল ফাওবা তরুগা বস পূনবীরো,অদুগা তাঞ্জা ফংবীরবদি...।"

" খঙজরে, হোৎনজগে। "

"নুংঙাইবা পাউ লোয়নদুনা লেঙবীরকপা পূংফমদুনি ঐনা ঙাইজরমগদবসি।"

" ঐনা হেন্না থব্রায়-হকচাং য়াওজরিবনি। "

তরুখোয় য়ৌশিল্লক্লে, মায়থোং ইমক মক্লে। শকফমদু তরুগীদমক্তদি তোপ তোপ্পা রাশি অমনি। লাকমিন্নবশিং ইম্ফাল হাইগৎপা বসতা কাখৎখিবদা চীংলেনবুসু লোয়নখ্রে। তরুগা পূন্না ঐ শুগ্নু বসতা তোংখৎলম্মী। কা হেন্না মী চিনবা নক্ত্রবসু সিটতি ফংদ্রবদা ঐ লেপ্পা তারে, তরুদি ওয়রোমদা নুপী অহল অমগী নাক্তা ফমখ্রে।

উশোই পোকপীদা নুপী অহলদু কূমথ্রবদা ঐ তরুগা ফম্মিন্নরুই।

ঐ কিনা, তপ্পা হৌরম্মী," শান্নবদু নুংঙাইনা য়েংজখি। "

" হৌজিক ফাওবা তামোনা ঐবু মীতোপ ওইনা লৌবীরি। য়ূমদা নক্ত্রবসু শান্নফমদা ঙন্তা লেঙবীরক্তুনা আশীর্বাদ পীবীরগনি খঞ্জখিবনি। ঙাইবদা য়াম্না লাংতক্লজখি। "

" শান্নবা হৌদ্রিঙৈদা ঐ থুংজরৈ, ঙাকপীগনি। "

ঐ লানখ্রে হায়নীংবা অমদি লৈরে, খল্লি করম্না চঙশিনসিগে।

মহাক মখা তারকই," মরম খুদীংমক্তা মক্তবীনা ঐঙোন্দগী হেনবনা মায় পাকখিবনি। "

মাঙ সিটকী নমঙাদা কোক থম্লগা লুকথরিবী তরুগী পি মতূম মতূম তাখিবা উই, ঐ থেমজিনফম থোকই।

" শান্নবদা অমা মায়থীবা হৌনশানি। মক্তবীনা ইবেম্মদগী হেন্না হৈ-শিংবা

শান্নরোয় নত্তে হায়বা অয়েংবা খূদিংমক্লা খঙঙি। ”

“ শান্নবগী ৱাফমসি থমখ্রসি।” তরু তপ্তক লোন্তক হায়, “ মসিনা ঐবু করিসু নুংঙাইহন্দবা লৈতে। মহাকপুসু ঐনা মমাঙ কয়ারক থোইখ্রে। ঐবু ৱাহল্লিবদি তামোনা ঐগা লোয়নবীনীংদে হায়বসিনি। ”

ঙরাং হেক থেংনবা মীকুপ্তগী মহাক্কী মীৎয়েং মরোল পুই খঙলবসু ফোঙদোক্লক্লিবা ৱাহৈশিংসি খূমাঙ চাওশিনমল্লি, য়া কুম্মি, ঐবু মৈথক্তা ফমহল্লি। ঐ মরূপকী পাউ পুরিবনি হায়বা নীংশিংদবা ঙমদে। ঐগীসি হেঞ্জিনবা নত্ত্রগা অরানবা ৱাহন্থোক তারগদ্রা?

“ ঐ ইবেম্মবু ৱানা ঙাইজরম্লিবনি, করিগুম্বা অমত্তং হায়জনীংবদগী।” ঐ মখা তাই।

“ মদুমক্লা অশেংবা ওইরবদি ঐসি কয়াদা লাইবক ফবী ওইরবনো।”

“ হায়জীনবগী হৈনবী ঐঙোন্দা লৈজদে। হৌজিকমক্তি ঈশিংনা থৎলে, তাঞ্জা অমদা থমজগে। ”

“ ঐসু য়াজৈ, অফবা মফম মতমদু তাকপীরম্মু। ”

“ ঙসি পূং নিপালদা টেলিফোন অমুক্তং পায়খৎপীরক্লবদি নুংঙাইজগনি।”

“ হৌজিক ফাওবদা তামোনা ঐবু থিবদা পুক্লীং চঙবীদ্রি। ”

“ মপা থোক্লদবদগী অহলশিংনা পায়খৎলক্লবদি লমহেনবা তারনিদো।”

“ ঐবুনা মীঙম্বী, ইকাই খঙদবী ওইহনবীবা ? ”

“ লাঞ্জরে, ঐ লাকচরগে, হয়েং নুংথিল ওইনা। ”

“ দগ্তি অমা পীজরে, ঙাকপীগনি। ” নোকফেৎ তৌনা হৌগৎলকপী তরুনা হায়রম্লে, “ লৈজহৌরে। ”

গাড়ীগী খোঙজেল খরা তপথরকপগা লোয়ননা হেন্দিমেন্না ‘ থৌবাল ’ ‘ থৌবাল ’ লাউরকই। চুম্মি, ৱারীনা লম্বী তেলহল্লি। থৌবাল পার্কিং য়ৌরকখ্রে, হংগে খনবা অমা নংহৌদ্রবনি।

য়াঙনা চেল্লিবা গাড়ী মনুংদা ঐ য়াম্না খনখি। মক্তবীবু ইশামক্লা শকখঙনরুই, তান্নরুই, মহাক্কী থৌজান ফংহনবীয়ু হায়না পিরাং শিন্থুনা ঈশ্বরদা হায়জখি। শকখঙদ্রিবী কন্যা অমবুনা ইমা-পাবুংনা পামজনা থিরুবনি। মক্তবীদা ঐগী পুক্লীংগী ৱারোল ফোঙদোকখ্রে, খম থেংনা নুংশিজৈ হায়না। ইমা-পাবুংনা ঐগী মত লৌরগা পামজবা মমৌ থেম্লুবনি, মতম চঙনা, কোক নোন্না। মক্তবীগী য়ূমদা ঐগীদমক থোঙ লোনখ্রে, শকখঙদবী মহাক্কীদদি লাওনা হাংলি। অনীসিগী

মরক্তা তরুগী মীৎয়েং নৈনবা হৌনরিব্রা? লুরিবদি, মরূপকী ব্রাফম হৌদোক্লুবদা ইকাইবা পীবগা অমহা ওইগদৌরিব্রা, মদুগী ফত্তবা ফল লাঞ্জদবা মরূপকী মথক্তা তারুরবদি, তশেংনা ঐ কিরক্লে।

ঐ যূম য়ৌরে। ইমানা ব্রা হংলক্কনি খল্লুবদা ইহৈ হৈনিংদে। য়াচংবদগী ঐগী কাদা লাইরিক য়েংলম্মী, নাইতোম তানীংবনি। ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা হিপফমদা তিংথোক্লগা টেবল মথক্তগী এলবূম লৌদুনা হাংদোক্লুই। ঐ পূমঙক ঙকখ্রে, তরুগী ফোটো অহুম য়াওরম্বদা। মখোয়দু তোঙান তোঙানবা চহী মতাংদা নমখিবনি। ফোটোশিং অদু মতৌ করম্না য়াওরম্লিবনো হায়বা ঐ ভাবনা লাম্বা ইফং ফংদে। কয়াদা লাকঙম ফাঙমখিদ্রবা থম্মোয়নো, তরুগী ফোটো হন্না হন্না য়েংদুনা মক্তবীগী শক্তমগা চাংদম্নবদা থব্রায় য়াওশিল্লুই। তাঞ্জাসিমক্তা লুখুমদগী টেলিফোন কৃং কৃং খীংলকই। থাঙ্গৎলুবদা চীংলেন ওইরম্লে।

মহাক তকশিনবা স্বরদা হৌরকই," মরূপ, বস মনুংদা ...? "

ঐ শেংনা খুম্মি," খুদোং কয়া চাখিদ্রে, ব্রাফমদুদি কাউজখিদে। "

" ব্রা অমা লৈরে। ঐখোয় ইধৌসি লাই য়াওরবনি, কন্না মহায়রে, ঐ লুহোংনবা। নুতিগী হংলকপদা অহানবদদি ঐ নোক্লীংলম্বনি, হৌজিক্তি ফাগি য়ারক্লবনিনা ঐসি করিনো তৌগদবা। ইধৌগী চহী মতাংসি য়েংলগা শাগৈ-নাতৈ, লৈকাই যূম্লোন্নবশিংনসু ঐবু চৈরে। পারী, মতাংসিদা, শেংনা হায়জরবদা, ঐ তরু নত্তনা অতোপ্পা কনাগসু লুহোংজনীংদে। হন্দক্কী ব্রাফমসি পুক্লীং চঙবীয়ু। "

" ঐ হয়েংমক উনজগে। নহাক্কী ব্রাফম পুখৎচনবা থৌরাঙজরি। "

" চেকশিনবীয়ু, ঐ য়াম্না কিজৈ, ওন্নবা পাউখুম লাক্কদ্রা খল্লুবদা। "

" মণিপুরসিদা মরূপ্তগী হেনবা বর কনা থিরুখিনি। "

" মরূপপ্না য়াম্না থাগৎপীরে, পাউ নুংঙাইহনবীয়ু, থমজরে। গুদ নাইট।"

" গুদ নাইট। "

ঐ মাঙগী ব্রা নীংশিংলক্তুনা টেলিফোন দাইএল তৌরম্মী। থাঙ্গৎখ্রে খঙবগা হূরানবগী মতৌদা খোঞ্জেল ফানবা হোৎনৈ।

ঐ তপ্না খুমখি," হেলো, অহোয় পারীনি। "

" তাকপীয়ু, ঙাইজরকপা কুইরে। "

নোক্তুনা হায়রকপা তাম্নাগী খোঞ্জেন্দুনা ঐবু চনৈনহনবতা নত্তনা য়াম্নসু ঙকহল্লে। মরমদি ঙরাং শুঙৈসিমক্তা খোঞ্জেলসি ঐনা টেলিফোন্দগী তাখ্রবনি।

" কনা ওইবীরবনো? ইবেম্মা তরু নত্তব্রা? "

" ননাইনি খঙবীরবদা তামোনা ? "

"তরু, ঐ — ঐ —।"

" ঙকপীবগী মহুৎতা থৌজানবীবগী ব্রাহৈতনি তাজনীংবা। "

ঐ মহাক্কী লোন্দা তু চুংঙি, থৈদোকপা তাবনি।

" য়ূমগী লম্বীদু ? "

" মেলা গ্রাউণ্ডদগী খেকমন লৈশাংথেম লম্বীদা চুমদ্রিং হাইথবীরকউ, অদুগা অদুম হংবীয়ু। "

" ফরে থমজরগে মখা ব্রারীদি হয়েং ওইনা। "

" ফনি তামো। করিনো অমত্তং...। "

" হায়বীয়ু। "

" ইমাবু টেলিফোন অমুক্তা পায়হনবীরকউবা। "

" হায়জগে। "

ঐ ঙকপনা কোক খোৎলম্মী। তরুগা ইমাগা করম্না খঙনরম্লিবা? হৌজিক চীংলেনগী ব্রা হৌদোক্কে খল্লুবনি, মহাক্না মফৈদগী কনমন্না ফুজিল্লকপদগী ঙমখিদ্রে। মথং উনবা মতম ফাওবা য়েথোকপা তারবনি।

ঐনা হায়জবদগী থংনবা কাদা টেলিফোন থাঙ্গৎখিবা ইমা ইশি শিনা নোকখিবা তায়। তরুগা ইমাগা য়াম্না লোনদিন্নবা মাল্লি। অদুনদি, চীংলেনগী ব্রাফমসি ইমাবু হায়হনবনা হেন্না ফরগনি খল্লম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা ইমা নোক্তুনা চঙলক্লে। ঙরাংসু ঙসিসু উনরে, টেলিফোন্দগী ব্রারীসু শানরে, কন্নানো হায়বদি খঙবীদনা লৈরে, ইমৌদুনা ব্রাহোম্লক্লি তম্লবদা ঐ পূমঙক্ ঙকখ্রে। ঐ ব্রাখলদা উঙলিঙৈদা ইমা লৈরমদ্রে।

ঐ বুদ্ধি মম্লে, অঙানবা করি থিবদনো, মফম ইখঙ খঙদনা লুখুমদা থম্বা এলবৃম্মুদি তপ্না লাম্মুরি। হয়েংনি তরুগা ঐগা উনগদবসি।

# ৪

খুৎলক তাল্লক থোকপদনি ঐনা বসতা কলেজ চৎপসি। অয়ান্বা মতমদা বাবানা ওফিস কাবদা ঐবু কলেজ ফাওবা থিনবী, হনবদসু অদুম লৌবীরে।

নোংমদি ঐ কলেজদগী বসতা হল্লক্লম্মী। ফমফম সিট ফংনদবনা কৃক কৃক ইন্নরিবা বস ময়ায়গী মীরক্তা ওলাংবা খাঙনা ঐ লেপ্লম্মী। সিট পরেং অনী চৎথনা ওয়রোমদা ফন্নিবা অমুবা কৌত লেংবান্দা য়ানবা, ব্রিফ কেশ অমা লোয়নরিবা, চিরাই তাঙবা, কুচু পানবা অহল অমনা ঐঙোন্দা তোয়না য়েংলি হায়বা খঙগ্রে, অদুগা মহাক শোয়দনা উকিল ওইরমগনি হায়বসু ঐনা লেপখ্রবনি। লমদমসিগী নুপাশিংনা গাড়ী মনুংদা মচল-মচাশিংগী ইজ্জৎ থৌওইনরক্তবগী মওং অমদি পেসেঞ্জর বস সার্বিসতা নীতি নিয়ম নাইদবগী খোয়শাউনরবা ইতৌদা অহল নুংঙাইতনা য়েংলম্বদগী ঐগী য়ৌফম হৎলকখি। ঐনা থৌবালদা কৃমগদবনি হায়রুবদা অহলদু হৌগৎখ্রে, অদুগা মহাক্কী সিটতা ফমহন্নবা ঐবু কৌশিল্লকই। ফম্নীংলবসু ঐ পাকহেক চঙশিনবা ঙল্লমদে। ঙকচানরপ য়েংদুনা লৈরিঙৈদা ৱাখঙবা পাখং অমা হৌগৎলগা অহলদুবু ফমহনখ্রে। হঞ্জানবা কোক্লদুনা ঐ সিটতা ফম্লুই। থৌজানসিবু থাগৎফম থোকই খল্লবসু ফোঙদোকপদি ইকাইজবনা তুমিন লৈরম্মী। অদুবু থৌবাল পার্কিং য়ৌরকপগা ঐ অহলদুদা কৃম্লগে হায়বদি তাক্লম্লে।

ঐনা তি:দি:সি তন্নিঙৈদা মরক মরক থেংনখিবা উকিল পাবুং চহী অনীগী তুংদা ইথা থাজদনা নোংমা ছুটি নুমিৎকী নুংথিল অমদা ঐখোয়গী য়ুমদা কোয়রকখি। পাবুংদু বাবাগা অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না চান্নজবা মরূপ ওইরম্লে। মখোয় অনী হরাওনা হৌনা হৌনা নোক্তুনা, অরোন-অফোংগী ৱারী কয়া শানৈ। মখোয়গী ৱারীদা ইমুং-মনুংগী থবক ইনখাং, মচাশিংনা লাইরিক তম্বগী, লৈবাক্কী রাজনীতি, সরকারগী অমোৎপা থৌশীল, পুকচেল মকপা মথৌ মশক খঙদবা কর্ম্মচারীশিংনা তুহৎতুনা ৱাহল্লবা প্রজা, শহরদা লৈথোনবদা লৱায়দা লৈতৌবগী নুংনাংবা, লালহৌবশিংগা সরকারগা শন্তাইনবা কৈদৌঙৈ পুরকপা ঙমগদৌরি

মদুদা মাগীনা মকোক থংবনি। ”

ইমা তুমিন লৈরুই, মীয়াম অমগা চাংদম্নরুবা ওইরমগনি, চাউথোক্লপ শমথরকই, “ বেঙ্গলোরদা লৈ,রিছার্চ তৌরি,ইকুই কুইদনা দিফেন্স সাইন্তিষ্ট ওইনা থবক চঙলগনি হায়। ”

“ ইমাদি য়াম্নবু খঙবীরম্লি।”

“ ইবেম্মা, খঙদবা য়ারিব্রদো, মমা মপানা কন্না হায়ররবনিনা। ”

“ করিনো ইমা ! ” ঐ ইখং খংঙি, ইমাদা ইনগে তৌরুরে।

“ নখোয় বাবানা নঙোন্দগী ব্রাফম অমত্তং তানীংলি। য়াম্না লুনা তিন্নরকপা মরূপ্লি, মায় ঙাক্লীংঙি তোয়না হায়রিবনি। ” চীং-লেম্না হৌগৎলকখিবা ইমা অমুকসু থেমজিল্লকখি, “খল্লু, মুন্না খল্লু, তহা তহাগদবা নত্তে, ইচা লাইরিক তম্বা লোইদ্রিবনি।”

ঐ মুন্না খনখি, নুমিৎ কয়ানি, চয়োল কয়া অমা। অওনবা খ্বতুগী নুংশিৎ নুংশানা দূত ওইদুনা পুরকখিবা অনৌবা ব্রাখল কয়া পুক্লীংদা তিল্লরে। ঐ পারীবু য়াম্না ইকাই খুম্নরকই, মহাক্কী ফোটো থব্রায় পাল্লক্লুনা নক্লবা মরূপ ওইরক্লে। ঐগী ফোটো খরসু মখোয় য়ূম য়ৌহনখিনবা ঐনা ইনাওদা অয়াবা পীখ্রে। মরকসিদা ইমা হংবা লেপখিদে, বাবাসু পাউখুমগীদমক য়াম্না খৌরাংবা উই। মমৈথংদা ঐ অহলশিংগী য়াথং ইঞ্জগে হায়খ্রে। মীকুপ্পুদগী ঐগী পোৎলূম থাখ্রবনি। ইকুই কুইদনা, অয়ূক অমা পারীখোয়গী অহল-লমনশিং অহাও-অথুম ময়াম পুদুনা লাকখি, মখোয় ইমানা ঐঙোন্দা মণি থিনবা খুদোপ অমসু সিবিরম্লে।

নুংশিজেকো নিঙোল ওইবীগী মপোক। অতোপ্পা শাগৈদা তিল্লুরনি খনবদা পুক্লীংসি ইনৌতা নৌখি। ইমা-ইপা, ইচিল-ইনাও, লৈকাই ইমান্নবীশিং কায়নরগনি; অদুগা, পন্থৌগী শঙ্গাই, ইশ্খোলনুংগী উ-ব্রা, ইখূৎমক্লা থাজবা হৈপাল-লৈপাল, শুমাঙগী থাবল, পূম্নমক হুন্দোক্লুম্লগনি খল্লুবদা ঐ অতৎ অখম লৈতনা পিরাং শিন্থখি; লময়ায়দা, মাঙ্গোলদা, কোন্থোংদা চপ চপ লেপখি, লোন্না লোন্না কপ্লম্মী।

হৌজিক্তি পিক্লবা ঐগী কোক্লা ইশাদগী হেন্দোক্লুনা পারীগী মরমদা লামশিনবা হৌরক্লে। মহাক কৈদৌঙৈ মণিপুর থোরক্কনি হায়বা তাংদাংবা খঙনীংবনা ঐবু পোত্থাহন্দ্রবনি। মতমসিদনি মখোয় ইমানা ঐঙোন্দা টেলিফোন্দগী তাক্লকখিবদু —পারী বেঙ্গলোরদগী থোরকখ্রে, কোলকাতাদা পল্লী, মণিপুর য়ুনিবর্সিতিদা সেমিনার য়াওবা লাকপনি, মথং নুমিৎতা শোয়দনা থুংলরগনি। হন্দক্তি মহাক মতম খরা য়ূমদা লৈরগনি, ব্রারী ব্রাতায় তপ্পা শানরসি হায়বা পাউনি ইমাগীদু। সেমিনার পাঙথোক্কদবা নুমিৎতু ঐ য়ুনিবর্সিতি চৎকনি খঙহনখিবদা ইমা হরাওবা উৎলকই,

মফম অদুদা ঐখোয় অনী উনদুনা অহানবা ব্রারী শানবা মঙ্গলগী মশক্তি হায়রকখি। ব্রাহৈশিংদুনা ঐগী থম্মোয়দা দং দং য়ৈরে, মীৎলুদসু পিরাংনা থূমখিবা খঙহৌদে।

য়ুনিবর্সিতি য়ৌবগা ঐ সেস্তিনারী হোল্লোমদা চুমদ্রিং চৎলম্মী। সাইন্সকী ছাত্র-ছাত্রী ময়াম পৈরম্লে। হোল মনুংদা চঙলুদ্রবসু মপান ফল্লাংদা থেৎপা থৌরম পরেং অদুবুদি য়েংলুই, পারী ব্রা ঙাঙগদৌরি। ইংলিশ লিটরেচরগী ছাত্রী অমনা মফমদুদা তিল্লুবদা উরোক শঙ্গু মরক্তা কাক্লা চাক্তারুবগুম থোক্কদৌরি খন্দুনা ঐ নীংঙমদনা হল্লক্লে। ক্লাস মনুংদসু লৈতানা খক ফম্বা ঙন্নক্তুবদা ঐ পান্দম য়াওদনা লাইব্রেরীরোমদা চৎলম্মী।

পূং অনীরোম কোয়চৎ চৎতুনা য়াম্লা লাংতক্লনা ঙাইজখিবগী মহৈ অমদি ফংজরে, পারী লাকপা উরে। ঐ কল্লাক নিকই, মীকুপ খরদি ব্রাখলগী লৈচিলথক্তা তোংদুনা পাইরুই। মহাক কেন্তিন্দা চঙলক্কদবা মানবদগী ইমান্নবী অমগা লোয়ননা মাঙ থারুবদু মপা চুম্লে।

কেন্তিন মনুংদা ঐ করি হায়না মহাকপু কৌসিগে খনবদা ব্রাজৈ। অঙকপা থৌশিলনি করম্না হায়রোই, মহাক্কা লোয়নরকপা চীংলেনগী মাপান্দগী ঐখোয় ব্রা ঙাঙনবগী তাঞ্জা ফংলে, অদুবু ফজনা শকখঙনখিবদি নত্তে। ঐ নীংবা ইথুং থুংদনা য়ূম হল্লক্লম্মী।

কাঞ্চিপুরদা শক্তাকহৌদবগী পেন্দবা য়ূম য়ৌরক্লবা মতমদদি ইকু ফারে,থম্মোয়নুংদা মৈহৌরে, প্রোক প্রোক চাক্লবনি। ঐ থৌনা খোমজিন্দুনা ইশাবু পারীদা শক্তাক্লবা টেলিফোন তৌরুবদু অরেম্বা তাখি, ব্রাকোই খরা নত্তনা চুমদ্রিং চঙশিনবা ঙমখিদে।

ঙসি নুংথিল পারী ঐখোয় য়ূমদা লাক্কনি হায়বা ঐনা ইনাওদা তম্লুবদগী ইমুংগী মী পূম্নমক খঙখ্রে, মখোয় অমত্তা থবক চৎথোক্লররোই। অচা-অথক মচু তানা,মরাং কায়না লাংননবা ইনাওনা খা-ব্রাং চেল্লি। ঐনা ফমফম কাগী পোৎ চৈ, লৈতেং, লৈ-শু লোয়শিন-খোমজিনবসি অহুম্লক শুরবনি, পুক্লীংনদি ইপেন পেন্দ্রি। টেলিফোন লাকপা খুদীং পারীগী ওইরমগদবোই খল্লুবনা লাংতক্লবা অসুম অসুম হেনগৎলকখি।

অহল-লমনশিংনা শেমগৎলিবা মরী অসিদা ঐনা খরা হেন্না থব্রায় য়াওরমাল্লে খল্লুরগা ঐ তশেংনা ইকাইজরক্লবনি। পারীনা ঙসি কোয়রক্কদৌরিবা অসিসু ঐনা বার্তন তৌরুবগা অমহানি। অমুকসু খল্লি, মহাক্কী মফমদা হায়বা ঙাঙবগী হক ঐঙোন্দা চাউনা লৈ। মহাকপু কৌরগা ব্রারী শাবা ইথৌনি। ব্রাফমসি লাল্লি চুম্মি, ফৈ

ফত্তে তর্কদা ঐগী পুক্নীংগী জোৱার লেপ্তুনা হাইগৎ হাইথা শান্নরি। মহাক লাক্কনি হায়বসিদা অসুক য়াম্না মীপাইহিরিবা করিগীনো? ইনাওদা ঐগী পকচবা ফি হংলুবা অহুন্নক শুরে। মানা হায়বা গুলাবী ছুটতুমক শেৎলবসু মিংশেল মমাওদা ঐ তোয়না লেপ্নীংলি। লাওলিবা অহাও-অথুম য়ামদ্রি হায়রুবগীদমক ইনাওগসু খৎনরে।

ময়ায়মরপ ওইনা চুরম্বা অমম্বা নোংবু তাম্থোকখ্রে হায়বা নাপলগা লোয়ননা হাইদোরকপা নুংশানা উপাল-ৱাপাল,হৈপাল-লৈপাল,পুখ্রী-খোংবানবু মীৎ-না তশিং তশিংহল্লবদা ইচিন চিল্লম্বা ঐগী থম্মোয়সু খজিত্তং হাওদোরক্লে। ঐনা খনবা মতম চপ হেক চানা,পূং অনীদা,পারী লাকই। মহাক মথন্তনি,কনাগসু লোয়নরক্তে,থৌনা হাকমন্দে হায়বা য়ারোই। ইকাইবা চওদবা,অচৌবা থৌদাং অমা পাওথোক্লীংবগী মমি মহাক্কী মায়থোংদা চেন্নরক্লি। ঐনা শক তাকপদগী ইনাও চেপ্তোক্তুনা মহাকপু তরাম্না ওক্লম্মী। পারীনা মাঙ্গোলদা ফন্নিবা ইমা-বাবাবু নোল্লুক্না খুরুমজখি।

কাদা পারীনা ফম্বদু পিক থল্লি, পূমঙান ঙাল্লি। ফোটোগা অশেংবা শক্তমগা য়াম্না খেন্ননা থোকপ্রমাল্লে, ইমুংগী মীশিং পাখৎলপ য়েংনৈ। বাবানা ৱারী হৌদোকপদা ইমানা তেঙবাংলিবনিনা ঐ করিসু ঙাঙদনা মরত্তুদা ফনা কুইনা ফম্লক্লে। চা থকমিন্নরবা তুংদা বাবাগা ইমাগা থোকখ্রে, ইনাওবুসু মমান্নবীশিংনা ট্র্যসন চৎনবা হৌররে।

ঐখোয় অনীখক্তা ফম্লবা কাদুদা ঐ পারীবু য়েংবা ঙম্লমদে। মহাক্কী মওংসু ঐগীগা থোইনা খেন্নদ্রে। তুংদদি মহাক তপ্না ঙাঙবা হৌরক্লম্মী।

" ঐনা নহাকপু ইবেম্মা কৌজগনি। "

" চানবীবা মিংগৌনি। ঐদি তামো হায়জগে। অনেম-অৱাং খায়বা আজ্ঞা, ম্নাখ্বা, য়াম্নুং থোইনা হৈনজদে, থৌগল্লোন খঙদবী তারগদ্রা ? "

" ঐঙোন্দা খেন্নবা লৈজদে। "

" থৌজানবীবসিনা ঐগী অৱাবা অমা কোকহনবীরে। " ঐ তশেংনা নুংঙাইজখি, ইকাইনদি হংজৈ," মরূপ মপাংশিংগা লোয়ননা কোয়থোকপগী হৈনবী তামোদা লৈবীদৱা ? "

পারী ঐঙোন্দা তঙ্খায় য়েংলম্মী, অদুগা খুন্নকখি," ঙসিগীদমক্তদি ইতোমতা লাকচনীংখি। "

অতৈ হংথরুবগা নুংঙাইখিদবা য়াই খন্দুনা ঐ তুমিন লৈ, মঙোন্দগীসু মখা ইতা তারক্তে

ৱারী শরক শিদনবা ঐ পান্দম য়াওদনা হায়," তামোগা চীংলেনগা য়াম্না চান্নবা উজে। "

মীৎতগী চীনবান লান্না নোকখিবা পারী হন্দক্তি কোমতক খুম্মি, " অচুম্বনি, ঐখোয় অনী য়াম্না নুংশিনৈ। ক্লাস ৱান্দগী টুৱেলফ ফাওবা স্কুল পূল্লকই, বেঞ্চ অমত্তদা ফম্মিন্নরকপনি। শম্না হায়রবদা ঐখোয় অচেৎপা মরূপ ওইরকখি। "

" ময়াম্না মহাকপু অফবা মীনি হায়না ৱাংনা শীংথানৈ। "

" মদু অরানবা নত্তে, থাগৎপদা মতিক চাবা মীশক্লি। নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদগী ওইরবসু মঙোন্দা পোঙথোক-চাউথোকপা, কেথোক মৌথোকপা য়াওদবনি, ইচম চম্বনি। "

" ঐনা মহাকপু উরকপা কুইরে, শকখঙনবদি হন্দক্তনি। মহাক্না মরূপ-মপাং ঐখোয় ময়ামদা তামোবু শক তাকই, য়াম্না নুংশিনা শোল্লি, অতিয়া পক্না থাঙ্গৎলি। "

" মহাক্কী গুণগী মশুং অমা ঐনা শোক্লুবা ঙম্বা নত্তে, মহাক্তি কনানসু তানবা ফংলরোইদবা লোনচৎ-শাজৎনা লৈতেংবনি। "

" তামোগী মরূপ্লি হায়বদা তশেংনা চাউথোকচনিঙাই ওই। "

" মরম অদুনা ঐ মহাক্কী ৱাফম লূম্না লৌই, মতম পূম্নমক্তা মায় পাকহঞ্জনীংঙি।"

ইমা চঙলকখিবা উহৌদ্রে, থবক চিনবনা মৈদা নেৎলবগী মওংনি। চাক থোঙ্গৎলে, চারগা চৎখিনবা পারীদা ইমানা হায়। মহাক ইকাইবনা মঙক হাইরম্মী। ইমা কন্না তকশিল্লম্লগা মপান থোকখ্রে। ঐ ৱারীগী লংজিন শমজিন্নবা হোৎনৈ।

" কুইমন্না ফারে হায়বীগদৌরিব্রা? "ঐগীদু ৱামাঙ য়ানবনি। " তামোবু ঙাইহাক খামজনীংলি। "

" থৌজান লৎনবা ইতিক লৈজদে। " পারী ঐঙোন্দা য়েংলগা স্বর শাংনা হোল্লি, চেকশিন্না হায়," ঐ ইবেম্মদা ৱাফম অমত্তুং থমজগে লাকচবনি।"

ৱাহৈ পরেং লোইশিল্লকপদা লাংশিনখিবা পারীগী মায়থোংনা ঐবু ইঙক ঙকহল্লি, ইকাইবদি ফনা য়াম্না কোকহনখ্রে।

" তাকপীসি চামরক। "

" ইবেম্মা, ইহান হানবদা ঐনা নহাকপু পূমথোই থোইবী নুজা অমনি খন্না ইকাই খুম্নজে। "

" মতিক চাদবীনি খল্লুরগা ৱাদবা ঙমজদে, তামোগী থাগৎ ৱাহৈশিংসি হন্দোকপীয়ু, ঐ য়াম্নমক হঙ্গোয়জে। "

" ইবেম্মদা নোঞ্জরোইদবা কনানো ? "

" হন্না হন্না ইকাইবা পীবীরে। "

পারী ফুল্লবা চরম শেংদোকপদা অমুক্তং খৌদেম্লগা কাগী অকোয়বদা

য়েংলুবদু অচেৎপা ব্রা অমা হায়গদবগী থৌনা খোমজিনবা ওইরমগনি, মায়থোংসু লান্থেংনরিবা লান্মীগী শকফম্মি।

" ঐগী মরূপ, খ্বায়না নুপা অথোইবনি খন্নবা চীংলেন্না মতম কয়াগী মমাঙদগী ইবেম্মগী মঙলান্দা লূপ্লকখি। "

" অস! তামো ! " ঐগী থম্মোয়দা পাল্লবদু অঙকপা অমসুং অশাউবগী নোংমৈ মরূ অনীনি, অদুবু পুক্লীং ফাথরগা ঐনা হায়খি, " তামো, ফাগিদু পামজদে।"

" মসি মরূপকী পাউনি। "

" নুংশিবীদুনা থাগৎপীবদা অতোপ্পগী পোৎপাং য়েম্লীগনু। "

" অতোপ্পগী নত্তে, ইশামক্তুম লৌজবা মরূপকী ব্রানি। "

" মরূপকী ? " হেঞ্জিনবা ফাগিনি খল্লবসু মরোল ফাদ্রি, শাউনীংবা নমহৎফম থোকই, ঐ নোক্তুনা হায়, " থাগৎচরি, তামোদি মরূপকী পাউদা ইশাগী ব্রাফম কাউথোকপীরে। "

" মদুমক্লা ঐ পাউসি পুজরকপনি। "

" তামো, ঐগী অশোয় অরান ঙাকপীয়ু। "

" থম্মোয় শেংনা হায়নসি, অরানবা য়াওদনবা। "

" অদুদি তামো, অচুম্বা ব্রা হৌদোকফম চাদবদগী অরানবা তাখিবদা পেন্দবা লৈনৈ। "

পারীগী ব্রাখল নাকল অমদা রোকেটকী মাঙ থাখ্রে। মহাক তুমিন লৈখি। কয়া হৈনিংদবা মহাক্কী মতৌনা ঐবু অহৌবদগী নুংঙাইহল্লক্তে। মহাক হৌজিক মায়থীরবা মীগুম ঐঙোন্দা য়েংলকই।

" ইবেম্মা, ঐগী মরূপ চীংলেনগা নহাক্না শকখঙনখ্রে খঞ্জে। "

" ঐনি মহাক্কী পরিচয় তাক্তুনা হান্না থাগৎচখিবা। "

" অদুদি ঐ ব্রাফমসি তেনশিঞ্জগে। "

" হায়বীয়ু। "

" মহাক্না ইবেম্মবু য়াম্না নুংশিজৈ, থম্মোয়নুংদা লোন্না লাৎচরকখি।"

ঐ নোক্লগা খুম্মি, " অচুম্বরা তামো? ঐসু য়াম্না নুংশিজৈ, তামোগী মরূপ ইবুংনি খন্না। "

" হৌজিক মখোয়গী ইথৌনা মহাকপু লুহোংনবা তকশিল্লক্লে। "

" নুংঙাইবা পাউনি। অফবা থবক য়ৈথোক্তবা ফৈ, কন্যাদু লাইবক ফরবীনি।"

" কন্যাদুদি কনানো খঙবীরব্রা ? "

" হৌজিক্তা মঙাইরি পাউসি তাজবা, তামোনসু তাকপীদ্রি। "

" মরূপ্না খমথেংনা খোয়দাজবী, য়াইফবীদুবু ঐনসু ৱাংনা থাঙ্গৎচৈ। মহাক্কী মফমদা নুংশি পাউজেলসি য়ৌহন্নবা থৌদাংদা ঐ ঙসি ইতোমতা লাকচরবনি। "

"য়াজরে,হৌজিক্তি লাইবক ফবীদু কনানো খঙজনীংখ্রেদা,ঐসু হায়বা পাংজগে।"

" ইবেম্মনি তাকচরে, থৌজানবীবগী পাউখুম ফিগাউ শানা পুজখ্রগে।"

" ও ! তামো ! ফাগিসি খরা... ! "

লোৎখ্রবা শজিবু শাথৌবগুম হঞ্জিন হঞ্জিন মান্নবা ৱাহৈদা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা ঐঙোন্দা ফাগি তৌরকপসিদা ঐ য়াওশিন্নীংদ্রে। নুংশি ৱারীদা পারীগী লৌশিংগী ঙমখৈ পিকই খল্লকই। মসিগী মথক্তা ঐগী থম্মোয়নুংদা ইকাইবগী চৈনা অমা ফাওরকপনা ঐ থক থক নিক্লম্মী।

পারী মখা তাই," পুফম থোক্তবা পাউজেল অমা লোয়নদুনা লাকচখ্রবা ঐনি। মক্তবা থম্মোয়গী পাউজেন্দি অপুবা অমসুং অতাবা অনীমক্কা থৌশাদফম থোক্তে।"

ঐঙোন্দা চন্নফম লৈত্রবা ৱাফমসি পারী মখা শমথরক্কদবগী য়েংলকখি, অদুবু অচা-অথক পুদুনা চঙলকখিবা ইমানা থৎখ্রে। চাও চারোইদা কাদু পূম্লিল নিল্লে।

ঐ তুমিন লৈফম থোক্ত্রবনি। অহাঙবা তাঞ্জা ফংদবনা নুং থীৎনা খোয়শাউনৈ। অমুক বাবাগী অশাংবা ৱারী লোইশিল্লকপগা পারী চৎনবা খুরুমজরকখি। থোঙ্গাল লান্না বাবানা মহাকপু থিন্দোক্লবা লোয়নখিবদা ঐ খূৎশা থেক্তুনা খাঙহৌরে।

হন্দক মরক ঐগী কোক্কা চানদবা ৱাখল পরেং পরেং লাকই। পারীনা ঐবু উশিৎপীদ্রে, ফাগি তৌফম চাদে। লাইমক্লি খঞ্জবা মহাক্না অতোপ্পা নুপাগী নুংশি পাউজেল ঐঙোন্দা পুরকফম থোকপ্রা ? মসি সংসারগী চৎনরোল নত্তে। অহানবা লাকপা নুমিৎমক্তা ঐবু অসুম্না ৱাহল্লিবসি ঐগী থম্মোয়বু অহাম্বা থরোইনি খনবা জাৎলা? ফাগি তৌবা তারবসু চান্নবা মরূপ অমগী মিং পনফম থোক্তে, পুকচেল য়েংবনি হায়রবসু মওং অসিদি লৈবাক মচা তাবা মীগী ৱাহৌদোক ওইরোই। অদুদি ? চীংলেনগী অশেংবা পাউরা? মহাক্না ঐসি থাজখ্রবীনি খঙদবদগী, মদুসু পারী মক্তা। চুম্মি, খন্থবা মথৌ তাই। য়ূল্লোন্নবা, শাগৈ নাতৈ কনামত্তনা ঐসি থাজখ্রবীনি খঙনদ্রি, ঐগী অরোইবা পরীক্ষা ফল থোক্ত্রিফাওবা বাবানা মদু কুপশিন্দুনা থম্নীংখি। চীংলেন্না খঙফম থোক্তে। ইমান্নবীশিংদগী হৌরগা কনামত্তনা ৱাফমসিগী মতাংদা ঐঙোন্দা হংলকখিবা লৈতে। ফীভমসিদা চীংলেনবু হন্থনা লৌফম থোক্লিব্রা? পারীগী মফমদদি ৱাহং কয়া লৈরবনি। হায়নখ্রবী অমা লৈরব্রা নত্তুগা ঐবু খোয়দাবা ৱাৎপদগী নাকোয়ননা য়ৈরগা থৈফম থিবক্লিব্রা ...

ওইরো অমবু ওইরো মহাক্কী পুক্লীং-ৱাখল অফা-অপুন্নরে হায়বসিমদি চুম্লবনি।

ঐ মখা অসুম খন্থরম্মী — য়ুনিবর্সিতি কেন্তিন্দা মখোয় অনীগা পূন্না থেংনবা মীকুপ্তুনা অহানবা ৱা ঙাঙনবগী তাঞ্জাসু ওইখি। মখোয় ঐগী মরমদা ৱারী খরা শানখ্রে হায়বসিমদি খেৎফম লৈত্রে। নুমিৎতুদা ঐ শান্নবগী মতাংদা চীংলেনগা ঙাইহাক লোয়নখি। মদুনা থোকহনখিবা খন্বনবা নত্ত্রগা মলোম্না পারীগীসি? নুপাগী থম্মোয়সি করিগুম্বা মতমদা অখূবা কাগুম্মি, য়াম্না পিকই হায়নৈ। ঐ চিংনরক্নে। মতমদুদা ঐনা মহাকপু মমাঙদা উখ্রে হায়বগী ইঙ্গিৎ অমত্তা পীখিদে, ঙম্ফমসু থোক্তে। ঐ চীংলেন্না মহাক্কী মরূপ্পু থাগৎপদি পুক্নীং চঙনা তাখি। চীংলেন্না মতেং নিরকপদা পান্বোম তিংগ্রবা পারীনা থৌদাং অমা শেংনা পাঙথোক্লবা হোৎনরকপা ওইরম্বসু য়ারি। খঙদ্রিঙৈদা হোয়য়াশিল্লুরবসু ঐখোয় অনীগী মরী থদৎপা পামদ্রবদি ৱাকায় হৌদোকফম থোক্তে। পারীগী মওংসি ইমা-বাবাদা তহা তহা তাক্লবসু মখোয়গী অহল-লমনবুদি খঙহনবা চুমগনি। অদুগা অমনা, চীংলেন্দা ৱা খরা হায়ফম থোক্লবনি। ঙনমল্লি খন্না তাঞ্জা ঙাইবা অমসুং য়ৈথোকপা ফরোইদৌরি। মসি অচৌবা শীংচেপ ওইরবনি। য়াম্না থুনা উনরগা মহাক্কী খোঙথাং খঙবা চুম্মি।

মথং নুমিৎতা ঐ য়ুনিবর্সিতি চৎলম্মী গেটতা লেপ্লিঙৈদা চীংলেন মায়োক্লবা বসতগী কূমথরকপা উই। মহাক ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলক্লবসু অথিংবা লৈখ্রবগুম কৌরকখিদ্রে, মাঙলোমদা য়াম্না থুনা হাইগৎখিরম্মী। ঐ নুংঙাইজদে, তান্নরগা ৱা খরা হায়সিরা খল্লম্মী, অদুবু থৌনা ফুদোকপদি ঙম্লমদে। অঙ্গংবা নোং পুবা নুংশিৎনা তান্ন-তান্নদুনা থৎলবগা অমহা ওইরবদা চৎপদা মঙম শান্দ্রে।

অহানবা ক্লাস লোইদুনা ঐনা মপান থোরকপদা ঐখোয়গী দিপার্টমেন্ট লান্না চীংলেনগা পারীগা ৱারী শানদুনা চৎলি, মখোয়নদি ঐবু উরম্লোই। মথং ক্লাসকী তুংদসু অনীদু লাপ্পা লাইব্রেরী শঙগী য়েনখা উরুমদা ফম্বা অথাপ্পদগী উই। ঐগী চিংনবা হেনগৎলকপগা লোয়ননা শাউনীংবসু লাক্লে। মরম অদুনা ঐ মখোয়গা উনবা পাম্লমদে, ঙসিগীদমক্তদি নাথৈনীংলে। পূং মরি তারবা ফাওবা মখোয় মী অমা থিবগুম কেম্পস মনুংদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরে। ঙাইহাক্কী তুংদা, য়াম্না ঙকখিবদি, পারী মক্তবীগা লোয়ননা ইম্ফাল হাইগৎপা বসতা কাখৎমিন্নখি। ইকান কান্নদনা চীংলেনসু মমান্নবশিংগা অতোপ্পা বস অমদা চৎখিরম্মী।

লম্বী হাঙলে খন্না ঐ য়ূম হল্লক্লে, পারীবুদি খুদক্তা উনবা পাম্লবনি। অথেঙবা অহিং ফাওবা মহাক্কী টেলিফোন লাক্কদ্রা খন্দুনা ঙাইরম্মী। নোংয়াই য়ৌশিল্লক্লবদা হায়গদবা ৱা মাঙশিল্লক্লে, ঐগী হৈনিংবা মাঙগ্রে।

মক্তবীগা পারীগা লোয়নখিবগী দৃশ্যদু কাউথোকপা ঙমদনা মথং নুমিৎ থুংলখি। হৌজিকসু মদুতা খন্দুনা ঐ কাঞ্চিপুর য়ৌশিল্লকখ্রবনি। ঐনা বসতগী কৃমথরকপদা চীংলেন সড়ক চিদাইদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক উশিন্নদনা লাকখ্রবী ঐগী তুংদা তপ্না তপ্না ইল্লকখি।

চীংলেন তাঞ্জা য়েংদুনা কৌরকই,“ তরু, ঐ ৱা অমত্তং হায়জগে।”

“ হায়বীয়ু তামো। ” ঐ মচেৎ ওইনা লৈশিল্লম্মী।

“ মতম কয়াগী মমাঙদগী থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা থমজরকপা ৱাফম অমা নহাক্কী নফমদা ফোংদোকপীনিবা মরূপ পারীদা শিন্নজে, ঐঙোন্দা থৌনা লৈজদবনা মহাক্কী মতেং লৌজরি। ”

“ অস ! সিদি ! ”

মখা হায়নীংবা কয়া খাঙবদু ঐ ৱাদবা নত্তে।

“ অদুবু, ঙসিদি ইকাই-ইকি হুন্দোক্তুনা ঐ ইবেম্মদা... । ” চীংলেন মাঙদা খজিক্তং হেনগৎলগা মতম লৈহৌররোই মতাগুম মখা তারকই, “ নহাক্কী ৱাখন্দা ঐ মতম চুপ্পা লৃপ্তুনা লৈজরবনি। ”

হন্দক্তি ঐ শাউনীংমনবদগী নোক্তুনা খুম্মি,“তামো,পুন্সিসি ফাগিদুম মানশিল্লক্লেকো।”

নাক-য়েৎতা চৎনরিবা মীয়ামগী অথিংবা লৈবনা চীংলেন মাঙদা হাইগৎখিরম্মী।

দিপার্টমেন্ট য়ৌরগা ঐ অসুম অসুম হৈনিংদবা হেনগৎলকপদগী উখোঙদা নাইতোম ফম্লুই। ক্লাস লৈররোই হায়নরকপদু ঐঙোন্দা তৌফম খঙদবা অমা তিনশিল্লবনি। লেঙনীংদ্রবা খোঙনা ঐবু তপ্না তপ্না গেটলোমদা পুরক্লম্মী। থৌনাইদনা য়েংখিবদা অৱাংথংবা গেট লম্বীদা নুপা অমগা নুপী অমগা নোংপোক পাংনা চৎপা উই। মখোয় অনীগী লেমজবদনি লৌবুক্কী নুপীশিংনা য়েংনরিবদু। থাজরূদবা মীৎনা দুর্বীনগুম নক্না পুশিল্লক্লবদা ঐগী থম্মোয় য়ুহার হাখ্রে; চৎলিবা অনীদু মক্তবীগা পারীগনি হায়বা শোয়দ্রবনি। ঐ পম্থ্বা তৌদনা সড়ক্লোমদা খোঙকাপ হাইগৎলম্মী।

মখোয় অনীনা বস ঙাইবদু ঐ গেট মরুমদগী য়েংঙি। হাইগৎপা মিনি বস অমদা মখোয় তোংখৎখিবগা মতম ইকান কান্নদনা লাকপা বস অমদা ঐসু কাখৎলে। অমনা অমুক হেনগৎ, অমনা অমুক লৈথ, লাকখিবা বস অনীদু বীর টিকেন্দ্রজীৎ রোদ তর্নিং ত্রাফিক আইলেণ্ড য়ৌফাত্রিঙৈদা খাম্লম্মী। বসতগী কৃমথবদা ঐ মখোয়

অনীগী লম্বী মুন্না য়েংঙি, নোংচুপ পাংখ্রে। ওবরব্রিজ শাবনা মরম ওইদুনা, দুকান পরেং নপ্পা, খূরবা লম্বীদা কৃক কৃক ইন্ননা চৎনরিবা মীরক্তগী মখোয় মাঙখিদনবা ঐ চেকশিন্না শেন্নে, মখোয়না উখিদনবা, লাপ্তক লোৎপসু হোৎনরিবনি। থোং নম্বোনবী লাল্লগা ব্রাহেং লৈকাই পার্কিংদা থাবা বস অমদা মক্তবীনা কাখৎখিবগা পারী হু হল্লকই। ঐ হন্দুনা চৎপা নত্তনা থোংথক্তুদা, নাক-য়েৎতা, লৈথোকফম লৈতে, নাম্থোকখিবা য়াররোই। ঐ পোৎ লৈবা শাবা তারবনি, স্বরদি চনীং-চমাঙ শম্নদ্রে। পাম্বদি য়াওদবনা থাঙ্গৎলুবা বেগতুগী ঐ মমল খক হংলুদে, মীৎফম চোইদনা পোৎলৈবদা পুক্নীং চঙবদি শারম্মী।

" তরু, বেগতুবু কয়া ফজবা ওইদেদা। " তুংদগী হায়রকপা খোঞ্জেলসিনা ঐবু ইখং খংহল্লি।

ঙকখিবনা ঐ ইপঙ পঙশিল্লে, মরমদি তুংদগী ঙাঙলক্লিবসি চীংলেন্নি, মাঙলোমদগী লাকপা পারীসু য়ৌশিল্লক্লে।

পারী নোক্তুনা য়াওশিল্লে," করি করি পোৎনো য়াম্না লৈনবীরে। "

" এ: মরূপ্তি কদোমদগী?" পাউখুমদা চীংলেন্না হংঙি।

" মী অমা থিঞ্জরম্বনি।" পারীনা হায়, অদুগা অমুকসু লাউরকই," ইস ! খোঙদুদি ঈ ঙাক্তা ? "

চীংলেন তপ্পা খুন্মি," হোয়, খূদি থীরুরে। "

" অদু হীদাক অমত্তং হাপ্লবা তৌসি,বেন্দেজ য়েৎশিনবসু ফগনি।"

" য়ারনি মরূপ। "চীংলেন শোকখিবগী ব্রাফম নমহৎতুনা হায়," হৌজিকপু কদোমদা মরূপ্পা? "

" য়ূম হঞ্জরবনি। মরূপখোয়দি ? "

চীংলেন্না নোকপদু ইকাইবা খাঙবতা নত্তনা অরানবা অমসু কূপশিন্নবা হোৎনবনি, হৈ-শিংনদি খুল্লকই," তরুগী বেগসি লৈবা য়াওজরম্বনি হায়সিরা।"

" অদুদি মরূপ,অতৈ খরসু য়েংবীগদবা লৈরমখিগনি খঞ্জে, ঐ ঙাইহাক হাঞ্জরমগে।"

পারীগী ব্রাহৈশিংসি হান্নদগী য়োমদুনা পুরকপা মাল্লি।

" তরুগী ব্রাদি খঙজদে, ইশাগীদি লৈজদ্রবনি। "চীংলেন মখা তারকখি, " লম্বী পূনবনিনা মরূপকা তরুগা লোয়নবীখিবা য়ারে।"

পারী চীংলেনগী ব্রা তাদবগুম ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎপা হৌই। ঐগী অশাউবা লুতোন য়ৌনা হাইগৎখ্রে।

" তামো ! ঙাইবীখো ! "

" হায়বীয়ু ইবেম্মা। " পারী লৈশিল্লকই।

"তামো অনীনা ঐবু মীরকসিদা লম্মাংনহনবীরে।"ঐ থক থক নিক্লা হায়। অচৎ অওক মীয়াম ঐঙোন্দা য়েংনরকই। ঐ পারীগী তুং ইন্নরি, চীংলেন্না ঐগী। পারী চপ লেপ্লম্মী, তঙাইফদনা হংলকই," পোৎ লৈবা লোইবীরব্রা?"

" লোইজরে। "

ঐগী পাউখুমদু মহাক তানা তানা তাদ্রবনি।

" ঐ অথুবা থবক অমা লৈজরি। ব্রারৌবীরোই, হাঞ্জরম্বা তারে।" পারী খোঙকাপ হাইগৎখি।

পারীগী থস্মোয়না অসুক কল্লবা। মহাক চেনবগুম খোঙ থাংলি। মোজা হাবা, ঘড়ী হাবা, শামু মখোঙগী মীয়াম মরক্তুদা ঐসু লিৎ লিৎতুনা অদুম চৎলি, অদুবু ইকাই-ফিজংনা খনখিবনা মায়কৈদি খঙদ্রবনি। হৌজিক পারীগদি লম্বী তিন্নখিদ্রে, চীংলেন্দি তানখৎলক্লি।

মহাক ঐবু খাম্নবা হোৎনবদা ব্রাকৎ য়াওনা হায়রকই," পোৎ লৈদনা চৎপীরে, ঐনা অপনবা পীশ্রমাল্লি। "

" তামো, অপঙবী ঐগী ফীভম অমুক্তং মুন্না খঙবীয়ু, পুন্সিগী অচেৎপা মরূপকী মমল ব্রাংহনসি। "

" মদুগীদমক্তনি ঐনা হোৎনজরিবা পূম্নমকসি। "

" থাগৎচরি তামো,অদুদি ঐ ওটো রিক্সোসিদা পার্কিং য়ৌজশ্রগে।" শাউনীংবনা ঐ ফি কল্লম্বমক্লি, মসজিদ রোদলোমদা থৌহল্লে।

নুমিৎতু খরা থেঙলপ ঐ য়ূম য়ৌরকখি। ফি-রোল হোংদোক্তুনা ঙাইহাক ঐগী কাদা পোশ্বারিঙৈদা ইমা চঙলক্লম্মী। নুংথিন্দা পারীখোয় অহল-লমনশিং কোয়রকই, মহাক্কী থবক চঙবগী অয়াবা চিঠি থুংলরে হায়বা মথং মথং তমথরকখি। মখোয়না ঐগী পরীক্ষা থাগদবা থা খরা ব্রাৎলিবসি ঙাইঙমদবগুম তৌই তাবদা ঐ লাকচবগী মৈশা ফাওই। ঐ করিমত্তা ঙাঙখিদে। পারী ইম্ফাল চৎখি হায়না পীরম্বা পাউদগী ইমা চিংনখিমাল্লে। হৌজিক কালগী চৎনবীনি হায়দুনা অতাক-অফোংনবগুম কোয়চৎ-চৎমিন্নবা, পর্দা খনবা অমম্বা হোটেলদা ফম্মিন্নবা, ইকাই খঙদবা, ব্রারক্তবা মানবা লোনচৎ পামজদে হায়না চেকশিন্নবা মথং মথং ঙাঙথরকখি।

ইমা থোকখ্রে। অনাবদগী হেন্না চোকথরবদা ঐ ঈরুজথোক্তুনা হিপফমদা

তিংথোক্লুই। তুমিন লৈবা তানীংদে হায়বদুমক থোক্লরে, ঐ ফুক হৌগৎতুনা টেলিফোন থাঙ্গৎলুই, কনাদনো ৱারী শাগদবা, লেপথোকচবা ঙমদ্রে, হিপ্‌ফমদা অমুক ফমথরম্মী। অদুবু টেলিফোন্দি খীংলক্লে। তপ্না হংলকপনি।

" হেল্লো, কনা ওইবীরবনো ? "

" ঐ তরুনি, কনাবুনো থিবীরিসি ? "

" ইবেম্মবু চীংলেন্না অমুকসু য়েৎচরি। "

" তাকপীয়ু তামো। " ঐ ফং শাগৎলকপা না পায়রগা হায়।

" ফোঙদোকচগ্নবা ৱাহংগী পাউখুম ফংজনবা ঐ খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল ফাওবা ইবেম্মগী তুংইঞ্জরকখি। মীরক্তা মাঙখিনি ৱাজবদগী তহা তহা তান্নজরকপদা সড়ক্তা খারিবা জিভ্ভগী থৌরবা মচিনা খোঙবী খায়দোকখিবা খঙজহৌদ্রবনি, মশীং খঙদনা মীগী থেঙ্গাইনবতা নত্তনা পোৎফম খরসু নেৎখায়রম্লে। অদুবু কান্নখিদ্রে, অচৌবা গুণগী মাঙদা ঐগী থৌনা হেক্তা থুপচিনখি। পাউখুম তাঞ্জবদা অইবা চে ওইনা য়ৌহঞ্জরকপা নত্তনা উপায় লৈজদ্রবনি। "

" তামোনা ঐবু হন্না হন্না ইকাইবা পীবীরে। তামোগুম্না ৱাখল লৈবা মীনা হৌনদে।" খরা কন্তক হায়গে খল্লিঙৈদা ইনাওনা চাক চানবা কৌরে, ঐ শমজীনখ্রে, "থমজরে তামো।"

নোক্কুনা থোকখিবী ইনাওনা 'মখোয় অনীগী ৱারীসি লাইমসু য়াম্না লৈমাল্লে' হায়খিবা ঐ শেংনা তায়। ঐ কপ্লীংলে, কোক খ্রো খ্রো খোৎলি।

# ৫

ইমা ইপা শক্লবা লাইমক্লুম খঞ্জরিবা ইধৌগী অপাম্বা য়েংনা ইনে অনীনা কন্না তকশিল্লকপসিদা ঐ লৈথোকপা য়াররোই। ঐখোয়গী ইমুংদা মী তাঙবগী অৱাবা মায়োক্লরকপা মতম কুইরে, ইপু ইশুতনি হৌজিক তরক তরক লৈজরিবসি। ইধৌনা মণিপুর নোর্থ দিস্ত্রিক্টকী ডিপুতি কমিসনর ওইরিঙৈদা ইরংদগী লোয়নরকখিবা অঙাং অমা পাখং ফারক্লুনা সেরৌদগী নুপী অমা লুহোংবীরগা ইখোলনুংসিদা লৈহল্লকপদগী মখোয় মতৈ-মনাও অনীনা থবক ইনখাং পূন্নমক্তা তেঙবাংলিদি হায়ববু অচৌবা অহোবা অমদি লৈরিবনি। ফীভম অসি য়েংলগা শাগৈ নাতৈ, য়ূম্লোন কৈরোন্নবশিংনা মৌ পুশিলহন্নীংবগী ৱা ঐঙোন্দা তোয়না হায়রে, ইনে অনীগীদি গৃ গৃ তক্লবনি। অপোকপা অপোকপী লৈখিদ্রে হায়বা কাউহনবীরকখিবী মখোয় অনীগী থৌজানবু ঐ করম্না লায়থোকপা ঙমগনি? মখোয় ঐগা শাগৈ মরী থোক্লদে, শুপ্নখক্তগী য়ূম্লোন্নরুবগী ৱানি হায়বা ঐ কৈদৌঙৈদসু খনবা ঙম্লরোইদবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী নিঙাই থেম্লবী মখোয়না শূৎ শূৎ কপখিবদুগী মরম চাউরক্লবা মতমসিদতা খঙলক্লি। মখোয় অনী মথং মথং লুহোংদুনা থিল্লমদাইদা ঐবু কোন্দুনা থমখিবা,থাদোক্লম্বা ঙমদবদগী ময়াম্না শেৎতোক্লখিবা ঐ খক কাউবা ঙম্লোই। মখোয়গী য়াথং ইন্দবা অমদি পুক্লীং শোকহনবা হায়বসি তশেংনা পাপ লঙজবনি।

ঐগীদমক খনবীবশিংনা লৈশাবী কয়াগী মিং পন্নরকই, অদুবু ঐ কনামক্তগী মরমদা হংলুদে, খম্ভরুবসু তৌখিদে। মখোয় ময়ামদুবু থৌওইখিদবগী মরমদি তরুনি, মহাক্কী পুক্লীংগী ৱারোল অমত্তং খঙলগা ঐ অহলশিংদা শক্তাক্কে খল্লুই। হৌজিক খোঙফম অসুম অসুম লুশিল্লক্লবা মতমসিদা ঐ মরূপ পারীগী পাউ থৌরাংবা হেল্লক্লে। ঐগী লন্নাই পাঙ্গলনা হোৎনজরুবগী মহৈদি ইথুম থুমদ্রি।

নোংমা নুংশিরবা পারী ঐখোয় য়ূমদা লাক্লে। অয়াকপা নুংশা খাঙলকপনা ওইগনি, মহাক্কী মায়থোং মহৌশাগুমদে, কেল্লকপা লৈনাগুম মক্লা উই। অচীকপা

কাদা ঙাইহাক ফমদুনা, ঈশিং গ্লাস অমনা খজিক্তং ঈংথহল্লবা তুংদা মহাক পাউ তম্বা হৌরকই।

" মরূপ, নাহন্দু মতম ফংবগা ঐ মঙোন্দা হৌদোকচৈ। "

" থাগৎচরি। পাউদু ৱানা ঙাইজরিবনি। " ঐনা হায়, অদুগা মহাক্কী মায়থোংদগী মাঙজৌননা নুংঙাইবা ৱারোল খরা ফংবা ঙম্বা য়েংলুই।

" পাক হেক ফোংদোক্তবসি নুজা ওইবীশিংগী হৌনশা ওইরমাল্লে।" পারী অঙাংগী শকফম চেন্না শমথরকই, " ৱাফমদু পুক্নীং চঙনা তাবীখি হায়বসিমদি হেঞ্জিনবা য়াওদ্রে। "

শাংনা চিংশিল্লুবা নিংশা স্বরদু ঐ অমুক্তদা হোন্দোকখিরম্মী।

" মরকসিদা তাঞ্জা য়েংদুনা ঐনা হোৎনজরুবগী ফলসু অদুৱাইদগী হেন্দে, মহাক্না পাউখুম পীনীংবগী মওং উৎতবসিনা ঐবু য়াম্না ওলাংহল্লি।" ঐ অশেংবা ৱাফম পুথোকই।

" মিপাইফম থোক্তে, ঐখোয় থবক চঙশিনবা হৌবতা মঙায়রি, নীংজরুবদি কুইরবসু। "

" ওন্নবা পাউখুম লাক্তুনা ইকাইবা নংগদ্রা খল্লুবদা লৈতাদ্রিবনি।"

" করিনো মরূপ, মণিপুরদা মওং তার-তারবী য়াম্না লৈরিনা। " পারী থেল্লপ নোকই, অদুবু অশোয়বা মেনখৎতুনা হায়," চুম্মি, খোয়দাজবা হায়বসিদনিদো লেপ্পরিবা মমলসি। "

" ঐগীসি লান্দমাল্লে, খন্থবীয়ু, মক্তবী নত্তবা কনাবুদি মরূপপ্না শীংথাবীখ্রে, হৌজিক খন্নবগী মনুং চলহনবীরি ? "

পারী অরুবা অঙ্ক অমা হোৎলুই, তারকপা ফলদগী ঐগী ৱাফম শৌগত্তুনা নোক্লম্মী।

মহাক থব্বায় য়াওনা হংলকখি," তরুবু মরূপপ্না মফম কদায়দা থেংনবীরুবগে, করম্না মহাক্কী অরোনবা নুংশি বন্দি ওইবীখ্রিবা? "

" শাংলবা ৱারীসি তম্বদা ইকাইজে। কুইমল্লে ঐনা মহাক্কী মঙলান্দা লূপ্পকপসি। হৌজিক্তি ঐগী সংসার ইথন্তগী ওইদ্রে, মহাক্না পূনখ্রবগুম তৌই।"

" মদু ঐঙোন্দা লোৎপীখিগদৌরিব্রা ? "

" অতাবশিংনা নোক্লীংগনি, মরূপুগী চিংনা। উরুবা নুমিৎতগী মহাক্কী শক্তম্না ঐগী থম্মোয়নুংদা য়ারেক্তুনা লৈখ্রে। করম্না নুংশিবা হৈরুরিবা, অদুক নৌনা ? কনাগুম্বদসু মসি থোক্লমগদ্রা ? ঐদি ইঙাও ঙাওখি। "

ঐনা মীৎ উইশিনবদা পারীসু য়াওই, নীংশিংবা পাংবনি।

" হায়বীয়ু, অহানবা থেংনখিফমদু। " মহাক তকশিল্লক্লি।

" ঐখোয়গী থোঙ্গালদা। "

ইতৌ মুন্না য়েংলগা পারী নোক্লম্মী," অদুদদি করম্না ? "

ঐ করিমত্তা চিৎথদনা তল্লগে খল্লক্লে, মখা তাই," ঐখোয় মখারোমদা অঙাং প্রাইবেৎ ট্যুসন্দা মমিং চৎপা ওজা অমা লৈ। লমদমসিগী চৎনবী মরূপ্না খঙবীরিবদুনি, অফবা স্কুল তান্নবদা খুঙ্গংগী ছাত্রশিং শহরদা চেনখৎনরকপতা নত্তনা প্রাইবেৎ তম্বা ফাওবা থাপ্ল থাপ্লবা মফমদগী হাইগৎনরক্লি, মরমদি অফবা ওজাসু শেল তুঙবা, পৈসা লৈবা মফমদা চৎথোক্লখি। ওজাদুদা য়োল্লবা অঙাংশিংদুগী মরক্তা তরুসু য়াওররে। মহাক্কীদু কম্পিটিসন পরীক্ষা অমা থাগদবগী ওইরমগনি। ঐ মহাকপু ইহান হেক হান্না উরুবমক্তা মপোক অমদা থেংনখ্রব্রা খল্লি, তু চুংখি। স্বর্ত শেৎপীদু নুতিগী ঐখোয় থোঙ্গাল লান্না চৎলম্মী। ঐ মঙোন্দা নকশিন্না মীৎচানবা নত্ত্রগা শকখঙহনবগী থৌনা লৈখিদে, অদুবু ঐখোয়গী চেকপল মরুমদগী লোন্না য়েংবদি লেপখিদে। নোংমদি মানা হল্লকপা ব্রানা ঙাইরগা ঐ মখোয়গী তুং লাপ্তক ইন্নদুনা চৎলম্মী। মোইরাংখোমদা মহাক্লা মমান্নবীশিংগা গাড়ী ঙাইবদু ঐ য়েংশিন্নদনা য়াওরুরে। বস খাল্লবগা মখোয়না মাঙদা ঐনা তুংগী থোঙদা কাখৎলি। অসুম লাকপনা মখোয় থৌবাল থোংখোঙদা কূমহৌরে, ঐদি অথোকপম য়ৌনা হাইথরুরগা অমুক য়ূমদা হল্লকখি। "

পারী মরক থৎলি," কূম্ফম য়েংলগা মহাকপু থৌবালদগীনি হায়না লেপ্পুবদা লানফম লৈতে খনবীখিব্রা ? "

" অদুনি। মমান্নবীশিংগী য়ূমদা কোয়বা চৎপা ওইরমগদ্রা চিংনরকখি, মদুনা ঐবু য়াম্না ব্রাহল্লম্মী। ওন্থোকপনি মরূপ, মহাক মথং নুমিৎতগী লাকখিদ্রে, প্রাইবেৎ তম্বা লোইশিল্লমদাইদা ওইরম্লে ঐনা থেংনরুবা। ঐ নোক্লীংবা থবক কয়া তৌবা হৌরে। থৌবাল খুল্লক্তা মহাকপু থিবদা চৎখিদবা লৈরক য়াওখিদ্রবনি, স্কুলসু মশীং শুরে ছুটি থারকপা ঙাইরুবা। মহাকপুদি শুকথেং থেংনখিদে। ঐ নীংবা কায়বনা তশেংনা নাখিবনি।

তাবীয়ু মরূপ, কয়াদা মথোং চাখিদ্রবনো। নোংমা ঐখোয় ক্লবকী চেরিতি শো টিকেৎ য়োনবা অহলশিংগী তুংইন্দুনা ঐ প্রাইবেৎ ওজাদুগী য়ূমদা চঙবা য়াওরম্মী, মাঙ্গোল ফক্লাংদা য়ানবা গ্রুপ ফোটো অমদা নুপী মচাদু য়াওবা উরুরে। ঐগী পুক্নীং লাকশিনবা ঙমখিদে, নুমিদাংদা ফোটোদু হূরাল্লুরগে লেপ্লম্মী। মৈ মম্বা অহীং অমদা ঐ ওজা অদুগী মাঙ্গোলদা কাখৎতুনা ফোটোদু থিরুই, লাম্বা

ফংদবদগী তুল অমদা কাখৎলম্মী, অমম্বদা তফিং তফিং তৌরুবা থবক্নি। চিংলুবদা ফ্রেমশিংদু অমগা অমগা লৌশিন্নরম্বনা ওজাগী অপাকপা ফোটো অমা য়াওনা ময়াম পূল্লপ শ্রেং শ্রেং তারকখি, ঐসু ওম্থুরে। ইমুংগী মীশিং হোৎতোরকপনা হানখ্রে, ঐবু ফারে। মখোয়গী ব্রাহংদু জাৎ জাৎনি। ঐ করিমত্তা খুল্লমদে। মমৈথংদা লৌশিং চাউবী য়ুম্বু ইন্দোন্না 'অঙাংসিনা মাগী ওজাগী ফোটো লাৎচনীংদুনা লৌগে তৌরম্বনি, পীবীখ্রোদা।' হায়দুনা ঐবু কনবীরকখি।

" একলব্য ওইখ্রবনি মরূপ্পা। "

পারীনা কন্না নোকপদা ঐসু য়াওরম্মী।

ঐ মখা তাই," মহাক্কী শক্তম কাউদ্রবসু অমুক উবা ফংদনা অসুম লাকখি। চহী ফনা য়াম্না হৌখ্রে। নোংমা ঐ শহীদ মিনারদা পাঙথোকপা লৈগী মেলা অমা য়েংবা চৎলম্মী। ইথা থাজদনা মতম কুইনা লোৎখ্রবীদু মমান্নবী অহুমগা লোয়ননা মেলাদু য়েংলম্বা থেংনখি। ফিজেত্তি স্বর্তগী ফনেক্তা ওম্থুরল্লে, শক্তমসু লৈশাবীগী। ঐ মখোয়গী তুংদা, ষ্টোল খুদিংদা লোন্না লেপ্পা য়াওরম্মী। মখোয় মশেল কৌনবদগী মহাক্কী মমিং তরু কৌই হায়বসু খঙলে। নুমিৎতুদি ঐ বস অদুম তোংমিন্নরে। য়াইরিপোক লমখাইদা মখোয় কূম্বদা ঐসু য়াওরম্মী। খোঙফমদুদা য়াম্না চেকশিন্না, লোন্না তরুখোয় য়ূম খঙনবা হোৎনরুবদা ঐ মায় পাকখি।

পারী অমুকসু থৎলকই," অদুক ব্রানা থিবীখিবা মরূপ্পা হৌজিক ফাওবা মহাক্কী পুক্নীংগী ব্রা খঙবীরমদবসি পাঙমন্দে হায়নখিরোইদ্রা ? "

" ঙাইবীখো, ব্রারী লৈরি। " ঐ পাউখুম কোন্না পীগে খন্না হায়।

" লীবীয়ু। " পারী মখা ব্রারী তানীংবনা ঐঙোন্দগী মীৎফম চোইথোক্তে।

" ঐগী খোঙথাংদু মহাক্না খঙখিগনি হায়বসু ব্রাজৈ, মরমদি য়ূম্বানবগী মতম চাদ্রি, হম্থনা লৌখিবা তাবনি। "

" ব্রাখল অদুনা মরূপ্পু থিংবদি ঙমখিদে, খোঙ্গুল লীদুনা লাকপীরি।"

" অচুম্বনি, মহাক্না খঙবীদ্রবসু ঐগী থম্মোয়নদি নক্লবা মীশক্নি খঞ্জখি। মথং ব্রারীসি তারগা মরূপ্পা ঐবু অঙাওবনি হায়বীবা শোয়দ্রবনি। য়েংবীয়ু, থা মরিরোমগী মমাঙদা ঐ দিল্লীদা নুমিৎ মঙানি চৎথবা সেমিনার অমা য়াওবা চৎচরুই। রিছার্চ লিটরেচর খরা খোম্নবা ঐ ওল ইন্দিয়া ইনষ্টিট্যুৎ ওফ মেদিকেল সাইন্সেসতা য়ৌজরম্মী। হোস্পিতাল কেম্পসকী নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা লৈকোল মচা অমগী চুথেক্তা মণিপুরদগী অহল অমা চিন্তাগা লোয়ননা ফন্নম্বা থেংনরুই। অহলদু মশাগী নুপী লায়েংবা লাকপনি, অনাবগী ওপরেসন মতম

লেপ্লে, ঈ লৌনবা মী অনী থৌরাঙ তৌদবা য়ারোইদৌরি হায়বা ৱারীদগী খঙলে। মচানুপী লৈশাবী অমখক্তনি সেবাগীদমক লাকপা, মী অমদি থিবা ফংদ্রি, দিল্লীদা লাইরিক তমদুনা লৈবা মরী-মতা অঙাংশিংদা পাউ পীনরি তল্লকপদা ঐ নুংঙাইত্রদুনা অহলদুগা অনাবগী মনাক্তা চৎলম্মী। সেবা তৌরম্বী লৈশাবীদু উরুবদা ঐ ইপা পাখৎলি, মরম করিগীসু নত্তে, তরুগা শকফম ওখাক মান্নবগীনি। ঐ হরাওনা ঈ পীজখি, মদুনসু পেন্দে, ওপরেসন মতুং হাপ্তা অমা অনাবগী সেবা তৌখি, অমাং-অশোয়গী পাত্র ফাওবা চামজখি, হঙ্গোয়বা লৈখিদে। লৈশাবী অদুনা তরু মাল্লমদ্রবদি ঐ মীওইবগী সেবাদা অদু য়ৌনা কৎথোকপা ঙল্লমগদ্রা খল্লুরগা তুংদদি য়াম্না ইকাইজরক্লে। মরূপ, অমুক্তং হায়বীয়ু, সেবাদু কনাগীদমক ওইফম থোকপগে? ”

পারীগী পীশূম অনী নকশিন্নৈ, চাউতক খুল্লকই, “ লৈশাবী অদু লৈরমদ্রবসু মতাং অদুদদি মরূপ্না উশিন্নদনা খক লৈথোকপীরক্লোই হায়বা ঐ খঙজে। অদুমকপু লেপ্পীরিবা তরুগী মমলসি শীংথানিঙাই ওইরবনি। ”

ঐ নোকথোকখ্রে, ইকাইবা খাঙনা লীথৈ, “ অদুগা মসিমদি পংকুইবু কুইদ্রি। নোংমা অহীং অমা ঐ তরুগী তূম্ফম কা থোঙনাউ মপাগী য়েনখাদা য়ারেকখ্রে। ”

পারী থীক থীক নোক্লম্মী, অদুগা লাউরকখি, “ ফজে ! লৈরক শাথৌবা খোংবান লাল্লুম্বগী ৱারী, চৎথবীয়ু। ”

“ ঙাওদে হায়বদি য়াদ্রবনিদা। মখোয়গী য়েনখা তানা থাংজিল্লুবা খোঙবু কন্না হৈথরকপা নোংনা অমুক ফাদুনা থমখিবনি। পাখং লৈশাবী কোয়ন-শান্নবগী চৎনবীসি মতম মতমগী মওং হোংলি। নুংশিনবগী অরোনবা ঙাক্লবা হায়বদুদি মীরোল পূম্নমক্না চেন্নরিবসিনি। নুমিৎতু ঐ ইথন্তা, থাইনগী ৱারীদগী, লন্নাই চৎনবী অমা শাগৎলুই, মহাক্লদি খঙবীদনা। শাইজুম ঈরীক্লা খোঙ চোৎলবা, মায়-মীৎ কাঙনা য়োল্লবা, তোম্বজরবা মফমদু এয়রকন্দিসন কানুংগী সোফাদা ফম্বদগী হেন্না নুংঙাইজখি। পেঞ্জখিদবা হায়ববু মহাক্লা খঙবী উবীখিদবা অদুতনি। মহাক্লবু খঙবীরবদি অহীংখূদিং উতোন্দা য়ারেকপসু ঙমজগনি। ”

খংনোক নোক্লকখিবা পারী শোম্থাংনরপ হায়, “ মদুসু য়াওরিবা জাৎনি। ”

নীংশিংবগী এরোপ্লেন তোংদুনা থাপ্না পাইরুবা পারী হল্লকপা ঙাইরগা ঐনা মখা চৎথৈ, “ অমম্বা অহীংদুদা করিবু উগনি, নোংলক্তা পাইরিবা তন্দন নত্তনা। মরক মরক্তা কুপ্লকপা নোংথাংনা ঐবু হূরানবা ওইহল্লে, লোৎফম য়েংবদা, অদুগা তানসু তানবীরিবনি। ঙ্যাও ঙ্যাও, খোঙদা ঙাদুনা শান্নরিবা

হৌদোংনদি হেন্না হেন্না মরূপ ওইশিল্লকই, ঐবু চৎহন্নীংদ্রি। তাংলৌ থেঙলক্লবদা অশাংবা আলাপ্তা তেংথারিবা হূই লাবশিং, অৱাংবা উতোন্দগী নাহেদুনা খোংলকপা মকু, নোং কৌথরিবা হঙোইশিং, চোকথবা নাইদনা অচীকপা অহীং থুগাইরিবা কৌজেং-হারৌ, মখোয় পূম্নমকসিনা ঐবু ঈশৈ তম্বীরি। শাংলবা অহীংদু হৌখিফম খঙহৌদে, য়েন খোংলক্লে, পূং অহুম তারবনি। ঐ অৱাৎপা খরা পুরগা য়ারেকফমদু থাদোক্লুন্নে। ”

পারী মীকুপ্তা চাং ওনবা লোইরবগুম হায়,“ খঙজরে হৌজিক্তি, তরুবু চপ চানা নুংশিবীগ্রে, ঐগী মরূপ মজনূনি। ”

“ ঐগীসি খঙবীদ্রবা নুংশিবনি। মহাক্লা খোয়দাবা নক্লবা কনাগুম্বা লৈরমগদ্রা কিজবনা ঐ ৱা অমত্তা হৌদোকপা ঙম্লক্রুবনি, মরূপ।” ঐ পোলোই তানবদা শিন্নে, “হৌজিক্তি ঐগী পাউজেল মহাক্কী মফমদা য়ৌহনবীরগা, থম্মোয়গী ওমচাক্লবসি মুথৎপীনবা থৌদাং অমা নহাক্লা লৌবীরবনি। ”

পারী অশাংবা স্বর অমা হোল্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী, মকোক্তদি ৱাখলগী রোকেট অমা উঙলি।

মহাক ৱারেপ লৌরবগুম হায়,“ হান্নদগী থৌদাংদু য়াজখ্রবনি। ঐখোয়না মঙোন্দা ৱাফম খরা ফোংদোকপা হৌখ্রে, পাউখুম ফংদ্রিবগী ৱানি। মতাং অসিদা খন্নগদবা ৱাফম অমদি, খোয়দাজবী কনাগুম্বীদা নুংশি চিরোলনা থল্লবা চিঠি পীশিল্লগা শেন্দোল থৌবগুম তকশিনবসি পাখংশিংনা পায়খৎনবা অশম্বা পাম্বেনি। ”

“ ইজরকপা চিঠি য়াম্লে,ফজবা ৱাহে ৱাতা থিবসু লোইশিল্লক্লে,ইপেন পেন্দে। ঙসি অয়ূক্তি মওং অমদা চৎথজরবনি। ‘লোৎলুবা চিঠি’ দা রবীনা নোবীনগীদমক ইখিবা লোন্দাদু ৱায়জরুরে, চপ চানা শিল্লবনি। ”

ঐখোয় অনী হৌনা নোক্লম্মী।

পারীনা হায়,“ ফরে, মদু লানশিল্লসি। ”

“ মরূপকী খূৎনা, অদুগা পাউখুমসু তাম্থোকপীরকপা। ”

“ হোৎনজগে।” পারী ইচঙ থৌই; শয়েং তিংঙি,তপ্না হায়,“অদুবু,নহাক্লা খঙবীরে, ঐ মশেম গুৱাহাটিদগী তোংগদবা ট্রেন তিকেৎ পায়জরবনি, মরকসিদা ঐনা করিগুম্বা পাঙথোকপা ঙম্লমদবা তারবসু মরূপ্তি থৌনা হনবীবা য়াদে, নুংঙাইবা পাউ খুদক্তা খঙহনবীরক্কদবনি। ”

ইনভেলোপ্তা হাপ্লবা চিঠি ঐনা পারীদা শিন্নরে। ঐখোয়গী য়ূমদা লেকথোকখ্রসি হায়নীংবা কয়া লৈরবসু ঐ মহাকপুদি থিন্দোরক্লে। কায়নরমদাই মীকুপ্তুদা ঐ ৱাফম

অমা খংনিং নীংশিংলকই।

" ঐখোয় অনী নুংশি ঈপাক লানবদা চপ মান্নবা হিদা তোংলি। মরূপকী খোঙজেল য়াঙশিলহনবা ঙম্বীখ্রব্রা? মক্তবীগী পাউখুমদু তাজনীংঙি।"

" তরুগীদমক মরূপ্না পুবীরিবা চিন্তা কোকখিবা নুমিৎতা ঐসু মক্তবীগী পোৎলূম থাজগে। "

" মহাক্কী নুংশি ময়েক খোয়দাবা ছন্দদা নহাক্না লেপ্তুনা ঙংবীরি হায়বা ফাওবদি খঙজে। "

" অচুম্বনি, অদুবু মরূপ, পুন্সি লম্বী তিন্নবা য়ারমদ্রবদি হায়বসু ৱাজরিবনি।"

" করিগী? কনানো লম্বী থৈগদবসি ?" ঐ নুংঙাইতে, মরম খঙনীংবনা হংখি।

" মহাক্তনি। " পারী শোয়দ্রবা খোনফমদা হায়।

" করম্না ? "

" মহাক থাজখ্রবীনি। "

" এ ! থাজখ্রবী ! " ঐ ঙকপদগী লাউখিবনি। পারীগী অৱাবনা ইথক্তা নল্লে, শীংনরপ ঙবা মহাক্কী ৱাখল তাম্ব্রোক্লীংবনা ঐনা হায়খি, " চুম্মি, মদুসু লুরিবনি। অহল-লমনশিংগী অপাম্বা য়েংনা চৎপা মচা-মশু ঐখোয়গী থৌদাংনি। হায়না শীংনরগা লুহোংবগী অফবা কয়া লৈ। "

পারী ঐঙোন্দা লমলানবগুম চঙক্লনা য়েংলকখি।

" হায়বদি, নুজা অমবু ফনা য়াম্না নুংশিজরুরবসু থাজখ্রবী ওইরম্লবদি অমুক হন্না থৌজান নিরুফম থোক্তে হায়বসি মরূপকী মতনি ? "

" হোয়, লৈথিনগাই ওইদবা ফৈ। "

" নুপী অদুনা মরূপকীদমক শিরগে হায়রবসু ? "

"মহাকপু থেমজিনবীগদবনি। মমা-মপা খুদিংমক্না মচা নিঙোলশিংগীদমক হেন্না ফবা বর খন্নীংবা হৌনশানি। "

পারী ঐগী ৱাফমসিদা পাতাল লুনা খম্থখিবা মাল্লি, মায়থোং মকলপ ঐঙোন্দা য়েংদুনা খূৎ চেংনা পায়রগা হায়, " মরূপকী অচুম্বা মীৎয়েংসিনা ঐবু য়াম্না ৱাহল্লি, অদুবু থাগৎতবদি ঙমজদে। "

" অতোপ্পশিংগীদমক য়াইফনবা হেন্তক খনবসি মরূপ্নি লৌজরিবনি, ৱাবীফম থোক্তে। "

" অদুগুম্বা চিরোন্দু তরুগী মফমদা শিজিন্নদনা করিগীদমক খাকপীরিবগে?"

পারী হৌনা নোক্লম্লগা গাড়ী থৌপ্লে। ঐ খলহৌই — মহাক্লদি ঐগীদমক

অসুক কন্না হোৎনবীরগা ঐনা তুমিন লৈফম থোক্লিব্রা, মক্তবীগা উনরগা মহাক্কী পুক্নীংগী ব্বারোল খঙদোকপা ফগনি।

ঐ নুমিৎতুগী নুংথিন্দা মক্তবীখোয় দিপার্টমেন্ট নক্লা উরুম অমদা খবর পাদুনা ফম্লম্মী। মহাক য়াওরমগনি খন্দুনা ফার্ষ্ট ফ্লোরগী ক্লাস রুমদা তোয়না তোয়না য়েংখৎলুই। অদুবু মহাক লাক্লমদ্রে, উনবগী আশা মাঙলে। নম্বোল্লোমদা চৎনীংলবসু ময়ূম খঙদবনা অপনবা ওইরি, থিরুবদা লেমজরোই। মমৈথঙদা ঐ তরুখোয় দিপার্টমেন্টলোমদা অমুক লাক্লম্মী, পান্দমদি য়াওদে, ঙাওচৎনরে। কেম্পসকী মচি অমদগী মচি অমদা কোইপাই পাইরিবা নাইতোম তারবা লমখুনু নত্রুগা চোংঙাদগী হেন্না ঐ তোন্না উরে। নুমিৎতু ঐ ইহাঙ হাঙনা য়ূম হল্লক্লম্মী।

পারীদগী পাউ তানীংবনা ঙাইঙম্লক্রুবদা ঐ মথং অয়ূক্তা টেলিফোন তৌরে। মখোয় ইমানা পায়খৎলকখি, মহাক ঙস্তা থোকখ্রে, ঐখোয়রোমদা চৎপা ওইরম্বা য়াই হায়রকখি। ঐ মহাকপু ঙাইবা তারবনি।

অয়ূক হৌখ্রে, নুংথিল ওইরে, পারী লাক্তে। নুমিদাংব্বাইরমদসু মহাক য়ৌরক্তে। শোয়দনা তরু উননবা হোৎনরম্বা য়াই হায়বসিনা ফাথবগী মহৎতা ঐগী খৌরাংবা হেনগৎহল্লি। মহাক ঐখোয়গীদা য়ৌরক্তে হায়না টেলিফোন্দা অমুক হংলুরগা মতা ইচা চাদনা ইমুংগী মীশিংবু ব্বাহনগদ্রা খল্লুবনা তুমিন খাঙলে, মথং নুমিৎ ঙাইবা তারে।

অয়ূক ঙস্তা পাউচে ওকপা থোঙ্গালদা লেপ্পুবসি ঐগী হৈনজবনি। নুমিৎতুদি ঐনা য়াহৌরকপদা মাঙ্গোলদা পাউচে তারম্লে, খুনগৎতুনা হেদিং মথং মথং পাথরকপদা অহানবা লামায়গী মখা য়েৎথংবা শরুক্তে য়াওরম্ব্বা পাউ অমনা ঐবু তাপ ফায়।

— লৈশাবী অমবু ইজ্জৎ মাঙহনখ্রে

হৌখিবা অহীংগী অঙনবা শরুক, পূং নিপাল্লোম তাবা মতমদা থৌবালদা লৈবা শ্রী ওক্রম চন্দ্রসিংহগী মচানুপী কুমারী তরু দেবী, চহী ২৩, য়ুনিবর্সিতি ছাত্রীবু মশামক্কী তৃক্ষম কাদা হান্না লুমদুনা লৈরম্বা নুপা অমনা শারাক তমখ্রে। অকি অখং খোঞ্জেল অমা তাবদগী য়ূমগী মীশিং কাদুদা চেনশিন্নরুবদা নুপা অদু খূৎলৈ থুনা চেম্থোকখি। লৈশাবী অদুদি জ্ঞান মাঙলুবদগী ফরক্লবগুম মশাদা ফি অমত্তা থোংদনা ফমুংদা তারগা লৈরম্লে। লৈকাই মীয়াম্না তান্নবদা শারমচৎ চৎপদু ফাবা ঙমদনা নাম্থোকখ্রে। —

ইস ! কয়াদা তমথীপ্রবা পাউনো ! ঐগী থম্মোয়নুংদা মৈগী চীং অমা পোকখায়খ্রে, কোক উরু উরু লৈ। অশেংবা ব্বাফম খঙনীংবনা অমুকসু হন্না পাই।

ব্রাহে অমমম্লা হূগী তেনজৈ চামা চামা কাপথোরকই , থম্মোয়দা থূম্না লেংলৈ, চৈনা খাঙবদা থক থক নিকপগা লোয়ননা মীৎতগী পিসু অর-র, খান্বা ঙমখিদে। ঐ তোয়না মায় তাথোক্লম্মী। ইঙাও ঙাওনা শুমাঙদা অসুম চৎলম্বদগী ইমুংদা চঙলগা টেলিফোন পায়খৎলুই, করি হায়সিগে খঙদনা পারীগী নম্বর নম্লুবনি। অদুবু, মহাক গুব্রাহাটি য়ৌগদবা কার অমদা নোংঙাল্লমদাই পূং অহুমদগী চৎথ্রে হায়না পাবুংনা তাক্লকখি। নীংশিংলক্লে, পারী বেঙ্গলোর পাংখ্রবনি, নুমিৎ মরি-মঙানিগী মতুংদা নত্তনদি পাউ ফাওনবা ঙম্লরোই। মসিবু করি মতৌনো? নাহল নুমিদাং তরুখোয় য়েনখাদা ঐনা লেপ্লুবদুবু মঙলনে !

ঐ অনাবগুম ফমুংদা ওন্দুনা খাঙলে, করি চৈনা কৌবগে অসিবু ? অরান্বা ফাওদে, কনাগসু উননীংদে। ঐগী ইতৌ য়েংলগা ইধৌ চঙলক্লুনা হংলৈ, হকচাং নুংঙাইতে হায়বা নত্তনা করি খুমগনি। ঐগী ওইদবা ব্রাহৈনা ইধৌবু ব্রাহল্লে খল্লুরগসু হেন্না হেন্না কপ্লীংলকখি।

ফোঙখিবা পাউগী অশেংবা ব্রাফম থিদোক্লবা ঐঙোন্দা থৌনা লৈশিল্লক্রে, ইশাবুসু য়াম্না তোন্থনা খঞ্জরম্মী। য়ুনিবর্সিতি চৎনীংবা ফাওরমদে, নমথীবা পাউদা ময়াম্না ঙাঙন-হায়নরমগদবদু করম্না খল্লোই; ঙম্ফম থোক্তে। সংসারগী করম্বা অরূম্বা পোৎশক্লো ইথক্তা থোল্লরিবা, করম্বা মৈহুম্লো থম্মোয়দা চুররিবা, ঐ প্রোক প্রোক চাক্লা খাঙলম্মী।

অব্রাবা অমসুং ইকাইবা ময়েং তাবা নাইরমদ্রবদি মীওইবনা হিংবা ঙম্লমগদ্রা ? পুন্সিগী শক্তম য়াম্মি অসুম খল্লুবগা লোয়ননা য়ুনিবর্সিতিদা লৈরিবা ঐগী থবক ময়াম নমশিন্দুনা থম্বা লুরকখ্রে।

হৈনিং হৈনিংদনা ঐ নুমিৎ নীনিগী তুংদা য়ুনিবর্সিতি চৎলে। অদুবু লেবোরেটরী কাদগী মপান ইথোক থোক্লমদে। মতম পূম্নমক্তা তরু ক্লাস য়াওরমগদ্রা নত্ত্রগা লাক্লম্লোইদ্রা হায়না থিনীংখিবা ব্রাখলদু ঙসিদি করম্না মাঙখ্রিবা?

চৈরকসিদা, নুমিৎ হুম্নিগী তুংদা, পাউচেদা অমুকসু থেংনৈ, ' হেঞ্জিনবা পাউ ফোংবীরে ' হায়বা হেদিংদনি।

— থৌবালদগী ওক্রম তরু কৌবী অমবু ইজ্জৎ মাঙহনখ্রে হায়বা পাউ অমা খবর কাগজসিদা নুমিৎ হুম্নিগী মমাঙদা ফোঙখিবা থেংনজরে। মদু হেঞ্জিনবা অমসুং অরানবা পাউনি হায়না তরু ইশামক্লা শেংদোকচরি। শকখঙদবা নুপা অদুনা কাচিন্দা লুমদুনা লৈরম্বা ঐনা উজখি, শাথীনা খংখি। ঐনা কন্না লাউবদা চেনখিবা নুপাদু ইমুংগী মীশিংনা ফাবা ঙমহৌদ্রে। নুপা অদুনা ইনাক নকশিল্লক্লবা

তাঞ্জা ফাওবা ফংখিদে। চামদা চামা অশেংবা লৈশাবী অমা ওইনা ঐ হিংজরি, মেদিকেল চাংয়েং অমত্তদা মায়থীরোই। অসুম্না হেঞ্জিনবা পাউ পীবা অমসুং ফোংবগী হৈনবীনা মীওই কয়াগী মিংচৎ থীহল্লে খল্লুরগা ঐ তুমিন লৈজনীংদে। লৈশাবী ওইবগী ইজ্জৎকা মরী লৈনবা ব্রাহং-চায়েং পূম্নমক তরাম্না ওকচরি। —

শেংদোকপা, মতমগী চৎনবী ওইনা খবরদা শেংদোকপা, চুম্মি-চুমদে, লাল্লি-লান্দে, অব্রায়-অখুম, অওক-অথোম, কনাগী বুদ্ধিনবু বিচার তৌবীরমগনি? শেংদোকপগা লোয়ননা তরুগী শীংনবগী ব্রাকৎসি হূরানবনা মকোক্তা নাপী থিবগা অমহানি হায়না মীয়াম্না লৌনরমগনি খল্লুরগা ঐ ইকাইবা ফাওই। মহাক্কী মিংচত্তা লৈখোম তৈখ্রে খন্দবা ঙমখিদে।

অদূদি, থৌদোক অসিনা অশেংবা ওইরম্লবসু তরুগী মরাল করিনো? লৈবাক শরা শল্লবা পাউ অসিনা মহাকপু আত্মাঘাতকী থৌরী কোঙ্গোয় হূকহল্লগদ্রা? খুদোংথীবদা তারুরবী, পাউথোকপীরবী, তুশোল্লবী নুজাশিংগী মিংচৎতা তৈখিবা অমুবা দাগ মুথৎপীনবা কনানসু খূৎ তিংথোক্লরোইদ্রা; অহোইনদুম নরক্কী কোমদা ইন্থনবা হোৎনগদ্রা ? মখল মথেলনি ঐনা খনখিবা, অদুবু সমাজনা করি হায়নখিনি হায়বসিদা হেক্তা পোলোই তারকখি। মসিনা থম্মোয়বু লমতা চংবী লারাক্লম মচেৎ মচেৎ শেগায়রকপগা লোয়ননা তরুগী শক্তম লৈনা কেল্লবী লৈরাং ওইনা উরক্লম্মী, পূজা থৌরমগীদমক হেক্লীংবগী ব্রাখল মাঙখ্রে। পুক্লীং, ব্রাখল, হকচাং মঙোন্দগী তোঙান তারক্লুনা অসুম খরা খরা লাপথোরকপদা মৈচাক খাঙখিদবদি নত্তে।

থম্মোয়নুংগী ওমচাক্লবা কোক্লবা উপায় থিবদা ঐ লেবোরেটরী কাদগী তপ্না থোরক্লগা য়ুনিবর্সিতি ইন্দোর ষ্টেদিয়ম নক্লা, খোঙনাং উরুমদা ফম্লম্মী। পুথ্রী ঈশিং ঈমায়দা তাউরিবা, মচু ওল্লবা থম্বাল লৈনাশিংনা ঐবু পাঙদবা মীশক ওইহনবদা তেঙবাংলি, খাম্বা ঙমদনা পি শিন্থহল্লি। ষ্টেদিয়মদগী নোক্লুনা থোরকখিবী মখূৎতা রেকেৎ পায়বী লৈশাবী মরীবু উবদা ঐ খংবনা ফুক হৌগৎলম্মী। মখোয়গী মরক্তগী কন্না নোক্লকপদু মক্তবীগা তরুগনি।

" তামো ! " মক্তবী ইখং খংনা কৌরকই।

" ও ! শান্নবীরল্লি ? " ঐ তপ্না হংঙি।

" হোয় ইষ্টর্ন জোন য়ুনিবসিতিজ মিতকীদমক শেম-শাজৌ তকপীরবনিনা ঐখোয় প্রেক্তিস তৌজরম্বনি। হন্দক্কীসিদা ঐখোয় ময়ামগী মায় ঙাকপীগদৌরিবসি তরুনি। "

ঐ য়াংতক শৌগৎখি," হোৎনবীয়ু। "

" কয়া কুইবীরবগে ? ইথন্তা ওইবীরব্রা ? ঙসাইদগী মনুংদা

লেঙশিনবীরকপসু য়াবনি।”

“ হুং, ঐ য়ৌজরকপদা মঙাইরি, ময়াম শান্নরি হায়বসু খঙজরুদবা।”

তরু লুরক্লনা, য়াম্নসু হৈনিংদবা মতৌদা মমান্নবী অনীগী তুংইন্দুনা লাপথোকখ্রে, মক্তবীদি মরম লৈবগুম খরা নকশিল্লকই। ঐ নাহল মাবু থিখি, অদুবু ঙসিদি হংনীংখিবা ব্রাশিং থম্মোয়নুংদা থুপচিনখ্রে, ইহৈ হৈনিংদে, মফমসু চাদে।

“ তামোগী মরূপ্তু বেঙ্গলোর পাংখ্রে ? ” মক্তবী তাকপগুম হংলকখি।

“ অহোয়, অয়ূক অমা মখোয় পাবুংনা টেলিফোন্দগী হায়রকই। ”

মক্তবী মথন্তা শোনবগুম হায়,“ মসিনি মহাক্কী লোনচৎ, ঐবু অব্রা ঈরোলনুংদা হেক হেক লংথরল্লিবা। ”

“ মহাক্লা ইবেম্মবু থৌশাদে খনবীগনু, মদুগীদমক ঐ সাক্ষী লেপচরি।”

“ ঐ খঙজে, মরূপ্পু কনবসি তামো অনীনা খরসু হেল্লি। অদুবু, নোংমদি ঐ তামোখোয় শঙ্গায়দা ব্রারী অমত্তং শাজনবা লাকচবা তারি। ”

“ হৌজিকমক ওইরবসু তরাম্না ওকচরি। ”

মমান্নবী অহুম তান্নদুনা মক্তবী চৎখ্রে। নুংশিৎকী ঈপোমদা তরুগী শন্নাংনা চোইজাইননা হাই-হুন্বদু ঐ য়েংদবা ঙমখিদে, ঐগী শোল্লবা থম্মোয়বু করেম্নরম্বা মক্লি। মতম পূম্নমক্তা মহাক্কী লম্বীতা য়েংজখিবা ঐনা করিগীনো ঙসিদি তপ্না তপ্না লৈথোরকখ্রিবা ?

সেমিনারদা পেপর পাননবা শেম-শাবদা ঐ থবক য়াম্না চিনবা মতম্নি। মসিনা ঐগী চিন্তা মাঙহন্নবা উপায়সু ওইরি। কুইনা মাঙ্গোলদা ফম্লম্বা ইধৌ অয়ূক্তু ঐগী কাদা চঙলকই, থাদোক্রবা ব্রাফমদু হৌদোক্লে। ঐনা ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং য়ৈথোকপসি য়াররোই, অপাম্বা মীশক তাক্লো, লৈত্রগনা মখোয় থিরগে, খন্ননবা ইনে অনীবুসু কৌহল্লুরে, মখোয়না খরা হৌদোকপা হৌখ্রে হায়বদুগী ব্রাফম অরেপ্পা খঙদোক্লবা, মরোল শেংলো, তুমিন লৈশিন্নবা য়াররোই হায়বসিনি ঙংলরিবা।

ঐ খুমদে। মাঙদদি তরুগী শক্তম মমি শামতক লেপ্লে। ঐনা থৌশাদে খনবদগী ইধৌ-শাউরম্মী, অদুগা মখোয়গী অপাম্বা ইন্দবা য়ারোই হায়রক্লে। ঐ করি হায়সিগে, অহলশিংগী য়াথং ঙাক্লা চৎচগনি খুম্বা তাখ্রে। ঐগী অরোইবা ব্রাহৈ খরসিদা ইধৌ ঙমখৈ লৈতনা হরাওবা উৎলকই, ইকোক্তা হন্না হন্না নানবীরগা পিরাং তৈথোক্লম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা ইধৌনা মপান্দগী নুপী মচা অমা লাকই হায়না তাক্লকখি। থোক্লুনা য়েংলুবদা মক্তবী ওইরম্লে, ঐ ইঙক ঙক্লম্মী। মহাকপু ওক্লুনা মাঙ্গোলদা

পুখৎলগা সোফাদা ফম্মিন্নরে। মক্তবীগী মায়থোং লৈচিলনা কুপ্পগুম ইঙান ঙাঙ্খোক্তে।

" তামো, ঐ অসুম হেক্তা লাকচরবনি। "

" য়াইদা, কৈদৌই হায়বগে ? "

" ব্রাফমদি ঙরাং তামোদা নীংশিংজখ্রে। " মহাক তুবৎ শমজীল্লকপগী মওংদা হায়।

" কাউজদে। অদুবু , ঐদি শান্নবগী ওইরবোই খল্লুরে। "

" হোয় মদুসু মরম অমনি। "

" অদুদি পারীগী ব্রাফমদু হান্না হায়বীয়ু, তান্নসি। " ঐ পরপ পরপ চৎথে।

" তামোনা মঙোন্দগী... ? "

" য়ান্নমক খঙজদ্রবসু অশেংবা ব্রাফম খরদি তাজহৌরে, ইবেম্মবু মহাক্না থব্রায় হকচাং য়াওনা নুংশিজৈ, মীকুপ অমা কাউবা লৈতে। "

মক্তবী মীৎকা চীনবানগা শম্মনা নোকই, তপ্না হায়," চীরোন্দা হরাওগনবীনি ঐসি। "

" ঐ থৈগৎতুনা হায়জনীংদে। অশেন্বা ব্রাহ্মে অমসুং নীংবা কায়বা অনীগী মরী খঙজৈ। "

" অদুদি মখা তাজরগে। "

" ঐ ঙাইজরি। "

" ঐখোয় অনীসি চঙশিন্নে, অমুকসু হন্দোক্লে। "

" ময়েক শেংহনবীয়ু। "

" তামো, ইমা ইপাগী নিঙোল ইথন্তনি। মতিক চাদবী ওইজরবসু অহল-লমনশিংনা য়াম্না লেম্না থাজনীংঙি। কন্যাদানগী চৎনবী চেকশিন্না ঙাকপা, অফবা লমচৎ লৈবা বরনি হায়বগী চাউথোকচবা, অহল-লমন নীংথিজনা হায়ন-শীংনরগা লুহোংবীবা, থৌওং অহুমসিনা মতমসিগী কিনরবা লায়নাদগী ঙাকথোক্লবা উপায় অমনি হায়বা ঐখোয় বাবাগী অচেৎপা থাজবনি। ব্রাফমসি তামোখোয়নসু শৌগৎপীরমগনি লৌজৈ। "

" অচুম্বা ব্রাখলনি। "

" অদুদা তামো, " মক্তবী স্বর অমনা থিংঙি, তপ্না মখা তাই, " পারীনা মরক্তা লেপ্পরি। ঐনসু পুঙ্গিসি মহাক্কী তুংইঙ্গবী ওইজনীংখি। "

" মদুদা অহলশিংগী য়ানীংদবা লৈব্রা ? "

" ঐগী ব্রাফম তাবীদ্রিঙৈদা অহলশিংনা মখোয়গী খোয়দাবা মীশক

খল্লুরে, য়ানথোকপ্রবনি, তামো। ”

ঐ পারীনা হায়রম্বদু নীংশিংলকই, মক্তবীগী ব্রাফমসিদগী ময়েক শেংলে।

“ অদুক তহা তহানা করিগী ? খঙলে, নুপা অদু থোইদোক হেন্দোকপা মীশক ওইরমগনি। করি লমদগীনি হায়বগে ? ”

“ তামো, ইমাখোয়না ঐঙোন্দা ইহংমক হংখিদবদি নত্তে, পারীনা মতম শাংমন্না ঈশিং মনুংদা লৈতুম থাদখিবগুম লৈথোকখিবদা ঐ খুম্ফম খঙখিদে। মদুগী অশোয়বনা ঐসি হৌজিক্তি নীংসু মাঙসু লাংনা থৎলে, ইশুংলাংগীদমক লাঞ্জদবশিংনা ইকাইবা নংগদৌরিব্রা হায়বসিনি পাখৎচরিবা। ” অব্রাবগী স্বর অমা হোন্দাক্লগা মক্তবীনা হায়, “ তামো, নুপাদু ইম্ফালসিদগীনি, হীরম খুদীংমক্তা ফরবা মীদি ওইরমাল্লে, ঐ হৌজিক ফাওবা মশক মমিং অমদি লৈফম করিমত্তা খঙজদে। ঐ তশেংনা খঙসু খঙজনীংদে। ”

“ অদুদি হৌজিক করি তৌসিগে ? ”

ঐ মক্তবীগী থম্মোয়গী অশেংবা ফিরেপ মুন্না খঙলগে খল্লম্মী।

মক্তবী মখা তাই,“ তামোনা পারীদা য়াম্না থুনা থোরক্লবা পাউ পীবীখো। অহানবদা নাকল অনীমক্কী অহল-লমনশিংবু ঐখোয়গী ব্রাখল খঙহনবা চুমগনি, মদুদা য়ানদবা থোক্লবদি ঐখোয় অনীগী লন্নাই ব্রারেপ লৌবা তাবনি। মতমসি থীল্লবনি, মরমদি ওসি নোংমা নীনিগী মনুংদা বাজীনা ইম্ফাল কাওবুদা মাঙ্গোল কারক্লবা শোয়দনা হায়প্রগনি। য়াম্না তকশিল্লরে। ”

“ ঐনা খঙজবদা নখোয় অনী মরকসিদা ফনা তোয়না উনখ্রে, বেঙ্গলোরগী এদ্রেসতু খঙবীরল্লগনি। অদুগা,চঙশিন্নরিবা ব্রাফমসিবু মরূপ্তা খক নীংশিংবীখিদব্রা?”

“ ঐ মহাক্কী এদ্রেস,টেলিফোন নম্বর লোইনা খঙজে,মোবাইলদি পায়গন্দবনি। হৌজিক বেঙ্গলোর থুংদ্রি। ব্রাফম পুন্নমকসি মহাক মুন্না খঙখ্রবনিনা ঐনা কৌথোকপদি ওমজরোই। ”

“ ফরে, মহাক মফমদু থুংবগা ঐঙোন্দা শোয়দনা টেলিফোন তৌরক্কনি, ঐ ফজনা পাউ ফাওনজরগে। ”

“ ইকাইবা থাদোক্তুনা ঐ তামোদগী তেঙবাং নিজরবনি। ”

“ করিনো তাকপীরিবদুবো, মসি ঐগী ইথৌনি। ”

মক্তবী পিরাংনা মীৎলু থূমখ্রে। ফক্লাং ঘড়ীনা পূং মাপল য়ৈরকপদা মহাক হৌগৎনীংবনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। মপান্দা নুংশা য়াকখৎলক্রে। অদুবু, ইথৌ চঙলকপদগী মহাক লেঙখিদ্রে। ইথৌ মক্তবীদা মুন্না য়েংলগা মায়োক্লনা ফন্নে,

করিগুম্বা খরা হংনীংবগী মতৌদুদা ঐ ঙাইহাক নাম্থোকপগী তাঞ্জা লৌরম্মী, চে থিবা ইমুংদা চঙলে।

ঐনা মপান থোরকপদা মক্তবী মপি তৈথোক্লম্মী, মহাক্কীদু ইথৌগী ব্রারীদগীনি। ঐনা ঙাইরে খঙবদগী ইথৌনা ঐখোয় অনীবু থাদোরক্লে।

মক্তবী য়ুনিবর্সিতি ফাওবা ঐগা লোয়নরকখি। মহাক দিপার্টমেন্টলোমদা চৎখিবগী মহুৎতা ঐগী তুং ফনা শাংনা ইল্লক্লি, শান্নখোৎনবগী ব্রারীদু শাংদোক্লুনা লাকই। হায়গদবা ব্রাৎলিবগুম মহাক অসুম খরা নকশিল্লকপগা ঐ অহাঙবা লম্বী চিদাইদা লেপ্লম্মী।

" তামো, ব্রা অমত্তং হংজখিগে। "

" হায়বীয়ু। "

" অহলশিংনা য়াম্না থুনা তামোগী লুহোংনবা থৌরাঙ তৌবীরিমাল্লে?"

" অহোয়, কুইরবনি তকশিল্লকপা। "

" নুপীদু করি লমদগীনো মশক খঙবীরব্রা ? "

" ঐ করিমত্তা খঙজদে, খন্নবদু মতম লৌখিসি কন্না হায়নজরি। "

" কনানা, কদোমদগী শীল্লকপনো হায়বদি ? "

" ইনেশিংনা ওইরমাল্লে। "

" মানি তামো,ঐখোয়রোমদগীনি। ইথৌনা ঙসাই ঐঙোন্দা মমিং-মথা, মমা-মপা অমসুং লৈফম তাক্লুনা খঙলাকপ্রা হায়না হংলকখ্রে। কনানো কোয়থি থিরুরগদি মহাক্তু ঐগা য়াম্না মুন্না খঙনবা মীশক ওইরম্লে। নুপীদু পেৎনা চেঙচঙবী, থম্মোয়দা হূ ফুম্বীনি। অতোপ্পা অমা য়েংসি, তামোনা খোয়দাবা অমত্তং খনবীরগা।"

ঐ ইঙক ঙক্লম্মী, নোক্তবসু ঙম্লমদে। মক্তবীদি মহাক্কী ব্রাফম তকশিনবগুম চপ লেপ্লি।

" খঙদ্রে মক্তবী,"ঐ পুক্লীং খংনুং নুংশি,শোন্না হায়," অতেকপা চৈশু শন্নগা শীজীন্নবগুম শোইনাইরবা থম্মোয়সি পুদুনা ঐগী পুক্সি লম্বী চৎপা তারমাল্লে, হৌজিক্তি অহলশিংগী অপাম্বদু ইল্লসিরা হায়নদুম খল্লক্লে। "

" ইস ! তামো ! য়ারোইদা। নুপীদু তামোগা লাম্বা চামন্দে। অদুগা," হায়গদবা কাউখ্রবগুম খংলেপ লেপ্লুবদগী মহাক মোমোন নোক্লুনা হংলকই, " কনা মীশক্লো তামোবু নীংবা কায়হল্লিবা? নুজালক্তগী পুমথোই থোইরবীনি হায়বদুমক্কসু তামোগীদি মতিক চাদ্রিবনি। "

" ইবেম্মা, নহাক্কীসি ব্রাংমল্লি, তেকথরকপা থুগনি। অদুগা, ঐবু

ব্রাহল্লিবসি কনানো হায়বদু ইচীনমক্লা তাকচনীংদ্রে, পারীদগী নোংমা শোয়দনা খঙবীরক্কনি খঞ্জে।"

ঐগী ব্রাঙাঙনা নুংঙাইহনখিদব্রা, মক্তবী মায়থোং মম্না দিপার্টমেন্টলোমদা তপ্না তপ্না চৎখ্রে।

# ৬

পারীনা বেঙ্গলোর পাংখিবা মতুং মরিনিশুবা নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদা টেলিফোন লাক্লে, মহাক্লা তরুদা চিঠি খূৎশিন্নবা ঙল্লমদবগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লকপগা লোয়নননা ঙাকপীনবা হায়জরকই। লৈশাবী অমগী ইজ্জৎকী মরীদা লৈবাক শরা শনগ্রবা পাউ অদু ঐ তাক্তবা ঙমখিদ্রে। ঐগী বারী মুন্না তারগা তুমিন লৈখিবা পারী অবাবা অমসুং কপ্লীংবগী স্বর হোনখিবা তায়,য়াম্না লুনা খল্লগনি লূম্না নোকখিবদুসু, তুংদদি ইচঙ থৌনা ঙাঙলকই। পাউমী কাঙবুনা হেঞ্জিন্না ইরে হায়না মাঙগী থৌদোক খরগী খূদমগা লোয়নননা মহাক্কী ওইবা মত পীরকখি। নুংঙাইতবা, চিংনবা পূম্নমক নমথনবা কন্না হোৎনরকপা মহাক্কী বাঙাঙদা ঐনা য়েৎলুবদগী অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহাক খুদক্তা থোরক্কদবা লৈরে, কোন্না তান্নরসি হায়রকই। মক্তবীগী পাউগী মতাংদদি য়াম্না শমজীল্লকখ্রে, মহাক্লা অসুক থুনা হল্লক্লবগী মরম মদুনা ওইরিবনি খঙহনবীখো হায়বসিনি।

নুংথিল পূং অনী ফাওবা ঐ য়ুনিবর্সিতিদা মক্তবী লাকপ্রা য়েংখি। করি করিগুম্বা মতমদা মহাক শান্নবগীদমক থেঙনা য়ৌরকপসু উখিবদুনা ঐবু অসুম খাল্লি। থৌনাইদবগী মওং লাকপসিদা ঙসিদি মীরম য়ুনিবর্সিতিশিংগী ফজবা হৈকোল লৈকোল নীংশিংলক্লে, মরমদি কয়লাস মচেৎ মচেৎ কায়রবা লম্বীদা, অহাঙবা লমহাংগী অয়াকপা নুংশাদা, অমরোমদগী অমরোমদা, মপী থিবা ষন্নাউগুম কুইমন্না চৎলকপদগী চোকথরক্লে। থিরন্দবা তরুবুদি হন্দক উবগা অহুম্লক শুরবনি। অহোংবা বাখল অমা লাকপদগী ঐ নম্বোলগীদমক গেটলোমদা থোরক্লম্মী।

ঐনা নম্বোল থুংবদা নুমিৎ বাতোন্দগী লৈথরে। মক্তবীখোয় য়ূম হংনবা ঐ ইনেহলখোয়দা ইকাই ইকাই চঙলুবনি, অঙাং অমা নক্তনা কন্নাসু লৈরমদে। ফনা লাপ্লা য়ূম তাকপা লাকমিন্নখিবা অঙাংদুনা হনগ্রবদা ঐ ইচীক চাক্লবা মক্তবীখোয় শুমাঙদা চপ লেপ্লম্মী। ঐনা কৌবা তাবদগী মক্তবী মপান্দা ইঙক ঙক্লা চেম্পোরকই।

"হাই তামো! ওম্পোক্লা থাজখিদ্রেদা। লেঙশিনবীরকউ।" মক্তবী লাউরকই।

" য়ূম খঙজরগে খন্দুনা হেক্তা লাকচরবনি।" মাঙ্গোল কাখৎপগা ঐনা হংঙি," ইমাখোয়দি ?"

" বাবা স্কুলদগী হল্লক্ত্রি, ইমানা দুকান্দা, তাচৌদি হৌজিক্তা লৈরম্বনি। ফম্বীয়ু তামো।"

ঐনা চৌকীদা ফমথবগা মহাক ঐগী ব্রা ঙাইবদা মোমোন নোক্তুনা চীনবান্দা মখূৎ থম্মি, অদুগা নুংশিৎনা চাইখাইরবা শল্লাং অমসুং ইন্নফি খোমজিল্লগা মোরাদা তপ্পা ফমথরকখি।

ঐনা হায়, " ঙরাং নুমিদাংব্রাইরম অথেঙবদা পারী টেলিফোন তৌরকই। ইবেম্মগী ব্রাফমদু মহাক মুন্না খঙলম্লে, য়াম্না থুনা থোরক্লগনি।"

" কৈদৌঙৈকা থুংলবা য়াই, তামো ?"

" হুম্নি মরিনিগী মনুংদা য়ৌরকফম থোকই।"

" অতৈ পাউদি ?"

" কোন্না খন্নরসি হায়রকই।"

" ঙাইবা তারবনি।" মক্তবী স্বর শাংনা হোল্লি।

"পাউসি অমজগে হায়দুনা য়ুনিবর্সিতিদা ইবেম্মবুক্লাস ফাওবদা কোইথি থিজরই।"

" য়াম্না ব্রাবীশ্রে, শিংজগদবা লমনসি চাউশিল্লক্লি। অদুগা তামো," মহাক্কী মায়থোং নুংশিৎ তারক্ত্রিবা পাৎকী ঈমায়গুম্মি, লূম্না হায়রকই," ঐসু ব্রাফম অমা তামোদগী য়াম্না খঙনীংনা লৈজরম্বনি।"

" তাকপীয়ু।"

মক্তবী লৈমায়দা তক্লিবা খোঙবীদা য়েংলি, পাক হেক হংফম থোক্তবা অরুবা ব্রাহংনি তাক্লি।

" তামোখোয় অহলশিংনা থাঙজিনবীরিবা খোঙফমদু কদায় য়ৌখ্রবগে, হন্দোক্লবা খক য়াররোইদ্রা? অদুগা ব্রাফম অমনা,নুপীদুগী মরমদা ঐনা হায়জখিবশিংদু তামোনা করিমত্তা খন্থবীখিদ্রমাল্লে?"

" ইবেম্মা, চপ লেপখ্রবা ইধৌগী থবক্লি। য়েন্নাও অমা ফানবা হোৎনবদা কৈজাউ ফাগদবগুম চেকশিনবা ইধৌনি, থৌরাঙ খুদিংমক তরাই তরাই হৌদোকন্দবা। লম্বীসিদা নহাক্না ঐবু মায় পাকহন্নীংঙি,লেমজহন্নীংঙি, য়াইফনবা খল্লি। ঐ কাউদে, নৈনজ্ঞে। অদুবু, ঐনা কৈদৌঙৈদসু কান্দুনা চৎপা ঙম্লরোইদবা লৈই অমসু লৈ, ইধৌ অমসুং ইনে অনীগী য়াথং। মখোয়গী অপাম্বা য়েংনা থবক চৎথবদা ঐ য়েৎলরোই হায়দোকখ্রবনি। মতাং অসিদা, নহাক্না খঙবীগদবদি,

অহলশিংনা ঐঙোন্দা পুক্লীংগী ব্রা চামরক হংখিবনি, ঐনা তাকপা ঙমদবদগী মখোয়গী ব্রারেপ ইল্লু হায়রকপনি, অরানবা লৈতে। ”

ঙাইহাক তোঙান তানা লাপথোক্লুবী মক্তবী মঙক হাইরকই, থৌনাগা লোয়ননা ঐঙোন্দা য়েংদুনা হায়, “ মদু য়ারোই, তামো। মান্নবা ব্রাফম্না নল্লবী নচল ঐবুদি হায়বা ইন্দবগী লন্বী তাকপীরগা। ঐখোয়গী অহল-লমনশিংগী ইকাইবদি ইরায় লায়না উফুলগুম কল্হোকখিবা য়াবনি হায়নসু খনবীদবা ফৈ। ”

“ নহাক্কী পোৎলূম ঐ খঙজে, মদু থানবা উপায়নি খন্নরিবসি। ইমা ইপাগী য়াথংবু মচা ওইবা ঐখোয়না ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মতম পূম্নমক্তা ইশাগী অনীংবগা মখোয়গী অপাম্বগা শন্তাইনবা লন্বী য়েংবা তঙাইফদবনি। ”

“ মতাং অসিদা তামোগী মরূপ্লুসু অদুম্না পাউতাক পীবীগদ্রা ? ”

“ঐগী ব্রাখল মহাক্ন উই, অদুগা ব্রাফমসিদি তাইবংগী অফবা লোনচংনি লৌজে।”

“ ইশাগী অপাম্বা হক মৎপদা তামোনা সমর্থন তৌবীরি ? ”

“ শাবী-শানৌ অনীগী নুংশিনবগী মরীদা অফ-ফত্তা, অমাঙ অতোংগী খল-চাং করিনা ওন্নে ? মখোয়বু অচুম্বা অমসুং অশেংবা লন্বীদা করিনা লমজিংঙি? লৌশিংদা তোংবা কৎথোকপনা। নামতা য়েংবা, ওইজবা থিবা নুংশিবদি মমল হম্থরকপা থুবনি। ”

“ ব্রারোলসিদগী চিংথোকচবদা, য়াম্না ব্রানা য়ৌরকপা থব্রান্মিচাক্কী মঙাল অমা ঐঙোন্দা থুংলরে। ” মক্তবীগী মায়থোংদা লৌশিংগী মীনোক অমনা কুপশিনখি, ঐঙোন্দগী থৌদোক্লবা হোৎনরকই, “ তামোগী থম্মোয়বু শিন্নফম মীশক হৌজিক ফাওবা লেপথোকপীদ্রি, তশেংনা লৈবীদব্রা ? ”

ঐ খংনোক নোকথোকখ্রে, নুংদদি খোয়শাউনৈ। সীতাবু বন্দা লংথোকখিবা রামদু নুংশি মশক খঙদব্রা, থম্মোয় শিন্নফম লৈতবগীরা হংসিরা খল্লুই, ইশাবু লাকশিঞ্জদুনা তুমিন ঙাইহাক লৈরম্মী। মক্তবী ঐঙোন্দগী তোখাই তানা সমুদ্র ইরোলনুংদা লূপথখিবা উই। মহাক্কী নুংঙাইতবা কোকহনবা পান্নবসু চেৎনা লোল্লিবা থোঙদি হাংদোক্লীংদ্রে।

পাউখুম ঙাইরিবা মক্তবী য়েংদুনা ঐনা হায়, “ নুংশি লন্বী চৎপদা ঐগী খোঙসি শোইনাইরবনি, পাঙ্গল থোক্তুবনি। মসিগী মরমদি পারীদগী খঙবীগনি, মমাঙদসু পঞ্জখিবদুনি। নুংশিবদা নহাক্না থন্বীরিবা ইকাই খুম্নবা অসিনা ঐঙোন্দা ফাওহল্লিবা নুংঙাইবগী চাং মপান মখৈ নাইদে, করিগুম্না পোৎশক অমক্তনা মহুৎ শিনবা ঙম্লোই।”

“ মেরু দণ্ড মতোন অনীদা তোংবা তামোগী ব্রাখল ঐগুম্বনা ফাবা ইতিক

নত্তে। অদুবু, অসি য়ৌনা চমজরবা তামোগী থৱায়বু লাক্লবীরিবা মীশক্তু ওল্হোক্লসু কন্না লোৎপীখ্রেদা। কনাবু ওইরিগবা, লুহোংখ্রবীরা, তামোবু থাদোক্লল্লগা?"

মক্তবী চীনগা ৱাখলগা চূনবা ৱাহৈ পরেং শাংনা লেংলিবগুম মীৎ উইশিনখি।

"মীওইবগী কোক্কী মাঙদা করম্বা পোৎশক্লো অরোনবা ওইগদবা? ইবেম্মসু নোংমা শোয়দনা মীশক্তু খঙবীরক্কনি। মশা তাক্তনা নুংশিজরুবগী দণ্ডি ওইনা ফংবা চৈনাসি মচা ওইরমদ্রে, থম্মোয়গা থম্মোয়গা শিন্নখ্রবশিংগী মফমদদি শেৎনবগী অৱাবসি কয়ামুক য়াম্না চাউরমগনি।"

মক্তবী মরৈ তম্বগী কাঙলোন্দা নেৎলগা খুন্নকই, " তামোনা মাঙদা থম্বীখিবা বিচার হন্দক্কী ৱাফমসিনা ককখ্রে লৌজে।"

ঐনা তুমিন লৈবদগী মহাক মখা তারকখিদ্রে। নুমিদাংৱাইরম ওইরকপগা নোং পুবা অঙৈংবা নুংশিৎ তারক্লে, উপাল ৱাপাল জগোয় তান্নবদা ইশৌ লাংবসু য়াওরে, অদুবু ৱাতোন-উতোন খরদি ঐখোয়গী ৱারী তানীংবগুম চেপথ চেপথ য়েংলক্লি। ঐ হল্লগে খন্দুনা হৌগৎকে তৌরুরবনি, লৈকাই লৈশাবী খরা চঙলকপদগী মক্তবীনা ঙাইহাক খামখি।

অমম অঙান শিন্নবা মতমদা ঐ য়ূম চঙলক্লর্ম্মা। পুন্সি য়াচংবা তাঙ্কক্তা লৈরবা ইথৌনা চাউরবা মাঙ্গোল দারি মপান্দা তুমিন তরক তরক কাঙ হুমদুনা ফল্লম্বা উবদা ঐ নুংঙাইজখিদে। থবক ইনখাং পাংবীনবা মীদি লৈ হায়ববু অচীকপনা নমহৎলকপদগী ইথৌ ফিজিনা পি তৈথোকপা ঙসিসু উবে। ইমুংসিদা মৌ অমা দরকার ওইবদগী হেল্লে, লোয়ননা লুহোংবগী ৱাফম থিন্থফম থোক্তে হায়বা ঐ য়ারবনি।

অহীংদু ঐ তৃম্বা ইয়া য়াখিদে। তরুগী মরমদা খল্লরোই খল্লি, ঙমদে, হেক্তা মকোক থংলকই। মহাক্কী মিংনা লাংবন অশিখোইগুম নাকোংদা ঙংলৈ। মতম কুইনা নীংজরুবগী মহৈ মহাক্কী ৱাখল ফাওবা খঙদনা নাম্হোকপা তারবকো, কনাদনো ঐনা নিন্দা তৌখিবা। তাইবং পুক্লীংগী অফা-অপুন থৈদোক্লবা হিমায় চুপ্লিবসি করম্বা ইন্দ্রিননো? করিগুম্বা তরুগী থম্মোয় ফিদাদা মচি খজিক্তং ঐগীদমক খাকপীরল্লবা, মদু ঐনা উশিন্নদবগুম থোকপ্রবা, মহাকসু ঐগুম্না পুন্সি চুপ্পা নীংঙমদবগী চৈনা অমদি খাঙলগনি। মসি খঙনা খঙনা ঐনা ঙসি নীংহন্নরিবা করিগীনো ? ইজ্জৎতগী। হে ইজ্জৎ!

ঐ মক্তবীনা হায়খিবা ৱা নীংশিংলকই, ঐগীদমক ইনেখোয়না কঞ্জরুবী নুপীদু মহাক মশক মুন্না খঙঙি, খোয়দাদে। মহাক্কীদু মীশক ওন্নরমগদ্রা ? ইনেতোন্নদি নুপীদু থৱাম্নিচাক লাখ লাখকী মরক্তা শজিক্লম অথোইবীনি হায়রি।

ইনেহলনসু লাইরেম্বীগুম শীংথারি। মতম পূম্নমক্তা ঐগীদমক ব্বাজরকপী মখোয়না মতাং অসিদা ইরায় লায়থোক্লোই। অদুগা করিগীনো ঙসি ফাওবা মখোয়না মশক তাক্লিবনা? ঐনা হংলুদবা অমসুং পুক্নীং চঙদবা ইতৌদা মখোয় নুংশা থীখিব্রা। অদুগা, নুপী অদুগী লন্নাই ব্বারেপ লৈরমগদ্রা হায়বা চিংনবা লৈবদগী মনুং হুৎনা, মকা ফোংদনা, চেকশিন্না চঙশিনবা ওইরম্বসু য়ারি। ইনে অনীগী অচৌবা লমনবু মতাং অসিদা হায়বা ইনবনা শিংদোকচবা নত্তনা করি পাম্বৈনা ঙমগনি, মখোয়না পেন্নবগীদমক্তদি ঐ থব্বায় ফাওবা কৎফম থোকপনি। তরুনা লোইরে খঞ্জরকখিবা পুক্নীংনা কল্লক মৈশা তোর্বান ব্বাংমা লাল্লগা ঙসি শকখঙদবী অমগী মরমদা খল্লক্লিবসিনা করিগী ? মসিবু মী মচাগী পুকচেল্লা ? অসুম খল্লুরগা ঐগী লৌশিং লৈখাদা কুমথরকই, মরমদি ঐ তরুগী থম্মোয়গী ব্বারোল ফাদে, ঐতনা নক্লবা মীশক অমনি খঞ্জরুবগী ব্বানি। হৌজিক মহাক্কী মায়থোংদা ইকাইবা, নুংনাংবা নত্তগা লাকচখিবগী অব্বাবা মমি অমত্তা তাদে, মহৌশা মোমোন মীনোক হন্দ্রি। মসিনা করম তৌরিবা জাৎনো ? খবরদা শেংদোকখিবদুনা নুঙজাউদা পকপা লৈখোম্বু লাইজ ঈথক্লা চামথোকখিবগুম দোষ পূম্নমক মাঙহনখ্রে খনব্রা? নত্তগা ফজবা শক্কী মাঙদা অথীবা মিংচৎ চাকথেক্লনা উৎ ওঞ্জখিনি হায়বা নাপল্লা? তরুদবু অসিগুম্বা নাথোই-নব্বাংবা? মসিনা লৈতেংবা মীশিংবুদি ঐ মনাক্তা ফাও নকচনীংদে। অদুদি ঐগী তুকাসি করিদা য়ুম্ফম ওইরিবা ? কাম্থোকপা য়ারোইদবা ব্বাফম লৈ, মমান্নবীশিংনা তরুমুক চম্বা অমসুং পুকচেল শেংবদি অতাঙবনি হায়নৈ।

তরুগী মরমদা খল্লু খল্লুরগা ইশাবু অমম্বা শুরুংদা হোইজিঞ্জরে। অঙানবা থোঙ থিবদা নিংশা মপী হোল্লম্মী। পুক্নীং ব্বাখল ইফুৎতগী পোল্লকপা অপেনবা কৌবা অমৃত ইল্লিবা হে নুংশিবা,নঙনি সংসার ঙাক্লিবা মায়া! জিন্দাবাদ!

চহী লীশাং শিংনা,মশা তাক্তনা,অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐনা তরুবু নুংশিজরকখি হায়বা ব্বারীবু অতাবশিংনা নোক্লীংফম থোকপনি। লৌথুপ-লৌকোই অমত্তা য়াওদনা লীজরবদা ঐ মহাক্কী মশক-মমিং মীকুপ ফানা কাউথোকপা ঙম্লক্তবনি। অথাপ্পা লমদমদা লৈবী নুজা মহাক্কী নত্তগা ইমুং মনুংগী মরমদা খনবনা অমদি খঙনীংবনা ইহৈ তম্বগী লম্বীদা থৌনা হাপ্পা মৈরা ওইরকই। মহাক্কী মিংবু ইশামক্কীনি লৌখ্রবনি। য়াম্না কুইনা লাইনীং ওইজরকপগী মহৈ ফংহনবীফম থোকই, পুন্সি মরূপ ওইনা। খুজেং পালোয়ননা চৎমিন্নজনবা মতম ওইরক্লে খঞ্জরুবনি, করিগীনো লম্বীদু ঐগী মীৎতগী মাঙখ্রিবা ! নোংদম্বা মঙোন্দা ব্বারৌফম থোক্তব্রা ? তাইনফম লৈতনা

ঐগী পিরাং লেপ্তুনা চেহুরি। ঐ ফমুংদা ওনবা মখৈ ওল্লন্নগা যূমথক্তা কাখৎলম্মী। ময়েক শেংলবা শরদকী থাবলদুদা মৈচাক খাওগে খল্লুবনি। অদুবু অচীকপা অহীংগী থাবলসিদি নুংশি মৈচাক হোঞ্জিল্লকপা অচৌবা দূত ওইরম্লে। লিরি লিরি শিৎপা মালংগী তাল চানা উপাল ব্রাপালনা ঙংলকপা ঈশৈ তারম্বা ইম্ফাল শহর মণি মুক্তা থিনবা ঙৌরুনবা ফৈজুপ শুপ্লগা তূমখুল তানখিবনা পূমচীক চীক্লে। মায়কৈ মরিমক্তা পাঙ্গনবা মবুং চীংজাউশিংনা মচল ইবেম্মা তম্পাক লৈমবু চেকশিন্না ঙাক্তুনা নুংঙাইনা পোত্থাহল্লি। মমাঙথক্তগী ঐ অহীং থাবলদা মখা মায়কৈ ওন্দুনা তাম্না তাম্না য়েংবসি নুংঙাইজরকপনি, অদুবু ঙসিদি থম্মোয়দা খাম্বী মৈ চূরবগুম থোকই, ইকং মপুন মপুন লংশিল্লক্লি। ঐ মখাদা অমুক কূমথনীংলে।

নোংঙাল্লে। ঙসিদি ইনেশিংনা কঞ্জরুবী নুপীদুগী মশক মমিং খঙনীংবগী চাং ব্রাংখৎলক্লি। ইধৌমক্তগী হংবদি ইকাইজৈ, ব্যবহারসু থোক্তে, মক্তবীবু তাকহল্লগে খল্লম্মী। মতা ইচা চাদনা অসুক ঙাইঙমদবসি কদোমদগী লাকপ্রিবা, ঐ ইনেহলদা টেলিফোন তৌরসিরসু খল্লবনি।

পূং তরা তাবা মতমদা ঐ মক্তবীবু য়ুনিবর্সিতিদা উনরম্মী। ঙাইহাক উরুমদা লেপমিন্নবগী তাঞ্জা ফংবগা ঐগী খঙনীংবা কোকথোক্লবা হোৎনরে।

" ঐ নহাকপু থিজরকপনি। "

" তাকপীয়ু, তামো। " মক্তবী পুক্লীং চঙনা তায় অদুগা তপ্লসু হায়।

" ইধৌগী ব্রারীদগী শকখঙবীব্রে হায়বা নুপীদু কনানো, ঐঙোন্দা মীশক অমুক্তা তাকপীয়ু, ইবেম্মবু ব্রাথী অমত্তা তাহঞ্জরোই। "

" নুপী চরোয়, নুপী ক্বাক হায়না মীনা ঐবু তথী তথী চৈবীবা তামোনা পাম্বীফম থোক্তে, ঐ নুপীদু তাকপদি ঙমজরোই, ঙাকপীয়ু। "

" করি অকায়বা লৈবগে ?" মক্তবীগী কংয়েৎসিদা ঐ পেন্দবনা তকশিল্লি, " অফ-ফত্তা নৈনবদা ঐগী পাঙ্গল হাপ্পীয়ু। "

মক্তবীগী মীৎতা লৌশিং অমা চোংশিল্লক্লবগুম চীনবান ফাওনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকখি, "তামোগী থব্রায়বু মতম শাংনা বন্দি তাহল্লিবা শক্তম অদুদি লোৎশিনবীরি, ঐঙোন্দা খক তাকপীনীংদেদো ? "

মহাক্কীসি ঐবু মায়থীবা পীগে খন্না হায়রকপমক নক্তবসু ব্রাহোম্বদি য়াওরি, মপাউ হুল্লি; ইশাগী শোঞ্জবা লৈরবনিনা ঐ ইরাল য়াজবা তারবনি।

" ফরে মক্তবী,তাকপীদে হায়বগী নুংঙাইতবা লৈজদ্রে, ইনেশিংদগী খঙনবা হোৎনজরগে। মতুং তারকপা অফ-ফত্তা খন্নবা মতমদদি লৈথোকপীখিবা য়ারোই।"

মক্তবী নোক্লুনা ৱাংলপ হায়, " নুপীদুগী খন্নবা য়াবা মরম্মু ইরে লৈরোইদা, তামো। মহাকপু শকখঙনবা নুমিৎতা মখা ৱাফম চৎথদনবা তামোনা অহলশিংদা হায়জবা শোয়দ্রবনি। "

" নহাক্লা কনমন্না শীথবীবসিনা মরম ওইরগা মহাক কনানো হায়বা ঐ হেন্না হেন্না খঙনীংলক্লে। "

মক্তবী রেলগাড়ীগুম শাংনা চেল্লিবা ৱাখল অমা তান্নবদা মথন্তা নোক্লি হায়বা খঙজদে, লাউথোরক্লে, " অদুদি তামো, হয়েংমক য়াম্না লায়না মীশক্তু খঙবীনবা লম্বী হায়জরম্লগে, ঐগী চীনমক্লুদি মশক মমিং তাকচরোই, ঙাকপীয়ু। "

" করম্না ? " ঐ ঙক্লা হংঙি।

" নুপী মশামক্কা উনবীরো, য়েংবীরো। মহাক হয়েং শঙাইথেলদা মখোয় মন্দোমচাগী মচানুপী লুহোংবা য়াওরুগনি, মমান্নবী খরগা পূং অহুম চপ চানা কারদা চৎসি হায়না লম্বীদা ঙাঙনবা ঐ তারকই। লুহোংফমদি কৈথেল বস থাফমগা ইরাপ লাপ্নদে হায়। নুপীদু খরা হেন্তক কেবা মপান থোকপীনি, পার্লরদা শেন্নবা শম লেংবান্দা পৈবনি, লৈসু য়াম্না চিনগল্লি। তামোনা উবগা ইরায় হেক লায়না খঙবীগনিসে। "

ঐ নোক্লীংলক্লে, ফৎ হায়দোকখি, " অদুম্না থিরুবা তারিব্রা ? "

মক্তবী পোৎলূম থাদ্রিবগুম স্বর লৈতানা হোন্দে, ঐঙোন্দগী নাম্ভোক্লীংবসু মাল্লি, উরু উরু লৈদুনা য়েংলম্মী। অদুগা খংশম শমজীল্লকই, " তামো, ঐ তরু থিজরুখিগে, প্রেক্তিস তৌমিন্নবগী ৱাফম অমা লৈ। "

মক্তবী চৎখি। ঐবুসু অনৌবা ৱাখল অমনা মফমদুদগী হোইরক্লে।

পূং মরিদা ঐ য়ূম হল্লক্লম্মী। ইনে অনী হনখিবতা ঙাইরি হায়না ইধৌনা তম্মি। ঐগীদমক মখোয়না চেনবীরিবা, ৱাবীরিবা পূন্নমক অসিবু ইয়াং য়াংনা লৌফম থোক্লিব্রা ?

মথং নুমিৎকী নুংথিল পূং অনী খরা হেল্লকপগা ঐ শঙাইথেল তম্না কার থৌরম্মী। মাক্লুং, কাচিখুল, কারোংনচিংবা মফমশিংদগী হৌনা সড়ক নাক-য়েৎতা চৎলম্বী লৈশাবী অমত্তসু ঐগী মীৎতগী নাম্ভোকহনখিদে। শঙাইথেল বস থাফম য়ৌরবদা অপিকপা হোটেল অমগী মনাক নক্লা গাড়ী থম্লগা ঐ নোংচুপ পাংনা, খুল্লক ফাওনা, ঙমতক হাইগৎলিবা লম্বী ইন্দুনা, মতম ঙাইবা ওইনা তপ্না তপ্না কাখৎলম্মী।

ঙাপ্রুম চীংজাউগী লোক্লুং নাপোম পূন্নমক উমংনা মগুণ কাহনপ্রে। কূম্বী কালেন অতৎ অখম লৈতনা চেম্ভরকপা ৱাইখুলোক, হৈবীলোক অমসুং থাংজলোক্কী

ঈশিংনা মথ্বায় হাপ্লবা নোংঙা অমসুং থাংজীং লৌকোলগী ফজবনা ঐবু ফনা কুইনা ফারে। হুমদাং য়ানবা লৌবুকশিংদা ঙাম ঙাম হাই হুন্লিবা নাপৌনা য়েল্লকপা ফৌনমদা তেকখৎলোইদবা কনানো? নাশিখোং অমসুং ঈথোঙশিংদগী চেন্থরিবা ঈশিংগী তালদা কৌজেং হারৌনা শৈহৌ ঈশৈ শক্লিবা, লীলাগী ফম্বাকুন্নবা মফমদগী ঐ অসুম নোংপোক অমসুং খা-মৈরন্নোমদা মণিপুর তম্পাক্কী তোঙান তোঙানবা লমদম কয়া য়েংলম্মী। অদুবু, ঐগী মীৎয়েংনা তরুগী পোক্লফম থুংলুবগা ঈশা পুম্বা হিকথরক্লে। ঐ গাড়ী থাফন্নোমদা খোঙ থাংলকখি।

পুংখায় হেন্না ব্রেতিং শেদতা ফম্লবা তুংদা লুহোংফমদা ঈশৈ হৌবগী পুং কর্তল খোঞ্জেল তায়। মৌ খরা নত্তনা লৈশাবী অমত্তসু লাকপা উদে। ঐ লাংতক্লবনা হৌগৎপা তোয়রে, মক্তবীনা এপ্রিল ফুল অমা শান্নরব্রা খল্লক্লবনি। নোক্লীংবা, শাউনীংবা অমসুং ঙাইঙমদবা অহুম্না ঐবু তিগ্রি হৎলে।

পুং মরি তারক্লবা ফাওবা লেঙদনা ফমখিবগী ওইনম্বা মহৈ অমদি থুংলরে, ইরাপ লাপ্তনা অশংবা মারুতি কার অমা থারবদা ঐ হুমাং কাংঙি। মথং মথং কুমথরকপা লৈশাবী মরিদা ঐ মুন্না য়েংলম্মী। সনা লীকথাং অহুম সিবী, হুমাইমুক পাকপা নাইলনা লেংজুম পক্লা হাই হুমহনবী,খোইরবা শন্নাংনা লেংপাক্তা পৈহনবী, হেনমন্না মকে শেম্বদগী অয়েকপা লাই মাল্লবী অব্রাংবা লৈশাবী অমা য়াওরি,ওয়গী নাপদসু পোমশাৎনবা অঙাংবা গুলাব অমা চিল্লি। পাউদর, ক্রিম, কাজল, লিপস্তিক অমদি চন্দন্না অশেংবা শক্তম মাঙহনখ্রবী নুজা অদুগী ফজবা তীংদা-য়াঙদাদি হোংহনবা য়ারন্নোই। অদুগা, মদুখক্তননি ঐগী মীৎয়েং ফারিবসু। ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলক্লম্বীদুনা থোয়চৎননা লৈথোকখিবদুনা ঐঙোন্দা শীংনবগী ব্রাখল ফাওহল্লি। নুপী অদু ঐ তশেংনা মশক খঙদে, অদুবু মমাঙদা করিগুম্বদা উগ্রে হায়বসিমদি মীৎপু অরানবা তাহনবা ঙমদনা লৈরে। অদুগা, মক্তবীনা তাক্লম্বা মীশক্তনি হায়বসু লেপ্লে। লুহোংফমদা চৎলিবীশিংদুগী তুংইন্দুনা ঐ নুপীদুবু খরা মুন্না য়েংনীংখিদবদি নত্তে, অদুবু করিগুম্বা মহাক্লা ঐবু শকখঙলম্লবদি খল্লুরগা ইকাইবনা খাল্লে। নুমিৎনা চীংজাউ মরুমদা লৈথখিবগা ঐ য়ুম পাংলক্লম্মী। লৈশাবী অদুগী কুচু-কুমেন, মরেপ মঙানবুদি কোক্তা হালহৌরবসু মশক্তি নীংশিংবা থোক্তনা ঐ লাকখি। করিনো পুক্লীংদা নোক্লীংবা অমদি লোয়নরক্লি — তরু মানবী অমনা হোস্পিতালদা ঐবু মীওইবগী সেবা তম্বীখি, হন্দক্কী মক্তবী মানবীসিনদি ঐগী নুংশি মৈশা নেমহনবা ঙমগদৌরিব্রা? মান্নবা শকফম্না মশাবু নমথরন্লে হায়বগীদমক লৈশাবী অসিবু মক্তবীনা তাথীরিব্রা? হায়নৈ, নুপীনা খোয়রাঙবসি মঙোন্দগী হেন্না ফজবী উবদনি।

*ইনেখোয়না কঞ্জরুবা মীশক্তু লৈশাবী অদুমক ওইরবদি হৌজিক ঐগী পাউখুম করিনো? চুন্মি, ফজবদদি মহাক লীশীংদগীদি থোইরগনি। অদুবু বুদ্ধিদি? শক্কী ফজবা,* লৌশিংগী চঙখোনবা, লমচংকী নীংথিবা মীওইবা ঐখোয়দা মান্নবা ফমফম কল্লিবনি, অমনা অমদগী হেন্নদে। মক্তবীনা লৈশাবী অদুবু পাউথোকপীবগী অর্থ করিনো? ঐবু খরা হেন্না পুক্লীং চঙহন্নবা লৈশিল্লিবা মরেরা? অমবু ওইরো অমবু ওইরো ঐ লৈশাবী অদুগা শক্কা শক্কা উনরগা ব্রারী অমত্তং শানথোকপদি ফগনি খল্লক্রে।

যূম য়ৌবগা ঐ ইনেহলদা টেলিফোন তৌরুই।

" ইনেহল, ঐনি। "

" ইবুংঙো চীংলেন, করি হায়নীংবগে ? ঙরাং ঐ নঙবু উনগে হায়দুনা ঙাইরম্বনি, য়ুনিবর্সিতিদগী খরা থেঙলকখ্রমাল্লে ?"

" হোয় ইনেহল। হৌজিক ব্রা অমত্তং হংজনীংবনি। "

" হায়য়ুনে। নঙ নাহল ঐখোয়দা লাকই, ঐগদি উনহৌদ্রবনি। "

" ঐ যূম অমা হংবা চঙজরম্বনি। "

" খোঙয়া নকশিল্লক্রবনি, নথম্ভা লাক্কনু তুংদদি, মীনা উশিত্তে হায়নখিনি।"

ইনেহলনা হৌদোরক্লিবসি ঐনা হংনীংবা ব্রাফমগা মরীদি লৈনরে, চনৈনবা অমদি য়াওরি।

ঐ থৌনা খোমজিন্দুনা হংলম্মী, " ইনেহল, মীশক্তু খঙজনীংঙি, কনানো অমুক্তং তাকপীরকউ। "

" করি?" ইনেহল কন্না লাউরকই, "করিনো হায়রিসিবো? নাহল ময়ূমদা উনখ্রে হায়বদাইনে ? নঙগী তৌঙম্বদুদা মমা-মপা শাউরমগদ্রা কিজরিবনি।"

" ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে, ইনেহল। "

" ফাগিগুম অদুম চোইঙাঙগী মতম নত্ত্রে, ইবুংঙো। নখোয় অনী করি হায়নখি খঙনীংমনবদগী ঐ হৌজিকমক ময়ূমদা চৎলুবনি। মশা লৈরমদ্রে। হৌজিক্তি নঙোন্দগী তারগে, করি হায়নখ্রবগে ? "

" নুপীদুবু করি লমদগীনো ? মমিংনা করি কৌবগে ? "

" ঐ জ্ঞান অমা মাঙলেদা ! মক্তবীবু খঙদে ? " ইনেহল কন্না লাউরকই।

" এ ! মক্তবী ! " ঐসু কন্না লাউখি, " মহাকপুদি করম্না ? "

" মা নত্ত্রবদি কনানো ? মঙোন্দগী হেনবা কনা থিরুদৌরি ?"

ঐগী অঙকপা অমদি ইকাইবা কপ্পীংবদা ওম্থুরে। শাওনীংবগী বোম অমসু থম্মোয়দা পোকখায়খ্রে। ঐ কোক ঙাওবনা করি হায়সিগে কাউখি। ইনেহল

ঐগী ব্রা ঙাইরি।

ঐ হায়দোকখ্রে, " মদু য়ারোইদা, ইনেহল।"

" করিগী? " ইনেহলগী ব্রাহংদা অশাউবা চেন্নে।

" মরম অমা লৈরে, মহাক নত্তবা অতোপ্পা কনা ওইরো কনা ওইরো অমা য়েংবীবদা ঐ য়েৎচরোই। "

" নুপা মচা, হন্দক্তি অদু অদা য়াররোই। মাগী মমাদু নখোয় মামহলগী মচলনি, নিংথৌকাবা নুমিৎতা মাঙ্গোল কানবা অহল-লমনশিং লেপ্লখ্রবনি। "

" ইনেহল ঐ খুরুমজরি, ব্রাফমসি অমুক্তং হন্দোকপীয়ু, মত্তবীগী ব্রাসু তাবীখো। মরকসিদা মপান থোকহন্নীংদবা ব্রাফম অমা লৈরে। "

"ইস! শোয়রেনা! মসিদি চঙহাৎ হাৎপনিনা!" ইনেহল স্বর ফী ফী হোল্লি।

" ফরে ইনেহল, ব্রাফমসি ঐঙোন্দা শিন্নবীরো। ঐ মহাক্তা ঙসিমক উনজরগে।"

ইনেহল শাউবনা মখা তারকখিদ্রে। ঐসু শাউখি মত্তবীদা। করিগীনো ইরাংসি খঙবগা মহাক্তা ঐঙোন্দা তাক্লিবা? ঐসি কয়াদা চোপচরবা ! করি লীলানো ঙরাং মহাক্তা শঙাইথেলদা শান্নখিবা? ফাগি লক্লবা ওইরবসু হেনমল্লি, মতাংসু চাদে। ঐঙোন্দা তাকপদা হঙ্গোয়রবসু ইঙ্গিৎ মচা অমত্তং পীরগা লোইরে। মথং মথং নৈনরুরগা মত্তবীগী ব্রাখল ফাবা লুরকখি।

ঐ য়ুনিবর্সিতি চৎত্রে, হিপফমদা ফল্লগা ইথন্তা মরৈ কয়া য়েৎনৈ। পোলোই তানবদি ইঙম ঙমদে, হেন্না হেন্না চয়েৎনরকপগা লোয়ননা ঐ পারীগী মাঙদা মায় থম্ফম লৈরোইদৌরি খল্লুবদা থক থক নিকই। হকচাং ঙমদ্রবোই খন্দুনা ইধৌনা ইনাক্তা ফল্লবা অহুম্লক শুরে। অকোনবদদি ইধৌ মত্তবীগী ব্রাফম হৌদোরকই। নিংথৌকাবা নুমিৎতা মাঙ্গোল কারুরগনি হায়বদু ইধৌগী ব্রারীনা অমুক চেৎশিলহল্লে। ঐ করি খুমগনি ?

অসিবু পঙথদুনা লৈবা য়ারিবা মতম্লা ? পারীনা করি ওইনা লৌখিগদৌরি? চনৈনবা ময়াম্না শুম্লবদা ঐ নরক্কী কোমদা তাবগুমখ্রে। তাঞ্জাসিদা ইখং খংনা খীংলকপা টেলিফোন থাঙ্গৎলুবদা ইনেহল অমুক ওইরম্লে, ঐ পাখৎলপ তৌই। মত্তবী হৌজিকমক লাক্তুনা ঐগা উনরগনি হায়বা পাউ ওইরম্লে। মহাক্কী ব্রারীদসু মরোল অমা ফুমদুনা চৎলি, ঐখোয় লৌতুনবা য়াওরব্রা হংলকখি। চান্নবা মরূপ্নি খঞ্জবা মহাকপু উনগদবা ইকাইরক্লিবসি করিগীনো ? ঐগী খোঙফম শোয়রবনি।

পূং অনী তাবগা মত্তবী য়ৌরক্লম্মী। মহাক ঙসিদি অথুম-অহাও খরসু পুরকই। চঙলকপগা ইধৌবু খুরুমজখি। ঐখোয় অনী ঙাইহাক ফম্লক্লে, হৌদোকপা

ঙাইনবদা তুমিন তুমিন লৈনরম্মী।

" নুপীদু তামোনা ঙরাং উবীরে, মশক মমিংসু ফজনা খঙবীরে, ঐনা থমজখিবা ব্রাফমসু অচুম্বনি হায়বা য়াবীরম্লগনি খঙ্জে।" মক্তবী খোঞ্জেল থোৎলি, অদুবু লাম্ছেংনবগী থৌনা পক্লা হায়।

" অহোয়, মহাক্কী মমিং অঙকপী কৌই। মহাক্কী রাশি-গুণগী মশেক-মঙালনা য়েহৎলম্বদগী ঐ হৌজিকসু অনাবগুল্লে।" খাম্বা ঙমদনা ঐনা ফাক ফাক নোকপদা মহাকপুসু য়াওহনগে খন্না হায়খি," লাইরেম্বীদুবু স্বর্গদগী কৈদৌঙৈ কূল্লকপগে ?"

" চন্নদবীদু ইথৌনা ব্রাংমন্না থাঙ্গৎপীরম্বদা ঐ পাখৎচখি। লাইওইরবা অহলগী পুক্লীং শোকহঞ্জনীংখিদে। অশেংবা মীশক্তু তামোনা খঙলকপা মীকুপ্তা ব্রাকায় থোক্কনি, ইথৌ নুংঙাইরোই, থম্মোয় ব্রাগনি, ইমা-ইপা ইকাই ফিরুক খুমগনি খঞ্জরুরগা ঐ নাকোইননা ময়ায় লম্বী অমা থিবা পামজখি, মতম খরা চঙজরবসু।"

" উপায়দু হৌজিক ফংবীরব্রা ?"

" ফংনবা হোৎনজবসিদা তেংবাংবীয়ু। ইশাগী অয়াবা পীখ্রবনিনা তয়াং তয়াং হায়দোকপা লুই।"

"ঐসু ইথৌদা চীন পুৎথখ্রে হায়দুনা নহাক্কা লুহোংনবগী নুমিৎ লেপ্লবা ঙাইরগদ্রা?"

" খোঙফম হন্দোক্লবগী লম্বী থিবা তামোগীসু থৌদাংনি হায়বা য়াবীরে। মতাংসিদা হৈ-শিংনা চৎথদ্রবদি পারীগী মিং পন্নরক্কনি, অহলশিং মৈ হৌনরক্কনি, মসিনি ঐনা কিজরিবা। মরমদি পারী ইকাইবা নংবদগী শাউদোকখ্রবদি হেন্না চাউবা ব্রাকায় লাক্কনি।"

" খঙদ্রে মক্তবী, হৌজিক ঐগী ওইনদি হায়ফম্মু লৈতেদা, অশেংবা ব্রাফম অহলশিংদা ফোঙদোকপা নত্তনা।"

" ঐঙোন্দসু থৌনা অদুমক লাকপগী মতাং লৈ, পারী থুংলবা ঙাইখিসি, মহাক্কী ব্রাসু তাখিসি, মসি হায়জনীংঙি।"

" ব্রাফমসি পারীনা খঙলকপগা থাপ্লা হন্দোকখিনবা ব্রারেপ লৌখ্রবদি নহাক ঐঙোন্দা লুহোংনবা থৌরাঙ তৌবীগনি, অসিরা মক্তবী?"

" তামোনা মদুমক খনবীবা লৈরবদি ঐ হৌজিকমক ইথৌগী খুয়াখাদা তুজগে, ঙাকপীনবা হায়জগে।"

" মক্তবী, তাইবং মীগা লম্লক্কী শাগা য়াম্না খেন্নবনি, মরূপ করিনো হায়বা ঐ খঙজে। পুম্সিবু ইথন্তগীরা ?" ঐ কন্তক হায়।

পারীগী মরীদগী মক্তবী ঐগী অচেৎপা মরূপ্নি, য়াম্লসু ইকাই খুম্নজে, মখোয়গী য়াইফ-লম্বীদা ঐগী মাঙজবা মশীং থাফম থোক্তে, মখোয়গী অপেনবদু ঐগী নুংঙাইজবনি। মসি খনবা ঙমদ্রবদি ঐনা মখোয়বু মরূপ কৌরুগদ্রা ? কনাগীদমক্লো ঐনা চাউথোকচরিবসি ?

মক্তবী হায়গদবা লোইশিল্লক্লবগুম নেমথরকই, " তামো, ঐ য়ৌজখ্রগে। লৌশিংদা অথোইবা তামো লৈনা লৈনা করিগী অপঙবী ঐনা ব্রারুফম থোকই। মহাক য়ৌরকপগী পাউদি পীবীরকউ। "

ঐনা মক্তবীবু গাড়ী থাফম ফাওবা থিন্দোক্লুই।

মথং নুমিৎকী পূং তরা তাবা মতমদা, য়ুনিবর্সিতি চৎনবা থৌরাঙ তৌরিঙৈদা, পারীগী টেলিফোন লাকই। মহাক তুলিহল এয়রপোর্টতা লৈরে অদুগা মহাকপু লৌবা কারসু লাক্লে হায়রকপদা ঐ ইঙক ঙকখি। ময়ূম চৎত্রিঙৈদা মক্তবীবু উনরমগনি, অয়ুক ঙন্তা কোলকাতাদগী টেলিফোন্দা পাউ পীখ্রেসু হায়রকপনি। ইথক্তা নল্লম্বা পোৎলূমগী তঙ্খায় অমদি থাখ্রে, স্বর খরগী মখৈ চনীং তারেদি হায়ববু মখোয় অনীগী ব্রারীগী পোলোইদি খঙনীংবনা লাংতক্লবা হেনগৎলক্লি, ঐ খুদক্তা নম্বোল য়ৌনীংলক্লে। অমুকসু, ময়ূম য়ৌবা লম্বীদা পারীনা ঐবু শোয়দনা উনরম্ফম থোকই খল্লুরগা ঐ ঙাইরগে খল্লি।

পূং অনী মাঙওইননা থোঙ্গালদা কার অমা থৌজিল্লকই। ঐনা ঙক্তক য়েংলিঙৈদা মক্তবীগা পারীগা কূমথরকখি। পারীগী অমকপা মায়থোংগা চীনবানগী মোমোন মীনোক্না চূনদে। মক্তবীদি চয়েৎনবা ময়াম্না হঙ্গোয়বা মাঙহনখ্রবগুম ইয়াং য়াংনা উই।

ঐখোয় অহুম কাদা মায়োক্লনা ফমথবগা ঐনা হৌদোক্লম্মী, " পুন্সিসি অশাংবা মঙলান্নি। "

ঐনা নোকপদা শমথখিবা পারীনা খুম্লকই," মঙলানগী ফম্বাক্তা ঐখোয় লীলা শান্নরি। "

" অদুগা লুরবা তাঙ্ককসিগী ব্রারীদি ইবেম্মা মক্তবীদগী তাবীরম্লগনি?"

" হোয়, মরূপ, পোলোই ব্রারেপসি ঐখোয় অহুম্না লৌগদবা ওইরম্লে, অনীখক্তনদি য়াররোই খঞ্জদুনা মক্তবীবুসু লোয়নজরকপনি। "

" মরূপ,তাঙ্ককসিদা ঐগী পার্ট য়াওদবগুম তৌই,ঐবু কোমথোকহনবীয়ু।" ঐ দাবি য়াওনা হায়।

" য়ারোই, ঐনা পাজবদা মরূপ্নবু হেন্না মরু ওই। " পারী লুশিন্না ঙাঙজি।

" নোংমা মরূপ্তা ফোংদোকচখিবা ঐগী ব্রাখল ঐখোয়দা অসুম থোক্লগনি খঙনা হায়জখিবা নত্তে। ঐগী মরমদগী ঐখোয় পূন্না মৈশা লাংমিন্নরে। "

" চক্র অসিদা ঐখোয় কুইনা উঙদুনা লৈরবদি মীনোক লাক্কনি; ইথৌবু তুংওইনবসু ফত্তে, অথুবা অমসুং অচুম্বা ফিরেপ লৌসি।" পারী তকশিল্লকই।

" করি লেপ্পবীরক্লবগে হায়বদু তাজবগী শরুকখক্তা ঐঙোন্দা শিন্নবীয়ু।"

মক্তবী কোয়রাওনবী মীৎস্না অনীমক ঐঙোন্দা পূল্লপ থল্লগা য়াওশিল্লকখি, " তামোগী জাবান হান্না পীবীয়ু। "

" ঐগী জাবান্দি অহানবমক্তা লাল্লি হায়জবনি, ঐঙোন্দগী মত অমত্তা তানবীফম থোক্তে। "

" ঐখোয় অহম্মক লোইনা লাল্লে হায়নরবদি অচুম্বদি কনা ওইগদৌরি, অদুগা অহলশিংদা দোষ থৈজিনবনা ফল তাবসু য়ারোই। " পারী ঐগী ব্রা ককপনি অদুবু ফাগি চেনবা মীনোক্তা মখা তাই, " অহলশিংগী অপাম্বদু চৎথহল্লসি। "

" হৌজিক ইথৌ চৎথোকখ্রি, হল্লকপগা খোঙথাং হন্দোকপীনবা হায়জরগে, ইবেম্মা মক্তবীসু মান্নবা থবক পায়খৎপীদুনা অহলশিংবু ফাথবীয়ু।" ঐ অশেংবা ব্রাফম থম্মি।

মক্তবী য়ানীংবগুম তুমিন লৈ।

পারীনা শমথৈ," মরক্তুদা ঐগী মিং পন্নরকনি, মুন্না খনবীয়ু। "

" অসি নত্তবা করি উপায় লৈরিবগে, হায়বীয়ু। " ঐনা হায়।

" লুহোংবা, অহল-লমনশিংগী য়াথং ঙাক্লরগা। "

" মরূপ্পা অসুম ব্রারৌবীগনি খনবদা ঐ য়াম্না ব্রাজখি। " ইকাই নুংশি য়ান্নরকপদগী ঐ য়াম্না পেন্দ্রবনি।

"তামো!" মক্তবী পারীদা য়েংলগা খোল খজিক্তং ব্রাংখৎলকই,"ঐগী ইকাইবা অমসুং অব্রাবা কোকহনবীগনি খঞ্জদুনা তুংইঙ্গরকপনি। ঐবু থাজবীনবগীদমক্তদি পলেম-পম্বৌ চাউনা হিংলি, চৎন-হৌনদবা স্বয়ম্বর অমগীদমক পঙলবী ঐঙোন্দা বর মালা শিন্নবীগনু। হৌজিক মফমসিদা তামোনা ঐবু পুবীরকপনি, অদুবু অমুক থিনবীদ্রবসু য়াজরে। "

মক্তবীনা হৌগৎলকপদা পারী পন্থফম থোক্তবনি, ব্রারেপ পাথোক্লকপগুম হায়রকই, " অহলশিংনা লেপ্পখ্রবা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা, নিংথৌকাবা নুমিৎকী থবকসি থুগাইবা ফরোই, কায়দনা অদুম চৎথহনসি। "

ফুগৎলকপা পেন্দবা থিংবদা ঐ নোকখি, পারীবু খান্নগা হায়," মাঙ্গোল

কাবগী থবক্তু মরূপকী ওইনা পাঙথোক্লুবদা ইথৌগী হৈনিংবা ময়েং তারোই, মরকসিদা মী মচা কনাসু য়াওদে খঞ্জে। অদুগা মরূপ, নুপী মচা অসিদা পোৎলূম অমা থোঙ্গৎতুনা থম্বীবদি লাল্লি হায়বা য়াবীগনি। ”

শাউরপ থোকখিবী মক্তবী থোঙ্গাল লানখ্রে। লৈশাবী অমনা মায়রোং য়াবা ঙম্ফম থোক্তবা মফম মতমদা মহাকপু পুশিল্লকপসিমক পারীগী কা হেনবা থবক্লি। মহাক ঙাকপীয়ু হায়বগুম মক্তবীদা থাপ্লা য়েংলম্মী।

“ ঙাইবীখো, মক্তবী। ” পারীনা কৌই।

“ মরূপ্না হঙ্গোয়বীরবসু ঐ হোরেন নুমিদাং টেলিফোন্দা পাবুংগা ৱারী শানজগে। ” ঐ পারীগী খূৎ পায়দুনা হায়জখি, “ মক্তবীবু অহলশিংদা শক্তাকপগী থৌদাং লৌজগে। ”

পারী করিমত্তা খুম্লক্তে, ঙক হাইরম্লগা মক্তবী তান্নবদা কার থৌখ্রে।

# ৭

অশাউবনা খূৎলাই থাঙ্গৎহল্লবসু কাউথোকহনবদি থুই, ব্বারৌবনদি পাক হন্থহন্দে। ঙসিসি ঐ ব্বারৌই, ইশাবু ফাথবা ব্বায়, পুক্লীং নুংশিরকপনা চীংলেন অমসুং পারীদা ওনশিল্লমদনা পরপ পরপ থোরক্লবনি। চীংলেনখোয়গী থোঙ্গালদগী ঐ রিক্সো অদুম তোংখৎলক্লে। তুংদা তান্নরকখিবা পারীনা কারদগী মখূৎ হাইর হাইরদুনা খাম্নবা হোৎনরবসু ঐনা রিক্সোদু লেপহনখিদ্রে। বস থাফম য়ৌরকপদা মহাক ফিংলপ চঙশিল্লকখি।

"মক্তবী, ঐ থিঞ্জরমগে, হায়নীংবা খরসু লৈজরি।" পারী খাম্নবা হোৎনরকই।

ঐনা হায়খি, " লৈই কাল্লবী লৈশাবী অমবু তামোনা হেন্না অমুক মীমাঙ থোকহনবীরোই খঞ্জে। "

" নহাক্লা ব্বারৌবদু ঐ য়াই, অদুবু ফুঞ্জাক্লবা ব্বাফমসিনা ঐখোয় অনীগী খূজিন্দা তুমদি য়ূরিবনি। "

" লংফৈদগী ঙসিতমক থুংবীরবনি, য়ূমদা পোৎথাবীরুরো, হয়েং য়ুনিবর্সিতিদা ব্বারোল পূম্নমক তাজরগে। "

অকনবা লাকচ-শাফু অমনা য়ৈরকপদা ঐ পারীগী ব্বাফম কপ্লোকপা ঙমখি। চৎপা হৌরবা বসতা ঐনা কাখৎপা য়েংদুনা লেপহৌবা পারী ব্বাখলগী নপ্লোসু পোহৌরি।

অহীংদু মওল-মওলনি খনখিবা, মীৎ কেৎ চিংখিদে। অহলশিংনা চঙশিন্নরল্লিবা ব্বাফমসি ঐনা নাহল চীংলেনখোয় ইধৌদগী খঙলকপা মীকুপ্তা মতেক অমা লোৎলমদ্রবদি অসুক য়াম্না চয়েৎনরল্লোই। মতম অদুদা ইশাগী অনীংবা লৈজে তাক্লুনা ইকাই খুম্নবগী চৎনরোলবু ঐগী বুদ্ধিনা থৈদোকপা ঙমখিদ্রিবা করিগীনো? অদুগা চমজরবা, মরালসু লৈজদবা চীংলেনবু শঙাইথেল তানা পুথোক্লগা লক্লরুরিবনা করিগী? মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লোন্না থুপ্লা লাৎলিবা শকখঙদবী অদুগা অথোই অহেন তান্ননীংখিবা ঙাওশিন্নবা শাজৎনা পাখংগী লোনচৎপু কাউথোক্লুরিবা করিগীনো? মহাক্লা ককঙাওনবা উরগা ঐঙোন্দা

নুংঙাইবা অমা ফাওখিবদু লৈশাবীশিংনা মিতানবা নাপল কৈথেলগী শেন্দোং হায়বদুরা? নুমিৎ অদুদা মহাক্কী হূরপ্পা মীৎয়েংদা খোয়দাবা অমদি লাংতক্লবগী পাউজেল পুবা ঈথক ঈপোম্মা ঐগী পুক্লীং লৈরায়বু থুগাইনবা হোৎনরকখি। অকনবা নুঙনা খাগৎপা পল ওইরম্বদগী জোন্নারদু মায়থীখিবনি, অদুবু য়ৈরম্বা শাফুগী মমিদি থনল্লে। মদুগী ফলনা হৌজিক চীংলেন অমসুং পারীগী চেংলৌ শকফম ঐগী মীৎতা পূনশিন্নবগুম উরি, অদুগা মখোয় অনীগী লোনচৎ-শাজৎ দোষ গুণ খল ওন্দুনা শান্নবদা নুংঙাইবা ফাওরি। মসি কুইবদি য়ারোই। নুজাশিংগী তয়াং তশোইবা হায়বা মীয়াম্মা য়াবীবা অফোংবা পোৎহাপ্লি। ব্রাখল অসি থাপ্পা হুন্দোকখিদ্রবদি পারীনা অরোইবদা অহল লমনশিংগী ব্যবহার ঙাক্লবা ওইজবা থাদোকপগী অচেৎপা ফিরেপ লৌখিবদা ঐনা চীংলেনবু নুংশিবা ঙমগনি হায়বগী পাউখুল্লোমদা ঙামথরক্কদৌরিব্রা, চিংনবা লৈরে। মসি বিশ্বাসঘাতক্কি। চহী কয়াসি ঐ পারীগী নুংশি চিন্তা পুদুনা লাকখ্রবীনি। মহাক ঐগীনি হায়বা ব্রাখল থাদোকফম থোক্তে। অনৌবা পম্বুং তান্দুনা ঐ নুংশি লমজেল চেল্লোই।

মথং নুমিৎকী পূং তরাদা পারী ঐখোয় অনী য়ুনিবর্সিতি গেটমক্তা উনে। পূং অমদা ঐখোয়গী ক্লাস লোইগনি,ঙাইবীদবা য়াদে হায়রম্লগা ঐ দিপার্টমেন্টলোমদা লাকখি। পারীনা অব্রাং পাংনা গাড়ী যৌগৎখিবদা ঐগী ব্রাখল ইফক ফকচিল্লি, চীংলেন পুদুনা লাক্কদৌরিব্রা হায়বসিনা য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে।

ক্লাস লোইবগা ঐনা গেটলোমদা থোরকপদা পারী য়াম্না ব্রানা ঙাইদুনা লৈরম্লে। ঐ পন্দনা মহাক্কী গাড়ী থাফল্লোমদা চৎলম্মী।

ঐনা হায়রুই, “ ঙসিদি লমহেনবীগী অপাম্বা মায়কৈদা পুবীবা তারেদো।”

“ লোইশিন্দবা ব্রারীনা নুংঙাইহন্দবসি মীপূম খুদীংমক্তনি, ব্রারেপকীদমক অফবা মফম মতম অদুবুনি ঐনা য়েংজরিবা। ” পারী নুংশুক-নুংজাননা ঙাঙখি।

“ থৌবীরো, মতম খরা চঙগনি, থাপ্পা চৎকদৌরিবনি। ”

মহাক ঐঙোন্দা ঙক্তক য়েংলগা গাড়ী ষ্টার্ত তৌরম্মী, অদুগা হংলকখি, “ কদোমদনো ? ”

“ অব্রাংলোমদা। ”

চুমদ্রিং লাক্লম্বদগী ঐনা লম্বী থৈহন্দুনা শিংজমৈ থোঙ লাম্লগা কোংবা তমহনবদা পারী করিনো অমনা তিগ্রি হংলবগুম থীক থীক নোক্লকখি।

“ কনা মরূপকীদনো ? ইকাইজেকো। ”

ঐনা খুমখি, “ য়ৌরগা খঙবীরসি, ইকাইবগী পঙ্গাউ মায়থাবীনা করম্না

লানবগে হায়বসু উবীরগনি। ”

লমদমসিগী রেষ্টুরেন্টশিংবু ঐনা য়েংনীংদবদগী হেন্না মহাক্না তাথী। মরী-মতা নত্ত্রগা ইমান্নবীশিংগী য়ুমদা চৎলিবনি খন্না মহাক গাড়ী থৌরি, মরম অদুনা ইকাইবা তাম্থোকপগী লানফমদা লৈরবগুম উই।

ঐগী চেকশিনবা ইতৌ অমসুং ফাগি য়াওদবা ব্রাঙাঙদগী অশেংবা ব্রারোল ফানবা হোৎনবদা পারী চীনবান মথক-মখা তক্লরি, ঐঙোন্দসু হূরপ হূরপ য়েংদুনা গাড়ী তপ্না থৌই। কোংবা কৈথেল য়ৌরকপগা ঐনা য়াইরিপোক লশ্বী ইন্নবা হায়রুবদা মহাক হেন্না ঙক্না য়েংলকখি।

“ শকখঙনবা মীকা থেংনরবদি নুংঙাইজনিকো। ” মহাক হঙ্গোয়বগী মথক্তা চৎনীংদ্রবগুম হায়।

“ চেল্লে হায়নখ্রেদনা, কিবীব্রা ? ” ঐ অহকপা ফাগিনা ওক্লম্মী।

“ মক্তবী ! ” মহাক কন্তক লাউরকই, “ লূজদবা লমচৎ শাজৎকা নকশিন্নবা অদুগুম্বা ব্রাবু... ? ”

“ তামোনা ঐগা লোয়নবীবদা মোৎলি ঙাঙনখিনি অসিরা ? অদুদি শেংনা লৌনখিগদবা খোঙলোয়দু কনানো খঙজনীংব্রেদা। ”

“ নহাক্কী ব্রাহংগা ঐগী পাউখুমগা শন্তাইনবা লশ্বী থিরিবা নত্ত্রনে? অদুগা খোঙচৎ অসিদা অমাংবা ব্রাফম থাংজিল্লকপসু চুমদে। ”

“ নাম্থোক্লবা হোৎনবীরিবা তামোনা লাল্লি খনবীরবসু ব্রাখল লৈতবী ঐগীদমক্তদি থবক ওইনা উৎথোকপগী মতম লাক্লে। ”

“ মক্তবী ! ”

“ ও ! তশেংনা কিবীরে ? ” ঐ হেক্তা য়ানশীল্লি।

পারী খুল্লক্তে, গাড়ীদি য়াঙনা থৌগৎলম্মী।

ইরীলবুং চীংয়া উমং থেক খোইনা লাকপা মতম ফাওবা ঐখোয় ব্রা ঙাঙনদ্রে। ব্রাইথৌ ফুনালগী কিহোম লৌকোল,চনম শন্দ্রোক্কী পাৎলৌ, খেন্নবা শকফমদা ফজবা তান্নরি। লোইরোই লোইরোই, লাইরেন মথেক্তা হাইগৎলকখিবা ঙারিয়ান চীংশাং লাম্থোক্তুনা অংথাগী তময়া তন্নকপদা পুক্লীং হূরবা দৃশ্য ময়াম্না খাল্লবগুম পারীগী কার শিৎতুনা চৎলে। নুপীগী চৎনলোনবু ঙাক্তুনা থল্লিবা অকনবা শস্বল অমা থুদেক্তুনা ইনীং তম্নীংলক্লিবসি করিগীনো? শোয়রোই ঐসি লমকেৎ লমহাইবীনি হায়নখিবা।

“ তামো,য়াম্না থাপ্না পুজরকপসি চিংনবীব্রা?” হায়ঙশ্বী ইতৌ মপান থোকখি।

“ মক্তবী,হন্না হন্না ইকাইবা পীবগা হাৎপগা করিদা খেন্নরিবগে?”

" চোপ্লা অমসুং ইকাইবা ইশরুক ওইজগে,শিবগী লম্বীদসু মাঙ থাজগনি।"

" ঐগীদি নহাকপু অসুম ঙক্লা য়েংজহৌবা তারবা ! " পারী হন্দক্তি অৱাবগী খোল্লোক্তা নোকখি।

ঐখোয় অনীগী ৱা মতাও ওইখ্রে। ঐ তুমিন লৈরম্মী। মহাকসু ফৌরক্তগী চরোয়না তীল ফাবা য়েংবদা হেন্না লূপশিনখি।

পোইরৌ খোংজীন য়ৌরক্লে, ঐনা য়েৎলোমদা খাইবা অখূবা লম্বী ইন্নবা হায়রুবদা পারী কার খাম্মি, অশাংবা স্বর অমা হোন্দুনা ষ্ট্যারিংদা ঙাথখি।

" পূং অনী তারে। " পাক্লবা লাইবক্তা অমুক্তং মখূৎনা নাল্লগা মহাক তপ্না শোল্লি, " মতমসিবু থেঙলেদা। "

" অনীরা, অহুল্লা, থেঙ্গে থেঙজসনু। " ঐগীসি ওইরম্বা তাই তৌঙম্বী হায়নবসি, বন্দ লৈতনা হায়দোকখিবনি। " ঐ তামোগা লোয়নজরি।"

" মক্তবী, ঐবুসু নহাক্লা শেন্নবীরি। অদুবু কয়া য়াম্না ৱাৎলিবগে হায়বদুদি তাকপীবা য়াই। "

" নক্লে তামো, থাপত্রবনি, কাইনা মন্দির য়ৌগদৌরে। "

"কাইনা মন্দির!" পারী ইখং হেক খংই,হংলকই,"কনা লৈবগে মফমদুদা?"

" গোবিন্দ। ঐগী ৱাকৎতাবীনবা লেঙদনা ঙাইবীরি। "

ঐনা নোকপদা মহাক য়াওরক্তে। গাড়ীদগী কূমথরগা মহাক নোংপোক্লোমদা তাম্না য়েংদুনা চপ লেপ্লম্মী। অন্দ্রো চীংখোঙ ফাওবা শন্দোকখ্রিবা ঙমখৈ চাউরবা পোইরৈ লৌকোলনা মহাকপু ফাবদা চীংশাং পরেংসু পাংশিল্লক্লিবনি। মহাক লৈ লৈদুনা,মীৎ কুপ্তুনা য়েংলগা লৈরে। লাংবন থায়ায়গী কাতিনা চপ্তুনা অনেম-অৱাং মান্নহল্লবা নাপৌনা য়োমদুনা শাৎলকপা অঙৌবা ফৌ মপালগী ঈথক-ঈপোম চাউরে,মনম্না খোয়থুম্নরে। তপ্না হুম্বা মালংবনা হোইদুনা পুরবগুম মহাক পান্দম য়াওদনা মখোঙ থাংলকপগা ঐনা ফায়,অদুবু লূপখিবা ঈরোলনুংদগীদি ফাওগৎলক্ত্রি।

" য়েংঙু মক্তবী, পলেমগী নীংথিজবা, লেমজবা শকফম মালেমগী করম্বা মফম্না নমথবা ঙমগনি ? "

নিশা চুরবা ৱাহৈশিংদু পারীগী চীন্দগী অমমমতা চোংথোরকই। মদু মাইবীগী লাইফাওসু মানশিল্লক্লে, শুম্বসু য়াওরি।

" ঙসিখক্তা খঙবীরিব্রা ? " ঐনা হংঙি।

" পোক্লফম পলেমগীদমক চাউথোকচবগা লোয়ননা ঐখোয়না লাঙজবা

সেবানা মাবু অমুক্তং নোকহনবা, হরাওহনবা ঙমজরবদি পোকচবগী মহে য়াল্লবনিকো। ” পারী মীৎলুদা পিরাং শিন্না মখা তাই,“ ৱাজরবী পুকফবী ইমাবু নীংখা তম্না মতিক মগুণ শকচ-শোঞ্জনবা লৌশিং, থৌনা, পাঙ্গল মাঙশিল্লক্লবা লৈয়েং ফারবা মচা ঐখোয়সি কয়াদা তোল্লবা! ”

“ ময়ামদু তেংথারুবদা লোইররোই। অদুবু তামো, ” ঐ মহাকপু তৃপ্তদগী হৌদোক্লবনি, “ মতমসি থেঙলে হায়বীখি। ”

পারীবু ঐনা অঙাং মচাগুম থেন্নবা তুংদা গাড়ী খাম্ফমদা পুরক্লে। মহাক হৌজিকসু চোইরোলগুম ঙাঙবা তোক্ত্রি।

“ থম্মোয়নুংগী অশেংবা ৱারোল চোংথোরকদবা অসিদগী হেন্না ফবা মফম মতম কদায়দবু লৈরমখিনি ? ঙাইহাক পন্থখিসি কৈদৌবগে, শুমহৎলবী পলেমগী নীংথিবী মমোম নহাকপু। ”

“ তামোগী অচেৎপা ৱারোল ঐনা খঞ্জখ্রবা অশেংবা মফমদা তাজনীংলে, গাড়ী থৌবীরো। ” ঐনা তকশিল্লম্মী।

পারী মখা তারকখিদ্রে, মশাসু শরূক অনী লূম্না উই।

পোইরৌ খুল্লক ফাওনা লাক্লগা অৱাং পাংনা লোইরোই হাইগৎলকপদা ভগবান্না গোবর্দ্ধন্নি খন্না লেঙশিনখ্রবা শুমহৎয়াই চেনবী চীংগোন্দুনা করিগীনো ঐঙোন্দা অদুম্না চীরোল তৌরক্লিবা,‘ইথানুংদনি ঐনা চেজেৎ গোবিন্দবু কোঞ্জরিবা, নঙদি করিগী পাম্বোম অনীদু অদুম হাঙনা থল্লি? ’ মঙলনে ঐগীদুবু, খল্লকপগা পাঙথোকপা ঙমখিবদু? মুরবা মনাম তারবা পারীগী শমদা ঐগী খৃৎনা নাল্লম্বদগী পাম্বোম অনী মতা ফরবা ঙকশম য়ৌখ্রে।

হে ভগৱান ! মনা পুঙলবা উজাউশিংনা থৌগন লাংদুনা সেবা ফংজরিবা কাইনা গোবিন্দগী মন্দিরদা ঐগী ৱাখলনা লাম্লুবা তাঞ্জাদুদি কদায়, পুরা তাইওন্নরম্লে। বস গাড়ী নিপালনি থারম্বা। কাঙলূপ অনীগী মীয়াম অমা অচৌবা মাণ্ডবতা সংকীর্তনগী তুংইনবা উৎসব চাকলেন ফংনবা লোইশিল্লকপগী চরাংনবা তাঞ্জা থোক্লি, অদুগা অমরোমদনা মখাগী পিক্তক তৌবা মাণ্ডবতা কবি সম্মেলন অমা পাংথোক্লবা মীয়াম তিল্লি। কবিশিংসিসু জাৎ জাৎ তৌবনি, ঙাওদে হায়বা য়াপোৎ নত্তে। চামনা হৌদোকপা মখোয়গী সভাদা মঙানা লোইশিনখিবদা পেন্দবা লৈনদে। সাহিত্য শৃবশিংনা ঙাঙনবা ঐ তাখ্রে — মণিপুরসি কবিনা ৱাই চাইরে, মোংফমদা খোংবা লমহূই শঙ্গুগুম্লে। সাহিত্য শীংলূপ্না চেঙগুম শৌবকপদা মনাগী মমলসু চৱনা হেন্না তাঙলবনি। ছন্দ-মাত্রা থিদবনা শৈরেং লেংবা,

পংচ্রেসন হৈতবনা ৱারেং শেম্বা, রস থৌশাদবনা লীলা ইরকপগী অশোয়বা তাক্লদনা ঐখোয় ইশেল,শক মায় য়েংনদুনা পঙথাদা থাগৎনরবা লমদম্নি। ফাওনীংবনা সাহিত্যদা এদভরতাইজ হালেংদবা,চেখুম্নু পাল্লবদি লামায় তরাসু লাইরিক কৌনবা, কাঙখূন্দা মপান শাৎপা,মনানা লাইরিক্কী মগুণ লেপহন্নবা হোৎনবদা কাঙলূপ নাইনা লৱায়গী ইম্ফালগী মীচং খোম্বা,মগুণ য়াওদবা পোৎথোক য়াম্মল্লকপা, ময়াম অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা পাবীনবা মশীং হন্থহল্লকপনি হায়বা অইবশিংনা কাউথোকখ্রবগুম তৌই। ঙাঙন-হায়নরিবা পূম্নমকসি ঐখোয়গী সাহিত্যগী খোঙচৎ নৌরিবগী ওইরম্বা য়াই,অদুবু মসিগী অচুম্বা থিবদি ঐগী লমখৈ নত্তে।

ঐ পৈরম্বা মীয়ামদা থৌশানা য়েংদে, পান্দম কায়গদৌরিব্রা খল্লুবদা য়াম্না লাংতক্লরি। পারীবুদি কবিতানা চিংশিনখ্রে। তাল্লক্লুদা ঐ মন্দির পুজারীগী য়ূমদা চঙলুই। ঐ য়াম্না নীংবা কায়খি, মরমদি, ঐগী পুক্নীংগী শান্তি মফমসিদসু ফংবা ঙম্লোইদৌরে, মথৌ চিনমনবদগী বামোন্না মরূপ ওইবগী ৱাখল চেন্দ্রবগুম তৌই। মফমদুদা অমুক পন্থরুবগী তোংজবা লৈররোই। পারীনা লেপহৌফমদা হল্লক্লে, অদুবু মহাক্তি কবি মরক্লুদদি লৈরমদ্রে, থাপ্না হন্দোক্লগা লোক্কী ঈশিং চেন্থবা য়েংদুনা ফম্বা উই।

অরূবা ঈচেন্দা উনা পৎ পৎ থত্তুনা থাদরগা তাউথহল্লিবা পারীগী ৱাখলসু সমুদ্র থুংখ্রবগুম তৌই, ঐনা নক্না চঙশিল্লবা ফাওবদা য়েংলক্তে।

" কৈদৌবীরগে, শৈরেংগী রস চুপ্পীদ্রবদি ? "

" ক্বাক্না ৱাহোংশিংগী সভাদা তিল্লুবা য়ারিব্রদো ? "

" মদুগী ওইরম্লোইকো, অসুম খঞ্জবদা, মরকসিদা তোমথিন ঙানবী অমা য়াওরিবসিগী শৈরেং অমা ইনবা নাইতোম তাবীরম্বনি। "

ঐনা নোকপদা পারী চীনবানতমক য়াওখি, অদুগা হায়রকই, " ফরে মক্তবী, হৌজিক্তি নহাক্না মফমসিদা পুরকপগী মরম হাযবীরো। "

" ঐনা পুন্সিচুপ্না তুংইঞ্জগদবা মীশক্তু গোবিন্দদা তাকপা লাকচবনি। ঐগী ৱারোল থমজরম্লে, হল্লসি তামো। "

পারী ঙক্ল য়েংখৎলকই,ঐগী নীংবা কায়বগী স্বরদা নুংঙাইতনা হংঙি," করিগী?"

" তামো, তশেংনা ঐগী থৌরাঙ শমজীঞ্জখ্রবনি। " পিরাংগী ফিজংনা ঐ মহাক্কী শক্তম উবা ঙমদে, মখাসু ৱানা তারম্মী, " খঞ্জরকপা মীচং ওইবা অচীকপা তাঞ্জা লৈরমদ্রে। "

" করম্বা তাঞ্জানো তাকপীদবসিনা ঐগী খঙনীংবা য়াম্না হেনগৎহল্লি।"

" লাইবক থীবীগী থৌরাঙসি মথং চারগীদমক থমজরগে। ঙসি তামোবু য়াম্না ব্রাহঞ্জরে, ঙাকপীয়ু। "

নোংথাংগুম্বা মীনোক অমা মায়থোংদা শনখিবগা পারী লূমতক শমথরকখি, "নহাক্কা লোয়নজরিঙৈদা ঐগী অব্রাবা? অদুদি নুংঙাইবদি মফম কৈদগী? অদুবু ইবেম্মা, হৌজিক ফাওবা ঐখোয়দা অব্রাৎপা অমা চেন্নরিবসিনা ঐবু লৈতাহন্দে।"

"পূং অহুম মখায় তারে, হনবদা মতম খরসু লৌখিগদৌরি, চৎলসি তামো।"

ঐগী ব্রা নত্তনা করিসু তারম্লোই খল্লুবনি, অদুবু নহা ওইরিবী কবি অমগী শৈরেং থীবা লোইশিনখিবদা পারী খূবাক হৌনা খূরুম্মী। মতৌদুদা ঐ নোকথোকখ্রে, মরমদি ঐগী মহৈ য়ান্দ্রবা খোঙচৎসি মহাক্না ঙাকপীখ্রে খল্লুবনি, হৈনদবসু উৎলক্তে।

ঐখোয় গাড়ী থাফম্লোমদা লাক্লে।

" হন্দক্লা কদোমদা? " পারী স্ত্যারীংদা খূৎ থম্লগা হংলকই।

" হল্লবনি। "

" ঐখোয়রোমদা তারেকো। " পারী য়াংতক নোক্লম্মী।

" পুবীরিবসি তামোনি। "

ঐগী ফাগি পাউখুম হেনমল্লি, থম্মোয়না নোকপা থিংলবদগী তুমিন লৈরে।

পোইরৌ খেংজীন লমখাই য়ৌরকপগা পারী য়েৎলোমদা হুৎ লৈরকই ঐনা হংঙি, " লম্বীসিবু... ? "

" ঐখোয়রোমদনি কৈদৌরগে, হনবা নত্তবা চৎপা, কিবীরব্রা ? "

" অদুদি ঐনা হান্না হংজখ্রবনি। "

" থৌনা ফবী," পারীনা হায়, " ঐখোয় মফমসিদা পাক হেক লাকপা ঙম্পোৎ নত্তে। য়েংবীয়ু, লমদমসিগী নীংথিজবসি। অদুগা, শৈথাদুনা অমুক্তং তাহনবীয়ু নহাক্কী খোয়থুম্নরবা ব্রাহৈনা। "

" ঐ কবি নৎচদে। "

" লোৎপীদুনা কান্নরোই, ইবেম্মা, নহাক কবিনি। কলেজ মেগাজিন্দা য়াওখিবা নহাক্কী শৈরেং ঐ চীনফা পুজরি। "

গাড়ী খাম্লগা ঙাইহাক নীংশিংলুবা পারী মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা তপ্লপ থীবা হৌরকই।

ঐগী খুঙ্গং লৌকোন্দা
থেক্লা নৌনা হাইনা হুম্না

উথুমগী ঈশৈ তাম্বাদা
লোক্তাক মিংশেল য়েংদুনা
শারকপা জগোয়দা শংলেন থোনবীগী,
থাপ্প' লোইবী কল্লক চাউবনা
মায়খুম উপ্পুনা নোংজাবীগী
মীৎয়েং তারকপদা হূনা হূনা
থিংঙমদনা থম্মোয়নুংদা ঙসি
করম্বা ঈথক্লো হৌরক্লিবসি?

" হাইমা ! " ঙকমনবদগী ঐ পারীগী লেংজুমদা খুদুম্মা শুরম্মী।
" মথং অমসু কাউদ্রি। " মহাক চাউথোক্লা হায়।
" তোকপীরো। " ঐনা লাউই।
পারীগী মীৎম্নাদা নুংশিবগী তুরেল চেল্লি, অমুকসু থীরকখি।

চুপ্পবসু থম্মোয়সিদা চেৎনা
নুংশিবা কৌবা লৈনম'মা
চামথোকপা তারেদো পিরাংনা
লৈরম্নবদা মপু অমা।

"ইস ! অদুবু ঐগীরনে ? ঙসাই তুমিন ইবীরম্বদু অদুগী ওইরে, থীবীরমদ্রিবদি করিগীনো? "

" কবিদগী অয়াবা লৌজহৌদবা। "

পারীনা খোয়দানা নোক্লকপদা ঐ য়াওদবা ঙমখিদে।

য়াইরিপোক থোংখোং নকশিল্লক্লে। সড়কী নাকল অনীমক্তা পরেং লেপ্লিবা নোংমৈ পায়বা সিফাইশিংনা গাড়ী খাম্নবা ঈঙ্গিৎ পীরকই। পারীনা অহাঙবা চিদাইদা গাড়ী খাম্বগা সিফাই অমা চঙশিল্লক্কুনা ঐখোয়বু কূমথনবা হায়রৈ। মখোয় অহুম্না গাড়ী মনুংদা ফজনা য়েংখ্রে। সুবেদার অহল অমনা ঐগী বেগ হাংদোক্লবা হায়রকই। অহলদুনা বেগতগী লৈ-পরেং চিংথোক্লগা মুন্না য়েংলম্মী। ঙৌরোক ঙৌবা কুন্দো পরেং অনীদু উবদা মহাক শিনফমদা হৈ-শিংবা উৎলকই।

" মসি কৈদৌনবনো ? " সুবেদারনা ঐঙোন্দা হংঙি।

" শিজিন্নবা পুজরকপনি। "

" কৈদৌনবা? অন্দরগ্রাউণ্ডশিংগী মোংফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎলুনব্রা? "

ঐ পাখৎপা য়াওনা নুংঙাইতে, কন্তক লাউই, " নত্তে। "

" অদুদি করিগীনো ? " সিফাই মমীৎ লংখৎলকখি।

" লুহোংবগী বরমালানি। "

" কনাগী? " ঐগী ঙকচানবা ইতৌদা সিফাইদু নোক্লগা মখা তারকই, " নখোয় অনীগী ? "

" হোয়। " ঐ চিংনদনা খুমদোকখ্রে।

সিফাই ময়ামদু নুংঙাইবগা ঈরোয়ননা ঙক্লা য়েংলকপদা ইনাক্তা লেপ্লিবা পারীসু য়াওরি। কান্নদবা ৱাহং কয়া চৎথরক্কদৌরি খঙবদগী মহাক্লা আই: কার্দ পুথোক্কুনা উৎখি। মমায় ঙাংলবা সিফাই অহলদু ইফিং ফিংনা সলাম কোৎলগা ঐখোয়দা চৎখিনবা হায়জরক্লে।

য়াইরিপোক কৈথেল ফাওদুনা ৱাংখেম য়ৌরক্লবা ফাওবা ঐখোয় অনী ৱা মচেৎ অমত্তসু ঙাঙনখিদে, তুমিন তুমিন লৈনৈ। পারী ঐগী কুন্দো পরেং অনীগী মরমদা থম্মোয়দা নৈনরমগনি, ঐগীদি শীজীন্নবা ঙম্লক্তবগীনি। মহাক্কী মায়থোং চাউথোকচবা অমসুং নীংঙমদবা অনীনা চয়েৎনরে।

অসুম লাকপনা ঐখোয় থৌবাল কৈথেল্লোমদা লৈখৎলকপগা লম্বী শোয়রে হায়না ঐ ফাগি তৌসিরা খল্লুই, অদুবু মাঙদা চৎলম্বা লৈশাবী খরনা ঐবু ইখং খংহল্লবদা চীনবান্দা লৈরম্বা ৱাহৈশিং ওহ্লোকপা থুখি, লাউসু লাউখিবনি।

" এ ! তরুনিনে ! " থোঙনাউ মিংশেল থাদরগা ঐনা কৌরম্মী, " তরু! হো তরু ! "

ঐগী খোঞ্জেল তাবদগী মমান্নবীশিংগী মাঙদা চৎলিবী তরু লৈশিল্লকই, মহাক ঙকচানরপ য়েংলম্বদগী গাড়ী খাম্ফম নক্লা চঙশিল্লক্লে।

" তৌবীরিসি কদোমদগীনো? " তরু ঙক্লা হংলে।

" তামোগা থবক অমা চৎচরুবনি। তামো পারীনে-সে? "

" ঐদি শক মান্নব্রা খঞ্জরুবা।" তরু মীৎফমদি ঐঙোন্দগী চোইদনা হায়রকই,"ইমান্নবীশিংগা তঙাইফদবা থবক অমা লৈজবনা ঐখোয়রোমদা চঙলুখিসি হায়বা ঙমজদ্রে। "

" ফরে, তাঞ্জাননি। হয়েংদি ডিপার্টমেন্ট য়ৌবীরক্কদ্রা ? "

" লাকচগনি, উনসি। "

তরুনা লৈথোকখিবগা পারী গাড়ী থৌরম্মী। মহাক হেন্না হেন্না ঙাঙনীংদবা মতৌ উৎলি। ইশামক্তি পোৎ অমা কাউরম্বগুম ৱাখল ইফা ফাজিল্লি।

" তরুবু কৌবীখিদ্রিবা করিগীনো ? " পারীগী হৈনিংদবা মাঙহনখিনবা

ঐনা হংঙি।

" নহাক্কা কৌনখ্রে, ব্বারী শানবীখ্রে, অদু মঙায়রে, য়ারে খঙ্গরুবা।"

" মহাক তামোদগী ইকাইবা নংখ্রবগুম নুংঙাইতনা উই।"

" ঐনা কৌদবগী ওইরম্লোই, মহাক্কা ঙাঙননীংদবা মাল্লি। "

" মহাক্কুদি করিগী? "

" নহাক্কী নতিক নগুণ কনমনবা। "

" চিংথবীরি খঙলবসু চাউথোকচৈ। "

পরীংদা তারক্লবা হোৎনবদা নোকখিবা ঐগী তয়াং তশোইবা মীনোক্কী মরোল ফাখিবনা পারী ঐঙোন্দা ইনৌ নৌনা থেংনবগুম য়েংলম্মী।

" লৈ পরেং অনীদুবু কৈদৌনবনো? " পারীগী ব্বাহং লূম্মি।

" মখোয়গী চন্নফম কাইনা মন্দিরদা তিল্লম্বা মীয়াম্না মাঙহনখ্রে।"

" ভক্ত অমসুং কবিশিংদা দোষ থঙজিনবা ফরোই। "

" ওইজবা থিবদা মীৎতাঙলবী ঐগী মখা পাউখুম তাবীয়ু। "

" তাকপীয়ু। "

" অদুগা ঐগী পাউখুম তেল্লবসু,তামোনা ব্বারোল শাংদোকহনবীয়ু।"

" য়াজরে। "

" মন্দিরদা ঐখোয় অনী লুহোংনবা। "

পারীগী গাড়ী চেন্দ্রে, মহাক অকাউবা য়াওনা নোক্লম্মী।

" ফোংনা শেংনা শীজীন্নগদবা পোৎশকপু অমাংবা অরোনবা তাহনবদা ঈশ্বরনা পেনগদবা মান্দে। নিমন্ত্রন পীদনা মথৌ হাপ্পি হায়বগীদমক লৈপরেংনসু শাওরম্বা য়াই। অদুগী মথক্তা ঐনা য়াদ্রবদি?" মহাক তপ্না হায়।

" মরম অদুনা অরোনবা ওইহঞ্জরকই। অদুবু, য়াবীদফম থোকপ্রা হংজনীংবদি লৈ। "

" অদুদি, ব্বাহংসু পাউখুমসু অরোনবা ওইনা অসুম চীকমাঙনহনখিবনা ফরোইদ্রা?"

" ও ! মাঙহনখিবা! মদু তারক্কনি ব্বাজবনা তামোদগী ব্বাশক অমা লৌজনীংখি।"

" ব্বাশক ? থাজদবগী ? "

" মরমদি তামোনা চীংলেনবু পুক্লীং থৌগৎপীবসি ঐঙোন্দগী নাম্বোক্লবা হোৎনবনি হায়না লৌদবা ঙমজদে। মরম অদুমক্লা ঐঙোন্দা থবক অসি পাঙথোক্লবা ইনশিল্লকখি। "

" মক্তবী, ঐখোয়না খঙগদবসি, চীংলেন লাংদা থুরবনি, অহলশিংগী অপান্বদা য়েৎলরোই হায়দোকখিবদগী, মহাকপু কনবীফম থোকই। "

" ব্রাহৈসিদগী তামোনা ঐবু মীরায়বীরে তাকপীরবনি। "

" অদুদি ইবেম্মা, নহাক্লসু ঐবু থওইবীদবা মতাং অমদগী ফীভমসি য়ৌরকখিবনি হায়বদি লাল্লোই। "

মচীন থৌরবা ব্রাহৈশিংসিনা থম্মোয়দা তাগুম লেংলৈ, ঐ তপথবা ঙমদনা হায়খি, " তামো, নোং তারগা পোপথোরকপা ষষ্ঠী হেন্না মশক থী। লম্বীসিদা শোয়খিদবা কনানো? তামোনা ঐঙোন্দগী লোৎতুনা থম্বীরিবা পুক্লীং, ব্রাখলগী শক্লোনশিংসি য়াম্মনখ্রে,খঙনবা হোৎনবদা অপঙবীগী কোক ঙাওজে।"

" অদুম্না ঐবু অরানবা তাহনবদা ব্রারৌজদে, অদুম্নদি ওইরগা নহাক্লা অরোনবা লুহোংবা অমগীদমক শেম শারম্বসি খল্লুরগা ঙক্তবদি ঙমজদে। ঐবু সমুদ্রগী ঈরোলনুংদা ইন্থবীরে, ফাওগৎলকপা লুই। অহল-লমনশিংনা ধর্মগী চৎনবী ঙাক্লা, লেম্না লুহোংবীননবা থৌরাঙগী মায়োক্তা অরোনবা ঙাইঙমদবগী থবকসিনা করি অকায়বা থোকহনগনি হায়বদু তান্নবগী মতম খজিক্তং পীবীফম থোকপনি। নহাক্লা অহল-লমনশিংগী মিংচৎ লৈখা তাহনবীনীংদবগুম ঐসু ইমা ইপাগী য়াথং কিজরিবনি। "

" তামো, ব্রাফমদু পুক্লীং য়াংকোক্তা খৈজরুবদগী থৌরাঙসি পায়খৎনবা ঐঙোন্দা থৌনা লাকখিবনি। য়াথং ইনবগী থৌরীনা পুনখিবদগী ঐখোয় লম্বী লম্ফাংনখিবগী অকিবা ঐঙোন্দা লৈজে। মতাং অসিদা অচেৎপা ব্রাশক উৎনদুনা ঐখোয় অনীগী থব্রায় হকচাংবু কুন্দো পরেংনা চেৎনা পুল্লগা থম্বীনবা গোবিন্দদা হায়জবা লাকচবনি, মসিনা অহলশিংগী খোঙজঙবু মায়রোং য়াবদা পাঙ্গল থোক্কনি খঞ্জরুই। অরোনবা থৌশিলসিগী অশোয়বা পূম্নমক তামোনা ঙাকপীয়ু। "

শিন্থরকপা পিরাং থিংনবা হোৎনবদা ঐ মখা তাবা ঙল্লমদে। পারীদসু পোৎলূম অমনা নম্থুম্রবগুম গাড়ীগী খোঙজেল তপথরক্লে। ব্রাইথৌ য়ৌরকপদা মহাক ঘড়ী য়েংলগা নিংশা থীরপ গাড়ী য়াঙনা থৌগৎলক্লম্মী।

" পূং মরী হেল্লে,বসতা চৎপীখিগদ্রা নক্তগা অসুম... ? " পারীনা হংঙি।

" বসতা য়ৌজখ্রগে।"ঐনা খুম্মি। "অরোইবদা তামো,ব্রা অমত্তং... ।"

" করি খাকপীরিবগে ? হায়বীয়ু। "

" লৈ পরেং অনীসি মতম পূম্নমক্তা ঐনা লোয়নজরি হায়বসি কাউবীগনু। অমনা, ঙরাং তামো ঐঙোন্দা ব্রা খরা হায়বীনীংখি। "

" নহাক্কী থৌরাঙ অসিদা ঐনা হোয় হায়রম্লবা, তাঙ্গানসু অথিংবা পীরমদ্রবা ৱাহং অসি অমুক হংনরম্লরোই। "

" ঐনা কাউজদনবা তামোনা হায়দোক্তনা থম্মীরে। "

" শম্মা হায়রবদা মক্তবী," পারীগী শকফম তাইফেৎ তাই, তুকথরবা মীৎনা চীনবাম্বোংগী হায়জবদা পাংশিনবগুম মখা শমথরকখি," চীংলেন্নসু নহাক্কসু অহলশিংগী মফমদা য়াথোকশ্লবা ৱাফমদু ঙাকফম থোকই। মদুনা মনা-মনিল নাইদনবা, শান্তি থম্লবা উপায় ওইগনি। হৌজিক্তি ঐখোয় অনীনা মরূপ ওইবগী থাক্তগী হেন্না লামখৎলুবদা অহল-লমনশিংগী পুক্লীং ৱাহনগদৌরি।"

" ঐবু থম্মোয় পান্দবীনি খনবীরগা, নুংশিববু ফাগিনি লৌবীরগা? পূমমকসিগী মথক্তা পুন্সি লম্বী চৎপদা হৈনিংহল্লিবসি করিননো হায়বা তামোনা উশিন্নদবগুম তৌবীবসি লাইবক থীবনি; হন্না হন্না ঐবু ৱাহনবীরগা করিদনো নুংঙাইবীরিবা? নুংশিবা কৌবা পাম্বীদি অরূবা পুকচেলনা মখোঙ শোম্মি হায়নবদাই। মতিক চাদবী ঐগী সঙ্গদা নীংবা থুংবীদবদগী নাম্ভোকখিনবা হোৎনবদা লাংগী অহোবা থিবীরি হায়বা খঙজরে। "

ঐগী ৱাঙাঙসি খরদি কনমনপ্রে, ঐ নুংঙাইরক্তে। মহাক পান্দম য়াওদনা চুমদ্রিং য়েংবদু চৈনা অমা খাঙলিবনি। মদুনা হন্দুনা মৈৱায়রকপদা ঐগী থম্মোয় চাকথেকখ্রে। ঐ মিৎলু ঈহৌ থিংবা ঙমদে, হিকপগী খোঞ্জেলগী তুংবুদি ওইনবনা ইল্লকখ্রে।

য়ুনিবর্সিতি গেটমক্তা ঐনা গাড়ীদগী কূমথবগা পারী গাড়ী মমায় লৈদুনা খা পাংনা থৌখিরম্মী।

কান্নদ্রবা খোঙচৎ অমনা ঐবু অমম অঙান শিন্নবা মতমদা য়ূমদা পুশিল্লক্লে। ঙন্তা য়াচংবা মতুংদগী ঐ ফমুংদা কাখৎলম্মী। ৱাখলনা চবুন চবুন্নি লাকখিবা, কন্নসু ওৎলৈ, খক তূমহন্দে। অহীংচুপ্পা ইমুংগী মীশিং মাঙ্গোল কারকপগী ৱাফমসি কন্না খন্নপ্রে। মরক্তুদা অচা-অথক মরাং কায়না পুরক্কনি হায়বগী পাউসু য়াওরি। ঐগী মীহুল কনখৎলকই, পারীদবু চৈসিরা, চীংলেন্দবু শাউসিরা, তাইনফম খঙদনা য়াম্না ৱারৌখি। লিনসু শিবা চৈশুসু তেক্তনবা ময়ায় লম্বী অমা ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বা ইফং ফংদে, খন্না খন্না য়েনখোং অহানবা তারে।

পারীনা ঐবু থাদোক্লীংবগী ৱাফম শেংনা ফোঙদোক্লবনি। থম্মোয় অনী শম্নবা নুংশি থোংদা অনেম-অৱাং মান্নদ্রবদি হঙ্গৎহন্দা লান্দুনা শান্নরিবা ৱাখল ৱাফম থোকপনি, নাম্ভুরগা তাবগী অকিবা লৈবতা নত্তনা খোঙথাং ফজে হায়রোই। হৌজিক মহাক্না ঐবু থওইরক্তবদা শোল্লবা ঐগী নুংশি লংলানা মহাক্কী শহুম

কনবা থম্মোয় তেলঙ্গাবু কয়া কুইনা ফারগা থম্লুবা ঙমগনি? ইরায় লায়না হরাও হরাও লৌরোই খঙলবদা করিগীনো মহাক্না চীংলেনবু নুংশি দানগীদমক ফিগাউ শাহল্লিবা? পীনদবা দান অসিদা ঐ তুমিন লৈরোই, ৱাকৎ থাঙ্গৎলক্কনি হায়বসু মহাক খঙদফম থোক্তে। নুপীবু ৱায়নবা য়াবা লৈতেংগুম লৌবা নুপাশিংবু অৱাংবা থাক্তা চিংখৎকদ্রা? পারীগী পুক্লীং ৱাখল চীনবানথোংগী ৱাহৈগা চূশিন্নদবা অসিগী মরম অমা শোয়দনা লৈফম থোকপনি, মসি খঙদোক্তনা লৈরিবসি ঐগী পঙজবনি। অদুগা ৱাফম অমনা, চীংলেন্না অহলশিংদা য়ানীংদে হেক হায়দোকপা ঙমদ্রিবসি করাম চাউবা লোনচৎ নত্ত্রা? অদুদি, ঐগীদি? ইমা-ইপাবু হৌজিক ফাওবা করিগী থিংদ্রিবা? ঐসিবু হি অনী তোংলব্রা? মসিদগী থোরকপা ফলনা ফংহল্লিবা অকনবা মৈশাগী মরক থৎনবা হুন্নক্লিবা অঙ্গৈংবা মনিল পুবা নুংশিৎসিনা কদোমদগী? ঐনা চীংলেনবু ইকাই খুম্নরমদ্রবদি মহাক্কী মীৎয়েংগী মাঙদা অঙাওবীগুম তথক তথক্কদ্রা? খঙলে, ঐগী পুক্লীংগী চয়েৎনবা লারোল মশীং হেনগৎলক্লি। ইরাল লৈতে খঙলবা মতমদা অতোপ্পশিংনা অকায়বা তৌবীরক্তনবা হায়জবগী লেমজবা লৈ। অচুম্বা খোঙথাং লৌবগী মতম ওইরে। ঐ মাঙ্গোল কারকপগী ৱাফম থিংফম থোক্লবনি। ঐগী অচেৎপা ফিরেপ খুদক্তা লাউথোকফম থোকই, নাকোইনবা থৌরাঙ থাদোকপা ফৈ।

নোংঙাল্লে। অয়ূক ঙন্তা ঐ টেলিফোন্দগী চীংলেন্দা অমুক্তং কোয়থোকপীরক্লবা হায়জরম্মী। নুংঙাইজখিবদি, মহাক্লসু ঐবু য়াম্না উননীংঙি হায়রকপদুনি।

পূং মাপল তাবদা চীংলেন মনেখোয়দা লৈরে হায়বা পাউ পীরম্বদগী ঐ উনবা চৎলম্মী। মঙোন্দা লৈরম্বা ৱাখলগা ঐগীগা অমত্তনি। ঐখোয় অনীগী ৱারোয় তানবদা মতম চঙখিদে; ঐখোয় লুহোংবগী মরীদা চৎথরিবা খোঙথাং খুদক্তা হন্দোকপীনবা অহলশিংদা হায়জবগী ৱারেপ চেৎনা লৌরম্মী।

" মক্তবী," চীংলেন্না হায়, "থাজদনা নল্লবা ৱাখল পোৎলূম অমনা ঐখোয়বু কয়াগী মতিক ৱাহল্লিবা, ফৎ হেক কম্ব্লোকপা য়াবা ৱাফম ওইনা অতোপ্পশিংনদি খন্নরগা ঐখোয় অনীগীদমক্তদি অসুক লুখ্রিবসি করিগীনো? মসি থৌনা ৱাৎপনি মীনা হায়নখিরোইদ্রা? "

ঐনা খুম্মি, " মতম খরা চঙলবসু ঐখোয় অচুম্বা খোঙফমদা নেৎলরি। মণিপুরগী মনুংদা পূমথোই থোইরবীনি হায়নবী অমবু তামোগীদমক য়েংলুনবা থৌরাঙদা ঐ মাঙ থারবীনি। অদুবু, মতাং অসিদা ঐঙোন্দা হেন্না হেন্না খঙনীংবা অমা ফাওরিবদি তামোগী থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা থম্বীরিবা শক্তমদুনি। "

" কুইররোই মদু নহাক্না পারীদগী খঙবীগদবা, হৌজিক ঐঙোন্দা হায়হন্নবা লমন অমা হাপচিনবীরোই। "

" তামো, ঐ য়াজরে। অদুগা, তেঙবাংজনীংবগী অচেৎপা ব্রাখল লৈজে হায়বসু কাউবীগনু। "

ঐ চীংলেনগী মায়থোংদা মুন্না য়েংবা ঙন্নমদে। মহাক ইকাইবা নংলবা মীশক্লুম লুকথরি, ঐনা হৌগৎলকপদসু য়েংলক্তে।

# ৮

ঙরাং য়ুনিবর্সিতিদা ঐ মক্তবীবু উননবা হোৎনরুই, ফংখিদে। তশেংবমক্তি মদু পারীবু থিরুবনি, ইথক্তা খঙজবনি। মহাক্কী মওংসি নুপাগী হৌনশানি হায়না উশিন-খঙশিন্নদনা ঐ তুমিন লৈফম থোক্লিব্রা? মহাক লংফৈদগী থোরকখিবা হুম্নি শুরবা ফাওবা ঐখোয়গীদা ইরাক লাক্লিবসি করিগীনো? মতম ফংদ্রবসু টেলিফোন্দগী খঙহল্লকপদি য়াবনি। অহল-লমনশিংনা থিংখিবনরা? পূম্নমকসি থল্লগা, মহাক্কা মক্তবীগা তোয়না লোয়নবগী মরম হংফম থোকপদগী হেল্লে। মখোয় অনী নকশিন্নবগী মতৌসিনা ঐবু ওলাংদুনতা লৈহল্লবনি। মসিদগী হেঞ্জিনগ্রবদি ঐ মীতোপ তারক্কুনা পারীদা টেলিফোন তৌবা ঙম্লক্রোই, অদুগা নুপী মচানা ইকাইবা খঙদবীগুম মচোম্পাক নাইদনা নুপাবু কোইথি থিরুফমসু থোক্কে। ঐসি মঙোন্দা থাজগ্রবীনি, ঐগী অধিকার লৈরে হায়দুনসু হেঞ্জিন্না নত্রগা লান্নদি শীজীন্নরোই। ঐগী থম্মোয় লাইয়ূমগী নুংশি থোঙ থীল্লবা অহানবা মীশক ওইবগীদমক নামৈ পায়দুনা ইন্নরুগদ্রা? ঐনা অসুক য়াম্না ওমচাক্লরিবসি মহাক্লা ঐবু থওইবীদ্রে হায়না খন্দুনতা লৈবগীরা ? দুকান্দা পোৎ লৈবা মতমদা খোয়দাবা অমা নাকন্দা থল্লগা অতোপ্পা কয়াবু মমল হুন্দুনা শান্নবগী নুংঙাইবা লৈ। নুপাশিংনা মহাও অদু ঐখোয় নুপীশিংদগী ফংনবা হোৎনবদা নুপীশিংগী মমল থীমন্না হন্থহল্লকপসিনা শাউদবা ঙম্লোইদৌরি। পাউখুম থীনবদগী বিচারদা অরানবা তাখিবসু লৈরিবনি।

ঙসিদি তোয়না কাখৎলকপা চিংনবগী ঈথক শন্তাইনবগী শাগৎলুবা পল্লনা থিংবা ঙমশিল্লক্রে। অসুম্না তৌবোইরে কল্লক-খম্বনবা হায়বসি, হন্দক্তি ময়েক শেংনা খঙজরে। মক্তবীনা করি হেল্লি হায়বা নাপল মতেক অসিনা ঐগী নীংহন্নববু থৎপা ঙমশিল্লক্রে, ঐখোয় অনীগী শক-গুণ চাংদম্নবদা জুরিশিংগী মাঙদা লেপ্লীংলক্লে। লূজদ্রবা ঈথিল অসিনা তাক্লিবদি, নুপী ওইবীশিংগী অহানবা নাপল ফজবদগী মরূ হুল্লি হায়বসিরা? ষ্টেদিয়মদা, লমকোয় খোঙচৎশিংদা, শহর কয়াগী

ফজরবা মফমশিংদা, ঐখোয় অনী ফম্মিনরিঙৈ, লেপমিন্নরিঙৈ অমসুং চৎমিন্নরিঙৈদা পূন্না নমখিবা ফোটো ময়াম এলবুম ফাক্তুনা, অমত্তা চিংথদনা ঐ মুন্না মুন্না য়েংলম্মী। মক্তবী য়ৌনা ঐবু শীংথানরমগদবা মানশিল্লক্লে। ইশানা পীবা রায়সিনা ঐবু কয়াগী মতিক ব্রাহল্লিবা; মক্তবীসি ঐগী কোক্তা অনৌবা, ফাবা ঙমদবা পারা ওইররে। য়ুনিবর্সিতি কেম্পসকী মনুং লম্বীদা, নোংম্ঐখোয় অনী লেংফাংননা চৎলিঙৈদা, নারোম্দা হায়নরকখিবা তাখি, ‘ রাশিসু অমনা অমদগী হেন্নদে। ’ ব্রাহৈশিংদু তারমদ্রবদি ঐগী থাজবা ঙাকপদা কয়াগী মতিক নীংবা কায়রমগনি। লৈশাবী ফারকঙৈদগী ঙসি ফাওবা ঙকশমগী মথক মখৈদা খরা পুক্লীং চঙজবা নত্তনা অতৈ শরুক্তা ঐ অনীরক হন্না য়েংজরক্তবনি। অদুবু, হৌজিক্তি অপাকপা ফক্লাং মিংশেল মমাঙদা লৈ লৈদুনা য়েংলকপা কুইরে, খোঙদগী তোন ফাওবা মক্তবীগা চাংদম্নরি। মসিদা তোংজবা পাউখুমদি ইফং ফংদে।

ঐ য়ূমদগী থোরক্লে, মক্তবীবু য়ুনিবর্সিতিদা উনগনি। ঙরাং থৌবাল কৈথেল লম্বীদা হায়নখিবদু মহাকসু কাউরম্লোই। অদুগা, ঐনা খরা হেন্না নীংশিংলিবনা মহাকপু থিরুবদা ফংখিদবগী মরমদুনি। অদুবু, ঙসিগী খোঙচৎসিগী মপূং ওইবা ব্রাফমদি পারীদা ঙামথরি। বাবানা ওফিস ছুটি লৌবগী তাঞ্জা মাঙহন্দনা ঐনা কার পুরক্লিবসি তঙাইফদ্রবদি মফম খরা য়ৌরুগে খল্লকখিবনি। মহাক্কী য়ূম্মক্তা চৎলুবগী থৌনা লৈত্রবসু খোঙ্গুলদি চপ চানা লীনবা ফিরেপ লৌরে। করিগুম্বা মক্তবীগা পারীগা পূল্লম্লবদি খল্লুরগা শ্বাই শ্বাই পাখৎলিবসিনা করিগীনো ? অসুম খল্লুরগা মক্তবী হান্না উনথোকপদা পোপ তারে।

ঐনা য়ুনিবর্সিতি গেট লানশিল্লকপদা তুংথা-মাঙথা পারীগা চীংলেনগা চৎপা উই। মখোয় অনীগীদু পারীনা ঙাইরম্লা নত্তগা চীংলেন্নবু তানখৎলকপ্রা, অহানবা কৌনবগী তাঞ্জাদি মাল্লি। অনীমক্তা খূৎ হাইরম্লগা ঐ গাড়ী থৌগৎলক্লে।

দিপার্টমেন্টকী মমাঙদা গাড়ী খাল্লগা ঙাইহাক লেপ্লিঙৈদা চীংলেন তহা তহা ইনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্কী মায়থোংদা চেন্নরকপা নুংশুক-নুংজানবা শক্লোনবু খিক্লিবা নোংলীক্লা চামথোকপা ঙমদে।

মহাক য়ৌশিল্লকপগা হায়রে, “ মক্তবীনা ইবেম্মবু পূং অহুম চপ চানা কেন্তিন্দা উনসি হায়না নীংশিংলকই। ”

“ তামো, ঐ শোয়জরোই। ” ঐনা খুম্মি। “ ঐসু পাউ অমত্তং চেঞ্জগে।”

“ তাকপীয়ু। ”

“ ঐ পারীগা ব্রারী শানজনীংঙি। ”

" মহাক ইবেম্মগা য়ূম্লোমদা হনমিন্ননবা নুংমিদাংৱাইরম ফাওবা ঙাইগদৌরি, মসিমসু তমজগে লাকচবনি। "

" ফনি তামো। "

চীংলেন নোংলক্তা চৎখ্রে। ঐঙোন্দা লৈবা অপঙবনা কোন্না শিংবগী মতৌসিদা ঐ নিন্দা তৌই, করিগী পারীবু খুদক্তা উনসি হায়না পাউ পীখিদ্রিবনো।

পূং অহুম চপ চানা তারে। ক্লাস লোইবগা ঐ কেন্তিন তম্না পরপ পরপ লাক্লম্মী, মক্তবী নাইতোম তানা কাচিন ওইরপ ফম্লম্বা উরে। ঐবু য়েংলগা মহাক মোমোন নোক্লকই।

" কয়া কুইবীরম্লগে ? " ঐনা হংলুই।

" চঙজরকপদা ঙায়রি। "

" ঐসু নহাকপু য়াম্না উনজনীংদুনা লৈরম্লিবনি। " মায়োক্লনা ফমথরুবগা ঐনা হায়। "ঙরাংদি থাজদনা...? ঐদি ইঙকপু ঙকচপ্রবনি, ফুৎ হেক ফাওরকপদুদা।"

মক্তবীগী মায়থোংদা নোঞ্জবগী মীনোক অমা শনখি।

" অহোয়, তামো পারীগা থবক অমা চৎচরুই। "

মক্তবীনা লাইবক্তগী শন্নাং খোমগৎপদু খুজি মখোল থোকই। কেন্তিনগী অঙাংদা ঐনা চাগা খজুরগা পুরক্লবা হায়খিবদা মহাক্কী থৌদাংনি হায়বগুম মখূৎ খল্লি। অকোয়বদা ফল্লিবা মীয়াম্বু থক্লি-চানি কাউহনবা মখৈ মীংয়েং চিংশিল্লিবদু মহাক্কী লেমজবননি, ঐগী কল্লকপদা চাউথোকচবসু য়াওরি।

" চীংলেন্দু পারী উনবা গেটলোমদা থোকখি, নহাকপুসু ঙাইরমগদবা মাল্লি। " মহাক তপ্না তাক্লকই।

খঙম্লবা পাউসিনা ঐবু পাখৎলপ তৌহল্লি।

ঐনা হংঙি, " পারী য়ূমদা থোরকপা কয়ানি শুরে খঙবীব্রা ? "

" ঙসি হুম্নি শুরমাল্লে। "

পাখং লৈশাবীশিংগী লেমজবনি লৌনবা চরাংনবনা নমহৎপদগী ঐখোয় অনী ৱারী লেপ্পি।

খরা ঈংথরকপগা ঐনা মখা তাই, " নহাক্লা ঐবু নীংশিংবীরকখিবগী থোইদোকপা মরম... ? "

" হোয়," মক্তবী চা গ্লাস থাঙ্গৎলগা ঐঙোন্দা য়েংঙি, তুংদা খোঞ্জেল ফাতক খুম্লকই, "তক, করি হায়সিগে, নহাক্লা ঐঙোন্দা নুংঙাইরোইদৌবা অমা লৈরে।"

ঐ শ্বাই লাওই, খংলপসু য়েংখি।

" কৈদৌরবগে ? "

" হায়দ্রবাদতা ঐ নখোয়গা শান্নবা চৎপা ওন্নরোই, মরম অদুনা প্রেক্তিসকী হৈনিংবা লৈজদ্রে। "

ঐনা খল্লুবগা য়াম্না থাগ্নরন্নবসু ৱাফমসিদা ঐ ওক্তবদি নত্তে, হংনীংবা ফাওই।

" করিগীনো ? "

" অচিন-অফাই থোইনা লৈবা নত্তেদা, চৎনীংলক্লবদু। "

" নহাকপু য়াওদ্রবদি ঐখোয়গী টিমদি পূমহো হোরেদনা। "

" ঐনবু করি ফংগৎপা ওন্নদনা, ময়ামগী মঙ্গল ঐ ঈশ্বরদা নিজরমগে।"

" অচৌবা মরম অমা লৈতনদি টিমদা অসুক চাউনা নীংহন্নবা পোকহনফম থোক্তে, খওজবদা অকায়বা লৈবীব্রা ? "

করিগীনো ৱাহংদা থৱায় য়াওরবসু নুংশা থীবদি লোয়নখ্রিবসিনা? ঐ মক্তবীগী মখা ৱাহে খৌরাংবনা মুন্না য়েংলম্মী। মহাক ইকাইবা খাওনা চীনবান মথক-মখা অনী অহন্নক লাপথোক্লে, ৱাহৈদি ইথোক থোরক্তে। মমৈথওদা অনেম্বা খোঞ্জেল তারে।

" ঐ লুহোংলগে খল্লে। "

" ইস ! " হন্দকসু ঐ মহাকপু য়েংনা য়েংনা খংখি, " অসুক থুনা ! শান্নবা চৎখ্রিঙৈদা ? করম্বা মতমদা লেপ্নবীখ্রিবনো ? "

" লেপ্নখিবা লৈত্রিদা। " মক্তবী মোমোন নোক্তুনা খুম্মি।

" কনাগনো ? অদুসু লোৎপীখিগদ্রা ? "

" তরু, ঐ শ্বায় ফাওবদি ইকাইবা থাদোকচরে। মখাদি ওনমল্লিব্রা খঞ্জে, নুপা অদুগা মায়োক্লনা ৱারেপ্নবা লৈত্রিবনা, হয়েং খূবাক নামতা খূবা তারবদি মখোল হৌরোইদো। "

" শান্নবদা থৱায় য়াওদবা মীতরা ? শোয়দ্রে,মঙোন্দগী অথিংবা লৈরম্না অরে।"

ঐনা নোকপদা তুংইনলকপী মক্তবী মখা তারকই, "কনাগী মতিক্লোদা ঐবু খাম্বা, নুপা নুপীগী অধিকারসি লুহোংলবা মতুংদা পীনবা ওইরমাল্লে।"

" অদুবু য়াম্না চেকশিনবগী মতৌ উই, কনানো খওজনীংব্রেদা। "

" নোংমা খওবীরগনি। "

" মণিপুরসি চাউদে, মালেমসু পিকশিল্লক্লে, ঐনা খওনবা হোৎনজবদা মতম থোইনা চওদবা য়াই। " ঐ তকশিন্দুনা হায়।

মক্তবী মায়থীরে হায়বগুম অঙাংগী মীনোক্তা ঐবু য়েংঙি।

" নহাক্কী ব্রাখল থৌই হায়বা ঐ খঙজৈ। "

" ঐ লাল্লবনি, অদুক পঙহায় হায়বনি, ভাবনা শারুরগা শোয়রম্লবদি দোষ লঙজবা থোক্কনি। "

" মরম ইচা চাদনা অনুমান্না লামশিল্লুবা য়ারিব্রা ? " মক্তবী মায়থোংবু খূবাক অনীনা ঙাইহাক খুমদুনা লৈরুই, শমজিনবা ওইনা হায়, " ফরে, মসি থল্লসি। হৌজিক্তি ঐ শান্নবা য়াওরোই খঙহঞ্জবসিদা পোৎলূম অমা থাজরে। "

" নহাক্কী ব্রাফমসিনা ঐঙোন্দা অকনবা চৈথেং অমা পীরি, মরমদি ঐসু মান্নবা খোঙফমদা নেৎলি।

" হায়বদি ? "

" ঐসু থাজখ্রবীনি, নুপা ময়ূম্না করি হায়রক্কনি খন্দবা য়াদবা মতাং থোক্লে।"

মক্তবী ঐঙোন্দগী লাম্হোক্লা য়েংঙি, লাওরবা মীৎস্না অনীদা চানবীবগী ব্রারোল থন্না য়াওরি।

" অওইমক্কী ? কনাদনো ? "

" ঐসু মতম খরা থুপচখিগে। "

" নহাক ব্রারৌরে, ঐসি লুশিনবা তাগদৌরি, মদুমদি হৈনজদে। ঐ খিত্তা হায়দোকচরগে, অদুগা, নহাক্কীসু ফাগি পাউখুমদি য়ানদবী। "

সর্ত অসিদা ঐ মফম খঙহৌদনা নিকখি, ঙকসু হাইরি।

" কনানো ? "

মক্তবী স্বর শাংনা চিংশিল্লি।

" পুন্সিদা থেংনরিবা দৌদোকশিংসি করম্না ঙক্লোই, হায়রবনা অমনা, থম্মোয়সি কৎচনীংবনা অতোপ্পা অমগী মফমদা। "

করেম্নদুনা নোকখিবা নত্তে ঐগীদু, ফাগিদি খরা চেনখ্রমাল্লে।

" অনীদগী অমা খনববু লুগদ্রনে ? "

" খঙদে তরু, শিন্নজগে হোৎনবদা লুবমুক থৈবদসু ব্রাজরি। "

" মক্তবী, শমজীনবীয়ু। মীশক তাকপীগনি হায়বীখি। "

" হোয় কাউজদে। " মক্তবী মমল লৈনা হায়, " নহাকপু গেটতা ঙাইরমগদৌরিবা নুপাদুগনি।

ঐ শ্বাই পাখৎলবসু ইশাবু লাকশীঞ্জবদি থুখি। ঐগী কোক্তা লৈরম্বা চয়েৎনবসি হৌজিক্তি ময়েক শেংনা চোংথোরক্লে। থানা কুপ্পম্বা লৈচিল তাকখ্রে। ঐগী ব্রাখল য়াঙনা চেনবা ঙম্লগনি। "

"নক্লা লৈরন্নেদকো।"ঐ হরাওবা ফোঙদোকপদা হায়,"অফবগা অফবগা।"

" তরু ঙাইবীখো, ঐগীসিদা মীনম্বা য়াওরি, মসিনা ঐবু ওৎলরে।" মক্তবীগী মায়থোংদা উরুম লাংশিল্লকপা উই, মহাক পিরোয়ননা হায়," ঐনা সেবা ফংজনীংলিবদি পারীগীনি হাম্নবা খঙবীরে। "

" মতিক চাবা নুপানি, মদুদা করি অকায়বা লৈরবগে ? " ঐনা শৌগৎখি।

" অহল-লমনশিংনা থাজরিবনা চীংলেন্দা। পারী হৌজিক মহাক্কী মরূপ চীংলেনগীদমক য়েংদুনা ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনরি। ঐখোয় অনী চহী খরগী মমাঙদগী শকখঙনরকই, চীনবাম্হোংদগী নক্তবসু থম্মোয়গী ব্রারোল ফাওনরবা থাপ্লা লৈনবা মরূপ ওইরকখি। ব্রাফমসি চীংলেন্না খঙবা কুইদ্রি, মদুসু মখোয়গী অহল-লমনশিংনা ঐবু হায়ররবা তুংদনি। মহাক হৌজিক ইকাইবা নংবতা নত্তনা নুঙ অনীগী মরক্তা হা ওইরে। "

ঐ মরক থৎলি, " থাজবা ঙম্লোই, অমত্তনি হায়নবা মখোয় অনীনা নুপী অমা মুন্নবা। "

" তরু, ব্রাখলদু লাল্লি। মুন্নবা নত্তে, মখোয় অনী অমনা অমগীদমক ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবা কন্না হোৎনরিবনি। মদুগী মথক্তা ঐনা ইকাইবা নংগনি হায়বসু ব্রানরি। তাঞ্জাসিদা ঐনা য়াম্না খঙনীংবা অমা লৈরে। চীংলেন্না মতম কয়াগী মমাঙদগী থম্মোয়নুংদা লাৎচরকপী কনাগুম্বী অমা লৈ হায়, অদুক য়াম্নদি নুংশিজরুবগা পাউখুমদি খঙদনা মঙলান তাহল্লগে খনখ্রমাল্লে। মীশক অদু পারী খক্তনা খঙভি হায়বা মহাক্কী ব্রারীনা তাকপ্রে। "

ঐ ইখং খংঙি, হন্দকসু মরক থৎলম্মী, " করিগীনো চীংলেন্না মঙলান ওম্থোক্কদৌরিবা, অদুক চেৎনা নুংশিজরগা? "

" অদুনি ঐগী ব্রাহংসু, পাঙদবা ব্রাখল মান্দ্রদো ? "

" নুপী অদুনা থাজখ্রবী ওইরম্লবদি, মহাক লৈথোরকফম থোক্লোইদ্রা? ঐখোয় লামদুনা য়েংসি। "

" চুম্মি, পারীদা নল্লিবা দম্বা অসিমক্কুম। "

ঐগী কোক উরু উরু লৈ, থম্মোয়দা তাসোন্না লেংখ্রে। পারীদগী তাগে হোৎনরকপা ব্রাফম থিঙেল কায়থরকপা ঈচাওগুম মক্তবীগী চীন্দগী পাথোরক্লে , মথং মথং খঙনীংবা কয়ানা ইরেপ থূমখ্রে। চীংলেনগী থম্মোয়নুংগী নুংশি পোন্দগী লোন্না থাদোকখ্রবী চেক্লাদু পারীখক্তনা খঙভি হায়বসিনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। ব্রারীসি থুপচিনখ্রসিরা খল্লক্লিবসিনা করিগী?

" মক্তবী নহাক্কী শান্নবা চৎতবগী ব্বারেপ্তা ঐগীসু য়াওরে। "

" করিগী ? অদুদি হৌনদে। "

" ঙসি ঐখোয় অনী উনবগী নুংঙাইবসি ঐনসু ব্বাফমসি হায়দোকচবসিনি। মরমদুদি মমাঙদা পঞ্জখিবদুনি। ঐ শান্নবা চৎচররোই।"

মক্তবী হৌগৎনীংলবগুম য়েংলকই, অদুগা শোম্থাংনরগ হায়, " ফরে, মখা নুংঙাইবা ব্বারী খরসু পারীদগী তাবীগনি হায়না আশা তৌজরি। অদুবু তরু, নহাক য়ানখ্রবা ব্বাফম ঙাকপীফম থোকই, লোৎতুনা পুবীখিবা য়ারোই। "

" ও মক্তবী ! চানবীদুনা ঙাকপীয়ু। মদু পারীদগী খঙবীরো। ঐগী ইকাইজবগী পল অসিমদি লানবীনবা মঙোন্দা শিন্নজরগে, ব্বারৌবীরোই।" ঐ হৌগৎতুনা হায়।

কেন্তিন্দগী থোকমিন্নরকপী মক্তবী ঐবু থিন্দোরকপনি, খরা চৎলগা লৈহৌরে। ঐ চুমদ্রিং গাড়ী থৌদোক্লম্মী।

নুমিদাংব্বাইরমগী অঙৌবা নুংশিৎ তারক্লে। গেটতা পারীনা ঐবু ঙাইবা কুইরম্লগনি। সড়ক নাকল অনীমক্তা অকা-অকূম মীনা থল্লে। সড়ক লান্না নোংপোকথংবা অহাংবা মফমদা ঐনা গাড়ী খাম্লুবগা পারী চঙশিল্লকই।

মহাক তরাম্না হায়রে, " চা থকখিসি। "

" য়াজরে, হৌজিক্তা থকচরক্লি। গাড়ী য়াওবীরক্লবদি কাখৎপীরক্লো। চাদু ঐখোয় য়ূমদা...। "

" থেঙ্ক য়ু, লাইবক ফবনি। "

পারী হঙ্গোয়বা কোকহনবগুম লৈনা অমুক্তং য়েংলগা গাড়ীদা কাখৎলকখি। মহাক্লা তুংগী সিটতা য়ৈশিন্দুনা তুমিন ফমখিবদা ঐসু ব্বারী হৌদোকপা ঙমদে। মহাক ব্বাখলদা লূপ্লি হায়বা ঐগী মীৎ লুখমদসু পানবগুম শেংনদি উরে। মদুনা মরম ওইরগা ঐখোয় অনী লিলোং কৈথেল লানবা ফাওবা কার মনুংগী অচীকপা থুগাইবা ঙমদনা লাকখি। মহাক্কী ব্বাখলদগী ঐগীনা মাঙ থাদুনা সমুদ্রগী লৈখা ফংলুরবনি, হৌজিক্তি ঈমায়দা ফাওগৎলক্লে। অহল-লমনশিং য়ানখিবা নুমিৎতগী পুক্লীং অনী লোঙজরক্তি, অদুগা মহাক্তি ফাগিগুম চীংলেনগী ব্বা পুদুনা লাকই, মদু তশেংনা উশিৎতবনি করম্না হায়রোই। অদুগা মীকুপ অসিদা মৈ চুররিবনা মক্তবীগী ব্বারোল। মখোয় অনী অদু য়ৌনা নুংশিনরগা মহাক্লা ঐঙোন্দা করিগী কাইহৌররিবা, অহল-লমনগী য়াথং ঙাকপগী মিংদা ঐগী পঙজবা চিংথোকপা হোৎনরিব্রা? লোনচৎ অসি সনমান লৈবা মীগী ওইফম থোক্তে। অদুগা মরক অসিদা খ্বাইদগী নিন্দা তৌনিঙাই ওইরিবনা চীংলেন। নুংশিববু থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা শান্নবগী কান্নবা করিনো? মতম চানা

হন্দোকহৌদ্রবদি পত্তুনা মাঙণ্ডি হায়বা খঙজদ্রিবা করিগীনো? থৌশাহৌদবদগী পুৎথখিবা খোঙফম ফুগৎপা লুবনি। থোইদোক-হেন্দোকপা মহাক্কী মতিক-মগুণ্ডা নুজাশিংনা মৈরাম্বীগুম চোংশিল্লক্কনি হায়বা নাপল্লা ? হৌজিক মহাক্কী নাথোই নম্রাংবদু মক্তবীগী মাঙদা ময়া কুপ্লে। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা থম্লি হায়বা মূর্তিদুগী মপু পারীনা ঐবু ওইহন্নবা লাং থাক্লকপা,অদুগা, মশানসু য়াহৌ থেঙনা নাক থেংলবগী ইকাইজবা ব্রাফম নৌহৌরক্লি। হংবা য়াবা ব্রাফম কয়া লৈরে।

" তামো, চীংলেন্না কনাগুম্বী অমা নুংশি হায়বীখিবদু মাঙখ্রব্রা ? " ঐ খংহৌ হৌরম্মী।

" মাঙলম্লোই অদুবু শকহেনবীদুনা খঙবীদবনা মহাক্কী নুংশি খোঙচৎতা মপা থুংদ্রি। " পারী কোচি কোৎলকই।

" তামোগী ব্রাফমদু শীথবা ওইরো থাঙ্গৎপা ওইরো অপঙবী অদুগা মরী লৈনহনবা ফরোই। মশাবু লৌনম চেল্লি হায়হন্নীংদ্রবদি ব্রাখল অদু মহাক্লা থাদোকপীফম থোকপনি। মহাক্কী পুক্লীং মায়ওন য়েংনা অহলশিংনা মক্তবীদা ব্রা হৌদোকখিবনি। অহৌবদা মহাক্লা থিংখিদে। "

"মহাক্কী মঙলান মূর্তি অদুগী মফমদা মখোয়গী অহলশিংবু হায়জ-খোঙচৎ পাঙথোকহন্নবা হোৎনজরুবা থৌরাঙ লৈবাক পৃংজাউ থীনথ্রবা নমথীবা পাউনা থিংখি। থৌদোক অদুগী অচুম অরান লেপ্পদা মরন্নাই বিচার চৎথরুবনা মহাক্কী পুক্লীং লৌশিং শোন্থখ্রে। মহাক অহীং নুংথিল কয়া চৈনা খাঙখি, লাইবক্তা খূদুম্মা শুখি। নুংশি পোৎলূমদি থারমদনা নীংহন্নরকখ্রবনি। "

" হে নুপা ! " অশাংবা স্বরগী তুংদা ঐ লাউরম্মী।

পারী চৎথৈ, " কল্লবা মৈরকসিদা মহাক্কী লুহোংবগী ব্রাফম্মা থাউ ওইনা চেনশিল্লকখি। সনা লূপা, মণি-মুক্তাদগী হেল্লবা মহাক্কী নুংশি-মরল তুম্মা চাকখ্রবদা মহাক খূবাক তিংনা থোরক্লগা অনৌবা পুন্সি অমগীদমক অহল-লমনশিংগী খূয়াখাদা তুজখিবনি। অহলশিংগী অপাম্বদা অয়েৎপা পীররোই হায়দোকখ্রে। "

" অদুদি হৌজিক কৈদৌরবা?" ঐ মরক থৎতুনা হংলম্মী, "মীথোই মীহেল্লবা মহাক্লা হোয় হায়হনগে হোৎনরিবা নুপীদু কনানো ? শুকঙম ঙল্লোই, ওইথোক্কে, নুপীগী থম্মোয় খঙদবা মহাক্লা। নুপীদি ইজ্জৎপু থব্রায়দগীসু হেন্না লুনা থমজবনি। মসি কন্নবা হোৎনবদা অশিবগী খায়াৎতা চোংশিনববু লৈগী দোলাই তোংবনি লৌজরিবীশিংগী পুকচেল মহাক্লা ফাদে। ফরে, হৌজিক্তি লংলবা ইজ্জৎকী মশেক মঙালনা য়োম্লিবী মক্তবীবু মহাক্কী কন্যা ওইহন্নবা হোৎনবদা চান্নরবা মরূপ তামোগী

করি থৌশীল পায়খৎপীরে? ”

“ থৌরাঙ? ” পারীগী মীনোক্তু অর্থ থোক্তে, অদুবু মরাল য়াজরবগুম হায়রকখি, “ ওস্থোকপনি মরূপকী লাইবক ! ঐনা মহাক্কী কাদা লোইরং-শীংখোঙ ওইরুরে। ইবেম্মা, ঐনা নহাক্কী নফমদা মতম খরগী মমাঙদগী অফোংবা ব্রাহ্নো শেংদোক্কে হোৎনজরকপগী থৌনা অমসুং তাঞ্জাদু ঙসিখক্তা থুংলরি। ” মহাক কংলবা চরমদগী ব্রাহ্মশিংদু চিংথোরকপগুম চৎথে,“ ঐনা মক্তবীবু নুংশিজরকখি।”

“ ঐসু খঙজে। ” পি তৈথোক্লগা ঐনা হায়,“ অদুবু তামোনা ঐবুসু নুংশিদে হায়বদি ঙম্বীরোই। ”

“ অচুম্বা লোৎপা ইতিক লৈজদে। ”

“ মসিমসু হায়জগে, তামোনা চীংলেনগী পাউ পুবীরক্লমদ্রবদি মক্তবীবু কাউথোক্লবা হোৎনবীরম্বসু য়াই। অদুবু, হৌজিক্তি লাইবক থীবী ঐবু মীতোপ ওইনা ইস্থোকপীরম্লবা তামো শোয়দনা ব্রারেপ লৌবীরম্লগনি।”

পিরাংগী ফিজং থাবা হেনগৎলকপনা ঐ গাড়ী থৌবা ঙমশিল্লক্ত্রে, খোঙজেল য়াম্না তপ্লে।

পারী লূমতক হায়রকই, “ ঐগী ব্রারেপ্তি নহাক্কা লুহোংবা। ”

ঐ খংপ্রেক খংখ্রে, ওইনবগী নুঙজাউ মপৈ অমসু ইথক্তা কিম্বুরকই।

“ ওইররোই : ”

“ মক্তবীনা চীংলেনবু ইকাই খুম্নরি, অদুগা নহাক্লা অহলশিংগী য়াথং হিক্তোকপীফম থোক্তে। ”

“ তামোনা মক্তবীগী ব্রাফমদা পনবীরিবসি অনুমান্নি, প্রমাণ নত্তে। ঐগীদমক্তদি য়াথংগা ইকাই খুম্নবগা য়েৎশিন্নরি। য়েংবীয়ু তামো, নীংজবগী মহৈ উশুক ফাওবা থুংঙি হায়নরিবনি, মক্তবীনা তৌজখিবা তপস্যাগী মহৈ চাউফম থোকই, বর পীবীগদবা মীনা মীৎতাঙশিন্নবা য়ারোই। ”

“ চীংলেনসু মহৈ অসিগীদমক লেঙদনা ফিগাউ শারম্লবদি নহাক্কী ব্রাফম ককপদা লুরোইদ্রা ? ”

“ তামো, নুংশিরুবদগী নুংশিবীরকপনা তুং কোইবা হেল্লি হায়বা লুহোংবগী মূল-মন্ত্র তাজখ্রে, অদুবু তিন্নবা মরূপকী লোনচৎ শাজৎ য়েংলগা মীগী পুকচেল লেপ্লে হায়বসু গুরুশিংনা তাকপীরকই। মসিনা ঐবু নুংনাংহল্লি।”

“ হোয়, চীংলেনগা ঐগা ব্রাখল পুকচেল তিন্নে, মদু ঐখোয় অনীগী অথুপ্পা ললনি। লল অসি ঐখোয় মতম চুপ্পা তূংশীন্দুনা থমগনি। ”

" অদু ওইহরবদি চীংলেনগুম তামোনা ঐবু তুক্কৎচৈ, ঐগী বদনামদা। মদুনা ঐগী তুংগী আশা শামহল্লি। "

" তমথীরবা লম্মৈগুম শন্দোকখিবা বদনাম অদুমক্তা ঐবু ইবেম্মগী খুয়াখাদা তুহল্লিবনি। "

" নুপাগী চিরোল অমসুং তাৎ কুইনা চৎতে খণ্ডলবসু, তামোগী ব্রাহৈশিংসি তাবদা হরাওদবা নুপী লৈরোই, থাগৎচরি। অদুগা তামো, অসিগুম্বা মলোমগী মৈরি কুইর কুইরগা কনবা হেনগৎলকই, ময়েক লারকই, মুথৎপা ঙমদে হায়নৈ, মুন্না খম্বুবীয়ু। "

" ধর্মগী মীৎয়েংদা নহাক ঐগী ওইফম থোকই। ইশাগী থাজবদা লান্দারুবা পাঙদবনি। "

" ঐগী ব্রাখলদদি, হোম-তোপকী বিচারমক য়েংলবদি মক্তবীগী থম্মোয়নুংদা তামো লেঙশিনবীগদবনি। "

গাড়ী মনুংগী ব্রারীনা লম্বী য়াম্না তেলহনখ্রে, থৌবাল য়ৌশিল্লকখ্রে। মক্তবীনা পাংবীরক্লবনিনা পারীগী ব্রারোল ফাবদা ঐ লায়না থোকখিবনি। মখা অমুক মহাক্কা য়ূমদা ব্রারী শানরুবগী অপাম্বা লৈত্রবনি, অদুবু অতিথি ওইনদি পুরক্লি।

ঐনা হংঙি, " তামো, হৌজিকপু ... ? "

" নহাক্কী চা কাউজদ্রি। "

" থেঙ্ক য়ু। " মহাক্কী পাউখুমদা ঐ চাউথোকচৈ, হঙ্গোয়বা য়াওদনা হায়রম্মী,"য়ূম্নোমদা থৌজরে। "

লাইবক থীবা পাউচেগী ব্রানা মরম ওইরগা পারী ঐখোয়গীদা অমুক হন্না খোঙ্গুল তারখিনি থাজরুদ্রবা ইমাগা বাবাগা ঙক্তক য়েংলম্বদগী ওকপা থোরকখি। পারীনসু নোল্লুক্লা অহলশিংবু খুরুমজরম্মী। মহাক্কী থবক ইনখাংগী মরমদা অসুম ব্রারী শারম্বদগী মখা তারকপা ইমাগী ব্রাহং পাউখুমদা ঐখোয় অনী লুহোংবগী তারিখ অহলশিংনা য়াম্না থুনা লেপথোকপীনবা মহাক কন্না হায়জরকই। মতাং অসিদা ঐ মরক থৎতুনা ব্রাহং অমা পুখৎচনীংখি — পাউচেগী ব্রারোল অদুগী মরীদা পারীখোয় ইমা-পাবুংনা নোংমতসু ব্রাহং-পাউহংলখিদে, মসিবু তরাই তরাই লৌবা য়ারিব্রা? পারীদগী ব্রারোল খরা তাফম থোকই খল্লবসু ইমানা হৌদোকপা ঙমখিদ্রে। পারীগী ফিরেপ য়েংলগদি মরী অসিদা অকায়বা করিমত্তা লৈত্রে খন্নবগুম উই।

নুংশা নেমথরক্লে, ঐখোয় অনীখক্তা কানুংদুদা চীক্লা ফম্লবা মতমদা পারীনা

ঐগী খূৎ য়েৎ তাপ লাম্লগা চেৎনা পায়শিন্দুনা চীনবান নক্লা থাঙ্গৎলকখি। ঐ তু খ্যাও চুংঙি, হৈনদবনা খূৎ ফৎ শক্তোক্লম্মী। মহাক ইকাইবা খাঙবদা নোকখি। অদুগা, মহাক্কী পিরোইনবা চানবীবা মীৎয়েংদুনদি ইশা পূম্বদা চেল্লি। মসিগী তুংদা মহাক কুইনা ফম্লমদ্রে।

হৌখিবা নুমিৎ খরনিদা পুক্লীংবু লৈতাফম খঙহন্দনা ওৎলম্বা অকনবা ঈথক-ঈপোম নেমথরক্লি। লাঞ্জংবগী অকিববু লালফমদসু মাঙখিদ্রবদি জয় পরাজয়গী ব্বাহে লৈরমগদ্রা? ঐ অকিবা য়াওদ্রবা নুংশি লাম্মীনি, মায়থীবা য়াদ্রবা। পারীনা লৌরিবা ফিরেপ অসিনা অশেংবা ওইরবদি মঙোন্দা অচুম্বা বিচার লৈতে হায়নীংলক্কে। মরমদি নুপীগী ফিদম পুবী মক্তবী পুকচেল অনী লোঙজদবীনি। মহাকপু ইকোম হেক কোম্না লৎনবীফম থোক্কে। কয়ামুক য়াম্না খোয়দাবা লৈরবসু নুপানা হৌরবগী পাউখুমদা তুংইঞ্জবা নত্তনা সুর্পনাখাগুম লায়না নুংশি কায়হৌবা ঙম্বী নুপী তাঙনা থোকপনি। মক্তবীনা খোয়খা-লিনখা থাদনা খোঙফমদগী হন্দোক্লিবা ফাওবদি ঐখোয় অনীগী লুহোংবগী ব্বাফম অরেপ্পা ওইদ্রি হায়বসি ঐগী লন্নাই ব্বারেপ্নি। নুংশিৎ শিৎলকপনা উনা লেঙবনি, মরম লৈবনা ঐনা চিংনখিবনি, শোয়দনা মরী লৈনরমগদবা মাল্লি খল্লুবদা কল্লক খম্নবা ফাওখি। হৌজিক কয়াদা চেৎনা পুল্লম্লবা। পারীনা চীংলেনগী ব্বা পুরকফম থোক্কে, মরৌ অমা য়াওরিব্রা খল্লুই, মহাক্কী থম্মোয়নুংদা অসুক কনবা সুনামি অমনা নৈরম্লি। মহাক ঈরৈ অমদা উঙলি, কনানা করম্না খামগদৌরি? হৌজিক ঐগী থৌদাংবু করিনো ? চয়েৎনবা ময়ামসিগী মরক্তা নৌহৌনা অমুক অকনবা চৈনা পীররিবনা ঐঙোন্দা মীয়াম্না থম্লিবা চিংনবা অমসুং উশিৎপীদবগী মীৎয়েং। কয়াদা তমথীপ্রবনো! ইজ্জৎ মাঙখ্রবী ওইনা! মতাং অমদা ঐ মীনোক মৈশাসিগীদমক কপ্পা কপ্পা লাম্ছেংনখি। মীয়ামগী চিংনবা কোকখ্রে, ঐ মায় পাক্কে খন্না ইচও থৌনা হিংলিবনি। হৌজিক্তি কদায়, চীংলেনগী মীৎয়েংনা ঐবু লৈখাদা চিংথরে, ইকাইবা য়াকাইহল্লে। ব্বাখলনা পুক্লীংদা লান্দারক্লি। ঐগী ইজ্জৎকী ব্বাফমদা লোন্না নীংবা কায়রম্লিবা মহাক্কী নুংশিবসি অনেম্বা থাক্লা নত্তগা অব্বাংবা? চীংলেন্দা নিন্দা তৌবসি নুপা কাঙলূপ্তা তুক্কৎচবগা অমহানি। পাউচেদা শেংদোকপনা কোকহনবা ঙমদ্রবা অমুবা দাগফমসি নম্বো পোরগা দোলাই তোংদুনা কনাগী মরানয়াইদা ঐ মৌ ওইনা খোঙদারুগদৌরি? দাগ অসি মুথৎতনা ঐ লুহোংফম থোক্লিব্রা? অদুদি করি উপায়না মাঙহনগদৌরি? ঐ হঞ্জিন হঞ্জিন খল্লম্মী, ইথক্তা শোরারেল অমনা নম্থরক্কে। ফাথবা ঙমদনা থম্মোয়নুংদগী শৌগৎলক্লিবা চফু চবোন করি পাম্বৈনা ঈংথহনসিগে? ব্বাখল থেনবা, থাজ্জগনবা

অমসুং পুকচেল ফওবা মীশিংগী অচুম-অরান খঙনবা লৌশিং পিকই হায়নৈ। ফোঙদোকখিদ্রবা চীংলেনগী নুংশিবা কাউনবা হোৎনবদা ইজ্জৎকী মরুম থুপখিবা তমথীরবা তিংখং অসিনা করিগীনো ঐঙোন্দা হন্দুনা য়ুররিবা ? অদুগা মসিমসু ময়েক শেংনা উরে, পারী নাকোইননা লৈথোকখিনবা হোৎনবদা অতোপ্পগী ব্রা পুরকপা ঙমখিবনি। চীংলেনগী খোঙথাংসিনা কোকখ্রে খল্লুরবা ঐগী অমুবা দাগ নৌহৌনা মচু লাক্লরে, মীনোক মৈশা পূম্নমক্কী দায়িত্ব মঙোন্দগী থোরকপগুম উই। অদুগা, মতা ইচা চাদনা, কন্না ইনশিল্লকপা অমনা, মহাক্না ঐবু কয়া য়াম্না নুংশিখিবগে হায়বা খঙনীংলক্লিবা অসিনি। মহাক্কী চিংনবা করিদা য়ূম্ফম ওইখি, মদু কোকহন্দনা থাদোকখিগদ্রা? বদনাম অসিগী মরীদা খ্বাইদগী হকচিন্না খল্লিবা মীশক অমবু চিংনবা কোকহল্লবদি মীয়াম্বুসু ঙম্বা শক্লোইদ্রা?

কাউরুরবা বদনাম্না তম্নলাইগুম চোংথোরক্তুনা ঐবু ব্রাহনবদা মক্তবীগী ব্রাহৈশিংনসু পাংশিল্লকখি; মরৈদা,কোচি থাংবা লৌশিংনা নমথনবা হোৎনরকপদা। অদুগা অমুকসু পারীগী হূরপ য়েংবা খোইরুম মীনোক্তা করেম্নবা য়াওখিব্রা খল্লুবনসু কোক ঙাওহল্লে। অচুম অরান থিরুবগী মহুৎতা হায়জরুরগে খল্লুরিবসিনা কনাদনো? চীংলেন অমসুং পারীগী তোঙান তোঙানবা শক্তম অনীবু অমত্তা ওইনা পূনশীনবা য়ারিব্রা ? ইখঙ খঙহৌদনা চীংলেন্না মরূপকী থাক্তগী জীরী জীরী হাইগৎলক্তুনা ইকাই খুম্নরবা মীশক ওইনা চোংথোরক্লিবসিনা করম্না? মসি থুমল্লি খল্লবসু মমাঙথক্তুম ইয়াং য়াংনা লৌবদি য়ারোইদৌরি। অদুগা পুক্লীংবু মীনম্বা য়াদবা ব্রাফম অমদি খুদক্তা ঐনা উননীংবা মীশক চীংলেন্না ওইরে।

য়াম্না ব্রানা ঙাইখিবা মথং অয়ূক থুংলবগা ঐ য়ুনিবর্সিতি চৎলম্মী। নাকোইননা মক্তবীবু থিদুনা উনরে।

" মক্তবী, ব্রা অমত্তং শিন্নজগে। " ঐ পন্দনা হায়।

" ফনি, তাকপীয়ু। " মহাক মোমোন নোক্লবসু চিংনরপ্তি খুম্নকখি।

" করিগুম্বা চীংলেন থেংনবীরবদি ঐনা নীংশিংজরকই তম্বীরম্মু।"

" শোয়জরোই, উনগনিসু খঞ্জে। " মক্তবী রাশি পূম্নমক্কী তূংফম ওইরিবা মীৎ অনী উইশিল্লপ ব্রাখলগা লোয়ননা হায়রকই। "অদুগা,তরু,ঐঙোন্দগীসু পোৎতপ অমত্তং পুবীখো। "

মক্তবীগা লেপমিন্নবদা নুংশিবা মরূপকী লূম্বু লূম্বু শারবা মৈশা ফাওই। তশেংনা মহাক্কী মীৎয়েং নায়েং তমজনিঙাইনি।

ঐনা খুম্মি, " হায়বীয়ু। "

" ঐগীসি পোৎলূম পোৎচাউ ওইনা থোক্কদৌরিব্রা? সিনিদা, চীংলেন্না অঙাং ওইরিঙৈদগী থম্মোয়নুংদা চেৎনা লোন্না পূজা তৌজরকপা কনাগুম্বী অমা লৈমাম্লে, তামো পারীনদি মীশক্তু খঙডি হায়বা ঐঙোন্দা পনখ্রবনি, অদুবু নুপা অনীসি মীশক্তু লোৎপদা চপ মান্নথোকখ্রে। নহাক্লা অমুক্তং মশক খঙদোকপীয়ু হায়জবনি। "

" এ: অদু ওইরে ! " শাউনীংবদা নোক্লীংবা চোংশিল্লকপনা ঐ য়াংনা হায়, " নুপীদু শকখঙলগা করি হায়বীনীংবগে ? "

" লুহোংদ্রিবী ওইরম্লবদি মখোঙ কোঞ্জরুগে, চীংলেনবু অমুক্তং লৈতাহনবীয়ু হায়না। "

" মক্তবী, ঐ হোৎনজগে, মদু থোইদোক্লা লুরোই খঙ্গে। হোয়, চুম্মি, মদুগী কান্নফম খঙজদে, হংসু হংজরোই। হায়জনীংবা অমদি, মাগুম্বীনা মক্তবী অমবু নম্বদি ঙম্লোই। "

" সত্য, ব্রাতাসিদি। " মক্তবী নোক্লম্মী।

পূং অনী তাবগা ঐনা ক্লাসতগী থোরকপদা চীংলেন কেন্তিন মমাঙদা লেপ্লা উই। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকপনা পাউ য়ৌরে তাক্লে। ঐ পন্দনা চৎলম্মী। মহাক্কী তুংইন্দুনা কেন্তিন্দা চঙমিন্নরে, অদুগা ঐখোয় অনী টেবল অমদা মায়োক্লনা ফম্লম্মী।

" মক্তবীনা পাউ পীরম্বনি। " চীংলেন হৌরকই।

" অহোয়, ঐনা শিন্নজখি। তামোদা ঐ ব্রা খরা হায়জনীংবা লৈ।"

চীংলেন ইহা হাদে, ব্রামাঙ য়াল্লকই, " লঙজখিবা ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু। "

চীং-লেম্লবা চীংলেনগী মায়থোং অঙাংগুম দোষ পক্তে।

ঐনা হায়, " অহানবদা ঙাকপীবা নিজফম থোক্লিবদি ঐনি, তুং-মাঙ অনীমক্কী। তামোগীদমক অহলশিংনা হেন্দোক থোইদোকপী মৌ অমা হায়জরুরে তাজবদা নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি। "

" ব্রাফমসি কনাবুসু তাহন-খঙহঞ্জনীংদবনা নহাক্কী ব্রাহৈশিংসি তরাম্না ওকচবা ঙমজদ্রে, ব্রারৌবীরোই। "

" মরমদি ? "

" ইকাইবা নংবা। "

" ইকাইবা ? কনানা কনাদগী ? ঐগী ব্রাখলদা মক্তবীদগী হেনবা কন্যা অমা মফম কৈদসু লৈরম্লোই।

চীংলেন ইখং খংনা য়েংলকই, কোফি কৌবদা ঐগী ব্রা নমহৎনবা হোৎনবগুম তৌই।

মহাক তপ্না হায়রকখি, “ ঐগী অশোয়বা অমসুং অশোনবা য়াম্না লৈ।”

ঐসু মখা শমথৈ, “ মহাক্কী মগুণ থাগৎপনা ৱাৎলগনি। ”

“ তরু, ” চীংলেন লূম্না ঙাঙঙি, “ নহাক ঐগী মরূপ্তগী ফোঙখিদ্রিবা লীলা অমগী ৱারী তাবীরে, তাক্কক অমত্তা চিৎথবীরম্লরোই হায়নসু খঞ্জে। মতাং অসিদা ঐনা মক্তবীবু লুহোংবা অয়েংবা ভাবকশিংনা পেল্লোই।

“ মদু নত্তবা অফবা পোল্লোইদি ? ”

“ পারীগা মক্তবীগা লুহোংবা। ” মহাক্কী ৱাহৈশিংসি তেঞ্জৈগুম তিংনা পাইথোরকই।

“ তামোগীদি কনাগা ? ”

“ লাইবক্লা তশ্বীরম্বা অমগা। ”

“ বিধিগা শন্তাইনবদুনা তামো নীংবদি থুংবীরগদ্রা ? খোয়দাজবা হায়বা ৱাফম কাম্হোকপদা ফনা য়াম্নদি লুনা লৌনবদাই ? ”

“ খোয়দাবা ? মদু হৌজিকমক্তি লৈজদ্রে। ”

“ মমাঙথক্তদি ? ”

“ লৈরম্মী। মীশক অদুনা ঐগী ৱাখল খঙবীখিদে, লোন্না পুজবা নুংশি মৈচাক উবীখিদে। ঐগী ৱাকৎ ফাগিদা ওম্হোকপীখি। মদু খল্লুরগা য়াম্না ইকাইজরকই, মহাক্কী চিন্তা থাদোকপগী থৌনা লাকখ্রে। মদুগী মথক্তা য়েখায়রকপগী চৈনাসু বিধিনা খাঙগু তম্লম্লে। ”

“ ৱাখঙদবী, অঙাওবীদুগীদমক তামোনা করিগী চিন্তা পুজরুনি। অদুবু তামো, ফারুদবা মহাক্কী ৱাখলবু নমথবদা অন্যায় অমদি য়াওরি, অচুম্বা উবীদ্রে লৌজে। ”

“ ইবেম্মা তরু, ” চীংলেন পারা তাকপগুম হায়, “ অকনবা পুকচেল, অয়াকপা ৱাহৈ, তমথীবা মীৎয়েং, লৌনম্বা শাজৎ অমসুং কল্লক-ৱাখল নুংশিবগা শম্নদে। নুংশিবগী থান্নদবা মরূপ্তি অচুম্বা অমসুং কৎথোকপনি। মরী অসিনি ঐনা ৱাংনা অমসুং থাজনা থমজরুবা, অদুবু ঙসিদি ওন্ন-তৈনবদা, ঐগী থৱায়বু তাইবংগী অখাবা হূ তংহল্লে, কল্লক-মৈশা ফাওল্লে। ”

“ অসুম ঐনা বিচার তৌজবদা, নমথাক্কী পাউদা চেন্নবা হূনা ইরায় লায়না ৱাম্নহনবা ঙম্বা তয়াং-তশোইবা থম্মোয়দা চুবা নুংশি মচু চেৎফম থোক্তে। ”

চীংলেন হন্দক্তি অহানবা ওইনা ঐঙোন্দা পূল্লপ য়েংলকই, ৱাখলদি থাপ্না পাইখিবা মাল্লি। ঐ তশেংনা তাঞ্জা মাঙহন্নীংদ্রে, কেন্তিন মনুংনি হায়বসু হেক হেক কাউই। অমবু থাজহনবা ঙমদ্রবদি মীয়াম্নুদি করম্না হায়বা ৱাখল্লোন্দা

তকখৎলবনি। নুংশিবদগী ইজ্জৎনা হেন্না লুরিবসি করম্বা মতাংদনো? চীংলেনগী পাউখুম ঙাইবদা মীৎচানবা অনীরক শুরে।

চীংলেন ব্রাখল থুংলরবগুম হায়রকখি, " ফুদিৎতা মাঙজোং চোংলুবগী অব্রাবা ইশানা য়ানা খাঙজরি। "

ঐ পরীংদা শমজীল্লে, " তামোনা পারীদা থাবীরকখিবা ব্রাহং খুদক্কী নত্তে, মতম শাংনা পুক্লীং-তাবুনুংদা লীদুনা থম্বীরকপা পোৎথোক্লি। পাউখুম্বুদি থৌওইবীখিদবা অসিনা লক্লবীরম্বনি খঞ্জবদা করি অরানবা লৈবগে? অদুগা অচুম্বা খঙবীদনা হন্দোকপীখিবসিসু ইকাইবা পীবীরম্বনি হায়বা য়াবীগনি। তামো, লুহোংবগী ব্রাফম লাকপদা ঐ অশেংবা কন্যা-কুমারী অমা ওইবগী চাউথোকপা লোয়নজরি। মালেমগী কনা ডাক্তর অমনা ঐগী ইজ্জৎকী মতাংদা লৌবা চাংয়েং খুদীংমক তরাম্না ওকচরি। "

চীংলেন ইকাইবগা খংবগা য়ান্নবনা মায়থোং চুম্না থম্বা ঙমদে। মহাক ব্রারী লোইশিন্নীংবগুম হায়রকই, " থম্মোয়গী তেংথাখোল, নীংঙমদবগী ব্রাকৎ, মতম কুইনা পুজরকপা পুক্লীংগী পোৎলূম, পুম্নমক নীংশিংলুদনবা লাইবক্লা কন্না শিন্নরম্লে।"

মহাক্কী ব্রাঙাঙসি ঐবু ওইজবা থিবী, ইরাল খুমজিনবী নুজা অমনি হায়না লাউথোকপগা করিদা খেন্নরি? মীৎয়েংসিনা ঐবু ইচঙ থৌহল্লি,হেন্না হেন্নসু খঙহন্নীংলে।

" তামোগী থম্মোয়নুংদা অপঙবী অদুগী মমল য়াওদ্রবা মাঙগী পুক্সিবু কয়া কুইনা নৈনবীরকখিবগে, করম্বা মফম মতমদগী ? "

" চহী তরা চঙনা নৈনজখিবা নুংশি ব্রাহংনি। পুক্সি অয়ূক অঙনবদা মেঙলবা মলায়ানা হুল্লকখিবা,থম্মোয়দা চুহল্লম্বা অপাম-নুংশিগী লৈনম্লি।" হন্দক্তি মহাক পিরোয়ননা হায়,"মদুগী লমন্দা হৌজিক ঐবু শাগন তেক্লবা চেক্লা ওইনা থদোকপীরে।"

" অদুগা নঙনা ! " কদোমদগী লাকখিবা অঙাওবা নুংশিৎনো, চীংলেনগী পাক্লবা খজাইদা ঐ শাফু কন্না খূবাক্লা শেৎ থাখি, লুমাঙ মশম ফোয়রগা নুংগী ঈহৌ থিংবদা হিক্লা হায়, " ঐসি পাউথোক্লবীনি হৌজিক্তি, লাইবক থিরবী। অদুবু, ঐ তামোদা পাউখুম চপ চানা পীজখিগনি। তামো চেনবীখিবা য়ারোই।"

ঐগী ইতৌদা পাখৎলবা চীংলেন অশাউবা য়াওদনা থেম্লকই। কন্না হৌরকপা থম্মোয়নুংগী নোংলৈ-নুংশিৎ ঐ ফাথবা ঙমদনা লৈরে। পূমঙক ঙক্লা য়োমশিল্লকপা কেন্তিনগী মীয়ামদু ব্রারোল খঙনীংবগুম ঐঙোন্দা লোইনা য়েংনৈ, হংলকপদি য়াওদে।

" তরু, ঐ লাঞ্জখ্রে। " চীংলেন মায়থোং খেগুম ঙাংনা হায়রকখি,

" ঈংথবীয়ু, ঐ থোকচখ্রগে। "

ইকাইবনা ঐ ব্রা ঙাঙথোকপা ঙল্লমদে, চীংলেন্দসু য়েংখিদে। থৌওংসিনা যুনিবর্সিতি কেম্পসপুসু মাংথোক্লগনি খল্লুবদা হেন্না হেন্না কপ্লীংলকই।

কাঞ্চিপুরদা ব্রারী অমা শেল্লে খন্না ঐ গেটলোমদা ইথস্তা তপ্লা তপ্লা লাক্লম্মী।

# ৯

অয়ূক্তা থেংনরুবা খবরগী অতেনবা পাউ অমনা ঐবু ইখং খংহনবতা নত্তনা ওখাক য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। মসিবু করম্না নমশিন্দুনা থমগনি, অশেংবা খঙনীংবনা ঐ হন্না হন্না পাখ্রে, অমুকসু পারম্মী।

— য়ুনিবর্সিতি কেন্তিন্দা লৈশাবীনা পাখং ফুখ্রে

ঙরাং নুমিদাংব্রাইরম পূং অহুম্লোম তাবা মতমদা মনিপুর য়ুনিবর্সিতি কেন্তিন্দা চা থকমিন্নরম্বা লৈশাবী পাখং অনী কোয়ন-শান্নবগী ব্রাহৌদগী কন্না উংখৎনরক্লুনা খূৎ য়াওনরকখি। লৈশাবীনা পাখংদুগী মমায়দা খূবাক্লা থাবগা লোয়ননা মশমসু ফোয়খি। লৈশাবী অদুগী মমিং ওক্রম তরু দেবী কৌই, থৌবালদগীনি। পাখং অদুনা য়াইস্কুলদগীনি, শৌগাইজম চীংলেন কৌই। নুপী ওইবীগী ইজ্জৎকা মরী লৈনবা হৌখ্রবা ব্রাথোক্কী মলোম অমদগী লৈশাবী অদুনা খূৎ থাখিবনি হায়নৈ। —

কয়াদা তমথীখ্রবা পাউনো ! চীংলেনগী মীংচৎ লুখাক কোমদা নমশিনবদা ঐগীনা মখা থংলি। ঙন্তা খবর পাখ্রবা ইমাগা পাবুংগা ইমুংদা কন্না ঙংখৎনরকই। ইমাদি তরুবু মৌ ওইবগী ব্রাফমদগী খূৎ হান্নগে য়ৌখ্রবনি। বাবাদি উকিলগী হৌনবী মখল-মথেলগী তর্কদা অচুম্বা চিংথোক্লবা হোৎনরি, বদনামসি হেক্তা য়াগদবা নত্তে হায়বসিনি। মমৈথঙদা মখোয় ঐঙোন্দগী ব্রা তানবা লৈথরক্লে, হংলকপদি তৌদ্রি। ঐ পাউখুম শেম-শাবা তাবনি, মদুনা মখোয়বু পেলহনবা অমদি নেমথহনবা ঙমগদৌরিব্রা, হোৎনদবদি য়াদ্রবনি।

অশেংবা পাউ লৌনবা ঐ চীংলেন অমসুং তরু অনীমক্তা টেলিফোন তৌরম্মী, পায়খৎলক্তে। ময়ূম ময়ূমদা উনরুবা তারে, য়ুনিবর্সিতি কেম্পস মনুংদদি পান্নক্রুবনি। অমুক্কা হন্না টেলিফোন্দগী হংলুবদা ফগদবা মান্দ্রে, মরমদি ইমুংগী মীশিং তাহন্নীংদবা অরোন-অথুপ য়াওরক্কনি। ঐ নৈনবদি তোক্তে, পাউসিবু চুন্নমগদ্রা? চীংলেনগী ব্রাঙাঙনা কনাবু শাউহনগনি ? ষননা উব্রোকথোং লানবা উরবসু উদে হায়রগদবনি। তরুনা লমচৎকী ঙমখৈ লাল্লোয়। মখোয় অনীমক লমন

খুম্বা নত্তুগা ইকাইবা পীবগী পারা তম্লক্তে। পাউদি পাউনি। লমদমসিগী পাউদা অশেংবা ব্রাফমগী চাং লেপ্পা য়ারিব্রা? রাজনীতিগী খুদোংচাবা লৌনবা ভাবকী পাউ শেন্নবদা হৈনখিবদগী থৌদোক-ব্রাথোকশিংদসু ফিক্সন চণ্ডহনবা পাউচে য়াম্না লৈরবনি। অশেংবা ব্রাফমগীদমক ঐ মখোয়বু উনদবা য়াদ্রে, অহানবদা চীংলেনগা।

গাড়ী কাখৎলমদাই শুমাঙদা ঙাইহাক ঐনা লেপ্লিঙৈদা য়েৎ-ওইদগী ইমা পাবুং অনীমক্লা কন্না পাউমেল্লকখি। তফিং তফিং থবক তৌবা, মীগা নিঙাই শংদানবা অপঙবা চিংবনি, অদুগা অচুম্বদা মীয়ামগী মীচং লৈ হায়বসি পাবুংগী পাউতাক্লি। মণিপুরদা নুপী মথন্তরা, মথী সনা ফায়ব্রা, মখোয়গী সঙ্গদা ঐখোয় কাখৎলোই, তোকথোকসি, করিমত্তা হংলুরগনু, টেলিফোন্দগী থোক হেক হায়দোকখ্রগা লোইরে, করি করিনো ইমাদি অশাউবগী ব্রাঙাঙ তৌরকই, তরুবু নুংশিজবদি মীৎকী পিরাংনা উৎলকই।

থৌবাল লাম্হোক্তুনা লাকখিবা লম্বীদা ঐ মখল-মথেল য়াম্না খনখি। নীংবা কায়রবা অমসুং ইকাইবা নংলবা চীংলেন শাউনীংবা শোয়দনা পোল্লমগনি। তাঞ্জাসিদা মহাক্কী পুক্নীং ফাথবা য়াম্না মরু ওইবা থবক্লি।

ঐনা চীংলেনখোয় যূম থুংলুবদা মহাক চৎথোক্লবা মফি-মরোল হোংবা লোইরম্লে। ঐবু হেক উবগা মহাক চেম্থোরকই।

"লেঙশিনবীরকউ। খজিক্তমক ব্রাৎপনি লমথৈনরমগদবা।" মহাক নোক্লবসু মায়থোংদি লৈচিল্লক্কী নুমিৎনি, অনাবগী খোঞ্জেলসু চেন্না হায়, "অখাবা পাউদগী ঙনবীরকপনি খঙজে।"

ঐনা খুম্মি,"অশেংবা খঙনীংমনখ্রদুনা চেঞ্জরকপনি। হেঞ্জিনবা পাউনি হায়বসিমদি লাল্লরোই।"

"ঙাইহাক ফমখিসি, ব্রারীদু তমজগে।"

ঐখোয় অনী মহাক্কী কাদা চঙলম্মী।

"ব্রা ব্রা হেক লাউনৈ।" ঐনা হায়।

"অসিবু হৌনরিব্রা, ওম্থোক্লা থীনা চোপহনখ্রেদা।"

"হোয় থাজদনা মহাক কৈ অমোম ওইরম্লে।"

"মদু তাহনবদা মখোয়না পেল্লিবসি করিনো ?"

"মরুপ্পু ইকাইবা পীরে, লৈখা তাহল্লে, মহাক্কী পান্দম ফংলে।"

চীংলেন ঐঙোন্দা ঙাইহাক্তং চয়েৎননা য়েংলম্বদগী মখা তারকই, "নহাক্কী ব্রাফমদু ওন্নরে, য়াম্না ব্রানা ইকাইবা মায়োক্লরমগদবসি তরুনি।"

নুংদা নোকখিবদু চীনবান য়ৌরক্কে তৌই, ঐ খংহায় হায়খি, " অঙকপনি, হৌজিক ফাওবা ব্রাইনুনা কৈশালগীদমক ব্রাবীরি। "

" ফত্তবা ঐগী সঙ্গদা তরুনা প্রায়শ্চিত্ত ফংবনি। মরূপ, মহাক্না অকায়বা করিসু তৌখিদে। মপুক্লীং নুংশিবদগী ঐগী শম চিংলগা মহাক কপখিবনি। "

" পাউ অদুনা মমাঙগী বদনাম্বু পকশিল্লকখি। লৌশিং পুম্নমক খোমদুনা নহাক্না তরুবু কন্নবা হোৎনবীরবসু মায়দি পাক্করোই, খ্বায়না মহাক্কী মচু লেপপ্রে। কয়াদা ময়াই কল্লবা হূ চেনবা পাউনো, য়ুনিবর্সিতি কেম্পসপুসু মাংথোক্লে। অশেংবা থৌদোক তাক্কুনা ফনা কন্না লাউজরবসু মীয়ামগী চিংনবদি কোকহনবা ঙম্নরোই, মহাক অমকপা, লূজদবা ব্রারীগী অমুবা দাগ পক্লবীনি।

" মসি ঐঙোন্দা শীংনরকপনি হায়না লৌই, খবরদা পাউ হাপ্লিবা মীশক্তু ব্রাখল লৈমন্দে। "

" তরুনা মমাঙগী থৌদোক অমা থম্মোয় শোক্লা শেংদোকচখি, নহাক ফাওবনা থাজবীখিদে। "

" মরূপ, মমাঙগী ব্রাফম থমখিসি, হৌজিক ঐ পাউচেদুগী মথক্তা কেস থাঙ্গৎকে খল্লে। "

" তরুগী ব্রা তাবীখিবা ফৈ, মরমদি মহাক থাজপ্রবীনি। "

" থাজপ্রবী ! মহাকসি থাজপ্রবী ! " চীংলেন ইখং খংনা ফুক হৌগৎলি।

" হোয়, মক্তবীগুম। "

" কনাদা ? "

" ঐঙোন্দা। "

চীংলেন স্বর তপ্পা হোন্দোক্লগা অমুক ফমথরকখি, অদুগা নোক্তুনা হায়, " ওম্হোকপা ফাগিনি। "

থম্মোয়গা কোক্কা কন্না লাম্ভেংনবনা ঐ ব্রানা মখা তাই, " মরূপ, অশেংবা ব্রাফম্নি। থা খরগী মমাঙদা, ঐনা বেঙ্গলোরদা লৈরিঙৈদা অহল মশেল য়ানরম্নবনি। "

হন্দক্তি চীংলেন মপোৎ-মরল তাক্কা মুলহৌরবা অথাপ্পা লমদমদগী থুংলবা লংফৈ চৎপা মীশকুম মতু ইশোন শোন্না উই। ইকাইবা, নীংঙমদবা অমসুং অব্রাবগী শক্লোন্দা লুকথখি।

" চুম্মি, ঐগী ব্রারীদগী মরূপ্পা ব্রাফমদু লোৎপীখি। ঐসি কয়াদা থেনপ্রবনো! হৌজিক্তি চাউনা শোক্কদবা লৈরে। ওইজবা থিরিঙৈদা নহাক্কী অব্রাবা উখিদ্রবনি ঐসি। "

" নহাক্না খবরগী বদনামদু থাজবীখি, হৌজিক ফাওবদা চিংনবা কোকপীদ্রি। "

পাক হেক কোক্লোই হায়বগুম চীংলেন তপ্পা মঙক হাইরম্মী।

“ তরুদা অচেৎপা থাজবা থম্বীরিবসি করিদা য়ূম্ফম ওইবীবগে?” চীংলেন দাবি য়াওনা হংলকই।

“ তরু মশামক্লি। মঙোন্দা শীরিবা বদনাম চামদা চামা লাল্লি। মহাক্কী পুঙ্গিদি অরুবা অমসুং অরূবা ঈচেলনি, ঈমায়দা উনা খরা তাউহল্লগা মোৎহনবা য়ারোই। অমনবা থাঙখুম য়েংলগা থাঙগী মথৌ লেপ্পা লানবনি।”

“ মহাকপু অদুম্মা থাঙ্গৎপীবদা ঐ নুংঙাইজে। অদুবু, মসিমসু য়াবীয়ু, মক্তবীদি মরম অমত্তদা চিংথফম লৈতে। ”

চীংলেনগী ব্রাফম ঈরোঙ অনী ফাংলকপসিদা ঐ নোক্লম্মী, লোৎলগে খল্লুবা ব্রাখলদুগীদমক্তসু ইকাইজরকই।

“ নহাক্কী থাগৎব্রাহৈশিংসি তারগা মক্তবী কয়াগী মতিক হরাওগনি।”

“ মহাক থব্রাম্মিচাক মরক্তা থবানি, মরূপকী লোয়নবী ওইবদা মতিক চাবীনি, মতম পূম্নমক্তা খ্বায়না ব্রাংনা থাঙ্গৎলি। ”

“ ব্রাফমদু ওন্নরে, ঐগা নকশিন্নহনবীরে। তরুগী অফ-ফত্তা পূম্নমক্তা ঐনা শরুক য়াফম থোকপগুম, মরূপ্পা মক্তবীগী। অহলশিংনা শিন্নবীবা থৌদাংসি তরাম্না ওকচখিবগা লোয়ননা ঐদি কৈদৌঙৈদসু থুগায়রোই খঞ্জরিবনি। ”

“ মদু খক য়ারোই, পারী। মক্তবীগী নুংশি ময়েক নহাক্লা তম্বীখি। পুঙ্গিগী পারাসু মপূং ফানা পাথহনবীয়ু, লমখাংদা মুথৎপীবা চুন্নোই। ”

“ অদুদি, ঐখোয় ইশানা তমজরুবা পারা অদুগী ইকাই খুম্নবদা য়েংলবদি নহাক্লা তরুবু লুহোংনবা তকশিনফম থোক্তব্রা ? ”

“ হায়বদি,নুংশি পারা? ” চীংলেন মীৎলু ঈরা চেল্লি, খোঞ্জেল নিক্লা হায়, “ মতম অমদা তম্নুবা অমসুং ফারুবা খরদু ইশাগী লল ওইরগে খঞ্জদুনা ঔরাইনীংদুনতা লৈরম্মী। অদুবু ঙসিদি কদায়, অকাউবগী লৈরোলনুংদা থমখ্রগে খল্লে, মরমদি মসিনা থম্মোয়বু চোকথহল্লি, ইথক্তা পুঙম থাঙঙমদবা পোৎলূম অমনসু নল্লে। ঐগী ওইবা ব্রাখলসিগী ব্রাংমদা, মতম কুইনা হংজখিবা ব্রাহংবুদি, বিধিনা তাইওন্নবা পাউখুম পীবীরকপ্রে।”

“ মদোমদা থৈদোক্তুনা খঙশিন্নদবা লানগনি। ওরাং মহাক্ল মরূপকী শম ফোয়দুনা কপখিবদু নীংঙমদবা নত্তনা ওইজবা থিবা নক্তগা তুক্কৎচবা উংপনি হায়বীগদ্রা? ”

“মদুনা ঐবু হৌজিকসু চমম্নবা মফমদা থল্লি। অদুবু, শেংদোক্রুবা তাঞ্জাদি লৌররোই।”

" নোংমা মহাক মরূপ্তুগী ঙাকপীবা অমত্তুং নিজরগা ঐগী ঙক্তা লৈ পরেং হুক্রুবা থৌরাঙ তৌরকপা য়াই। "

" ঐনা তরুগী ইজ্জৎ কন্দে হায়বদা তোংবীরগা, মতমপূন্নমক্তা ঐগী নীংবা থুংনবা লাইনীংবীখিবা নহাক্লা, অহল-লমনশিংগী য়াথং ঙাকপগী মিং লৌবীরকপনি খঙজে। মসি মক্তবীদা চৈথেং পীবনি। ঐ মক্তবীগা লুহোংগে হায়বা খক খল্লুদে, খনবসু ঙম্লোই। মহাক্কী থৱায়গী পোৎথাফম ঐঙোন্দা ময়েক শেংনা উংথ্রবনি। "

" ঐবু শাদগী হেন্না তোল্লি ঙাঙনখ্রবসু হৌজিক্তি তরুবু লুহোংনবা ঐ শেম-শাজরবনি, মহাকপু পুন্সি মরূপ ওইজবনা ঐগী ধর্মদি ঙাকচগদৌরি। "

চীংলেন মকোক খোৎলি, মায়থোংসু হাইগৎলক্তে।

" মদু অচুম্বা খোঙথাং নত্তে। " মহাক য়ানীংদনা হায়, " মক্তবীবু ককঙাওনবা ঈরেন্দা লংথবীরম্বা। "

" মহাকপু নহাক্লা লৌখৎপীবা হায়বসি অহল-লমনগী য়াথং ঙাকপগী বরসু লোয়নরক্কনি। "

" থৌশাহৌদবদগী অরুবা কোমদা তাশিল্লবী মক্তবীবু চিংখৎনবা ঐগী খূৎতা পাঙ্গল য়াওদ্রে, থৌনাসু লাক্লরোই। "

" মরূপ, নীংশিংসি, মতম খরগী মমাঙদা ঐখোয় অহলশিংগী অপাম্বা মায়ওন য়েংনা খোঙ থাংবা হৌখ্রবনি। মসিগীসু মথক্তা তরু অমসুং মক্তবী খুন্নাইসিগী নিঙোলনি, নীংখা তম্বদা মন্তিক্রুবা ঙমজদবী। "

" শম্না হায়রবদা, নহাক্কী মতসি, ঐখোয় য়াম্না থুনা মখোয় অনীগী অশেংবা ফিরেপ খঙফম থোকপনি। মখোয় উনদ্রিঙৈদা নামতগী ওইবা ৱারেপ লৌবগী অশোয়বা লৈ। "

" চুম্মি, অদুবু নীংশিংগদবা অমসু লৈ। ঐখোয় অনীগা পূনবা নুমিৎতুদা মক্তবীদি নামুংবা, তৌহৈদবা ওইনা লৌখি, মায়রোং য়াবা ঙমদনা উরু উরু লৈদুনা খাঙখি, ইকাইবা পীবনি খনখ্রে, খমথেংনা য়ানীংখিদে। "

" তরু য়াওনা ঐখোয় মরি পূল্লবদি মহাক্কী থৌনা লাক্কনি, অদুগা পুক্লীং হোংলকপসু য়াই। "

খন্নরি তানরিদি হায়ববু চীংলেন ৱাফম পূন্নমক্তা মহাক্কী হৈনিংবগা ইশম শম্মদ্রে। অদুবু, ঐখোয় অনী তরুবু থিবা তারম্মী। য়ুনিবর্সিতি কেম্পস মনুংদদি পাম্নখিদে, অদুগা, থৌবাল য়ৌরুবগী ৱাফম খন্নরকপদসু, অশাবা পাউনা চাক্লিবা মৈরক্তা, ঐখোয় চঙলুবা হায়বসি, ইকং লংশিল্লুবদা তারগনি য়ানরে। অদুদি,

মফম কদায়দা, করি উপায়না ঐখোয় পূনবা ঙমগদৌরি ? অসুম নৈনরকপসিদা, মতাং কয়াদা নুংশিবসি ললোনপোৎকা খেন্নরক্লে।

থোঙনাউদগী মপান্দা য়েংলিবা চীংলেন্না ফুক হৌগৎখিবদা ঐসু ঙকপা য়াওখি।

" এ ! মক্তবীগা তরুগা নত্রনে মখোয়সিবো ? " ঐনা লাউই।

" মানি, মখোয়নি। " চীংলেন্না খুম্মি। " য়াম্না ফরবনি, মখোয় অনী লাকপা, ইথৌসু চৎথোকখ্রি, তপ্না ঈংনা ঙাঙনরসি। "

চীংলেন মপান্দা চেল্থোকখি, তরাম্না ওক্লুই। হাইদোরকপা নুংশানা মচু লোক্লবা নুজা অনীগী মায়থোং ঙসিদি হৈজীং ফারে। মখোয় অনীমক ঐবু উবদা খংপ্রেক খংখি, ইকাইবদগী ঙকপনা হেল্লি। মতমগী হোংলকপা চৎনবীনা পীরিবা থৌনা শীজীন্নদুনা মখোয় চঙশিল্লকই।

" তামো ! " অনীমক্না কৌরক্লম্মী।

" হোয় ফমজরল্লি, চঙবীরকউ। নখোয়বু উনজনীংবগী ব্রারীনি ঐখোয়গীসি।" ঐ মখোয়বু ওক্তুনা হায়।

মখোয় মায়োক্লনা ফম্নরে, য়েংলকপদি ঙম্মদে, ব্রা হৌদোকপা ঙাইনবদা তুমিন তুমিন লৈনৈ।

" অসিনি তামো, অহৌবদগী নুপীশিংনা নুপাগী মরুম থুপচরকখি।" মক্তবী থৌনা ফুদোরক্লে।

ঐনা খুম্মি, " কৈনসু নাপীগী মপান তাংঙি। "

" পাঙ্গল শোনবী ওইবগী মথক্তা মায়থীবা অমুক্তং নংখ্রবদি পুন্সিদা হৌগৎপা য়াম্না ব্রাজবীনি। " তরু পাংশিল্লকই, মায়থোংদি ইঙাগী অতিয়াগুম লূমথগ্রে, হায়গদবা য়াম্না লৈরি হায়বা ঙাইঙমদবা মতৌনা তাকই।

" অথা-অথী য়েংদবা, হেঞ্জিনবা পাউনি হায়বদি মীয়াম্না খঙবীদেদো।" চীংলেন্না শমথৈ, " ঐদি নুপানিনা খরবু ফরি, ইবেম্মা তরুদদি...। "

রুমালনা মপি তৈথোক্লম্বী তরুনা হায়, " তামোবুসু মিংচৎ থীহল্লি, বদনামদা চেন্নে। মদু পঙলবী ঐগী থৌওংদগীনি। "

" পাউচেদুগী মথক্তা তৌবা য়াবা কয়া লৈ, খন্নসি। " চীংলেন অশাউবগী ব্রাঙাঙদা হায়।

" তামো, মদোমদদি ঐ করিমত্তা খঞ্জদে। " তরু ঐঙোন্দা হায়ফেৎ য়েংলকই, অচেৎপা ব্রাফম্নি খঙহল্লকপনি, অদুগা শম্পাৎ চৎথরকখি, " মরমদি হৌজিক ঐ লুহোংবগী মতম লেপ্লবা লাকচরিবনি। "

চীংলেন ঐখোয় অনী খংবা মান্নে, অদুবু হংবদি ঐনা হাল্লি।

" কনাগা? "

" তামো চীংলেনগা। " তরু ইচঙ থৌই, ফাগি পক্তনা হায়, " ঐখোয়গী ব্রারেপ লানখৎপদা অহল-লমনশিংনা তাবীগনি। "

" ইস ! " অঙকপনা চীংলেনগী চীন মেনখ্রে, ঐঙোন্দা তেঙবাংগীদমক য়েংলকই, অদুগা শোম্থাংনরপ হংঙি, " ঐবু হাৎপীরগা? "

" অশিববু করম্বা কন্যাগী বর ওইখ্রবগে ? অচঙবা তামোগনি ঐনা লুহোংজগদবসি, ব্রাখল-লৌশিংদা মীথোই-মীহেল্লবা। " তরু থৌবা হেনগৎলক্লে।

" ঐনা য়াজদ্রবদি ? " চীংলেনসু কনখৎলক্লে।

" তামোনা মতিক চাদ্রবী ঐবু চহী লীশাং শীৎনা নুংশিবীরকই হায়বা সাক্ষী থম্বীখ্রে, চেনবীবা য়াররোই। অশেম্বা পাউগী হূ তংলগা ঐবু খাবীরবদি অরানবা তারক্কনি। ব্রাফমসি চমথোকচবদা ঐ চৎনবী পনখে লাঞ্জরে,ইকাই হঙ্গোয়বা তুংওইনজরবীনি। ঈশ্বরগী থৌজান্দগী হৌজিক ফাওবদি ইজ্জৎ কঞ্জরিবীনি ঐসি, অদুগা ইশাবু মেদিকেল চাংয়েং চৎথহন্দনসু লুহোংজরোই লেপচখ্রবীনি। "

" ইবেম্মা তরু, ঐবু অদুক হাক্লা পুকচেল পীকপা তাহনবীগনু। " চীংলেন নীংবা কায়না হায়, " ঐদি অহাঙবা অতিয়াদা নাইতোম পাইরবা চেক্লানি, কনাবুসু খোঙ্গুল লীহঞ্জনীংদ্রে। "

মখোয় অনীগী ব্রারীসিদা ঐ তুমিন লৈবা ঙম্লক্রে। মক্তবীসু পূনশীন্নবা ব্রারেপ তাহন্নীংবনা ঐঙোন্দা লাংতক্লনা য়েংলি।

ঐ মরক থৎলে, " তরু, ফাগিনি খল্লুবা নহাক্কী ব্রাঙাঙসি মচীন থৌবা অসুম হেনগৎলকপসিনা ঐঙোন্দা কন্না য়ুররে, চংহাৎ হাৎপীগদৌরিব্রা খল্লক্লে। করিগী নহাক্লা অহলশিংগী মফমদা চীন পুৎথবীখ্রিবনো ? করিগীনো ঐগী ইমা-পাবুংবু অদুক য়াম্না হরাওহনবীখিবা? নহাক্কী মঙলান ঈপাক্তা ঐবুসু করিগী তাহনবীখি ? য়ারোই নহাক লৈথোক্তনা চৎপীখিবা। ঐ নহাকপু লুহোংনবা শেম-শাজরবনি। "

তরু হাইগৎলকপা ইহুল থিংবদা, ফুনগৎখিবা স্বর তপ্না ফাথরগা হায়রকই, " তামো ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐনা হায়জবদগী হৌজিকমক মফমসিদা লাক্লমদায়দা, নাকল অনীমক্কী অহলশিং মলোম অমত্তা লৈনদনা খোঙফম হন্দোক্লবগী ব্রাফম য়ানহৌরে। মতাং অসিদা ঐখোয়না পুরম্বা পোৎলূম থাজখ্রবনি। "

"ব্রাফমদু য়ানবদা ঐগী ব্রা তবীখিদ্রি। ধর্মগী মতুংইন্না নহাক ঐগী পুন্সি মরূপ্নি।"

চীংলেন ইতিং তিংনা পাংশিল্লকখি, " চুম্মি, ইবেম্মা তরুনা লুহোংবা

হায়দোকফম থোক্তবনি। ”

খাঙঙমদবগা লোয়ননা মক্তবী লূম্না থারকই,“ঐ তামো পারীগী ঙক্তা হুকচনবা লৈ-পরেং লেংখ্রবীনি, হৌজিক অতোপ্পগী মঙলান অমুক শাগৎপা ঙমজরোই। ঐবু করিগী নখোয় খুদীংমক্না অমম্বা মায়খুম উপশিনবীরিবনো? নুংশিবগী মমলসি নখোয়গী থম্মোয়দা অকা-অকূম নাইব্রা? ঐগীদমক্তদি অসুম ব্রাংখৎলকপতনি, তাথরকপদি লৈত্রে। ঐগী থম্মোয় লকাদা চহী কুমজা কয়া য়াহিপ্তুনা লৈরকপ্রবা নুংশিবসি তামো পারীগীনি, কনানসু তাম্থোকখিবা ঙল্লরোই।”

তরু পিরোয়ননা নোকই, কনতক্তি হায়, “ তামো চীংলেনগুম্বা মমল য়াম্লবা মীশক অমবু করিসু লৈত্রবী ঐগুম্বীনা চহী কয়া ওৎচরুবগী লমন তোল্লগা ঐ লমলানবী খক ওইজরোই, হৌজিকপু কনাগী তুংইনবী অমুক ওইরুখিসিগে ? ”

ঐনা লাউই, “ ঙাইবীখো, মী মরিগী ব্রাসি মনীংতম্বা লমলক্কী উরীগুম য়েৎশিন্নরে, মচা তানা অমুক্তং খাইদোকখিসি। ”

মখোয় অহুম্মক পূল্লপ য়েংলকই। কাদু পূমচীক চীকখ্রে। কনানো হরাওবগী মায়থোং উৎপা ঙম্লিবা ? অদুবু, ব্রারেপকীদমক খৌরাংবদি পুনরি, ঐখোয় ব্রারী মখা চৎথবা তাবনি।

“ অদুদি তামো... ? ” মহাক্কীদি অরেপ্পনি উৎতুনা তরুনা ঐঙোন্দা হংঙি।

“ ইবেম্মা তরু, ” ঐগী খোঙফম খঙহন্দবা য়াদ্রবনি, ঐ অচেৎপা পাউখুম পীবা তাবনি,“ নহাক তশেংনা ঐখোয় অনীগী য়ানখ্রবা পুন্সি লৈপুনগী মরী থদৎপা পাম্বীরব্রা? ময়েক শেংদোকপীয়ু। ”

“ তামো ব্রারৌবীগনু, ঐ লম্বী তোঙাঞ্জখ্রগে। ”

“ নহাক্কী লম্বীদু ঐ থিংদবা ঙমজরোই। নহাকপু লুহোংনবা হোৎনবদা পাম্বে কয়া থিজগনি, লোগী মতেং ফাওবা লৌজগনি। ”

“ অদুগা ঐনা তামো চীংলেনগী খুয়াখাগী পম্লুং তানবা খোঙচৎ অমগীদমক শেম শাজরে। ”

কা মনুংদা কনাসু লৈত্রবগুম ঙাইহাক্তু পূমচীক চীক্লম্মী। মী মরিগী পেন্দবগী ফোং ফোং শারবা স্বরসু মপান থোকখি। থম্মোয়নুংদনা আন্দোলনগী মৈরি হৌনরি।

ঐ মখা তাই, “ মরূপ চীংলেনগী ফিরেপ হায়বীয়ু। ”

শোল্লপ খৌদেম্লগা মহাক লৈদুনা য়েংলকই।

“ ঐগী নুংশি লম্বীদা ঙরাংদগী নীংঙমদবা অমসুং নীংবা কায়বা হায়বা ব্রাফম অমা কোকখ্রে। মদু ইবেম্মা তরুনা তেংবাবীরকপদগীনি। হৌজিক্তি অনৌবা

ব্রাখলগী ঈচেল অমা ইঙ্গনবা তরু অমসুং মক্তবী অনীমক্তগী লাপথোকচরে, ইশানা অমদি অহল-লমনশিংনা শাগৎলুবা মরী পূম্নমক থদংপগী দায়িত্ব লৌজরবনি। ”

মক্তবীনা লাউথোরকই, “ ঐ শিদ্রিফাওবা পারীগী তুংইঙ্গগনি। ”

“ নুংঙাইবা ব্রাফম্নি। ” চীংলেন পুক্লীংবু থেমদুনা নোকই, শোন্তক্তি হায়, “ কনানা বিচার তৌবীগদৌরি? ইশা ইশাগী ব্রারেপ অহলশিংগী মায়োক্তনি খঙনরবা ফাওবা হন্দোক্লদবসি ফরোই। নোংমা নীনি লৈরগা ঐখোয় অমুক্তংগা খন্নবনা চুমগনি, অমনা অমগী মথক্তা মলোম লৈনদবা ব্রারেপ তাসি। ”

“ অদুদি তামো, ” তরু য়ানীংদবনা কোচি কোৎলকখি, “ হয়েংদি তামোগী ফিরেপ্তা অহোংবা উৎপীগদ্রা? ”

“ মদুমদি ঙমজরোই, ঐ মাঙজৌননা শেংদোকচরি। ”

“ অদুদি খোঙফম হোংবীগদবসি কনানো ? ” মক্তবী চোংশিল্লক্লে।

চীংলেন লুকথখি, কনাসু মখা তানখিদ্রে। ঐখোয় মরি অমনা অমদা য়েংনদে। য়ূম্নু চীংলেন্দি ময়ামদগী খরা কোমথোক্লবগুম উই, লম্বোইবগী ব্রাখলদা ইহা হাদে। চাগী থৌরাঙ তৌরুখিগে হায়রল্লগা মহাক চাকশঙলোমদা চঙশ্রে। ঐগীদি নাম্বোকফম লৈতে। তোঙান তোঙানবা দাবি তানবা অহুম ধারণাগী মওংদনি ফল্লিবা। নুপী অনীগী অপান্বদা য়েৎশিন্নদে, ঐগীনি ফরক ফুরিবা। মশাগী নত্তনা অতোপ্পগী দোষ য়েংবগী হৈন্নবী লৈতবা কনাগুম্বগী মরৈদা ব্রায়েল য়াওবসু খঙনরবনি। ”

অচীকপা কোকহন্নবা ঐনা হংঙি, “ করম্না পূনবীরকপগে ? নম্বোলদগী, নত্তগা থৌবাল্লোমদগী ? ”

মক্তবীনা খুম্লকই, “ অয়ুক ঙন্তা তরুনা টেলিফোন তৌরকপনি, নিত্যাইপাৎ চুথেক্তা পূং নিপালদা উননবা। অঙকপা পাউনা ঐবু ফুক ফুক হৌগৎহল্লম্লবনি। ঐখোয় অনী উনরবা মতুংদা মফম অসি য়ৌনবা ব্রারেপ লৌজরকখি। ”

“ অচুম্বা ব্রাখল অমসুং ইচঙ থৌবীবা মতৌসিদা চাউথোকচৈ। ”

“ ঐখোয় নুপী মচানি হায়বা কাউজদে। ঐখোয়গীদি খোঙথাং খুদীংমক হায়নফম্মগী হায়নফম ঙাক্তনি। অহল-লমনশিংগা য়ানবা লম্বী থিবনা ঐখোয়গী লেমজবনি। ”

তরুনা শমথৈ, “ তামোনা ঐবু কনবীনবা লৌবীরিবা ফিরেপ ঐ খঙজে, কোতি কোতি য়ৌনা থাগৎচরি। অদুবু হোরেন য়ূম য়ৌবীরগা অহলশিংনা শোয়দনা নমথবীরগনি, মুন্না খম্বুবীয়ু। ”

“ ইবেম্মনা ঐখোয়গী ইমা-পাবুংবু অদুক হাক্লসু ফত্তনা লৌবীদবা ফৈ। তরেৎ-তরা তানবা নত্তনা মখোয়দগী অয়াকপা ব্রাহে কৈদৌঙৈদসু থোরক্লোই। ”

“ অদুবু ঙসিদি তামোখোয়চরোমদগী হায়দোরকপদা ইমা কপখি।”

“ মদুনা অশেংবা ওইরবদি হয়েংমক ইমা ইবেম্মখোয়দা হায়জবা লাক্কনি।”

“ ঙাকপীয়ু তামো, লাইবক থীরবী ঐ অহলশিংদগী পাপ অমুক লঙশীঙ্গররোই। মরমদি থম্মোয়না ইনশিল্লকপদগী ইচীনমক্কা হায়জপ্রবনি, ঐ তামোখোয় সনা শঙ্গায়দা মৌ ওইনা চঙজরুবগী থৌনা লৈজদ্রে। লাপথোক্লুবসিদা ঙাকপীনবা চামরক নোঞ্জপ্রে। মদুগী মথক্তা মীথোই মীহেল্লবী অমনা য়ূমদুগী মৌ ওইনা খোঙদারক্নদবা লৈরবনিনা নুংঙাইবা ফোংদোকপসু হৌজখ্রবনি। মসিদা খোয়খা লিনখা থাজদে, তশেংনা হরাওজবনি। ”

পুক্লীং চঙনা তারম্বী মক্তবী থিন্দুনা তাকপগুম হায়, “ অসুম্না তরুনা ঐগীদমক ওইজবা থাদোকপীবগুম তামোনসু মরূপ অমগীদমক্তদি খনবীররোইদ্রা? তামো চীংলেনগী অনৌবা খোঙথাংসি করি মরমদগীনো হায়বা খঙ্ঘবীয়ু। ”

ঐনা খুম্মি, “ ঐখোয় অনীমক ব্রাখলদগী পোকপা ইশা ইশাগী ধর্মদা তোংলি, লম্বীদি তোঙান তোঙান উরে। ”

চীংলেন থোরক্নে, ত্রেদা হাপ্পা চা অমসুং বিস্কুট টেবলদা থম্লে। করি অনৌবা ব্রারী চৎথপ্রে খঙনীংবনা ঐখোয় অহুম্মক্তা মথং মথং য়েংলক্নুম্মী।

চা থক্লিঙৈদা ঐখোয় করমিত্তা ঙাঙনদ্রে।

“ মরূপ চীংলেন, ” কায়নরমদাই ওইনা ঐনা হায়, “ মরূপশিংগী অপেনবদু ইশামক্কীনি, অদুবু ঐ ধর্মদি ঙাকচগে। ”

“ মান্নবা ব্রাখলসি ঈশ্বরনা উবীসনু। ” চীংলেন মীফম লোয়শিল্লবগুম খোঞ্জেল নেমথরক্নে।

কনানা কনাবু থিনগদৌরি হায়বা ব্রাহং য়াওনা চীংলেন্না ঐঙোন্দা য়েংলকপদু তরুনা উখ্রে, তেনশিন্নবা হায়রকই, “ ঐখোয় য়ুনিবর্সিতিদা শান্নবা চৎপগী ব্রাফম খন্নরুগদবা লৈজরি। ”

লৈশাবী অনী চৎখ্রে। ঐ চীংলেনগা ঙাইহাক চোম্থহৌরি, খন্নবা মপূং ফাদ্রিবনি। অদুবু মহাক্কী মায়থোংদা হৈনিংদবসি অসুম চেন্নদুনা লৈবদগী পোৎথাবীহৌনবা হায়রম্বা তাখি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদনি ঐনা য়ূম থুংলখিবা। ঐবু ঙাইরম্বা ইমাগা পাবুংগা পাউ তম্নীংবা অমসুং তানীংবা য়াম্না লৈরম্লে। লুহোংবা হায়দোক্লবগী ব্রাফম তরুখোয় মায়কৈদগী পুখৎলকই, মদু অফবা খোঙথাংনি লৌখিবগা লোয়ননা ঐঙোন্দসু ওন্নবা ব্রাখল লৈরম্লোই হায়বসি মখোয়গী থাজবনি। অতোপ্পা কনাগুম্বী

অমা য়েংলুবগী ৱাফম ইমানা হৌদোরকপদা ঐ তুমিন লৈথোকপা য়ারক্তে, ঐগী লেঙদবা ৱাখল ফোঙদোকপগা লোয়ননা অনৌবা থৌরাঙ পায়খৎপীদনবা হায়জবদা মখোয় ঙকপগা য়ান্নরবা নুংঙাইতবা উৎলক্লম্মী। হায়বা ইনবা মচাগীদমক মমা-মপানা চাউথোকচবসি করিনা তানবা ফংগনি? ঐনা ইমা ইপাবুদি নুংঙাইহন্দ্রে খল্লুবদা য়াম্না ৱাখি।

তরুনা চীংলেনগীদমক অচেৎপা ফিরেপ লৌখ্রিবসিগী নুংগী ওইবা মরম খঙনবা হোৎনবদা ঐ অতৈ অমা খম্বুবা ঙম্লমদে। মতম শাংনা চীংলেন্না নীংজরকপগী মহৈ পীনবীরগে খন্না মহাক্কী ৱাখল খংওন ওনখিব্রা ? চীংলেনগী পাউজেল ইহান হান্না তাহনখিবসি ঐনি, মতম অদুদা মহাক্কী খোয়জঙবা মমি তাদে। ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা উশিৎপীদে খন্না শাউখিবনি। হৌজিক্লা অমুক ঐবু সমুদ্র ৱাংমদা ইম্থোক্লম্লবা ! মহাক মক্তবীগীদমক খনখিব্রা, ঐখোয় অনী লৈনরকপা মরীদা ইকাই খুম্নবা উৎলিব্রা? ফরে, অদুদি মহাক্লা মক্তবীগী মরমদা খল্লুবা মতমদা চীংলেন অমসুং মখোয়গী অহল-লমনশিংগী মতাংসু লামশিল্লুদফম থোক্তে। শুপ্লতগী মক্তবী অমসুং চীংলেনগী নুংঙাইতবা কোক্লনবা মহাক্কী ৱাঙাঙ ওইরম্বসু য়ারি। ফীভম অসিদা ঐ তরুবু অমুক হন্না অথুবা মতমদা উনবগী তঙাইফদবা লৈরে। অরোইবা অমসুং অশেংবা ৱাফম হোদোক্লবা চুমগনি। অদুগা অমনা, মক্তবী তুমিন লৈথোকখিরোই, মহাকপু থেমজিন্নবা উপায় থিবা তাবনি। লৈবাক মচা তাবা চীংলেনখোয় মীয়ামগী নোঞ্জ-লাংনা কোয়শিল্লকপদা মহাক পৎ হেক নমথৎপা ঙমগদ্রা? মদুগী মথক্তা ঐনা তরুদগী হন্দোক্লোই হায়বা ফিরেপ্পা মঙোন্দা চৈথেং অমা পীরকপা য়াই। লুরিবদি হৌজিক মরূপ চীংলেন্না নাকল অনীমক্তা মাঙজগে হায়রক্লিবসিনি, তয়াং তয়াং লৌফম থোক্লিবা। মহাক্লা তরুদগী হন্দোকখিবসি ঐগা থোইনা মরী শম্নহনবা উদে, বিধাতাদনি তৌরিবা নিন্দাসি। মসি ময়েক শেংঙি। অদুগা, ঐগী ইকাইখুম্নবদনি মক্তবীগী ৱাফম মঙোন্দা পুখৎলুবা য়াদ্রিবনা। মী মরিগী চক্রসিদা মাঙজরিবনা কনানো, তোংজরিবনা কনা? মী অহুমদি অতোপ্পা অমগা পূনবগী পান্দম ফংনবা ফিরেপ উৎনরবসু চীংলেনগী মায়ওন্দি অহাঙবদনি। মহাক্কী পেন্দবা করিনো ? মক্তবীনা শস্তাইনবা লম্বীদা মহাক্কা লুহোংনবা ৱাখল উৎলক্লবদি মহাকসু ময়ায় লম্বী থিবা য়াবগী ওইথোকপা লৈরিব্রা? চয়েৎনবা ময়ামসি শেংদোক্তুনা ঐ লংফৈ চৎথোকখিবা চুন্নোই খল্লম্মী।

মীকুপ কাংদনা নোংমা তঙ্খায় খল্লক্লবসু ইথন্তা পোলোই ৱারেপ তানবদি ফংদ্রে।

মথং নুমিৎতা ঐ মক্তবী উনবা চৎলম্মী, পূং মাপলদগী য়ুনিবর্সিতি গেটতা ঙাইরুই। কেম্পস মনুংদ চঙলুবগী থৌনাদি মাঙশিল্লকপদগী ঐ নুমিদাংৱাইরম ফাওবা লেঙদনা লাইবক য়েংলগে খল্লম্মী। ইকুই কুইদনা লাকখিবী মক্তবীনা ঐঙোন্দা পূং অনী অদুৱাইদা কংলাদা উনসি হায়রম্লগা চঙখ্রে।

ঙাইবদগী হেন্না পোখাফম খঙদবা থবক অমা লৈরিব্রা ? ফিল্ম অমত্তং য়েংলগা লেনবসু য়াবনি, ঙমখিদে, মহাক মরক্তুদা লাকখিরম্বা থোক্লবদি খল্লুবদা খোঙকাপ অমা লাপথোক্লীংদ্রে। খোঙউপ কাপ থাহনবদা মতম লৌই,অচৎ অওক য়েংদুনা ঙাইঙমদবা ফাথনবা হোৎনরুই। মহাক্না থিরকপদা খুদোং চারোই খল্লুরগা কংলা মনুংদসু চঙনীংদ্রিবনি। ঐ মীরেম ওইরে, উরুম কোয়তান তান্নদুনা লেপ্লম্মী। লম্বী চৎপা মৌ-লৈশাবীশিংদা চাগদবগুম মুন্না মুন্না য়েংবগী হৈনবীসি লমদমসিগী নুপাশিংনা কৈদৌঙৈ থাদোক্কদৌরিবনো? মচল-মচাশিংনসু খক তৌহন্নীংলম্লোই খন্নদ্রবা মাল্লি। অদুগা নুপীশিংনসু য়েংজহৌরো মতাগুম ফিজেৎ চাকচা হোংলকপসি মপান লমদমদগী তারক্লে, মসিগী অমাঙবদি কাউথোক্লরি। লক্লদ্রিমখৈ পেঞ্জদবা পাখং মচা কয়াগী পরেং পরেংনি, ঐসু মখোয়গা পূল্লব্রা খল্লুবদা লেপফম ফনা তোয়না হোংখি।

পূং অনী মাঙওইননা মক্তবী মিনি বসতগী কূমথরকপা উরে। মহাক ঐগী লেপফম্লোমদা লাক্লম্মী। নৌহৌনা করি হায়সিগে খল্লুবদা মীহুলদি চেনগুম চেনগানরি।

মতম কুইনা আসাম রাইফলসকী খূৎচল্লুরবা কংলানা মীয়ামগী ওইরকপগী হরাও-নুংঙাইবদা নহা-অহল, পাখং-লৈশাবী কয়া অমা মরী মরী মীরৈবাক্কী লমদম অমা য়েংবা চঙনবগুম হোৎচিন্নরিবা মরক্তুদা ঐখোয় অনীসু য়াওরম্মী। মীচম মরক্তা য়েৎশিল্লবা সিফাইশিং, মখোয়গী লৈফম-চাফম, ওফিস, স্কুল অমসুং শান্নফম কয়াসিনা মরম ওইদুনা কংলাসিনা পুরকপা ইতিহাসকী শকফম নুমিৎতুমক্তি খরা কায়হল্লে। নোংপোক- নোংচুপ, খা-ৱাংগী অশাংবা লম্বীদা মীয়ামগী তুংইন্দুনা ঐখোয় অনীসু লন্নাই ৱাফম কাউথোক্লগা ফনা কুইনা চৎলে। তৌ-শীংনাংগী পন্দুপ পন্দুপ লৈরিবা মোংশোংশিং অদুনা শহর কোনুংনি হায়বসু ঙাইহাক ঙাইহাক কাউহল্লি, অউবা খুদীংমকপু থাইনা হৌখ্রবা মতম্সুদি শোয়দনা নীংশিংহনগনি। উ অহল লাইনি হায়নরিবদুনি, ইতিহাসকা শাগোন্নরক্লবা সনা খোংনাংশিংনা চীংলেম্বা হেলহনবদা তরুং খোংনাং, শৈজাক, চীংশু অমদি মীরমগী উশিং হায়বদি, কৃষ্ণ চুরা, নাসিক, বতল ৱসনচিংবনা তেঙবাংলি। পূংখায় হেন্না কোয়রবা তুংদা ঐখোয় বোক্সিং শান্নবা য়েংফম সীঢ়ীদা ফল্লম্মী।

মক্তবী ৱাহৌদোক্লি তাক্তুনা নোক্লগা হায়, " কুইমন্না ঙাইবীখিবদু য়াম্না ৱাবীরমগনি। "

" ঐনা ৱাজরিবদি নীংশিংজগদৌরিবসি নহাক্না য়াবীরোইদ্রা হায়বসিনি।" ঐ চুমদ্রিং চঙশিল্লি।

" তাকপীয়ু, হান্নদগী হেন্না লূম্না ননগদৌরিবা ৱাফল্লা ? "

" ইয়াং য়াংহনসি, মক্তবী। নহাক্কী ফিরেপ হোংদোকপীয়ু ঐগী মরূপ চীংলেন অফবা মীনি। "

" তামো, করিগীনো ঐবু চীংলেন্দা ইনশিনবীরিবা ? ঐঙোন্দগী তরুনা হেন্না লূম্বীবদা ঐ কল্লকচদে, ঐগুম্বা চামা তিনশিনবনসু মহাক্কী তম্খায় ফংলরোই খঙজে। তরুদা খোয়দাবীরুবদা কনানা লাল্লি হায়গদৌরি? অদুবু, তরুগী ফিরেপ মুন্না খঙবীয়ু, ফাগি য়ারোই, মহাক হৌজিক্তসু ঐঙোন্দা অচেৎপা ৱা হায়রকই। তামোখোয় অহলশিংদা ঙরাং হায়দোকহনবা ঙমগ্রবীনি। মতাং অসিদা হায়ন শীংনবগী মায় ঙাক্লবদা তামোনা ঐবু থাদোক্লবা হোৎনবীফম থোক্তে। হায়বীয়ু, তশেংনা ঐবু নুংশিবীদব্রা ? খুম্বীবা ঙল্লোই হায়বা চপ চানা খঙজে। তামোনা ঐবু নুংশিবীবা তরুদগী তারল্লোই। ৱাফম অমনা, চীংলেনগীদমক খনবীরগা তরুবু থাদোকপীয়ু। ঐবু তামোনা মরূপ অমগী খূৎতা শিন্নবীগে থৌরাঙবা হাৎপীবগা অমহানি। মত তিন্নদবা মীশিংনা মরূপ লিংবদা করম্না মরা চেৎকনি, চাউখৎপা, য়াইফবা পুরকপা ওইথোক্লোই। হৌজিক ঐখোয়গী পান্দম তোঙান তোঙান তারে, মসিবু শন্তাইনবা ঙম্বীদ্রবদি তামোগী বুদ্ধিদা ঐনা চাউথোকচখিবগী অর্থ থোক্লোইদৌরি। চয়েৎনবা ৱাফমসি শেংদোক্লবা তেঙবাং থিজবদা ঐঙোন্দা তামো অনীমক্কী অহল-লমনশিং উনজনবা থৌরাঙ পায়খৎচবগী থৌনা লাকখ্রে। মতাং অসিদা ঐনা ইচঙ থৌজরিবসি অচুম্বা অমসুং নুংশিবগী লম্বীদা ইকাই ইকিনা মরু লুকই হায়বসিনি। "

মক্তবীগী ৱাহে খুদীংমক ঐগী নাকোংদা হুৎতুনা চঙলকখি।

ঐ তপ্না খুম্মি, " মক্তবী, ঐখোয় অহানবদা ফীভমগী মখা পোল্লবনি। ঐঙোন্দা নহাক্না লানখিদবগুম ঐনসু কায়জখিদে য়াবীয়ু। ঐনা নহাকপু নুংশিজবগী চাংসি কনাগী মফমদগী ফংবা ঙমগনি ? ঐগীদমক পাউখুমসি ফংবা ওইথোক্তে। তরুগা ঐগা লুহোংলবদি ঐনা মতম পূন্নমক্তা শোনগদবা ৱাহে খরা লৈরবনি — নুংশিজরুবনা অমবু, চান্নজরিবনা অমগা। মসি পুন্সি মরেল অমা ওইগনি। ঐনা লঙজরুবনা লাইবক্লা য়েৎশিল্লকপনি, মতম পূন্নমক্তা থঙজিনফম খঙদনা নিন্দা

তৌগদৌরিবনি। অদুবু মসিদগী নাহোকপদা ঐগী থৱায়না পেল্লোইদৌরি। নহাক ঐগী অৱাবা উবীয়ু। ঐখোয় অনীসি নুংশি য়ুমথুং তিন্নৌ হায়বা তমখিদ্রমাল্লে। তাঞ্জাসিদা নহাক্কী পুকচেল চাউবগী ৱাহৈ অমনা শন্তাইনবগী মন্ত্র ওইগদৌরি। ”

থম্মোয়নুংদা হৌরকপা ইঙাগী নোংহৌ খঙহৌদনা ঐগী মীৎলুদগী হৈথরক্লে। মক্তবীদি হিক্লা হিক্লা কপ্লকই। ঐগী মথং ৱাহৈশিং খৌরীদগী হাইগৎলকপা ঙমখিদে।

মক্তবী ৱাহৈ অমমমতা ওইনা হায়, “ কান্নফমদি খঙদনা মীকুপ খুদীংদা, ঐনা হৌজিক খঞ্জরিবসি, করি মরমগীদমক তামোনা তরুগা লুহোংনবা ৱারেপ লৌবীথ্রিবনো হায়বসিনি। ”

“ মরম চাউনা লৈ। ” ঐ খোঞ্জেল হৌনা ঙাঙবা ঙমদে।

“ ঐঙোন্দগী হেন্না নুংশিবগী ? ”

“ নত্তে, মদু শুকনৎ নত্তে, নহাক্নসু য়াবীখিদ্রবা ৱাফম্নি। ”

“ লন-থুম, খৃৎকন-পাঙ্গলবা হেনবদগী ? ”

“ ৱাহৈশিংদু ঐঙোন্দা অনৌবনি, কোক্তা হানবদা মতম য়াম্না চঙখিগনি।”

“ অদুদি ইমা-ইপানা ঐবু চীংলেন্দা থাজনীংঙি হায়বগী মলোম লৈবীব্রা?”

“ তরুবুসু ঐগীদমক কঞ্জখি, মদুদা নহাক ৱারৌবীখিদে। ”

“ মদু নত্রবদি চীংলেন্দগী তরুবু মুনগে খনবীব্রা, নুপাগী গুণ তান্নবদা?”

“ মুনবা নত্তে, মক্তবী, হন্দোকপীরম্লবীদু খুঞ্জগদৌরিবনি, ঐগী ধর্ম ঙাকচনবা। মরূপ হাৎপগী পাপ ঐ লুনা লৌজে। মরূপ্তি চাং তান্নদে, হাপ্লবনি।”

“ হায়বদি, পাউথোকপীরবীদুবু লৌখৎপীবা তামোগী ধর্মনি, চীংলেন্না চেনখ্রবা মতমদা ? ”

অৱাবা খাঙবদা ঐ নোকপা তারম্মী।

“ মশাগী ফিদম ঙাক্লবা চীংলেন্না চাক্লা তরুবু কাউথোক্লবা হোৎনৈ, ঐনা ধর্ম কঞ্জনবা ফিজি পায়দুনা য়ান্নজরি। ”

“ ফরে, তরুগী ফিরেপ্তি তামোনা হোংহনবা ঙম্বীগদ্রা ? ”

“ মদুগীদমক হোৎনবা ঐগী থৌদাংনি। ”

“ অদুদি তামোবু ৱাখল ওলহনবনা ঐগী ইথৌনি। ”

মক্তবী লৈথোক্লগা মপি তৈথোক্লম্মী। ঐ করি হায়খিসিগে, অদুগা মহাক্লা করি মখা তারক্কদৌরি ? ঐখোয় অনী ঙাইনখি। কংলা কোয়বা মীয়ামগী নুংঙাইবা ঐখোয়দা শরুক তম্লকখিদ্রে।

ঐ তেমশিন্নবা হোৎনদুনা হায়, " মক্তবী, ঐবু ব্রারৌবীগনু। "

মহাক থোইনা তাদ্রবগুম্মি, খুমদি খুন্নকখি, " ঐ তামোখোয় য়ূমদা নোংমা শোয়দনা লাকচগনি, অহলশিং উনজগনি। "

" থৌরাঙদুদা ঐ পুক্কীং থৌগৎপা ঙমজদে, থিংবসু তৌজরোই। অদুবু, ঐবুদি য়াওহনবীগনু। "

" ফনি তামো, মতাংসিদা ঐগীদি লোইজরে, লৈ পরেং থাদোকচদে হায়বসিমক্তংগা নীংশিংজরগা। "

থিনবগী ব্রাখলদা ঐ হৌগৎতুদা ঙাইরম্মী।

" অদুদি হৌজিক ? "

" ইথন্তা য়ৌজখ্রগে, তামো। তরুবু অসি য়ৌনা কনখৎপীখিবসিদা কল্লকপমক নত্ত্রবসু মরম ফাবা ঙমদবগী নুংঙাইজদবা অমখক্তং মাঙহনখিবা ঙমদনা লৈরে।" মক্তবী হৌগৎলকপগা হায়।

ঐখোয় কংলাদগী থোরক্লে। অসুম তপ্পা পরীক্ষা অমদি শান্ন-খোৎনবগী ব্রারী চৎথনৈ। মহাকপু থোং নম্বোনবী ফাওবা থিল্লম্লগা ঐ হল্লক্লম্মী।

লোইশিনখিদ্রবা ব্রারীসিনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। ব্রাখলনা ঐবু য়ূম পাংলকপা বস মনুংদা কুইনা কুইনা মাঙহল্লি। ঐ কনাদসু য়েংলুদে।

কাঞ্চিপুর গেটতা বসতু খান্নম্মী। ইথা থাজদনা তরু কাখৎলকই। মহাক ইরাপ লাপ্তুনা লেপ্পবসু কৃক কৃক ইন্নবা মীরক ওইবনা ঐবু উদ্রমাল্লে। ঐগী সিটতা ফমহন্নবা ঐনা কৌরুবদা মহাক ইখৎ খংনা য়েংলকখি। মহাক চঙশিল্লক্তুনা ফম্নবগা ঐ মনাক্তা লেপ্লম্মী।

" তামো, কদোমদগীনো ? " তরু তপ্না হংলকই।

" ইম্ফাল য়ৌজরুই। "

" করি থবক্কী ? "

" মহাকপু উনজরুবনি। "

" চীংলেনগা ? "

" নত্তে, মক্তবীগা। "

" কদায়দা ? কুইখিদ্রিনা মহাক্না চৎখিবদু। "

" কংলাদা য়াম্না ব্রানা ঙাইজরুবনি। "

" অদুদি ঙরাংগী ব্রারীদগী অহোংবা খরা লৈরমগদবা মাল্লি। মক্তবীনা ঐঙোন্দা হায়রম্লবনি, কন্না তকশিনগনি। তঙাইফদ্রবদি তামোখোয় য়ূমদা চৎতুনা

অহলশিংগসু ব্রারী শানগনি। ”

“ মদুমক্লি মহাক্লা হায়রক্লিবা। অদুবু ঐসু মঙোন্দা খঙহঞ্জরম্লে, ঐগী ফিরেপ হোংদে, কন্না হায়জগনি। হয়েং নোংমা ঐ ইবেম্মখোয় য়ুমদা শোয়দনা লাকচগনি।”

তরু করিমত্তা খুম্লক্তে,ঐসু মখা তাখিদ্রে,বস মনুংদা তঙাইফদনা ঙাঙনখিবনি। থৌবাল য়ৌবগা মহাক কৃমথহৌরে।

# ১০

ঐঙোন্দা হৌজিক তোয়না হংলরিবা ৱাহংদি পারীনা ঐবু নুংশি নুংশিনা থাদোক্কদৌরিবসি করিগীনো হায়বসিনি। ঐ পোত্থাবা লৈতনা পাউখুম কয়া নৈনৈ। মরূপ অমদি অহলশিংগী য়েংদুনা মহাক্না লৌখিবা ফিরেপসি হামচৎনৈ হায়বা মশানা খণ্ডলস্ফম থোকপনি। মসিনা কৎথোকপগী থাক হাইগৎলকপা খক য়ারোই। পুক্লীংগা লৌশিংগা চিংখাইনবা লম্বী অমদা পস্থুং তানবগী খুদোংচাদবা নীংশিংলমগনি, মদুদগী খোঙফম হন্দোক্তবনা মহাক্কী তোংজবা করিনো? মপান্থোংদা অহল-লমনশিংবু কিনা চৎপা মীশক শারগা নুংদনা করিগী মমা মপাগী অপাম্বা মায়ওন উশিন্নদ্রিবা? তরু লান্দে হায়বা মহাক্কী মীৎয়েং থৌই, অপাম্বনা মীৎ তাঙহনবসু ওইরম্লোই, অদুবু, চুথ্রবা অমুবা দাগপুদি করি উপায়না মাঙহনখিগদৌরি? লৈচিলনা মরোল-মরোল কুপশিল্লবা, ফুঞ্জাক্লরবা অমম্বা লম্বী অমা লান্থোক্লবা হোৎনবদা মহাক্না ঐগী মীৎতা অমুক উৎ চাইশিল্লম্লে, পুন্সি চুপ্পা খুদি থীহন্নবা। লৈচিল-নোংফাই অসিনা ঐখোয় অনীগী মরক্তা শম্বল খারবদা পুক্লীংনা করম্না ঙান্থোকপা ঙমগদৌরি, চিন্তা পোৎলূম পুদনিঙাই লৈতে। ঐখোয় অনী পুন্সি লৈপুন ওইবদগী হেন্না ফবা করম্বা লম্বীনো মহাক্না তানগদৌরিবা। উনা উনা লৈখোম নেৎকদৌরিবা মহাক্কী খোঙথাংবু অতোপ্পা অকোকপা লম্বীদা থৈদোকপা নত্তনা হঙ্গোয়বগী পলনা থৎহন্নবা হোৎনরুবা চুমদে, ঐ মখোয়গী অহলশিং উনফম থোকই। হৌজিক কালদি নুপীনা নুপা মশা য়াওদনা চেনশিনবগী পাউ তোয়না তায়, ঐগীসি মদুমক্তি নত্তে, হোদোক্লবা ৱাৎপগী অহোবা লৈহন্দনবা হোৎনজবনি। অরোইবদা, পারীনা ঐঙোন্দা থম্বীখিবা নুংশি মীৎয়েং ঐনা মতম পূম্নমক্তা ইকাই খুম্নজগনি, কৈদৌঙৈদসু মমল হন্থহল্লোই। পূম্নমকসি মুন্না খল্লবা তুংদা ঐ পারীগী য়ূম, ককচীংদা লাক্লম্মী।

ককচীং য়ৌবা পুক্সিদা ঙসিনা অহানবনি। বৈষ্ণব হিন্দু অমসুং মৈতৈ লাইনীং চৎপা মী লীশীং নিফুরোম্না কৃক কৃক ইন্ননা খুন্দাবা; লৈরক লম্বী, ঈরম-নালা,

হৈশিংনা শেমখিবা; য়ূম্লেং, লমহাং পন্দুপ, লৈকাই নীংথিনা য়াংখিবা; য়ূম য়াম্খেগী, মরিফুগী, চামগী দারি শাইজিন লোন্ননা শুমাঙ পরেং শম্লবা; নুংশি চান্ননা অমসুং লিংজেল মান্ননা হিংমিন্নবা লমদম অমা থিবা তারবদি ককচীংনি হায়নবা তাখ্রে। মায়কৈ অহুমদা চীংনা কোয়শিনবা, লৌবুক লমহাং মরাং কায়বা শহর অসি পারীগী পোক্লফম ওইবনরা ঐ মমিংদগী হৌনা ওম্মোক্লা নুংশিজে। জাৎ বিজাৎ খায়নদে শহরসিগী মীশিংদি, অতোপ্পা খুল্লানবশিংবু তরাম তরাম তৌই। ব্রাথোক-লাম্থোকশিংদা মীতোপশিংবু অরানবা তাহন্দুনা নমথনবা হোৎনবগী হৈনবী লৈতে। চাউখৎপদি শূবা-নোম্বা, লিংজেল মান্নবা অমদি শান্তিনা পুরক্কদবনি হায়বা ব্রাখল্লোনবু চেৎনা থাজবা লমদম্লি হায়না পাউচেশিংদা ইনরকখিবা কয়া পাজখ্রে। তারুবা ময়াম অসিনা ইথন্তা ঐ ককচীংদা চৎপগী হঙ্গোয়বা মাঙহনখি, লোয়ননা পারীখোয় য়ূম থিরুবসু ঙমহনখিবনি।

পারী য়ূমদা লৈরমদ্রবসু ইমাগা পাবুংগদি শকখঙনজরে। ফনা কুইনা ফম্মিন্নরবা ফাওবা ঐ পারীগী মরূপ্পি হায়রুবদগী খক হেনগৎপা ঙমখিদে। মমৈথঙদা ঐ পাবুং উকিলগী ব্রাহংদা মায়থীরে। ঐনা য়ূমদুদা লাকখিবগী মরম শঙবাইদগী থোইদিং হৈদোকখিবসি মঙাই। অহানবদা মখোয় খরা ঙকচানরবসু তুংদদি য়াম্না থৌজানবীরকখি। ঐবু মমৌ ওইনা ফংজবা মীদি লাইবক ফরবনি হায়বা য়ৌনা থাগৎপীরম্মী। অদুম্নদি ওইরগা, ঐবু শোয়দনা মখোয়গী মৌ ওইরগনি, পারীগী ফিরেপ হোংহনগনি হায়বসিমদি পল্লক্তে। ঐ হোৎনবগী চাং ব্রাৎলি খন্না পুক্লীং ফাথদুনা য়ূম হল্লগে খল্লিঙৈ চৈরক্তা টেলিফোন লাকই। থাঙ্গৎলুবদা ইমানা পারীনি থৌবালদগী তৌরকপনি, হৌজিক হৌজিক মহাক তরুখোয় য়ূমদা-ফল্লি হায়বা তাক্লকখি। ঐঙোন্দা ব্রারী শাননীংবা লৈব্রা হায়নসু ইমানা হংঙি। ঐনা খুমদবদগী ইমা টেলিফোন থমখ্রে।

মখা তারকপা পাবুংগী ব্রারীদা তরুগীদমক নীংঙমদবা ব্রাফম কয়া পল্লম্মী, য়াম্না খোয়দানা থিজরুবা মৌনিসু হায়। অদুবু মীওইবগী পুক্সিদা ইজ্জৎপু শকয়েং মিংশেল ওইনৈ, মসিগীদমক শিনৈ; ইমাগী মায়ওন য়েংদবা য়াখিদবগী মরম তাকপনা পাবুংগীসু ব্রারোই ওইখ্রে।

ইহান হান্না উনবা নুমিৎসিদা নকশিন্নবগী চাংসি ব্রাখলনা শারুবদগী য়াম্না হেল্লবনি। অহলশিংগী পুক্লীংগী ব্রারোল খঙনীংবা খরা লৈনা লৈনা ঐ পেম্থোকপগী মতাং য়ৌরে, মথং তাঙ্গা ঙাইরগে খল্লকখি।

ইমানা পুথোরকপা অহাও অথুম চামিন্নরগা ঐ চৎনবা অহল-লমনশিংবু

খুরুমজরম্মী। বস থাফম য়ৌনা থিন্দোরকপগী লম্বীদা ইমা ব্রাৎহৌবা ব্রারী ফুগৎতুনা ঐখোয়গী মরী-মতাশিং অমদি থবক ইনথাংগী মরমদা কুপথনা হংলম্মী। ঐবু বসতা ফমহল্লন্নগা ইমা হনখ্রে।

পারী তরুখোয়দা ফল্লি হায়বা টেলিফোনগী পাউসিনা ঐবু য়াম্না ওৎখি। ভক্তিগী মাঙদা মুক্তিনা খাঙবা ঙমদে হায়বদু তরুদা থোকখ্রবদি ঐনা তৌগদবসি করিনো ? হৌজিক ফাওবদি তরু চীংলেন্দা য়ান্নরি। মসিনা নুংশিৎকা মায়োক্নবা ঐগী আশাগী মৈরাদা নাখল অমদি ওইবীরি হায়ববু ফর ফর হাইরবা মৈঙালসি মুশি-মুশিরে। ব্রাফম অমনা, পারী মমা মপাগী য়াথং হিক্তোক্রোই হায়বসিদনি ঐনা খূৎচাউ থাদুনা হোৎননীংলিবা। ইকাই-হঙ্গোয়বনা লম্বী থৎহনবসু য়াদ্রবনি, মরমদি, পারীনা ঐবু নুংশিবসি ঐগী অশেংবা লল অমসুং থব্রায়গী লমজীং মঙাল ওইপ্রবনি।

অঙকপনি মীওইবনা চেন্নরিবা ঐগী হায়বা ব্রাখল। অসুক য়াম্না নুংশিজরবী তরুগী য়ুমদা চঙলুনীংবা ঐগী ব্রাখল লৈত্রে, থৌবাল হেন্দোক্তুনা লাকখ্রবনি। ঐগী পুক্নীং ইহাঙ হাঙঙি, মম্বদসু থাশি অহীংনি।

কাঞ্চিপুর য়ৌরকপগা ঐ য়ুনিবর্সিতি গেটতা কৃল্লম্মী। ক্লাস লোইশিনখিবগী মতম ওইরবনি। নিংথমথা হৌরকপগী পারপ চুবা অঙ্গংবা নোংলক্তগী হাইদোরকপা নুংশাগা মায়োক্নুনা ঐ পরপ পরপ চৎলম্মী। লাপ্তক, মাঙলোমদগী তপ্না লাকখিবী নুপীদু ছাটিন্না মায়থোং খনখ্রবসু তরুনি হায়বদি খঙলে। মহাক্তি ঐবু য়াম্না নকশিল্লক্নবা মতমদা উবনিনা ইখং হেক খংখি।

" হাই তরু ! " ঐনা হান্না কৌই।

" অঙাওবী ! " তরু পাখৎলকই, " কয়াদি কুইরে ঐনা নহাকপু থিজরকপা।"

" ঐ ক্লাস য়াওখিদ্রে, ককচীং চৎচরুবনি। "

তরুগী মীৎ অনীনা উইশিল্লপ নোকপদু ঙসিনা হেন্না নুংশি, হংলকখি, " কৈদৌবা? হান্না পাউ ফাওনরমগদবা মান্দে। "

" হোয়, তাকখিদে, অদুবু অকায়বদি লৈখিদ্রে। ঐ পারীখোয় অহল লমনশিং উনবা চৎপনি, নাহল হায়জখিবদুনি। মহাক লৈরম্লোই হায়বসু মাঙজৌননা খঙজখ্রবনিনা নুংঙাইতবসু লৈজখিদে। "

ঐগী থৌনাদা ঙকপগুম তরু ছাটিন উমশিন্দুনা মখা ব্রারীগীদমক খৌরাংনা য়েংলম্মী।

" মশা য়াওদনা ব্রারেপ লৌবা ঙম্বীব্রা ? "

" ইশাবু শক্তাকচরুবদা লন্নাই ব্রাফম ঐনা খরা য়েপ্পুই, মখোয়গী বিচারদি

তাল্লুদে। ব্রারেপ তাবা ঙনমল্লিবনি। ”

অতৎ-অখম লৈতনা চেল্লিবা গাড়ীশিংনা ঐখোয় অনীগী ব্রারীদা অপনবা পীররে। মফম চাবা য়েংবদা তরুনা মপা অমদা মখূৎ থিল্লগা ঐগী অপাম্বসু খঙনবা হোৎনৈ।

“ ঐখোয় ইন্দোর ষ্টেদিয়ম্লোমদা চৎসি। ” মহাক্লা মফম লেপ্তুনা হায়।

“ টিমগী কাংবু লৈরম্লবদি... ? শান্নবা য়াওররোই হায়রুবগীদমক মখোয় শাউরিবনি। কেন্তিনলোমদনা ফরোইদ্রা ? ”

“ মখোয় অনী মফমদুদা চঙখি, ঐ কয়া হৈনদবদগী থৈরক্লিবনি। অদুদা চঙলুবগা ময়ামগী মীৎয়েংফমসি ঐঙোন্দা ওইগনি, ব্রাথোক চাউবী ওইনা। ”

“ ঙাইবীখো, ” ঐনা হংঙি, “ মখোয় হায়বদি ? ”

“ বন্ধু অনীদু। চৎসি, ঐ লোইনা তমজগে। ”

ঐ ঙক্তক তরুগা অদুম লোয়নরম্মী মরমদি মখোয়গীদা পারী লৈ হায়বা খঙলগা লাকখিবনি। অসুক থুনদি মহাক মফমসিদা ?

ঐখোয় ষ্টেদিয়ম য়ৌশিল্লক্লে, ফমফম য়েংবদা পুখ্রী মপান্দা তারে।

“ তরু, নহাকপু য়ূমদগী লাকপীবা কয়া কুইরবগে ? পারীগা উনবীবনা করম্বা মতমদা ? ” ঐনা হংঙি।

মহাক্লা তাক্লীংলম্লিবসু মদুনি হায়বগুম রাশি লৈবীদু ঙাইহাক নোক্লম্মী।

“ ঐ তমজগে। ঙসি অয়ূক ঙন্তা পারী ঐখোয়গীদা লাকই। মহাক্কী ওন্নবা ব্রাখলদা, ইচম চম্না অতিথি অমগুম ঐখোয় অহল-লমনশিংনা ওকখি। অসুম লুশিল্লকপা মহাক্কী ব্রাহং কয়াবু ঐনা ইরায় লায়থোকহনখিবদা মহাক নুংঙাইখিদে। হন্দোক্লপ্রবা ব্রাফম অমুক হন্না তাইশিন্নবা মহাক কন্না হায়জরৈ। মতাং অদুদা ইমা-বাবা ঐগী য়াকা য়েংলকখি। ঐদি করি হায়গনি? অপাকপা শামুগী মায় য়েংবা ঙম্মি, অপিকপা তাইবং মীগীদি ঙম্নদবনি। ঐ কপ্তুনা খাঙবা তাখি। অদুবু, থৌনা হনবা য়াবা মতাংদি ওইদ্রবনিনা মঙোন্দা লুহোংবা ঙম্লোই হায়না অমুকসু নৌহৌনা ঐগী অচেৎপা ফিরেপ খঙহনখ্রবনি। ”

তরুগী ব্রাফমদু পেল্লি, খরদি থৌখাক নাইরমগদ্রা চিংনৈ।

“ অদুগী মথংদা ? ” ঐনা হংলম্মী।

“ পারীসু চপ চানা হায়রম্লে। মহাক ঐগী বর ওইনবা হোৎনবদা আইনগী মতেং ফাওবা লৌগনি লেপ্পি। অইবা ব্রারোল থম্নবসু নত্তবা অদুবু থোইনা লুনা খল্লুফম লৈরিব্রা? হায়জরম্লে, তোক্লখ্রে, লোইরেনা।”

" অদুদি মহাক ইকাই খাওদা কণ্ড কোৎলি। নহাক্না অদু য়ৌনা হায়রফাওবদা মহাক নাচুংদ্রিবসি। " ঙক নোম্লিবা তরু য়েংলগা ঐ চৎথে," মসিগী মনুংদা, চীংলেন্না নহাক্কী নুংশি ফিয়োম পুরগা লম্বোইবগী খোঙথাং লৌরকপসিনসু ব্বারেপ লৌনবগী অরুবা মরম ওইরি। "

" ঐসু খল্লিবনি। পারীনা ঐঙোন্দা কা হেন্না পুক্লীং চঙবা উৎলিবসি মতিক চাদ্রবীবু মমল কাহল্লগা চীংলেনগী মায়ওন হোংহন্নবা হোৎনরিবনি। পাউথোকপীরবী ঐগী মীচংদা, কনাসু লেপ্পীদ্রবা, মনম উৎতুনা চেন্নরবা মতমসিদা, মহাক চোংথোরকপসি খন্ননিঙাই ওইরে, মতম অমগী চীংলেনগী ব্বা কম্থোকখ্রবসু।" নোংচুপ্লোমদা য়েংলুবী তরু শকফম ওল্লপ ঐগী লেংবান্দা ইল্লগা তাক্লকখি, " লাক্লে অনীসি, শোয়দনা ঐখোয়বু থিরকপা ওইরমগনি। তমজগে খনবা অমসু লৈরি। "

" করিনো হায়বীয়ু। "

" চীংলেনগী লুহোংলরোই খল্লিবা ফিরেপ শোয়দনা হোংহনগনি হায়না পারীনা ঙসিদি ব্বাশকপগুম ফোঙদোক্লল্লে। ঐখোয় ফাক তানবা য়ারোই, মহাক ঐগা নত্তুনা কনাগসু লুহোংলোই হায়বসু ইমা-বাবাগী মাঙমক্তা ফোঙদোক্লল্লে।"

" ব্বা চাউথোরক্লিং। হৌজিক্তি ইমুং মরি পূন্না খন্নবগী তঙাইফদবা লাক্লে।"

" য়ৌশিল্লক্লে, ঙাইবীখো। "

ঐখোয় অনী তুমিন তুমিন লৈ। অশংবা চীংদোনশিংদা মীৎয়েং থল্লুবগা লোয়ননা ঐখোয় অনীগী ব্বাখল লম্বীসু তিন্নরি।

নকশিল্লকপগা পারীনা হংলৈ,"মক্তবীদি করম্বা মতমদা য়ৌবীরকপগে? "

ঐনা খুম্মি, " হৌজিক লাকচবনি, তামো। "

" মসিবু অফবা তাঞ্জানি করম্না লৌরোই, ফংবদা ব্বারবা। " পারী মখা তাই।

ব্বা হৌদোকহন্নীংবগী মওংদা তরু ঐঙোন্দা চেপ্তক য়েংলম্মী। মখোয় অনীনা মনিল কারিবা লুম্বু লুম্বু শারবা লৈমায়দা, পুখ্রী মপান নক্না, চে থাদুনা ফমথরকখিবদুনা ব্বারী শাংগদৌরি তাক্লে।

ঐনা পারীদা হায়, " তামো, ঐ য়ূম য়ৌজরুরে, ককচীংদা। "

নুপা অনীমক ঐঙোন্দা ইঙক ঙক্না য়েংলম্মী।

" য়াম্না ফরবনি। " পারী শোল্লপ খুল্লকই।

" মসি তামোগীদমক ঐনা তৌবা ঙমদবা করিমত্তা লৈরোই হায়বগী অহানবা খূদম্নি। "

" থাগৎচরি। " মায়থীবা য়ারোই মতাগুম পারীনা হায়, " মক্তবী, নহাক

ঐগী মরূপ চীংলেনগী মফমদা লান্দে হায়বা ঙম্বীগদ্রা ? ”

চীংলেন ফন চোংশিল্লকই, “ চুম্না হায়নবীয়ু, ৱাফম য়েৎশিন্নদবা ফৈ। ”

“ মদুনি ঐনা পামজরিবসু। ” ইচঙ থৌদবা য়াদ্রবা মতাংনি, ঐ চুমদ্রিং চৎথৈ,“তামো, মতমসিগী ঈ-পাউনগা মচীন তুম্বগা হয়েংদি ঐ চেনশিল্লম্লে হায়নরকপসু য়ারি, অখাকপা লৈতনা অহলশিংদা ৱারী শাজরম্লবনি। ”

পারী নোক্লম্মী। মহাক ঐগী ৱা নমহৎপগুম ইয়াং য়াংনা হায়, “ ঐনা তরুখোয় অহলশিংদা হায়জরম্বনা হেল্লমগনি। ”

“ করি হায়বীরম্লবগে ? ” চীংলেন্না হংঙি।

“ তশেংনা ঐ ইকাই-হঙ্গোয়বা পূম্নমক থাদোকচরম্লে। হায়জরম্লবনি, ইশাগী ধর্মদা তরু ঐগী লোয়নবীনি। ”

“ ওহো ! হায়জ-কঞ্জরুবগীদমক ? মমলসু লৌবীগদৌরিব্রা ? ” কনমল্লি খল্লবসু ঐ হায়দোকখ্রে।

“ ময়াম্না য়াবীয়ু,মহাক ঐগী লন্নি,মহাক্কী পুন্সিবু ঙাক-শেনবা ঐগী থৌদাংনি।”

“ পিশক পিক্লিথৈদগী শয়েঙ তিংজরকখিবা তামো চীংলেনগী পাঙ্গল য়াওদে খনবীব্রা ? ”

তরু ইহুল কাওনা ঐগী ৱাফমদা পাংশিল্লকই, “ অদুগা, মরূপ্পু চঙহাৎ হাৎপগী পাপ্তি তামোগী ধর্মদা থেংনবীদব্রা? ”

পারী তরুদা ফল্লপ য়েংলম্মী,পাউখুমদা হায়,“কনানা কনা মরূপ হাৎকদৌরিবা? ঐদি মরূপ কঞ্জবনি, মরূপকী চিন্তা মাঙহন্নবা হোৎনজবনি, মতম পূম্নমক্তা মরূপকী সনমান চাউহঞ্জনীংঙি, থম্মোয়দা মলোম লৈতবা পুন্সি অমা লেলহঞ্জনীংবনি। মরূপ চীংলেনগীদমক অহলশিংনা মক্তবী খনবা মতিক চাবনি। মরকসিদা তরুনা য়েৎশিল্লুবা ফরোই। ”

তুমিন তারম্বা চীংলেন হন্দক্তি ৱাংতক হায়রকই, “ শিরবা মক্তদা থাঙনা য়ানবীরে, ঐগী লম্বীসু থৎপীগদৌরি। লুহোংবগী ৱাফমসি মরূপখোয়গী ওইনা খন্নসি, ঐগীদি থাপ্না ইন্থোকচখ্রবনি। ”

“ অদুদি ঐনা নুপী অনীবু লুহোংনবা থৌরাঙ তৌফম থোক্লিব্রা? ” পারীগী খোঞ্জেল অশাবা স্বর লোয়নৈ।

পারীগী ৱাঙাঙসিদা চীংলেন য়ানীংদবা উৎতুনা ঐখোয় অহুম্মক্তা য়েংলকখি, অদুগা খুম্মি, “ মদুদা মরূপকী অপাম্বা লৈবীরবসু ঐ করিমক্তা য়েৎচরোই, খুনু মখোঙদা শক্লৌবগী অৱাবসিখক্তনি ঐনা কোকথোকচনীংলিবা।”

" ঐনা কনাদা অকায়বা পীজখ্রবগে ? ঐবু অতোনবা লৈথিনগাই ওইনা উবীবশিংদু ইকাই খুম্নবদা মতিক চাদবশিংনি। মরূপ্পা মক্তবীগা লুহোংবদা য়াবীফম থোক্লে। নহাককী ব্রাফমদগী মহাকপুসু অহলশিংগী মফমদা হোয় হায়হনখিবনি। হায়দোকখ্রবা ব্রাফম ঙাক্তবসি মী মচাশিংগী লোনচৎনি লৌনবদাই ? "

" চান্নবা মরূপ্পি হায়দুনসু লুখাকমক্তি ইন্নদে, নীং-মাঙ য়েংনসি। "

" মরূপ চীংলেন ! "

" নুংশিববু শা-ষনগুম ওন্থোক-ওনশিন তৌনবগী তোন্থবা লোনচৎপু ঐখোয়না পুক্লীং থৌগৎকদ্রা ? ক্বাক অমসুং লমহূইনা লুখাক-চামিন্নবা মপাং কৌশিন্নে, তাইবং মীদি থৈদোকপদা তেঙবাংনৈ।"

পারী চীন্দগী ব্রাহে থোকহনবা ঙমদনা লৈরে, পেন্দবনা ফনা ফজনা লাকশীনখ্রবনি। চীংলেনদি শাউনীংবা ঙাকথোক্লবা, থোইনা পাম্লুবদি নত্তনা, নেমতক থিনগৎতুনা পোমশাৎনরিবা থম্বাল অমা হেক্লবা হোৎনবদা মখূৎ য়েৎনা পারীগী খূজেং পায়রগা ওয়না লাম্লম্মী। খোঙফম চাদবদগী মহাক লৈরায়দগী নাম্থদুনা য়ূংশিনখিবদা চেন্নখিবা পারীসু ঈশিংদা জবং তাশিনখ্রে।

তরু পাখৎনা লাউরকই, " কৈনোনে তৌরিসিদি ! "

ঐঙোন্দদি নোক্লীংবগা নুংশা থীবগা য়ান্নখ্রে, চিংখৎনবা থৌরাঙদা ঐ লৈরায় নকশিল্লম্মী। লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈরবা অনীদু শংত্রিক য়েংনৈ, কন্নসু নোকমিন্নখি।

" চরদা ! " তরু ঐখোয় অনীমক্লা চৈখি।

মখোয় অমনা অমগী কোক্তা, মায়দা, ফিদা পকপা থম্লা, কঙ অমসুং লৈখোম চামথোক্লরগা ইরুজরিবগুম ঈশিংদা লৈরে। ঙক্লা চেনশিল্লকখিবা ছাত্র খরনা করি তাখ্রবগে হংলবদু ফনদুম মতা চাই। খুদোপ তাখিবগী থিরুবনি, ফংলে হায়না তরুনা খুমখি। ময়ামদু মখা হংলমদ্রে। হৌজিক লুরিবসি, ফিল্মদা হিরোগী শক্তম লাংবা, দেসপেরাদোসু মানবা অনীসি ইচোৎ চোৎনা করম্লা চৎকদৌরিবনো হায়বসিনি। তরুনা নুংঙাইজদবগুম ঐসু চপ চানা খল্লে।

ঐনা হায়, " লীলাদু ওকচরে, কাখৎপীরক্লো। অদুবু মফমসিদা ঙাইহাক লৈবীরম্বা তারি, ঐখোয় হোংদোক্লবা ফি লৌজরুখিগে। "

মখোয় অনী লৈরায় নাপী পায়দুনা কাখৎলক্লে।

চীংলেন্না হংঙি, " কদায়দগী ফিনো ? "

" শিংজমৈ কৈথেন্দগী। " ঐনা খুম্মি। " রিদিমেদ লৈজরুবা তারে।"

" ইহে ! " চীংলেন্না লাউরক্লম্মী, অচোৎপা চামঙা চৎপী নোট অনী

ফুরিংখাউদগী লৌথোক্লগা হায়, " অসিনা লৈবীরকউ। "

মতৌ অদুমক্তা পারীনস্য ঐখোয় অনীদা লুপা চাতরেৎ শিন্নরক্লে। নোক্লীংবা কোক্তনা তরু ঐখোয় অনী গেটলোমদা হোবে হোবে লাক্লম্মী।

শিংজমৈ য়ৌবগা দুকান অমদা ঐখোয় ইতিং তিংনা ফুরিৎ অনীগা খোঙগ্রাউ অনীগা পীয়ু হায়রুই। খ্বাং অমসুং অচোনবা হংলকপদা চীংলোন লান্না চেল্লকপী শজিগুম তথক তথক্লিবী তরুগী মীৎয়েংদুদা ঐ নুংঙাইবা য়াওনা নোক্লম্মী অদুগা হায়দোকখিরম্মী, য়াম্না চাউরবা পাখংগীনি। চিংথোরকপা ফিশিংদু মমল লুপা লীশীং অমা চামরিদা য়ানদুনা লৌনরে। পোৎলাংবা হৈবসি তরুনা য়াম্না হেল্লম্লে, ফিহোং খুদৈ অমগা অন্দরব্রিয়ার অনীগসু ফিয়োনফম পোৎলক্তগী মহাক্না লৈরম্মী। কৈথেল কাবা লোইবগা ঐখোয় তন্দনা বসতা অমুক হল্লকখি।

ওন্থোকপনি, মখোয় অনীদু পুখ্রী মপান্দা লৈরমদ্রে। ষ্টেদিয়ম মনুংসু ইহাঙ হাঙঙি। ফি থিবা চৎলম্বা য়াই খন্দুনা ঐখোয় গেষ্ট হাউস তানা য়েংলুই, থেংনখিদে। তৌফম খঙদবদগী পুখ্রী মপান্দা অমুক হল্লে। নুমিৎ চায়থরক্লবা মতমদুদা ঐগী থম্মোয়দি ব্রারৌবনা লাঙ্গোয় চনশিল্লক্লে। খল্লুই, চেল্লবা নুপা অনীগী নামৈ পায়দুনা য়ান্নরিবা ঐখোয়সিদগী হেন্না চোপচবা কনা লৈরমগনি।

মান্নবা ব্রাখলদা লৈরম্বী তরুনা হায়, " মক্তবী, তৌঙম্বীনি ঐখোয়সি, য়োৎচৈ, লমজৈ কাল্লবী। "

" মদোমদা মশীং চনখ্রবসু ঐখোয়গী দাবি হনবা য়াদে। "

" অদুনি লেপচরিবা। "

অমুক্তং হংগে খন্দুনা খোয়জিখাদা পুল্লিবা ব্রাফম অচীকপসিদা মথি ফোংলক্লম্মী।

" তরু, চীংলেন্না নহাকপু নুংশিরকখি হায়বসি য়াম্না তপ্না খঙবীরকখিবা মাল্লি। অদুগা মরক অমদনা নহাক্কী থৌজান মীৎয়েংনা পারীবুসু হৈনিংবগী চাং য়াম্না ব্রাংহনখ্রে, হৌজিক্না চীংলেন্দা য়ান্নবীরি। মসি উরগা ঐ ঙকচৈ, নুংঙাইজদবসু ফাওই। মসিবু নহাক্কী করম্বা অথূপ্পা ব্রাখলনো ? "

তরু তাপ ওক্লকখি, " নহাক্কীদি কৎথোকপনি ঐগীদমক য়েংবীরগা, অহল লমনশিংগী য়াথং ফাওবা খোঙগাওনবীরগা, চীংলেনগী ইকাই খুম্নবা তুংওইনবীরগা। ঐগীদি চান্নবী মরূপ নহাক্কীদমক য়েংলগা পারীদগী লাপথোক্লবা হোৎনবা নত্তে, ইজ্জৎকীদমক দাবি তানবনি। "

" অদুদি হায়বীয়ু। " ঐ চঙশিল্লি, "নহাক্লা করিগীদমক অনৌবা ফিরেপ অসি লৌবীখ্রিবনো ? চীংলেন্না পারীদগী হেন্না লাম্বা চাবনি খনবীব্রা? "

তরু ইশি শিনা নোক্লম্মী, অদুগা লূমতক হায়, " পারীগুম্বা মীশকপু কয়া শুনা লৈরমগনি খনবীবগে? মখোয়সিনি নুপা হায়বদু। "

" অদুদি করিগীনো নখোয় অনীগী মরী থদৎনবা হোৎনবীরিবা? "

" অশেংবা লৈশাবী ওইনা লুহোংবা পাম্বী, নুপা অমদগী হেন্না শকখঙজদে হায়বগী পুন্সিদা নুংঙাইবা ফংজনীংবী, মপুরোইববুসু মদুগী চাউথোকচবদা মায়থোং লংনা চৎহঞ্জনীংবী নুপী কাঙলূপ্না ঐগী ফিরেপ শৌগৎকনি। "

ঐ মরক থৎলি, " ময়েক শেংহনবীয়ু। "

তরুগী মায়থোং শীংনবগী নোংথাংনা ইরং লংহল্লি, শরী শোনবগুম চেৎনা হায়, " মরমদি, ঐসি মাংদ্রিবীনি, নুং-পান অনীমক্তা। লৈশাবী অমা ওইনা পারীবু ঐনা খোয়দাজরুই; লাইবক তিন্নরম্লবদি কয়াগী মতিক নুংশিজবগে হায়বদু উৎচনবা তাঞ্জা লৈরমগদবনি। ঐগী ৱাফমসিদা নহাক চয়েৎননা উরে, শেংদোকচগে। " তরু স্বর অমা শাংনা হোল্লগা মখা তাই, " চীংলেন্না ঐবু মতম কুইনগী মমাঙদগী নুংশিরকই হায়বগী লমন্দা ঐগী পুক্লীং পরপ পরপ শোন্থখিবা নত্তে। মহাকপু চাউনা ইজ্জৎ তৌবা য়াবা মীশক্তি খল্লুরগা ঐঙোন্দা অপেনবদি লৈ। অদুবু মতাংসিদা তৌবীমল খঙবা উৎথোকপগী অথিংবদি ঐখক্তগী ৱাফম নত্তে, খঙশিন-তাশিন্নদনা তুমিন লৈথোকফম থোক্লবনি, নুজাশিংগী লেমজবা চৎনরোলদা। অদুবু কদায় ঐগী লাইবকসি, হেন্দোক থোইদোক্লা থৌনা লৈতবা য়ারক্তবনি। খোঙচৎ অসিদা ঐখোয় অনীগী পুন্সিনা কয়াগী মতিক নকশিন্নরকখিবা! অহীংদুদা ঐবু লৈবাক মীয়াম্না ইজ্জৎ মাঙখ্রবীনি হায়নখ্রবনি। ঐখোয় ইমুংগী মীশিং প্রোক প্রোক চাক্লা খাঙনখি। অদুগা, চীংলেনগী থম্মোয়দি মৈগী চীংগুম পূমতোই তোইনা পোকখায়খ্রবনি। মহাক অঙাওবগুমখি, সংসারপূম্বা মাঙখ্রবগুম লোন্না লোন্না তেংথাখি। মসি ঐগী থম্মোয় তারদা পাউ ফাওরকখিবনি। ঐ অশেংবা লৈশাবীনি হায়বগী চাংয়েংদা, মহাক্কী অপাম্বা লৈরবদি, মৈনুংদা চোংশিনবদা সীতাদগীসু ঐনা হেন্না থৌনা লৈগদ্রা খঞ্জে। পূম্নমকসি ঐনা চোংজবগী ৱানি। মহাক্লদি ঐবু থাজবীখিদ্রে, শেংদোকচখিবা খূদিংমক ইশাগী অমকপা কুপশিন্নবা হোৎনবনি লৌই। মহাক্কী ৱাখল অমসুং মীৎয়েং অসিদা ঐ খাঙবা ঙমজদে। লান্না পাউথোকখিবনি হায়বসি মহাকপু য়াহনবা অমদি চিংনবা কোকহনবনা ঐগী পুন্সিগী পান্দম অমসুং মকসদ ওইরে। "

ঐগী মীৎলু অনীমক পিরাংগী ঈফুৎনা থূমজিল্লকপদগী ঐ তরুগী মায়থোং ময়েক শেংনা উদ্রে।

" কয়াদা অমঙ্গলগী মশক ওইরবা অহীংনো ! " ঐ পিরোয়ননা লাউথোকখি।

" নহাকপু অসুক শাথীনা পাউথোকপীবা। তেঙবাংজগদবা ঐসি নহাক্না চীন মেনবীখ্রে, কয়াদা থম্মোয়নুংশিদা ওমচাক্লরবা ! অদুবু তরু, মীৎয়েং অসিদা ঐগীনা ইতোপ তোপ্পি। নহাক্কী পুক্নীংগী ব্বারোল ময়ামসি ঐ মতোন লোম্না থাজবা ঙমজদে, ঐগী য়েংবীদুনা মরৈ অসি শাগৎপনি লৌজে। মসিদা, ওইজবা থিবী অমা ওইখিবনা, ঐ ইকাইবা কোকহনবা ঙমদনা লৈরবীনি। "

তরু ঐগী ব্বাফমসিদা পেন্দবগুম লৈথোকখিরম্মী। তাঞ্জা অসিমক্তা ষ্টেদিয়মগী চৌকীদার য়াম্না নক্না চঙশিল্লকই, মহাক ঙাইহাক চৎথোক্লবগী নুংঙাইতবা উৎলৈ। অচোৎপা ফি শেৎপা পাখং অনীনা মমান্নবশিংগী মোতোর সাইকলদা চৎখ্রে হায়বা তম্বীনবা শিন্নরম্বনি খঙহল্লকপদা তরু শাউরপ নোক্লম্মী।

" ফিশিংসিবু কদায়দনো পুগদবসি ? "

ঐনা খুম্মি, " খরা মাঙজরগা হল্লুরসি। "

" ইস ! হৌজিকপু ? "

" হোয়নে, থেঙলবনি। ঐখোয় অনীগী মতৌসিদি, তাক্লবা য়াওরমদ্রবদি অহীং ফাওবা ঙাইনিকো। "

গেটলোমদা লূম্না খোঙ থাংলিবী তরুগী তুংদা ঐ হৈনিংদনা চৎলম্মী।

# ১১

ইমুং মরিগী অহলশিং মৈ হৌনা শাগৎনরকপগী চৈরকসিদনি থা তরুক হৌখ্রিবা। মখোয় পূন্না খন্নবা লেপ্তে, কনানা কনাবু লুহোংগদৌরি নৈনবসি পুংজাগী ব্রারীনি। পারী যূমদা ছুটি ইথোক থোরক্তে, দিফেন্স সাইন্তিষ্ট অমা ওইনা মথৌদগী লৈথোকপা য়াখিদ্রে। মহাক্কীদি ধর্ম ঙাক্লা চৎকনি, তরুগা লুহোংগনি হায়বসিদা চপ য়ুংনা লেপ্লি। ঐখোয় মরিগী ফিরেপ্তা শন্তাইনবা পুরকপা লৈত্রিবনিনা অহলশিং থবক মখা চৎথবা ঙমদনা লৈনরে। পারীখোয়গী ইমা পাবুংনা তরুবু কঞ্জরুই, মরীদু ঙাক্লুবা মহাক্কসু শকখঙনহনখ্রবনি খঙলুদবনা ঐ মঙোন্দা মঙলানগী ব্রারী পূন্বা তমখি। অঙকপা মহাক্কী পুকচেলনি, নুংঙাইতবা শম্না মফে অমা উৎলক্তে। অহোয়নদুম মহাক ঐগী আশা অরেম্বা তাদনবা খোঙফম চেৎনা লেপ্তুনা তরুগী মফমদা ঐগী নুংশি পাউজেল য়ৌহনখিবনি, অদুগা মশাসু তরুদগী লাপথোক্লুবা কন্না হোৎনৈ। মদু খঙলকপদগী তরুনা ঐগী সঙ্গ থৈখি, মীৎয়েং হোংখি। খোঙথাং অসি য়ৌনা পারীনা চঙশিনবা ঙমখিবসি মঙোন্দা মক্তবীনা তরুদগী হেন্না লূম্বগী খূদম অমদি ওইরি, মসি মীয়াম্না য়ানগদবা ব্রাহন্থোক্লি, মদুগী মথক্তা মরূপ অমগী ইকাই খুম্নবা চপ চানা ঙাকপনি। পারীবু ব্রাংনা থাঙ্গৎফম থোকই। অদুবু, হৌজিক্তি পারীগী ব্রাখল ফাবা লুরে। করিগীনো মহাক্কী মায়ওন খংহোং হোংখ্রিবা ? মক্তবীবু থাদোক্লম্বা, ঐগী মরমদগী। তরুগীদমক লেপখিবা, মদুসু ঐগুম্বা পাঙদবনা পাউথোকপীরম্বদগী কনবীবা তাখিবা। পাম্মুবা, খম্বনবা, ওইনবা, মলোম অমসুং কল্লকপা নুংশিবগী মশা মরেংনি। পারী নুপানি, ইহুল পূম্নমকসি মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওদনিঙাই লৈতে। পূম্নমকসিগী অরূম-অয়াং মহাক শোয়দনা ওল্লমগনি। লাপথোক্লফম থোকখ্রবা তরুদা অসুক্কী মতিক কন্না নকশিন্নবা হোৎনরকপগী অচৌবা মরম অমা লৈরম্ফম থোকই। মসিবু ঐনা ঙসি ফাওবা খঙদোক্তনা লৈরিবসি চুমদ্রবনি।

অতেনবা মতমগী ছুটি লৌদুনা লাকখিবা পারী ময়ূম থুংলবগা ঙাইঙমদনা

য়ুনিবর্সিতিদা উনসি হায়না ঐঙোন্দা পাউ পীরক্লে। মহাক্কীসি মফমদুদা তরু অমসুং মক্তবীবু মহৌশাগুম থেংনবা ফংগনি হায়বগীদি নক্লে, মরমদি মখোয় অনীমক্কী অরোইবা পরীক্ষা পীখিবদগী য়ুনিবর্সিতিদা ইরাক লাকখিদ্রে হায়বা মহাক খঙখ্রবনি।

পূং তরামাথোই চপ চানা পারী ঐগী লেবোরেটরী কাদা চঙলকই। মহাকপু উবদা ঐ য়াম্না হরাওজে, ব্রাখলসু চাউথোকই। ঐখোয় অনী চেৎনা কোন্নরম্মী।

ঐনা হায়, " ছুটি লাকপীবা য়াম্না ফরে। তেল্লবা মতম, নুমিৎ খরনিসিদা পন্দুনা লৈরিবা থবকশিংসি পাঙথোকপা তারবনি। "

" মীনাই ওইরুরবনিনা ছুটি ব্রানা ফংজরকপনি, মদুসু লুহোংবগী মিংদা।" পারী চৌকী পায়রগা লেপ্লুনা খুম্মি। " ফরে, মরূপ, ঐখোয় হোলদা ঙাইহাক ফল্লুসি।"

পারীনা অচীকপা মফম থিরিবসি চেকশিনবা ব্রাফম লৈরবনি, ঐ হৌগৎলম্মী।

হোল মনুংদা ঐখোয় অনী মায়োক্লনা ফল্লম্মী। ঐগী অনৌবা ফাগিদা মহাক থব্রায় তানা নোকই। পরীংদা তারক্লবসু ঐনা হান্না হৌদোক্লে।

" তরুখোয়দা চঙবীরুরব্রা ? "

" চঙজরুদ্রি। " পাউখুমগা লোয়ননা মহাক্লা হংঙি, " পরীক্ষা লোইখিবদগী মখোয়বু য়ুনিবর্সিতিদা ইরাকমক লাকখিদ্রব্রা ? "

" হোয়, য়ৌরকখিদ্রে, টেলিফোন্দগীসু পাউ ইচৎ চৎনদ্রে। মরী তৎনখ্রবগা অমহানি, ইমুংগী অহল-লমনশিংনা কোয়চেল চেন্নরবসু। "

চিন্তাগা লোয়ননা পারীনা নোকফেৎ তৌবদু রাশিদি চরোং য়াল্লি। মহাক্কী চল্লবা চান্ন-মীৎয়েংদুনা ঐগী পুক্লীংগী অমম্বা কোকহল্লি, অব্রাবসু তাম্হোকখ্রে। মঙোন্দগী মখা তারকপা ঙাইবগা লোয়ননা ঐ ব্রাফম খরা খোমজিল্লম্মী।

" মখোয়গা উনবা ফৈ। " পারী তপ্না হায়।

মরক মরক ঐগী কোক্তা মথি ফোংলবা ব্রাহং অমা মীকুপসিদা ফুৎ ফাওরকই।

" মরূপ পারী," হন্দক্তি ঐ চেকশিন্না হৌই," ঐনা য়াম্না খঙজনীংবা ব্রাফম অমা লৈরে, নহাক শেংনা তাকপীগনি। "

" হায়বীয়ু। " পারীনা খুম্মি। " ঐঙোন্দা অথূপ্পা অমা উবীব্রা? "

" ভগবান ফাওবা লারৈ লাথূপ থম্মি হায়নরিবদুদি। "

ঐঙোন্দগী মাঙ থানা পারী হৌনা নোক্লম্মী।

" চৎথবীয়ু। "

" ঐখোয়না ব্রারী শানবগী মতাং খরদা তরুবু নহাক্কী ধর্মগী নুপীনি, মহাক্লা নত্তনা অতোপ্পা কনাগসু লুহোংলোই হায়না হেক হেক পনবীবা তাজে। অদুম্না

হায়হল্লিবা নুংগী ওইবা ব্বারোলদু অমুক্তং শেংদোকপীয়ু।”

“ ঐগী ব্বারোল পীজদ্রিঙৈ মাঙওইননা মরূপগীসু ঐনা নিজরি, অদুক য়াম্না নুংশিবীখিবা তরুবু থাদোকপা ঙম্বগী মলোম, হায়বদি, মহাক্কী ইজ্জৎকী ব্বাফমসি করিদা য়ূম্ফম ওইবীবগে ? শেংনা অমুক্তং তাকপীখো। ”

“ ফনি থমজগে। খবরগী ব্বাসু ব্বানি, মদুদা অদুক হাক্লা থাজগনবা মীদি ঐ নৎচদে। অদুবু, থৌদোক্তুগী পাউদুমক্তি লান্দমাল্লে খঙ্ঞে। ”

পারীগী মীৎয়েং চয়েৎনৈ, ঙক্তক হংঙি, “ মরমদি ? ”

“ থৌদোক্তু ইশামক্লা থেংনজখিবা, ইমিৎনসু উজহৌবা। ”

“ করম্না? ” পারী ঐগী ব্বারীদা শা ফাগদবগুম চোংশিল্লকখি,“ তশেংনা থৌদোক্তু উবীখি ? ”

“ হোয়, তমজগে। নুমিৎতু নহাক্লা ঐগী চিঠি তরুগী খূৎ য়ৌহনবীগনি হায়না পুবীখি, শুকশোয়মক শোয়দনা পীবীগনি হায়বা অচেৎপা ব্বাদি থম্বীরমদ্রে, মরমদি নহাক্লা লংফৈ চৎকদবা নুমিৎ নকমনবনা মহাক্কা উনবগী তাঞ্জা খুয়ৌনরে হায়বসি ঐখোয় য়ানখ্রবনি। মদুনা ঐবু তুংদা য়াম্না লৈতাহন্দ্রে। মীকুপ্তা ঐগী চিঠি মখূৎ য়ৌহন্নীংখি। লাইবক ফদুনা করিগুম্বা অথুবা অমসুং অথুম্বা পাউখুম ফংবা ঙম্লবদি নহাক্কী মাঙদা ঐ চাউথোকচনীংখিবনি। ঐঙোন্দা পঙনা লাকখিদ্রিবা থৌনা চোংথোরক্তুনা নুমিদাং পূং তরেৎ তাবা মতমদা ঐ কার থৌদোক্লম্মী। অসিগুম্বা থৌনাসি নুমিদাংদনা খরা হেনবা জাৎনি; নুংশি মরানয়াইদনি খল্লুবদা অমম্বা অহীংদা নাইতোম চৎলি হায়বগী চিংনবা করি লৈরি। থৌবাল বাজার য়ৌবগা ব্বার্কশোপ্তা য়েৎকী লাইট শেম্বীনবা কার শিন্নরম্লগা ঐ তরুখোয় তম্না মীনা কৌরবগুম চৎলম্মী। মাঙ্গোলদা ইঙান ঙান্না থাল্লিবা ইলেক্ট্রিক ট্যুবকী মঙালনা ঐবু থোঙ্গালদা ঙাইহাক পলহল্লে। তুংদা ঐ মীরৎ-নারৎ য়েংদুনা চঙশিল্লি। তরুখোয় য়ূমদু ওখাক চাউবনি। মহাক্কী কাদি অব্বাংলোমদনি, থোঙসু লোল্লি। থোঙনাউ নক্লা য়েনখাদা হৌবা হৈনৌ পাম্বীগী মরুম থুপ্লগা ঐ লেপ্লম্মী। পাখংগী পাঙদবা হূরান শাজৎতি য়ৌরে। মনুং ফাওনা উবা ঙমদবা, পর্দানসু খনবা, থোঙনাউ মিংশেলদা ঐ কান্নফমদি খঙদনা মুন্না মুন্না য়েংলম্মী। তাঞ্জা থোক্তুনা তরুনা থোঙনাউ অমুক্তং হাংদোরক্লবদি হায়বা ব্বাখল থাদোক্তে। অদুগা করিগুম্বা মনুংদা মী লৈবগী খূদম ফংলবদি থোঙনাউদা তেক তেক হেক্তো খৎলগে খল্লম্মী। মিনিট মঙারোমগী তুংদা মাঙ্গোলদা নুপী অমনা কৌবগী খোঞ্জেল তায়। ঐ পাখৎতে হায়বা য়ারোই, থৌনাগী চাংয়েং মতম লাক্লে খন্দুনা মীকুপ-নাহুম শিংনা

লেপ্লম্মী। ঐগী পুক্নীংবুদি থোঙনাউ মিংশেল ফাওনা লাকপা অমুবা মি অমনা ফাদুনা থমগ্রে। কানুংগী মৈ খংমম মমখিবগা লোয়নননা ঐঙোন্দা মিপাইবগী চাংসু হেনগৎলকখি। চৈরক্কুদা মাঙ্গোল মৈঙাল লান্না মী অমা তহা তহা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবগা তরুগী কা মনুংদা নুপীগী খোঞ্জেল অমনা কন্না লাউরকখি, অকি-অখংনা থনবনি। ইমুংগী মীশিংসু লাঙনরকই। ঐ চিংনবা অমগা লোয়নননা কোম্থোংলোমদা হোৎতোকখিবা মীদু ইন্নরম্মী। অমম্বগী খুদোং চাবা লৌদুনা নাম্থোকখিনবা হোৎনবদা চেল্লবা নুপাদুবু ঐ কন্না তান্নরম্মী। অখূবা লৈরক য়ৌরকপগা নুপাদুনা থাদরম্বা পোৎ অমা ঐনা খুল্লুবদু লাইবক থীরবনি।"

মীৎ কুপ্তনা ব্বারী তারিবা পারীনা মরক থৎতুনা হংলকখি, " করি পোৎনো খুনবীরুরিবা? "

" পেস্তিস অমসুং ব্রা, তরুগী ! ওম্থোকপা দাউনি ! "

ঐগী নুংঙাইজ্জদবদা শরুক য়ারিবা পারী চীনবান অনী হূরপ নোকখি, হংলকই, " মদু তরুগীনি হায়বদি করম্না খঙবীরুরিবা ? "

" মদু তরুগীনি। " হায়নখিবগী মতুং ইন্না ঐ তেংনা তমথোকপা তারবনি, হঙ্গোয়ফমসু থোক্কে, মখা তাই, " খুনগৎলুবা পোৎতু নুপীগীনি খঙবগা ঐ তাশিন্দুনা ব্বারক্তা লংশিল্লম্নে। নুপাদু ফাহৌদবগী নুংঙাইতবগা লোয়নননা ঐ হূরানবা চঙলম্বদগী ইরাঙ লাঙনহৌরবা তরুখোয় য়ূমদুদা অমুক হঞ্জিল্লুদ্রে। অঙাওবগী খোঙচৎ লোইশিন্দুনা ঐ য়ূম হনবা তাখি। নোংঙানবা মথংগী মথং অয়ূক্তা থেংনরুবা তমথীবা পাউনা ঐবু কম্বী খাংদা ঙৌরে। ঐ নুমিদাংগী থৌদোক্কু নীংশিংলকই, মরী-মখোঙ লীনীংলকখি, ব্বারক্তা লংশিল্লম্বা ফি থিবা চৎলে। মতাংসিদা অখূবা লৈরক্তা পোৎতু থিরুবগী চোপচবদু পন্দবনা ফরে। পিশিক পিক্না তাশিল্লবা ফি নারক্কুদা মফম লেঙলমদ্রি, হাংদোক্কুনা য়েংলুবদা তরুগীনি হায়বা খঙলকপনি। "

লৈশাবীগী অরোনবা ফি খঙঙি হায়রুবগীদমক পারী খোয়রাংবা অমসুং থাজদবগী মীনোক অমা মায়খোংদা চেন্নরে। অদুবু, ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবা চৈনা মহাকসু খাঙবা য়াওবগুম ঙক্লদি য়েংলকখি।

" ফিদু তরুগীনি হায়বা প্রমাণ করিনা ওইবীরি ? " পারী তকশিল্লকই।

" পোৎতু তরুগীনি হায়বা নহাক থাজবীদ্রে, শেংদোকচগে। " ঐ ব্বারী চৎথে, " মপুং-মরৈ ফারবী লৈশাবীশিংদা য়েংনীংবা হৌনশানি, থিংলুবসু ঙমদবা, ধর্মনা যনা লাউজরবসু। তক মদু খঙলম্ফম থোকই, অদুবু মঙোন্দা য়েংনফম ওইরে

হায়বগী থোইনা থৌশা মানশাবদি উদে। মহাক্না শান্নবা মতমদা, চোং ফনবদা, নোম্থবদা অয়েংবশিংনা মিতানিঙাই ওইরবা নুজাগী মপূং ফারবা লন্না অকূৎপা শরুক উৎনা কোমতক তারকপদা ঐগী মীৎতদি তেঞ্জেনা লেংখ্রবনি। অতে শান্নরোয়শিংগী মতৌসু অদুনিদি হায়ববু ঐ তরুবু খরা হেন্না চেকশিনহন্নীংবনা খোয়শাউনে। লমলানবা পাখং ঐগী খন্বঞ্জবা করম্না ফোঙদোক্লুগনি? ওমচাক্লবগী চাংদি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। মসিদগী ওইরম্বা তাই ইসলামগী ফিজেৎতা কা হেন্না চেকশিন্নখিবা। নোংমদি ৱাখল অমা লাকপদগী ঐ থাঙ্গাল বাজার চৎলম্মী। লেদিজ শো রুম, অচৌবা দুকান অমগী মমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা তরারক্তগী তাদনা চৎলবা তুংদা ঐ কিথি-কিরুম চঙলম্মী। পোৎয়োনবা নহা অমদা লোন্না হায়রুবনি, ‘ ষ্টেন্দরগী ব্রা অমত্তা পীয়ু। ’ নম্বর কয়ানো হংলকপদা ঐ ইঙাও ঙাওনা য়েংলম্মী। পোৎয়োনবা ময়ামদুগী মরক্তগী অমনা অমুক হংঙি,‘ কুপ্পামবিরা, কুপ্পাতরুক্কা?’ শোয়ররোই খন্না ঐনা খুমখি, ‘ নিফু’। দুকান পোৎয়োনবশিং খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লকপা য়াওরে। মখোয় মুরুম মুরুম শোন্নখি। অমদি ঐবু কনবীবা ওইনা হায়রকই, ‘ইবুংঙোগীসি চাজেনবী মৌগী ওইরমগনি।’ ঐ শোম্থাংনরপ খুম্মি,‘ লৈশাবীগীনিদা।’ সাইজ তাক্লবা হোৎনবদা দুকান মমাঙদা লেপ্লিবী লৈশাবী ময়ামগী মরক্তগী অৱাংবী অমদা খূৎ থিল্লুবদা লক্লরবোই নীংখ্রব্রা কয়াদি শাউনা য়েংলকখ্রে। ইকাই খাঙদা ঐ দুকান্দুগী য়েৎথংবা কাচিন্দা অসুম য়েংলুবদা চাউ-শাংবগী চাং খেন্নবা তোঙান তোঙানবা নুপীগী অশাবা মূর্তি খরা লৈবা উই। মখোয়দা মওং কয়াগী ব্রা থোনবীরি। অকূৎপগী শরুক কুপ্পা, চেৎনা ফাজিনবা, ময়ায় ওইরপ্পা সাইজদু লেমজনা উই। মদুদা ঐনা খূৎ থিল্লুবদা পোৎয়োনবা নহাদুনা তাক্লকই, ‘ কুপ্পাতরুক্লি। ’ চেকশিন্না উবা মওং অদুমক্কী ব্রা অহুম লৈরগা ঐ থোরক্লে। মীনা উখিগদ্রা খনবদা ঐ পোৎতু লোৎলগা পুরকপনি। য়ূম য়ৌবগা ব্রাগী মনুংথংবা শরুক্তা কলম্না ময়েক লানা ইরুই, ‘চেকশিনবীনবা।’ লোন্না খূদোল তন্নগা পুক্লীংগী ৱামৈ মুথৎকদৌরিবনি খল্লুবদা ঐ ইকাই হঙ্গোয়বা তুংওইনখ্রে।

করম্না পীরুগদৌরি ? নুমিদাংদা লোন্না মশা খঙহন্দনা মহাক্কী কাদা লংশিল্লুবা তারবনি। মদুবু হূরান পোৎপী হায়সিরা? মরূপ,নীংশিংবীয়ু,থবক অদু পাঙথোকচরুবদনি ঐনা তরুগী কা ইহান হান্না খঙজখ্রিবসি, অদুগা অহীং অমা য়েনখাদা লেঞ্জখি হায়বদুসু। অৱাবনি, ঐনা খুনগৎলুবা ব্রাদুদা ঐগী খূৎই মুৎলমদ্রি। মসিদবু পাউচেগী ৱাফমদু করম্না লাল্লি হায়গদৌরিবনো? তরুনা মশাগী লাইবক্কা শন্তাইনদুনা তুমিন লৈরম্নবদি ঐগী পুকচেল অসি য়ৌনা কল্লমগনি থাজদে। অদুবু, ওইজবা থিবী অমগুম

মহাক লান্দে অমদি মাংদ্রি হায়না চোংথোক্লি। মসিদগী ঐনা মঙোন্দা থল্লম্বা থাজবা পূম্নমক মমায় লৈদুনা চেনখ্রবনি। মহাকপু মরূপ অমগী থাক্তগী হেন্না ঐগী ওইবা মীশক্লি লৌরুবদা পুক্নীংনা য়ানীংদে, থম্মোয়নসু পেল্লরোই। পারী, অসিনি তরুদগী ঐনা লাপথোকচবগী মরম। ”

ব্বারীসি লীথোকখিবদা ঐগী পোৎলূম অমা থাখিবগা অমহানি, ব্রাইশংঙি, মখা খন্ননীংবা ফাওই। পারী শুমখ্রবগুম ফনা কুইনা ব্রা ঙাঙদনা লৈ। য়াম্না ব্বানা হোৎলুবা জিইওমেত্রিগী প্রমাণ অমা ফংলবগুম মহাক স্বর শাংনা হোল্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী।

“ হোয়, চুম্মি, নহাক্কী প্রমাণগী য়ূম্ফম চেৎলি। নহাক্না তরুবু হঙ্গোয়খিবা লান্দে, মরমদি মহাক খূমোৎ চারে, শেংদ্রবীনি। অদুন্নদি ওইরগা লান্দে অমসুং মাংদ্রি হায়বা মহাক্কী ব্বাকৎসু মায় পাকখিবা য়াই। ”

তরুবু কন্নবা হোৎনবদা পারী অনুমাণগী মরৈ শুংবা মাল্লি।

“মরূপকী চয়েৎনবা ব্বাফমসি শেংদোকপদা করিনা সাক্ষী ওইহনবীগদৌরি?” ঐ দাবি অমা থম্মি।

“থৌদোক্তুগী মরমদদি মরূপ্তুগী ঐনা হেন্না খঙজে।” পারী চাউথোক্লা হায়।

“ মদু করি খূদম চাংদম্লা ঐবু থাজহনবীগনি ? ”

পারী চীং-লেম্বা হেনগৎলকই,মায়থোংদা অরোৎপা পত্তে,অদুবু নীংঙমদনদি হায়, “ নোংদম্বা মহাক্কী থৌশীল অঙকপনি, মরূপকীনি খন্না চিঠি পীবা চঙজরুবনি, ঐগী ওইরগা থোরকখি। ”

পারীগী নাকোইনবা, অঙাং মানবা, অশেম্বা ব্বাঙাঙসিদা ঐ নোক্লীংবা ফাওই, হংলম্মী, “ঐগী চিঠি লৌ হায়বা মহাক্ন য়াখিদব্রা নত্তুগা নহাক্কী ব্বাহৌদোক শোয়খিব্রা?”

“ অমত্তা নত্তে, চেনখিবা নুপাদু ঐনি। ” পারী থৌনা ফুদোক্তুনা হায়।

ঐ থাজবা ঙমদ্রবসু ঙকপনা ফন চোংখৎলি, লাউখি, “ এ ! ”

মহাক মখা চৎথৈ, “ অমম্বদুদা নহাক্না ঐবু শক খঙবীখিদবগুম তাল্লকখিবা নুপাদু ঐ কনানো খল্লুদ্রে।” মহাক লেপকক মমীৎ উইশিল্লি, হঙ্গোয়না হায়, “শ্বায়দা লেপচরগে, মখা ব্বারীসি কয়া লূজদে। ”

ঐ ঙাইঙম্লক্তে, তকশিল্লম্মী, “ য়ানখ্রবা ব্বাফম ঙাকপীয়ু। ”

চৈরাক ফংলবা অঙাংনা ঙাকপীনবা য়েংলকপগুম পারী পিগী ঈরা উৎনা তপ্না তম্নকখি, “মরূপকী চিঠি পুরগা ঐ নুমিদাংব্বাইরমদু য়ূল্লোমদা লাকচখিদে; নম্বোল পাংলম্মী। মত্তুবীবু উননীংবগী ঈখৌ কয়াগী মতিক লাংখি, মমশিল্লরুবদা

পাখংগী লোনচৎনা অকি-অখং, ইকাই হঙোয়বা পূল্লপ কাউহনখ্রবনি। মদু অঙাওবগা নকশিন্নে। অদুবু, ঐগী খোঙচৎতু অরেম্বা তাখি। য়াচংবদগী মখোয় মাঙোলদা অহল ময়াম মিটিং ফমখ্রবনি। উপায় লৈত্রদুনা হল্লকখ্রবা লম্বীদা ঐ নহাক্কী চিঠিবু অদুম নীংশিংলকখি। মথং নুমিৎতা তরুগা উনবগী মতম ইফং ফংলোইদৌরি। নহাক্কী থবক পাঙখোক্লমদনা বেঙ্গলোর চৎখোকখিবা ঐ য়ানীংলক্লে। খৌবাল কৈথেল য়ৌবগা ঐগী মেতোর সাইকলদু ব্রার্কশোপ অমদা মনীং চাকা হিকপা য়েংবীনবা থনম্লগা ঐ তরুখোয় যুমদা চৎলম্মী। মতমদুদা ঐঙোন্দা অরোনবা অমসুং অফোংবা অনী পূল্লি। ঐনা তরু উনরুবা অফোংবনি, নহাক্কী চিঠি পীবা অরোনবনি। থবকসি অরোনবা ওইরবনিনা ঐ হূরানবগুম তরুগী কাদা চঙলম্মী।”

পারীগী ব্রারী পরীং অশেম্বনি খল্লবসু ফাগি মাল্লক্তবদা ঐ ঙকপা হৌরে, হংবা তাখি, “ নুমিদাংদুদা ? ”

“ হোয়, ঐখোয় অনী তুংথা-মাঙথা ওইরম্বা তাই, মখোয়গী কোম্বোং কানশিনবদু। ” পারী ঈংনা চৎথে, “ মহাক্কী অচৌবা কা মনুংদুদা কনাসু লৈরমদে, পূমচীক চীকই। ঙাইহাক্কী মাঙদদি তরু লৈরম্বগী অমদি খুদক্তা হল্লক্কদবগী খুদমদি মফম চানা লোইশিন্দ্রিবা, হোংদোক্লম্বা মফি মরোল অমসুং ইচাই চাইরিবা পোৎ চৈ খরনা ওইরি। তরু নত্তনা ইমুংগী মী অমত্তনা ঐবু উহন্নীংদবনা খোঙগা নক্লনা থম্বা অচৌবা উপু অমগী মরুমদা ঐ লোৎলম্মী। মিনিট অনীরোমগী তুংদা মহাক ফনেক ফিদোন চিংখৎতুনা, অশংবা তৱেলনা শম কুপশিল্লগা চঙলকই। মহক্কীসি ঈরুজনবা খৌরাঙনি। তরুনা ঐবু উদে, ঐনা কৌরুনবা মতাংসু চাদে। মমাঙ খোঙগী বোল্ট চেৎনা লোল্লম্লগা মহাক পন্দনা থংনবা মনীং কারোমদা চঙখ্রে, ঈরুজফমদনি। মতম ইকান কান্নদনা মমানা মপান্দগী কৌরকই। ঐ শোয়রে খন্না ইশা পূম্বা নিকখি। খোঙ লোনশিল্লম্বদুনা চোপহনগদৌরিবনি। তশেংনা ঐ কিরে, লোৎফম থিবদা থাদুনা থম্বা কাঙখল মরুমদা, ফক্লাং নপ্পা চপ লেপ্পুই। অশংবা কাংখল ওইবনিনা ঐ ফনা নীংথিনা লোৎলবগুম খল্লি, অদুবু নিংদোন মীহুলদি দং দং য়ৈরি। মমানা অমুকসু কৌরবদা তরু মনীংকাদুদগী ‘ ঈরুজরি ’ হায়না খুন্নকই। ‘ পোৎ অমত্তা লৌগে তৌবনি ’ হায়রম্লগা মমা চৎখ্রে। ঐগী স্বর চনীং খজিক্তং তাই, অদুবু খোঙ হাংদোক্লগা খোকখিবগী খৌনাদি লৈরমদে, মরমদি মমাগা থেংনগদ্রা কিখিবনি। মায়োক্লবা ফক্লাং ঘড়ী নুংশিবা খোঞ্জেলদা পূং নিপাল য়ৈরক্লে। কাঙখল মরুমদুদগী ঐ কা মনুংগী পোৎ লোইনা উই। তরুগী মোন মথক্তা ব্রা অমা লৈ। অতোপ্পা ব্রা অমগা পেন্সিস অমগসু টেবল মথক্তা থম্বা

চেন হাংদোকপা বেগ অমদা য়াওরি। টেবল অদুমক্কী মথক্তা মখল-মথেলগী কোসমেতিক ময়াম থম্মি। অতোপ্পা টেবল অমগী মথক্তনা নোটবুক অমসুং অথাবা লাইরিক কয়া মরোল মরোল থম্লি। লৈতেংগী পোৎ, কপ, ত্রোফি অমদি হেঙ্গরদা য়ানবা মফি-মরোল ময়াম মথং মথং য়েংলিঔদা ইশা মীরোৎনি হায়বা কাউরুরে। হূরানবগী লোনচৎতা নুংঙাইবা অমা চেন্নে হায়বা ঐ খোঙফমদুদা খঙজখি। মিনিট মঙারোমগী তুংদা তরু থোরক্লে। অচোৎপা শম তব্রেলনা তৈথোকপগা লোয়ননা চেৎনা লোল্লিবা থোঙ অমুক হন্না য়েংলগা দ্রেসিং টেবলগী মায়োক্লবা অপাকপা মিংশেল মমাঙদা মহাক লেপ্লম্মী। মহাক্কী ফনেক তত্থায় লৈমায়দা তারকপদা উইশিল্লুবা মীৎ লম হেল্লি হায়সিরা, কুইনা থিংবা ঙমখিদে। মিংশেলদা তাবা তরুগী শকফম হোংখ্রবনি, ক্রিম থানা থোমখিবদগী। পাউদর, থাউ মথং মথং হকচাংগী শরুক কয়াদা তৈরকপদা তরুগা ফিগা নপ্পখিদ্রে। মসিবু নোংচুপলোমগী অকাম্বা ফিম্মলা, নত্রগা ময়াই কারবী কনাগী তিজনো? ঐ য়েংফম থোক্লিব্রা? অমুক হন্না মীৎ উইশিনবসু ঙমদে, মহাক্লা ঐবু উপ্পগা করি থোক্কনি খল্লুবদা। তরুনা মিংশেল য়েংবদুদা ঐসু অদুম য়াওরবনি। মঙলাক্লবগুম খাঙবদা ব্বারবা মতমদুদা ঐ ঈশ্বরবুসু থাগৎচখি, মরমদি অসুক য়াম্না নীংথিবী অমগী মূর্তিসি করম্নবু শেমখ্রিবা খল্লুবনি। করিগীনো মফম খঙহৌদনা পিগী ঈহৌ লাকখ্রিবদুনা? তরুনা টেবল মথক্কী বেগতগী পেন্তিস লৌরগা শেৎচিনখিবদা ঐ খজিক্তং নে তাই। হুক ফাজিনবা হৌরম্নবা ব্রা লৌথোক্লম্নগা মোন মথক্কী ব্রাদু পায়খৎতুনা তরুনা শোল্লি, ‘ ঐঙোন্দবু চাগদ্রনে, ফজেখ্রেদা।’ ব্রাদু চেকশিন্না লিৎশিল্লগা মহাক ফমুংদা তপ্পা ফমথরকখি, অদুগা লৈ- লৈদুনা. ফক্লাং মিংশেল্লোমদা মুন্না য়েংলম্মী। হন্দকসু ঐ য়েংবদু য়াওরিবনি। মিংশেলদা তাবা মহাক্কী মায়থোং ইখং খংখিবগা লোয়ননা মহাক ফক্লাংলোমদা হুৎ লৈশিল্লক্লে, ঐখোয় অনীগী মরক্তা খল্লিবা কাঙখল ফাওনা ঐবু খোঙদগী তোন ফাওবা অমুক্তং য়েংলম্লগা তরু তপ্পা তপ্পা তুথখ্রে। মহাক ব্বাছুখ্রবনি। ঐ তরুগী মশা পায়দুনা নোম্মি। মমিৎ পাঙলি, অদুবু করিসু উদে, লেঙসু লেঙদে। চেকশিন থৌরাঙদা ঐ কাগী ট্যুব লাইট মুথৎলুই। থোঙ, থোঙনাউ মিংশেলদগী ফাওরকপা মঙালনা কাদু পূম্মম মম্বদি ওইদে। ঐ তরুবু চেৎনা কোনখত্তুনা মাউথ ব্রেথিং তৌরম্মী, কান্নবা ফংদ্রে। খরদি তফিং তফিংলবসু ঐঙোন্দা কা হেন্না পাখৎপদি য়াওদে। মশা মউ, মখোঙ মখূৎ নোইবা হৌরে, খূজিন্নসু শিকই, জ্ঞান লাক্তে। ঐ ব্রা চিংথৎলগা চেৎনা লোৎচবা মরলদা খূৎ থাবা হৌই, চুপখি, চিকখি। কবি

জয়দেবনা রাধিকাগী লম কনবা অৱাংবা অনীদি শ্যামগী খূৎতা নুঙগুম কল্লি হায়বদু খংনীং নীংশিংঙি। তরু লেঙদনা লৈখ্রবদা ঐ অরোইবা উপায় য়েংবা তারে। পেন্তিস ফোইদৎলগা ঐগী খূৎনা হেন্না হেন্না মনিং তম্লকপদা ঐ মঙগুম থোকখ্রে, খঙহৌদনা শোনখি,'ওম্থোকপনি ! তরু ঐগী ওইরেদো ! কয়াদা নীংঙমখিদ্রবা!' মহাক চৈনা ফংখ্রমাল্লে,ময়াঙ শিৎ তিংখৎলকপগা লোয়ননা 'ই!' হায়রকই। নুংশা থিবা মাঙখিবগা ঐ ফুক হৌগৎলে, অদুগা থোঙ হাংদোক্নুনা থোরক্লম্মী। ঐনা মাঙ্গোল সীঢ়ি কূমথবা মতমদা তরুনা অকি-অখং খোঞ্জেলদা লাউরকপা তায়, ' ইমা ! হো ইমা ! মী চঙলল্লে। '

ইজ্জৎ অমসুং খুদোংথীবদগী কঞ্জনবা ঐ চেল্লবনি, লৈজবী পাঙ্গলসু ফুদোকখি। ফাহনবা য়াদ্রবনি অদুবু পুক্নীংনদি লেপখি, ' তরু ঐনা লুহোংগনি, মহাক ঐগী ধর্মগী নুপীনি। ' ফনা য়াম্না থাপ্না চেল্লক্লবা ফাওবা মফম খঙদনা খূৎ ওইনা পায়রম্বা ফি মচা অনীখক অমম্বা লম্বীদুদা থাদরম্বনি। ”

পারী স্বর শাংনা শাংনা হোনবগা লোয়ননা লাইবক্তা খূবাক্লা নাল্লগা তপ্না লোইশিল্লি, “ অসিনি ৱারী, ঐখোয়গী নোংদমখোল। তরুবু ঐনা মরূপগী মুনবা তাখি, লাঞ্জদ্রবী মক্তবীবুনা থাপ্না ইন্থোক্লগা। ”

হোন্দোকখিবা ঐগী স্বরদা মৈরি য়াওখিবনরা মীৎলুদগী শিন্থরকপা ঈচেল ফোঙ ফোঙ শাই। পারী স্বর ফুল্লবগুম মখা ৱা ঙাঙবা ঙমদবনা অহাঙবা হোলদুদা লৈনা লৈনা য়েংলম্মী।

ঐনা হায়, “ ঐখোয়গী মরক্তা লাল্লিবসি কনানো? লান্দ্রিবনা কনা? অদুমকপু মক্তবীগী লম্বীদি শিৎ তিংঙি। ”

“ মহাক্নীসু খোয়বা মতাং লৈ। ” পারী মতেক্নী ফাগিদা নোকই, লানখিফম তাক্লকখি,“ ফজবগী নাপলদা নহাকপু শঙাইথেল তানা পুথোক্নুনা মীৎতা নত্তনা পূক্নীং ৱাখলবুসু চোইহনবা ঙম্বগী চাংয়েং পাঙথোকখিবনি।”

“ ওন্থোক্লা ইকাইজখ্রেদা। ! ” ঐ খংবদগী নোকপদা ওন্থখিবনি, “ মরূপ্তা মহাক্লা শীৎ শীৎনা তমথোক্লম্লবা? মহাক্নী ফজবদু ঐগী ৱাখলনা শীংথাবা লোইররোই। মসিমক মরূপকী ফিজি ফিনা নেৎপা থোক্লবনি। ঐসি প্রায়শ্চিত্ত তৌবা তারিবনি। ”

“ প্রায়শ্চিত্ত? মরূপকী প্রায়শ্চিত্ত হায়ববু মক্তবীগা লুহোংবীবা, অহল লমনশিংগী য়াথং ঙাকপীবা। ”

“ অস ! ” ঐ কন্না লাউই, ঙকসু কন্না হাইখি।

" মদু নত্তবদি মরূপপ্পা ঐঙোন্দা পুন্সি চুপ্পা মলোম থম্বীগে খনবীব্রা?"

ঐ করি খুমগনি ? তরুগদি লাপ্পখ্রে। মহাকপু লোন্না নুংশিজরুই, চাক্লা থাদোকখি। শেংদোক্লবা ব্বারীসিনা মৈশাদি ফনা য়াম্না হন্থহল্লে। য়াহৌ থেঙলুবনা লাইবক্কা সন্ধি তৌনবা তারবনি। অদুগা মক্তবীবু...? মহাক পারীগীদমক শিগে হায়না লেপ্পিবীনি। নুপীবু অঙাংগী শান্নপোৎকুম ওন্নবা য়াবনি খল্লুবা লানগনি। ব্বারীগী ঈচেলসিদা পারীগীনা খোঙফম চেৎপা, ঐগীনা কোমথোকপা, ঐবু মীথানখিগদ্রা? পারীনা হঞ্জিন হঞ্জিন থাংজিল্লক্লিবা ব্বাফমসি খন্নদবা ফৈ। পুন্সি চুপ্পা লুহোংদনা লেম্হোকপদা করি অকায়বা লৈ? ঐ পুক্লীং শোন্থফম থোক্তে। মক্তবীগী খূৎতসু ঐ শোয়দনা ইকাইবা নংগনি; হন্না হন্না শিগদৌরি।

ঐ ব্বাখল ঈরোলনুংদগী ফাওগৎলকপগা হায়, "পারী, ঐ লুহোংদবনা ফরবনি।"

" নহাক্লা লুহোংদ্রি ফাওবা ঐসু নুপী অমত্তা য়েংলোই হায়রবদি ? "

পারীনা লম্বী থৎলকপদা ঐ খুম্ফম খঙদ্রে। মহাক ফাগি য়াওদনা চেকশিন্না ঙাওলি। মরূপকী পুন্সিনা অফা-অপুন, লম্বন খুরৌ চেন্দবা, য়াইফ-লমদাং তান্নবা হোয় হায়রুরবসু মক্তবীনা ওন্নবা পাউখুম পীরক্লোই হায়নিঙাই লৈত্রিবনি। ঐ নীংসু মাঙসু তেন হায়বদু চপ চানা তারে।

ঐ থয়ায়ননা খুম্বা তাখি, " মরিগী ব্বাফম্বু নৌহৌনা অনীনা ব্বারেপ তাবা য়াগদ্রা ? খন্থবীয়ু, মরূপ। "

" অচুম্বা অমসুং অফবা ওইরবদি অমগী ব্বারেপ্তা কোতিনা ইল্লি।"

পারীদা মুন্না য়েংলগা ঐ কোক খোৎলম্মী।

" অদুদি, অরোইবদা নহাক্লা ঐঙোন্দা মক্তবীবু থাজবীরে।" ঐ নোক্তুনা হায়।

" ঐনা নৎচদে, মখোয়গী অহল-লমনশিংননি। হৌজিক্তি মহাক্কী ফিরেপ হোংহনবদা লুনা থোক্লরোই খল্লি। থৌদোক্তুগী অশেংবা ব্বারী তারগা, ঐগী থব্বায় হকচাং তরুগা নক্লখ্রে খঙলকপদা, মহাক ঐঙোন্দগী লাপথোকখিদনিঙাই মরম লৈতে। অরোইবদা মহাকসু ঐখোয়সু অহল-লমনশিংবু নীংবা থুংহনবা তাবনি।" পারী ঐগী মীৎতগী ব্বারোল খরা পাখ্রবগুম শমথরকই, " মক্তবীনা মরূপকী ঙকশমদা লৈ-পরেং হুকখ্রবদি তরু শোয়দনা ককঙাওনবা ফরক্কনি। ঐগী পুন্সি কনবা মহাক্কী খূৎতা লৈরে খন্না নেমথরক্কনি। অদুগী মথক্তা মঙোন্দা পীরকপা অহলশিংগী চৈথেংসু মচা ওইরোই। মরম অদুনা ঐখোয় মরিগী পুন্সি হি মরূপকী পুকচেল চাউরবা নৌনা অচুম্বা ঈচেলদা হোন্থবীয়ু। "

পারী কংলবা চরম অমুক্তং চোৎহন্নবা হোৎনবদা তুমিন লৈখি। ঐখোয়

অনীগী ব্বারীদগী মপূং ওইবা ব্বারেপ খাণ্ডতপ চল্লে। ঐদি মতাংসিদা নুঙ অনীনা চপখায়রবা হানি। পারীগী ছুটি মতম তেল্লি, খুদক্তা ব্বারেপ লৌনবা তকশিল্লক্কদৌরি।

ঐ অমুকসু হৌদোকই,“ ঐখোয় মরি পূন্না অমুক্তংগা ফম্মিন্নবা ফরোইদ্রা?”

“ থৌদোক ব্বারীশিংসি ময়েক শেংনা খণ্ডহনবা ঙমদ্রবদি মখোয়গা তরারক উনরবসু ফল তারোই। ব্বাফম অমনা, ব্বারীসি মখোয়দা চীনমক্তা ফোঙদোকপা লুই, ঙমগনি থাজদে। ”

“ অদুদি করি উপায়না... ? ”

“ চিঠিনা। চপ মান্নবা ব্বারোলদা অনী অনী ইরসি, নহাক্কীসু ঐগীসু মখোয়দা অমমম পীশিন্নবা। ”

“ মদুদা মখোয় থাজগদ্রা ? ”

কাপখিবা তেন শোয়দ্রে লেপ্পগুম পারী চাউথোক্লপ খুন্নকই,“থাজহন্দবা য়ারোই। ব্বারীদি মরীক চূমহনবা তাই, অহোবা লৈহন্দবা। মরূপ, ঐগীদমক্তদি তরুগী ফিনুং থক-খা অনীমক্তা লৈবা চা শম্বু ফাওবা সাক্ষী পীজগনি। ”

ঐ ইখং খংঙি, ব্বাখলবু কুপশিল্লম্বা লৈচিল মরোল মরোলদি হাইদোকখ্রে।

ঐখোয় ব্বারেপ্পরবগুম হোলদগী থোরক্লম্মী। ঐ পারীবু হনখিবা লম্বীদা গেট ফাওবা থিন্দোক্লুই।

হৌজিক নীংঙমদবা নমথবা ঙম্বা অনৌবা ব্বাখল অমা ঐনা করম্না শাগৎকদৌরি? ফাগি ফাগিদগী পুক্লীংনা ঐঙোন্দা লম্বোইনবা ইনশিল্লম্নবনি। মসি ঐনা তরাম তরাম ওক্লুবদা ইমুং অমা মুথৎপগীদমক ইধৌগী অভিশাপ ফংফম থোকই। ফীভম অদুমক পারীদসু তারকপ্রবদি ঐ খাঙবা ঙমগদ্রা? ঐগী চক্রিদগী অহল-লমন ময়াম অমা নরক্কী কোমদা ইন্থবা অফবা ধর্ম ওইরোই।

মীওইবগী পুক্লীংবু মায়া কৌনবগী মরম য়াম্না লৈরম্লে। কয়াদা লাকঙম ফাঙমখিদ্রবা,মনীং তম্বা থম্মোয়নো? তরু অমসুং মক্তবীবু ব্বাখলনা খল ওন্দুনা শান্নরি। পিশিক পিক্লিঙৈদগী ঐগী থম্মোয় লাইয়ূমদা কোক্লরোইদবা মচুনা য়েকপ্লবা তরুগী মূর্তিবু করিনা মুথৎকদৌরি? ঐগীগুম্না মক্তবীগীসু চামথোকপা ঙমদবা থম্মোয় চেন্নরক্লবদি ঐখোয় অনী অমম্বা ইমুংদা যূন্নিংবা থোক্লোইদ্রা? মখল কয়ানি ঐঙোন্দগী পাউখুম তাল্লিবা ব্বাহংসি।

# ১২

থাবূম অহুম ফারে ঐনা য়ুনিবর্সিতি য়ৌরুদবা। নুমিৎতুদি ঐ পরীক্ষা অমগীদমক ফোর্ম লৌবা কাঞ্চিপুর চৎলম্মী। ফিজিক্স দিপার্টমেন্টলোমদগী খোঙকাপ লাওনা লাওনা কাল্লগা চীংলেন্না তন্নকপদু ঐঙোন্দনি।

মহাক লূম্না কৌরকই, " ইবেম্মা, তরু। "

" তামো। " মহাক্কী খোঞ্জেল তুংইন্না ঐসু খুম্মি।

ঙসি মহাক্কা উনবসি কা হেন্না নুংঙাইবদি নত্তে, অদুবু তরাম্না ওক্কেদি খল্লুবনা মখা ৱা ঙাইবদা ঐ খোঙথাং তপথৈ।

নকশিল্লকপগা মহাক্না হায়, " মফম মতমদি চাদ্রবনি ঐগীসি, ৱারৈবীরোই।"

ঐ চপ লেপ্তুনা মপূম ওইনা ওনশিল্লি, " তাকপীয়ু। "

" ইবেম্মদা চে অমত্তং পীজনীংঙি। "

ঐ হঙ্গোয়বা উৎলমদে, চম্না হায়খি, " লাইব্রেরীদা লাকপীয়ু। "

চীংলেন লেপ্তুনা লৈহৌরে।

লাইব্রেরীদা ঐ নাইতোম তানা মেগাজিন পারম্মী। মিনিট মঙারোমগী তুংদা চীংলেন ইনাক্তা ফন্নরে। য়াম্না হৈ-শিংবা, চপ চাবা মতমগী পাখং শাবদু মহাক্কদি চূনবা ৱাংলি, অরোন-অথূপ লোয়নবগী মায়থোং ঙাংতক ৱারী শারে। ইচঙদি থৌনা মহাক ঐঙোন্দা অঙৌবা চিঠি খাউ অমা পীরকই। ঐ তাপ লৌশিল্লম্মী।

" তরু, " চীংলেনগী অরোনবা ৱা চীনবাক্লোংদগী কাওথোরকপদা মায়থোংনা পাংঙি, তাইফেং তাইনা হায়, " শিজ্জরকপা পিরাংগী ঈরিক্না ইজখিবা ৱারোলনি।"

" ঐগী মীৎলু ঈরা তিনশিঞ্জরগা সনাগী ময়েক ওলহনবা ঙম্বা য়েংজগে।"

ঐ কয়াদা থৌনা লৈনা খুমখ্রিবনো? অদুবু, চীংলেন ঐঙোন্দা য়েংবা ঙমদ্রবগুম হৌগৎতুনা চৎখিরম্মী। ঐসু কুইনা ফন্নমদ্রে।

এ ব্লোক্তগী ফোর্ম লৌরগা ঐনা থোরকপদা পারী নালা মথক্কী থোং ফৈরাদা ঙারগা লেপ্লা উই। ঐবু ঙাইরম্না মানবা মহাক্কী হরাও মীৎয়েংনা ইশা

পূন্বা কুপ্লবদা ঐ কয়া নুংঙাইজদে,শাউনীংখি। পুক্লীংনা শোল্লি,'মখোয়সিনা ঐবু তৌঙন্বী তাহনগদৌরি।'

পারীনা হায়রকই,"তক,থবক লোইবীরবদি হনমিন্নখ্রসি,গাড়ী য়াওজরকই। ঙসি অয়ূক চীংলেন ঐখোয় অনীদা মক্তবীনা ইবেম্মা মফমসিদা লাক্কনি তাক্লকপদগী ঙাইজরম্লিবনি। "

" লোইজদ্রি। " খল্লুবদুমক থোক্লবদা ঐ ফল্লপ খুন্নম্মী। " তামো হানবীরম্লো, তপ্না লাকচরগে। "

ইকাইফম থোকপা পারীগী মায়থোংদা নুংনাংবগী মমি তাদে। মহাক নকশিল্লকই।

" অদুদি, উপন্যাসসিমত্তং পাবীনবা শিন্নজরমগে। "

খুদোলপোত্তু লাইরিক্লি লৎনবা হৌনদে খন্না ঐ লৌরম্মী। কনাগী, করি উপন্যাসনো হায়বদি য়েংলুদনা বেগতা অদুম হাপচিল্লে।

পারী হরাও হরাও কার থৌদুনা চৎখি। ঐ মহাকপু চৈনীংবা কুইরবনি, ইকাই খুম্নবনা হেক্তা থৎলি। মতৌ অসিদা মক্তবী নুংঙাইরম্ফম থোক্তে। তাঞ্জা লাকচখিনি হায়না অসুম য়েংবদি চুমদ্রবনি। অমুকসু ঙসি ঐনা পারীদা উৎখ্রিবা ব্যবহারসিমক্তি ফজদে, মহাক বেঙ্গলোরদগী কৈদৌঙৈ লাকই হায়বা ফাওবা হংখিদ্রবনি।

ঐ য়ুমদা হল্লক্লে। ঐগী কা মনুংদা, ফি হোংদোকপা ঙাইঙমদনা খাউদগী চীংলেন্না পীরকপা চিঠি লৌথোক্তুনা পারম্মী। চুম্মি, পুক্লীং ব্রাখল লূপ্না ইরকপনি, চীন্না ফোংদোকপদা লুরবা ব্রা য়াম্না য়াওরে। পাখং চীংলেন্না ব্রা লৈবগী মতাংদু য়ৌরকপদা ঐ নোকখি, অদুবু মীৎলুদদি ঈহৌরি। করিসু লৈত্রবী ঐবু অদুক য়াম্না পাম্মুবীখিবা অমসুং খন্বনবীখিবগী ব্রারীদা ঐ তু চুংঙি, স্বর শাংনা শাংনা হোল্লি, নোম্বদুনা থবাক্কী অকূৎপদসু য়েংলম্মী। ঐ জীরী জীরী পাথদে, অনী অহুম্লক হঞ্জিনবা ব্রাহৈ পরেং য়ামশিল্লকপগা লোয়ননা পিরাংগী ফিজং তোয়না শেংদোকপা তাখি।

লাইবক থীরবা অহীং অমগী থৌদোক মতাং য়ৌরকপদা ঐ ইখং খংঙি। চেনখিবা নুপাদুবু মহাক্না ফাবা ঙমহৌদবগীদমক পাঙদে হায়নীংদ্রবসু আততায়ী ওইনা লৌবীখিদবগী খূদম লৈ, ব্রারৌজৈ। অমস্বা লন্বীদগী খুনগৎলুবা মনুং ফি মচা অনীনা মহাক্কী থম্মোয়বু মচেৎ মচেৎ শেগায়খিবগী ব্রা পল্লকপদা ইশাবু নিন্দা তৌদবা ঙমখিদে। অঙ্গৈং-অশা অনীমক্কী স্বর হোলহনবা মহাক্কী চিঠিদু অসুম পাথবদা, কুইনা খাঙলক্লবা মহাক্কী কল্লক মৈশা হৌজিক্তি লাইবক্কা শম্ভাইনবা ঙম্লে হায়রকই। মরমদি, নাম্থোক্তুনা চেনখিবা নুপাদু কনাসু ওইরমদ্রে, মহাক

মশাদগী হেন্না লুনা খঞ্জবা পারীনি। অৱাবা, নুংঙাইতবা পূম্নমক মাঙখ্রে হায়না ফোঙদোরকখি। ঐ খংবনা লৱাই শম য়ুংঙি। ঐগী ৱাখল ঈচেল কৌশীং-কৌরাংগী পল অমনা থংলে। কোক উরু উরু লৈ, ৱারৌদবা ঙমদে। মখোয় অনীমক মায়থোংগা পুকচেলগা চূনদ্রে। চীংলেন নুপা মাঞ্জদে, পারীগী চিরোন্দা চৎলি, নত্তবদি মখোয় লৌতুনবনি। হন্থবা থাক্কী লৌশিংনা খোম্বা মচাক খরদা য়ুম্ফম ওইরগা শেম্বা ৱারীসিবু ঐনা থাজগনি খল্লিবসিমক লাইবক থীবনি।

য়ানীং য়ানীংদনা ঐ চিঠিদু মখা পাথরম্মী, অরোইবা ৱাহৈ খঙনীংবনা। মমৈ তারকপদা মহাক ঐগী পুন্সিগী য়াইফ-ৱাখলদা লাক্লে, মদুসু পারীগা লৈপুন ওইবদনি। মতাং অসিদা মহাক্না পারীবু কন্না কনখৎলি, লান্দে হায়রি, ধর্মনা পুনবা সত্য য়ুগকী মীনি হায়না থাঙ্গৎলি। মত্তবীবু থাদোক্লগা ঐবু লুহোংনবা কন্না তকশিল্লকপগী মরম পূম্নমক পারী মখূৎমক্না য়ৌহল্লক্লগদবা চিঠিদগী খঙগনি অসিনি। হৌজিক্তি মখোয় অনীগী শান্তি অমসুং য়াইফ-লম্বী ঐখোয়গী খূৎতা লৈরে, মুন্না ৱাখল তৌবীনবা হায়জরকপগা লোয়ননা লমাই মরিগী চিঠি লোইশিল্লি।

ঐ হিপফমদা তিংথোক্তুনা ৱাখল তৌরম্মী। পারীনা ঐঙোন্দা চিঠি পীরক্কনি? ঐনা লৌদ্রবদি মহাক নম্ফু শিজিন্নবা ঙমগদ্রা? মদুসু ঐনা পাবীদ্রবদি? মহাক্কী লৌনম-ৱারোলদা ঐনা পঙথরুগদ্রা? অসুম খল্লুরগা চিংনরক্লে, ঐ ফুক হৌগৎতুনা মহাক্না পীরকপা উপন্যাস বেগতগী লৌথোক্লগা ফাক্তোক্লুবনি, চিঠি খাউ অমা য়েপ্লম্লে। মনুংদা লমাই তরুক্কী চিঠি অমা য়াওরমখি। ঐ পাবা হৌরে।

অহৌবমক্তা পারীনা মশাবু বিশ্বসঘাতক কৌজে। নীংঙমদবগী পোৎলূম পুরবসু মশাগী ধর্ম ঙাক্কনি হায়বনা ৱাহৌদোক ওই। মহাক্না চীংলেনবু চেৎনা লুনা লৌজবা, অদুগা মত্তবীবু লাইনীং ওইজখিবগী শৈথারকপদা থম্মোয় মহী চেল্লি। মখা তারকপদা ঐঙোন্দা ঙাকপীনবা হায়জবগা লোয়ননা চীংলেনগী চিঠি করিগীদমক পুরকখিবগে অমদি নুমিদাংদুদা লোন্না ঐগী খূৎ য়ৌহন্নবা হোৎনখ্রিবনো হায়বা ৱারী লীরকখি। ৱারী মরীক চূম্মি,লৌথুপ-লৌকোয় য়াওদে,সিদনী সেলদোনগী পাউদমগুম মনুং হুঞ্জিল্লি। মশা খঙহন্দনা লোন্না য়েংবগী পাপ লঙজখ্রে হায়বদু ঐ কয়া য়ানীংদে, ফীভমগী মখা পোনবনি, তাইবং নুপী কাঙলূপ্না মহাকপু ঙাকপীখ্রে লৌই। অদুগী মথক্তা, করিনো মহাক্কী ৱারীসিনা ঐবু নুং পান ফাওনা ফোঙ-ফোঙ শাগৎহল্লিবসি। চীংলেন্না মতৌ করম্না মনুং ফি মচা অনী খুল্লুরিবা, অমদি ঐগী মোম্পাক ফিদক্তা অঙাংবা মচু তৈরল্লিবা, পারীগী ৱারীনা শম্নহল্লে, ময়েক শেংহল্লে। হৌজিক ঐগী মীৎতগী মায়খুম হাংদোকপ্রবনি। মতাং অসিদা

ঐ লাঞ্জদ্রবী মক্তবীগীদমক নীংঙমদবনা থম্মোয় পুঙমখিদে। অমরোমদনা পারীদা থম্বা ঐগী ইকাই খুম্নবা শরুক তরা হেন্না ৱাংখৎলকখি। ঐসি মহাক্কী ধর্মগী নুপীনি হায়না তোয়না পনখিবগী মরম চাউনা লৈরম্লে। মহাক শ্রীরামচন্দ্রগী ভক্তনি। তাইবং নুপা লক্তসু অসুম্না লাইগী খোঙ্গুল লীবা, পুকচেল চেৎপা মীশক কয়া লৈরম্বসি নুংঙাইবা পোকই, সৃষ্টিদা মঙ্গলগী মশেক-মঙান উই, চাউথোকচনিঙাইনি। লোইশিল্লকপদা চীংলেন্না পল্লকপগুম পারীনসু মান্নবা ৱারোলগী চিঠি মক্তবীদা পীখ্রে তাক্লকই। মাঙলুরবা ইজ্জৎ হল্লকদৌরে খল্লুবদা ঐগী পুক্নীং মকা লাম্লক্লি।

টেলিফোনগী কৃং কৃংনা ঐবু ইখং খংহল্লি। পায়খৎলুবদা মক্তবী ওইরম্লে। মহাক্না পাখৎপদু ঐগী টেলিফোন্দা নিকই, মঙলা তাইবংলা অমা থোক্লে হায়রকপনি।

ঐনসু তাকখি, " মক্তবী, ঐঙোন্দা মফম খঙহৌদনা অঙানবা সংসার অমা থুংলরে। "

মক্তবী মখা তারকই, " ঙসি অয়ুক পারীগা চীংলেনগা বার্তন পীবা শাদুনা ঐখোয়দা লাকই। মখোয় অনীমক্না ঐঙোন্দা চিঠি অমমম পীরম্বনি। শাংনা শাংনা ইরকই। নহাক্কী খৃৎতসু য়ৌরম্লগনি, মরোলসিনা। "

" ঐ পাবা লোইরে। "

ঐনা নোকপদা শমথরকখিবী মক্তবী খংলেপ লেপখি, নীংঙমদবনা খামখিবা মাল্লি, খোঞ্জেলসু পিকথরক্লে।

" ঐসু অহুম্লক পারে। নহাক লাইরেম্বীনি হায়বা ঙসিদি ময়েক শেংনা চোংথোরক্লে। নহাক্না মরম ইচা চাদনা ঐগীদমক খাঙলিবা মীনোক-মৈশা খল্লুবদা ঐ কিজে। ঐখোয় অনী খেন্নরিবসি স্বর্গগা পাতালগনি। নহাক্না ঐগীদমক য়েংবীদুনা চীংলেনগা লুহোংনবা লেপ্পীখি। ঐনা হৌজিক ফাওবা পারীগী ফিজি য়াম্নরি, ইশাগীতা য়েংলগা, ইকাই খঙদবীগুম।

" ঐখোয় ফিরেপ চুমসি, ঈশ্বরগী থৌজান লাক্লবনি। ঐ হয়েং ঙস্তা য়ৌজরক্লে, নুংঙাইবা মখা ৱারী লৈরবনি, থৌরাঙ অমা লেপ্লসি। ফরে থমজরগে।" ঐ শমজীনখ্রে।

নুমিৎতু ঐ মোবাইল ফোন থিংজিল্লে, চীংলেন অমসুং পারীদগী লাপথোক্লবা হোৎনৈ।

মথং অয়ুক্তা ঐ নম্বোল য়ৌরম্মী। মক্তবী ঐবু য়াম্না থৌরাংনা ঙাইরমখি। মহাক্কী কাদা ঐখোয় অনী লোন্না, মতম শাংনা ৱারী শানৈ, চীংলেন অমসুং পারীগী চিঠিগী ৱারোল নৈনরম্মী। মখা তারকপদা, পাঙথোক্কদৌরিবা থবক্কী মতাংদা ঐখোয় কন্না কন্না নোক্লম্মী। ইমুংগী মীশিংনা ঙাওরে হায়নরম্বসু খঙদে। পারী অমসুং

চীংলেনগী অরোইবা মফোঙদোক কোইদানৈ, দিতেক্তিব চঙঙি। ঐখোয় অনীগীনা অমুক হেলহনসি, মরীক চূম্বদসু, লীলা মানবদসু, চপ চানা য়ানরবনি, ৱাশক্লরবনি। লাঙজবগী পোলোই মহে তানবদা ইকাই-ইকি তুংওইনবা তারক্লে।

" অদুদি, মক্তবী, " ঐনা হায়, " পাউ পীখ্রসিনেকো। "

" হোয়, বার্তন ওইনা, হৌজিকমক টেলিফোন্দগী। "

" হায়বীখ্রো। "

" ঐখোয় অনী মফমসিদা পূল্লি হায়বসু তাকচখ্রগে। "

" হয়েংগীদমক থৌরাঙ তৌবীরো, ঙসিগীদমক্তদি ঐখোয়বু থাদোকপীয়ু হায়খিসি, নত্রবদি অমুক পাইরক্তনে। "

" ফরে অদুদি, নহাকপু থিন্দোকচগে, মপান্দগী ঙাঙনরসি। "

ঐখোয় অনী য়ূমদগী থোরক্লে। মী চীক্তক তৌবা অহাঙবা লম্পাক অমা য়ৌরকপগা ঐনা মক্তবীবু চীংলেন্দা তেলিফোন তৌহল্লে। লৌবীদবা য়াদ্রবা বার্তন্নি, পারীদসু পীজখ্রবনি হায়খি। বার্তন হরাওনা লৌখিবগা লোয়ননা মহাক থৌরাঙদা লৈরে, পারীগা শোয়দনা লাকমিন্নগনি খঙহল্লক্লে।

মক্তবী পারীগী নম্বরদা অমুক নম্লম্মী। মান্নবা পাউনি পীখিবদু। পাউখুম হরাওনা হল্লকই। ৱাফমসি ঐনা হৌদোকপনি হায়রুবদা মহাক হেন্না খোয়জঙবা উৎলকখি।

ঐ য়ূমদা হল্লক্লে। বসন্তগী মাকমৈদা কুমদম্বগী খোয়রাঙ খোয়শাউবা নোংলৈ-নুংশিৎ নেমখিবা কুইদ্রি। অমম-অঙান শিন্নবদগী তশেং তশেংলবা অতিয়াদা থাজনা অয়েৎপা য়াওদনা ঙানবা হৌরে।

অহীংচুপ্পা পুক্লীং ৱাখলনা মেঙলবা থাবল ঈপোমদা তাউরবসু ঐগী ওলাংবা হন্থখিদে, য়াম্না লাংতক্লখি। মথং অয়ূক পূং মাপন্দনি ঐখোয় মরী উনগদৌরিবা, অদুগা মক্তবী ঐখোয় অনীগী থৌনা উৎপনা মথং থৌরম পরেংদা।

সুপ্নম ওইবা ঐগী থৌশীলদা মক্তবী খরা চনৈনখি। মহাক্কী ৱায়েন্দা ঐসি মাংবা নত্রগা শেংবা অনীগী মরক্তা থয়ায়ননা থল্লি। হৌজিক্তি মহাক মতম পূম্নমক্কী পঙথদুনা লৈররোই, অশেংবা শক্তম খঙলক্লগনি খল্লুরগসু ঐঙোন্দা মথূম-মরাঙ হৌরি। অচেৎপা মরূপ লিংবদা ঈশ্বরনা থৌজানগী শেল্লেপ থাদরকপনি। য়াৎলিবা খোঙচৎকী মরীদা মক্তবীসু ঐগা অমহা ওইরম্ফম থোকই।

মথং নুমিৎতা, চহী কয়া উনা উনা অশেংবা মপুগী খৃৎতগী মাঙলুরবা কংলা য়ৌবসি ঐনা ইকোন কোল্লুরে। নোংচুপ থংবা অচৌবা গেট লানশিল্লগা উরুমদা লেপ্লম্বা মখোয় অহুমগী মনাক্তা ঐ চঙশিল্লি, মখোয়গী হরাও মীনোক্লা

ঐগী লাংতক্লবা তাম্লোকখ্রে।

ঐনা হায়রুই, " ব্রানা ঙাইবীরম্লে। "

মক্তবী নোক্তুনা খুম্লকই, " অসুক হ্রাওজরিবা ঐখোয়বু ব্রানা উবীরব্রা? "

" ঙসিগী মরু ওইবা মীশক নহাক্তি, ঙাইফম থোকপনি। " পারী ফাগিনা অওইববু য়োম্লগা হায়রকপা মাল্লি। "লেঙঙসি ঐ গাড়ী লাকহঞ্জরগে, গেট মমাঙসিদা। "

পারী মোবাইল ফোন্দগী গাড়ী কৌখ্রে।

ঐখোয়না গেট লাম্লোকপগা পারীগী অঙাংবা কার খাম্লে। থৌরকপা পাখংদু চৎখ্রে। মক্তবী ঐখোয় অনী মনীং সিটতা, নুপা অনীনা মাঙদা ফম্লম্মী। মপুনা হায়বা ইনবা য়াম্না মানবা কারদু লোক্তাক্লা লৈবা মায়কৈরোমদা য়াঙনা চেল্লকখি।

ফনা শাংনা লাক্লে, মালোম য়ৌরক্লবনি, ঐখোয় ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে। মক্তবী ঐখোয় অনীগী পুক্লীংদি মান্নবা বর নিবদা মন্দির অমত্তদা চঙমিন্নরি।

মক্তবী তপ্পা হৌরকই, " তরু, নহাক্কী ব্রাখল অমসুং পুকচেল চাউমনখিবসিদা লোয়নগদবা ফাওবা হঙ্গোয়জরবনি। মতম কুইনা পঙথরুরবী ঐসি অশাংবা চিঠি অনীনা ঙরাংখক্তা য়াকাইহল্লি। ঐবু কন্নবা হোৎনবদা নহাক তমথীবা মীনোক মৈশা খাঙডি। মদুগী লমন্দা ঐনা নহাক্কীদমক্তদি করিসু তৌজবা ঙম্লোইদৌরি খল্লুবদা হিংবা ইকাইজরবনি।"

" মতমসিদা করম্না হিংগনি হায়বগী লৌশিং থৌদোক অদুনা হাপখ্রিবনি।" মহাক মখা তারক্তনবা ঐনা শমজীল্লি, "হৌজিক মাঙদা তারিবা থবক্তা হেন্না পুক্লীং চঙবসি লৌশিং লৈবদা চল্লি। নহাক থৌরাঙ পূম্নমক লোইবীরক্লে হায়না আশা তৌজে।"

মক্তবী করিনো অমা খংনীং নীংশিংলকপগুম, অমুক্তা য়াল্লকখিদ্রিবা, ময়াইমরপ চাউবা, খাউ অমগী চেন হাংদোক্লগা ফি খরা চিংথোক্তুনা য়েংঙি। কাউরম্বা য়াওদ্রমাল্লে, স্বর চনীং তানা হোল্লি, ঐঙোন্দা য়েংলগা মহাক নোক্লম্মী।

মাঙদা চীংলেনগা পারীগা ব্রারী লেপ্পে, মতাং মতাংদা হৌনা নোকই। পারীগী ছুটি মতম লোয়শিল্লকপগী নুংনাংবসু য়াওরি।

চীংলেন ঐখোয়রোমদা ওনশিল্লক্তুনা য়াম্না খঙনা হায়রকই, " চাক্তি বিষেনপুরদা চারসি, এঞ্জাং য়াম্না হাউগনবা হোটেল অমা লৈবনি।"

চাক হাউবদি ককচীংনা মকোক্তি হায়গে খল্লুই, অদুবু ঐ অমরোমদা থৈথরে, " খরা থেঙতক চারগা হাউবা হেনবনি। "

চীংলেন্না চুমথোকই, " লামতক হায়সি। "

নম্বোল, ওইনাম, কৈনৌ, বিষেনপুর, নিংথৌখোং, ফুবালা, মথং মথং

লাম্থোক্তুনা নরান সেনা য়ৌরকপগা অখূবা খুল্লক লম্বী অমদা লোক্তাক ফিবান য়ৌনবা পারীবু ঐনা গাড়ী থৌহল্লম্মী। মফম চানা গাড়ী খাল্লগা ঐখোয় কূমথরুই। লোক্তাক খোঙবান্দা লেপ্তুনা নুংওন ৱারী কয়া থাগোন্নরিবা পোইরৈ লমনুংশি মোইরাংদগী হৌরগা লমদম তাম্না তাম্না য়েংলুবদা ঐগী থম্মোয় ঈথক হৌরকখ্রে। মক্তবীদি থৌরম লাউথোকহন্নীংবগুম ঐগী খূৎ চেৎনা পায়রম্মী। পাখং অনী মীখা পোল্লবগী মতৌদা মতু ইপোন পোন্না উরে, ইহা হাদে। ঐখোয়গী খাউশিং, মোবাইল ফোন, অমসুং অতোপ্পা পোৎ খরা কার মনুংদা থল্লগা চেকশিন্না শো লোনবগী থবক ঐনা পাঙথোক্লম্মী। ঐনা কারগী শো বেগ মচাদা হাপ্পা য়েংলিবা পাখং অনীগী অরোনবা মীনোক মওং তিন্নদে। কমলা, সেম, আলু চিপ্সচিংবা হাপ্পা খাউ অমা ঐনা অদুগা মক্তবীনা অচৌবা ঈশিং বোটল অমা পায়রগা তোর্বান নকশিল্লম্মী। ঐগীদমক্তদি লোক্তাক খোঙবান্দা লেপ্পসি হন্দক্লা মরিরকশুবনি। পাৎকী শক্তম পূম্নমক ওল্লম্লে, ঈশিং লৈরমগদববু মান্দ্রবনি, নারক-শীংলক্কী অচৌবা লমহাংগুম উরে। তৌ, কম্বোং, চুম্নাং, শীংমুৎ অমসুং কঙগী ফুমথক্তা শাবা শঙ মচা মচাশিং নত্তনা থোইদোকপা য়েংবা য়াবা দৃশ্যদি করিবু লৈরিবগে? ঈশিংগী মচুদগী লোক্তাক্কী অৱাবা চিন্তা খঙলবনি। নীংবা কায়রবা শক্তম ময়ামসি য়েংনা য়েংনা ঐ মক্তবীগী তুং ইল্লম্মী।

মক্তবীনা হায়, “ লমদমসিদা পোক্লুরবী নুপী ঐখোয়সি য়ূম্নু পানখ্রবদি নীংতম্বা মাঙলবনি,পাক কোয়বা ফংলরোইদবনি। ঙসিদি হিসি লাপ্না হোন্দোকসি, পাৎয়ায় য়ৌনা, ঙাইহাকসু নীংখা তমথোকসি। ”

ঐনা পাংশিল্লি, “ তামো চীংলেন ঈশিংগী শান্নরোয়নি, অফবা হিরোয় ওইবগীদমক মনা কয়া ফংখ্রবনি। ”

চীংলেন পারীদা য়েংলগা নোক্তুনা হায়রম্মী, “ ঈশিংবু পামজবগী ৱাদি মরূপ পারী ঙানু মচানি। মদুগী প্রমাণ পীজগে, গোৱাগী সমুদ্রদা পূং অহুম চূপ্না ঈরুপ্তুনা শান্নখিবগী সাক্ষী পুদুনা লাকই, ঙরাং ঐনা মহাক্কী নাকোংদগী লশিং মরূমুক চাউবা নুঙকুপ কুন লৌথোকখ্রবনি। ”

“ অদুনা ওইরম্বা তারে ঐগী ৱা অমত্তা তাবীখিদ্রিবসি। ” মক্তবীগী ফাগিদা নীংতম্বা য়াওরি।

মহাক্না নোকপদা ঐখোয় অহুমসু য়াওরে।

পারীনা হি মপু কৌবদগী মীয়ায় চল্লবা নুপা অমা চঙশিল্লকখি। পূং অমরোমগীদমক হি ৱায়বা য়াবীরক্লে। অৱায়মল লৌরবা তুংদা মহাক ঐখোয়বু

থাজদবগুম চপ লেপ্তুনা য়েংলম্মী। চীংলেন্না য়াম্না খূৎলোয়না হি হোনবা উরবদা নুপাদু নুংশা থীবা মাঙখ্রমাল্লে, মফমদু থাদোক্লম্লে।

চীংলেন নৌগী মতেংনা হি চেকশিন্না ফায়। মক্তবী ঐখোয় অনী য়াম্না নকশিন্ননা, ময়ায়মক্তা হিবান পায়দুনা ফমথবগা নোকখিবদু অকিবা খাঙবনি। মখোয় অনীদি হিরূ-হিনাউ শাবদা তোঙান তারে।

তোর্বান লাপহৌরে। ঐ শ্বাই শ্বাই পাখৎপা হন্থদে। মক্তবীদি মীৎ-না ঈথক থক্লা ঐঙোন্দা হেক হেক কোল্লকই।

চীংলেন অহাঙবা হিরম য়েংদুনা ঈয়ায় তম্লম্মী। শকফম কায়রবা পাৎকী হিরম খূবনা য়াঙনা হোনবা ঙমখিদবদু মক্তবী ঐখোয় অনীগীদমক্তদি লাইবক ফরবনি। কদায়নো মফমসিদসু পাৎকী ফজবা, নুংওনবা, নীংথিবা অমসুং লেমজবা? উগে থিরুবগা নীংবা কায়বনা হেল্লকই। কম্বোং মরক্তা লিৎ লিৎতুনা অসুম লাপথোরকপদা ঐখোয়বু হরাওনা ওকপীরম্বা হায়ববু ফূমশঙ মচাশিংদু মঙায়রে।

ঈমায়দগী হায়গৎলকপা লিরি লিরি হুম্বা নামিবনা মক্তবীগী শম্লাং ইচাই চাইহল্লি, শেন্নবদা নুজাগী খূৎ ৱাজরবনি। অরাম্বা কোক্লবা পাখং অনীদু খাউগী অচাপোৎ থিনরক্লে।

" তরু, " কমলা অমা মকু খোক্লা খোক্লা পারীনা হৌই, " হায়বীয়ু, নখোয় অনী করিমক্তি খন্নবীদুনা মফমসিদা লাক্লবা লেপ্লবীখিবগে। "

ঐনা খুম্মি, " তামো চীংলেন্না ঐখোয়গী পুন্সি-হিবু পাক্লবা ঈপাক লানবীনবা থৌনা লৈনা হোনবা য়েংজনীংবা, তামো পারীবু অশোয় অঙাম থোক্তনবা অফবা হিরম থিহন্নবা। "

মক্তবী পাংশিল্লকখি, " অদুগা কুইনা লূপ্লুরবী ঐখোয়বু ঈরোলনুংদগী চিংখৎহঞ্জনবা। "

পারীনা হায়রকই, " ঐখোয় কনাবুসু অৱা-ঈরোলনুংদা তাহঞ্জনীংদে।"

ঐ তাপ ওক্লম্মী, " লাঞ্জদবী মক্তবীবু ইন্থোকপীরগা, হায়দোক্লরবী ঐগীদমক লেপ্লীবনা পীরিবা অৱা-ঈরৈ উবীদব্রা ? "

" মদুবু অমুক নৌহৌনা য়েৎনবগী কান্নবা করিনো ? " পারী থেমজিনবা মীৎয়েংগা লোয়ননা য়াম্না চেকশিন্না লেঙদবা ফিরেপ উৎতুনা হায়, " চিঠিদা পঞ্জখিবা থৌদোক অদুনা ঐখোয়গী পুন্সি ঈচেল থৈখ্রবনি, ধর্মবু ইকাই খুম্নসি। "

" অপঙবী নুজানি, লৌতুনবা অমদি অশেন্বা ৱারীদা ইরায় লায়না পঙথগনি খনবীবদি লানগনি। " মক্তবী ইচঙ থৌগৎলকখি, " খঙবীয়ু তামো,

ঐগী মরূপ তরু চামদা চামা অশেংবা লৈশাবীনি। ”

“ অশিবনা করি খঙিঙি হায়বগে? ব্রাহ্মণ্ডবী মহাকপু কন্ননবা হোৎনবদা ঐগী লৌশিং লৌনম পকই,পুক্লীং মিতা চাউখি,খূৎসু পাপ্পু থৌওইখিদে; অমদগী হেন্না য়েংজরোই খঞ্জরকপা মীৎনা মহাকপু পূল্লপ উখ্রবনি। মহাক ঐগী ধর্মগী নুপীনি।”

ঐ লাউরম্মী, “ থাগৎচরি, থৌজান হৈবা তামোগী অচেৎপা ধর্ম লৈ। ”

মক্তবীনা ঐঙোন্দা হায়,“তরু, ব্রাফমসিনা অচুম্বা ওইরবদি তামো চীংলেনগুম্বা চমজরবা মীশক অমবু নহাক্লা নমথাক তৌবীফম থোক্তে। মহাক্কী থম্মোয় পোন্দগী নহাকপু মতম চুপ্পগীদমক থাদোরকফম থোকপনি,মহাক লান্দে।”

তপ্পা হি হোল্লগা মুন্না তারম্বা চীংলেন ব্রারীদা চোংশিল্লকখি,“ মক্তবী, নহাক্কী থৌরবা ব্রাঙাঙদুনা ঐবু মরূপ মশক খঙদবা তাহনবদা তেঙবাংলে। নহাক তশেংনা ঐগা লুহোংনবা থৌরাঙমক্তি তৌবীরম্লোই। হূ চেনবা হিগায়ব্রা হৌদোক্লবগী কান্নবা করিনো? খম্বুবীয়ু, মরূপ অনীগী পুন্সিগীদমক। ”

“ করিগী? যুগ কয়াদগী নুপী ঐখোয়বু জগৎনা অরেপ্পা শকফম লৈতবা লৈচিলগা চাংদম্নদুনা লাক্লি। তরুনা পারীগী ওইখ্রবদি ঐনা অহল-লমনশিংগী য়াথং করিগী ইল্লোইদগে? পারীনা চীংলেন্দগী করিদা হেল্লি। ঐগীসিবু লাল্লব্রনে, তরু? ” মক্তবী কপ্লোক্তা ঙাওলম্মী।

ঐ তাঞ্জা ওকহৌদবা য়াদ্রবনি, মরৈ শাংদোকহনবা চুমদ্রে খন্দুনা কন্তক লাউখি, “মক্তবী ! নহাক তাংজ লিনগুম নরৈ অনী লোঙবীগনু। নহাক্কী শুক্লবা থম্মোয় কাচিন্দা কৈ অনী কুলহনবীগে থৌরাঙবীরিবা করিগীনো ? ”

“ তরু ! ” মক্তবী কনখৎলকখি, “ নোংমনা পারীগী, নোংমনা চীংলেনগী শক্তম্বু পূজা কৎলিবী নহাক্কী থম্মোয়সি নুপী কাঙলূপ্পু লৈখা তাহনবনি লৌই, তুক্কৎচৈ। ফিরেপ চুম্বীয়ু। ”

“ মক্তবী ! নহাক্কীসি মরূপকী ব্রাঙাঙ মান্দে। ”

“ অদুদি নহাক ঐগী য়েক্লবা তারে। ”

ঐ মক্তবীদা খূদুম্না থাখি। মহাক্লা খূৎ হল্লকখিবদুদি মখোল য়াম্না হৌখ্রে। ঐখোয় অনী লাম্নদুনা অফং অফংবা ফোইদৎনৈ। মক্তবীগী ব্রা য়াওনা ব্লাউজ ঐগী খূৎতা লৈরে। ঐঙোন্দা কাউগে হৌগৎলকপী মক্তবী ফনেক তাখিবগা, পেন্তিস অমত্তগা লোয়ননা ঈশিংদা হাইথখ্রে। হি ফানবা হোৎনরিঙৈদা মীকুপসিগী লাল চীংলেন্না উখিদ্রবনি। অদুবু অহৌবদগী তশেং তশেং উখ্রবা পারী নুংশা থীনা ঈশিংদা চোংথখ্রে, লুপ্তুনা মক্তবীবু থিরম্মী।

চীংলেন কন্না লাউরকই, " কৈনো তৌরিসিদি ! "

" পারীগী লমচৎ য়েংবীয়ু। " ঐনসু লাউশিল্লি।

মীপাইরবা চীংলেন মখোয় অনী ফাওগৎলকপা ঙাইদুনা নৌ য়ৈশিল্লগা লেপ্তুনা য়েংলম্মী, স্বরসু ফী ফী হোল্লি।

মিনিট অমরোমগী তুংদা, নৌরেপ মঙারোম লাপথোক্লা, অথাবা ফূমগী অকোয়বদা য়ুংলিবা ব্রা পায়দুনা মখোয় অনীমক্কী কোক ফাওগৎলক্লে, ঙকশমগী মখা মখৈদি ঈশিংদা লৈরি। করিনো মখোয় অনীগীদুবু? মক্তবীগী লাইবক্তা কুপ্পা শল্লাং হাইদোকপীদুনা, শাৎকাইরবা থরোদগী তোঙান্দ্রবা মায়থোংদা পারীনা মশীং খঙদনা চুপ্লি। কয়াদা তৌঙমখ্রবী মক্তবীনো? পাউখুমদা মহাক পারীগী ঙকশমদা চেৎনা কোল্লগা য়ান্দুনা লৈখ্রে।

ইকাইবনা চীংলেনগী মায়থোং অতিয়াগী নুমিৎকা ঙাংবা মান্নে। মহাক য়েংবা ঙমদে, লৈথোকখি। ঐনা হায়জবদগী হিসু মমায় লৈথোরক্লে।

তপ্পা হি হোল্লিবা চীংলেন্না হায়, " কয়াদা চেৎনা পুল্লন্লিবনো।"

" তামো, হৌজিক্তি চিংনবা কোকপীরব্রা? " ঐ চুমদ্রিং হেক্তা হংঙি, " মমল লৈত্রবীবু থম্মোয়-পোন্দা অমুক ফাজিনবা ঙম্বীরগদ্রা? "

চীংলেন করিমত্তা খুল্লক্তে, হিদি হোন্দ্রে। মহাক্কীদু ফূমশঙদা কাখৎলম্লগদবা অনীদু করম্না লৌরুসিগে খনবা ওইরমগনি।

মহাক্না থিরিবা উপায়দু ঐনা তাকই, " মক্তবীগী খাউদা ফি য়াওরি, মহাক মশাগীসু, পারীগীসু, কার মনুংদা লৈহৌবনি। "

চীংলেন ফিংলপ ঐগী ব্রারোল ফাবাত্তনা, কয়াসু হৈনিংদনা হি হোল্লকখি। তোর্বান য়ৌবগা ঐখোয় অনীমক কাখৎলে।

কার মনুংদগী ঐনা মক্তবীগী বেগ লৌরুরগা চীংলেন্দা শিন্নরম্মী।

" তামোনা অমুক্তং পীবীরুবা তারে, ঐদি অসুম লৈজরমগে। "

" ফরে, ঙাইবীরম্লো। "

চীংলেন হি হোন্দোকখ্রে। ঐ তোর্বান্দা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী। পাৎকী ঈথক ঈপোমদগী হেনবা জোব্রারনা ঐগী থম্মোয়নুংদা মথূম-মরাঙ হৌরকই। থাপ্পা, তাম্না অসুম য়েংলুরগা, মখা মায়কৈদগী হৌরক্লিবা অমুবা নোংগী মপৈ ঐগী মীৎলুদা হৈথররে। চীং, অতিয়া, পাৎ, লৌবুক-লমহাং পূম্নমক ঙসিদি ঐগী মীচংদা লেপ্লগুম হরাও হরাও য়েংলক্লি। মখোয়বু ওকচবদা ঐ তনিক তনিকখি। য়াৎচখিবা থৌরম মায় পাক্লা পাঙথোকপা ঙম্বগীদমক ঈশাপূম্না ফোঙ ফোঙ

শাগৎলম্মী। ফূমশঙ তম্না চীংলেন্না খাউ লংশিনখিবা অথাপ্পদগী উরে।

হন্দক্তি চীংলেন হি য়াঙতক হোন্দোরকই। মক্তবী অনৌবা ফিজোল হোংলকখ্রে। পারীগী ফুরিৎ খোঙগ্রাউ শিংজমৈ কৈথেন্দগী লৈখিবদুনি, হনগে য়াদবগী কান্নবসু লৈরম্লি।

হিথাংফম তোর্বান্দা মখোয় অহুম তাশিন্দুনা ঙাইহাক লেপখি। মক্তবীগী ব্বারী লোইশিন্নবা তাঞ্জা লৌবনি। মহাক্লা ঙাঙবা ঐ শেংনা তায়,পিরোয়ননা লীরি, "... অদুম্না নুমিৎতু শান্নফমদগী তরুনা ঐবু ময়ূমদা পুরকখি, নোংমত্তংদি লৈমিন্নরুসি হায়না কন্না থেম্লকখিবনি। ঐখোয়গী য়ূম্লোমদা ঐ কিনা কিনা তরুখোয়দা চৎলি হায়না টেলিফোন্দগী খঙহনখি। থৌবালদা, তরুখোয় য়ূম য়ৌবদা য়াচংবা মতুং ওইরে, ঐখোয় কন্না প্রেকতিস তৌবগী মতাং থোকখিবনা থেঙখিবা খঙহৌদ্রবনি। ঐখোয় হুমাংনা লূপ্পগা লাকখি, য়ৌরকপগা ওলাংবা ফনবা ঈরুজথোকসি হায়নৈ। ইমানা কৌশিল্লকপদগী ঐখোয় চাকশঙদা য়াম্না কুইনা ফম্লুরে। ইমাগী ব্বারী খোঙশাংবীদগী নাম্থোকপগা ঈরুজনবা থৌরাঙ তৌরম্মী। ঐনা হানবা তারে। অসুম্না ঐনা ঈরুজবা লোইদুনা থোরকখিবগী মখা ব্বারীদি তামো পারীগী চিঠিদা মরীক চূম্না ইবীরকখ্রে। অঙকপা ফীভমদা, হিপফম ময়ায়দা, ঐনা তাদুনা লৈরম্বা উরগা তরু পাখৎখি, কন্না লাউরম্মী। মহাক ইমুংদা পাউদম্বা চেনশিনখ্রে। মতম অদুদা, ঐনা ইঙাও ঙাওনা, কাঙখল মনুংদা ফি শেৎচিনবদু হাংদোক্তুনা লৈবা মাঙ্গোল্লোমগী থোঙদগী চেনশিল্লকখিবী লৈকাই কোয়রকপী নুপী অহল অমনা হাইফেৎ উখিব্রা খল্লি, মরমদি মহাক খূৎলৈ থুনা থোকখি। অহলদুগী ব্বারীদগী অমদি তরুগী অকি অখং খোল্লাউদগী মীয়ামগী চিংনবা ব্বাহং কয়া পোকহনখ্রে। মতাংসিদা তরুনা ঐবু কন্ননবা হোৎনদুনা থৌদোক্তু মশামক্তা থংজিনখি, ঐগী চীন কন্না মেনখি। ঐবু অমম্বা ঈরোলনুংদা থম্বীখিবনি। অতিথিবু মাঙহনবা ইমুংদি লৈখা তারবনি খনখিবনা মহাক মীনোক মৈশা খাঙদুনা লাম্থেংনবা চোংথোকখ্রে। তরুগী থৌনা অমসুং পুকচেল অঙকপনি।"

মক্তবী হিকপগী খোঞ্জেলনা ব্বারী লোইশিনখ্রে।

ঐঙোন্দা য়েংলগা চঙশিল্লকপা নুপা অনীদুগী মায়থোং লংঙি, মোমোনসু নোকই, নোঞ্জবগী খোঙথাংদনি। য়াম্না নকশিল্লক্লবদা পারীগী মীৎলু ঈরা উরে। মহাক মখূৎ অনী লোন্নখ্রে।

" দেবী, ঐবু ঙাকপীয়ু। নহাকপু মরূপ ওইনা ফংজবা পোকচবগী মহে

য়াল্লবনি, ওমখৈ লৈতনা চাউথোকচৈ। ”

ঐ খুম্বা ওমখিদে। চীংলেন য়াম্না ইকাইনা, মমীৎ অনীমক্তি পিরাংনা থূন্নগা ঐগী খূজেং পায়রকই, অদুগা খোঞ্জেল নিক্লা হায়, “ চহী চামগী মমাঙদগী ঐনা নহাকপু নুংশিজরকখি। ”

মরূপ অনীগী হরাও মীনোক্কা লোয়নবা খূবাক মখোলনা ঐগী থম্মোয়নুংদগী অমম্বা অমসুং অৱাবা পূন্নপ তাম্বোকখ্রে। পুক্নীংনা অঙানবা উরবদা মীৎলুদা ঈহৌরক্লে, ঐ চীংলেনগী মথানুংদা চঙলম্মী।



Where is our living
লোৎলুবা চিঠি
হিংলম্বনি ঐ মাগীদমক
ফিরেপ
ঐ

# ক্ষেত্রি বীর

* অইবা অসিবু হন্না হন্না থাগৎনিংবগী মরম অমদি মহাক্কী উপান্যাস পাবা হৌরুবদা লোইহিত্রি ফাওবা পানীংবা অমদি পাবদা লেপ্লীংদবা, লোয়নননা হন্না হন্না পানীংবা পোকহনবা ঙম্রিবা অসিনি।

*(নহারোলগী থৌদাং - প্রো: আই এস কাঙজম)*

* Kshetri Bira is very slick in plot-Construction and in describing incidents. ... his setting is cinematic. His characters are moulded in a perfect way. It would be praiseworthy that the novelist could add good and gripping voluminous novels in Manipuri literature at this time when the Manipuri Novel is dwindling and dying. *(The Imphal Free Press - K. Kulladhwaja.)*

* অইবা অসিদা মাগী মহৌশাগী ওইবা ইবগী গুণ লৈ। ... অইবা অসিদা পোইটিক টেলেন্ট অমা য়াওরি।

*(প্রজাতন্ত্র - কে মধুমঙ্গল সিংহ)*

* অইবগী থৃৎই অসিনা অপাবশিংবু ফিল্মগী মতৌগুম তশেং তশেংনা উবা ঙমহল্লি। মাইকৈ অসোমদগী য়েংলুরবদি ক্ষেত্রি বীর মণিপুরগী তাঙলবা উপন্যাসকার অমনি।

*(হুইয়েন লানপাউ - তোংব্রম নিংথৌরেল)*

* ক্ষেত্রি বীর ব্রারী লীবা হৈবা থৌদোক ব্রাথোক শেম্বদা হৈ-শিংবা ককচিং লোল কয়া হাপচীন্দুনা মণিপুরী লোলগী পূক্কেদা অনৌবা ব্রাহৈ কয়া হাপচিন্দুনা মহাক্কী ইবগী লমদা লৈরিবা মতিক-মগুণ কয়াবু উংথোকপ্রবা উপন্যাসকার অমনি।

*(পোক্লফম - ইবোসনা য়াম্বেম)*

* উপন্যাসকার অসিগী ব্রারী মরী অঙকপনি। ক্ষেত্রি বীর অইবা অমগী গুণ কয়া চেনবা মীশক অমনি।

*(পোক্লফম - থাইদেম প্রমোদিনী)*

* ক্ষেত্রি বীর উপন্যাসকার অমা ওইনা মায় পাক্লবা অইবা অমনি।

*(নহারোলগী থৌদাং - ডা. শরৎচন্দ্র লোঙ-জোম্বা)*

* ক্ষেত্রি বীর পাদবা য়াদ্রবা অইবা অমা ওইরক্লি। *(পোক্লফম - বি এস রাজকুমার)*

* থৌদোক ব্রাথোক শেম্বগী পরীং অমদি মফোংদোক্কী মতাংদা অইবা ক্ষেত্রি বীরদা তোপ তোপ্পা থুদোল অমা লৈ হায়বসি হায়দবা য়ারোই। *(সাহিত্য নৈনবদগী - ডা. ই দীনমনি সিংহ)*

* ক্ষেত্রি বীর ডা. কমলগী থুদুং মঙনা ইনবা অইবনি। *(নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ)*